মুন্সী প্রেমচন্দগী

# নির্মলা




মৈতৈলোন্দা

কেঐচ. ইবেতোন দেবী




মুন্সী প্রেমচন্দগী

# নির্মলা

মৈতৈলোন্দা

কেঐচ. ইবেতোন দেবী



মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ

বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ

Premchand's
NIRMALA (novel) translated in Manipuri
*by Kh. Ibeton Devi*

অহানবা ফোংবা ঃ ওক্টোবর, ২০০৪ ইং

অনীশুবা ফোংবা ঃ জুলাই, ২০০৪ ইং

লাইরিক মশিং ঃ ৫০০

ফোঙজবা ঃ হামোম বোবীনন্দা সিংহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকীদমক ফোঙবা।

মমল ঃ ১০০/-



মখুম ঃ লাইরিক মশাগী মখুম

নম্ফম প্রেস ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

মতম কুইনা
ইমা শক্লা।
কোনবীরম্বী ইনেম্বোক
হাওমোম ওংবী মাঁলিকা দেবী
ইমাগী নফমদা।

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

হিন্দীগী সাহিত্য জগত্তা অমর ওইরবা মুন্সী প্রেমচন্দগী মমিং লৈরবা উপন্যাস 'নির্মলা' দগী ওজা খাঙেম্বম ইবেতোন্না মণিপুরীদা হন্দোকপা লাইরিকসি খুৎই ওইরিঙেদা পাজরে। ওজাসিগী হোৎনবা কনবগী মপান্না তেল্লবা থা ৪/৫ সিগী মনুংদা হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোক্কুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপা ঙমজগদৌরিবনি। খিত্তং থুমনখিবনা ফাওরবা উপন্যাসকার অমগী মমিং লৈরবা উপন্যাস অমবু ইমালোন্দা হন্দোক্কুনা লমদমসিগী অপাবশিংদা তোপ-তোপ্পা মহাও খরদংদা ওইরবসু পীজবা ঙম্লগনি হায়বগী আশা তৌজরবসু অহনশিংনা হায়নবা পাউরৌ 'অথুবা থবক মচু তাগন্দে' হায়বদু থোক্কদরা হায়বগী অকিবসু লৈতবদি নত্তে। অদুমকপু পোখোক য়ামজদ্রিবা ব্রাঞ্চ অসিগী অনুবাদকী অনীশুবা খুথা ওইরিবা 'নির্মলা' উপন্যাস মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজরে।

বিষ্ণুপুর
সেপ্তেম্বর, ২১, ২০০৪ ইং

ব্রজমুহিনী দেবী
*সেক্রেটরি*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ

# ৱাহৈ অমতং

হৌখিবা ইং ২০০৩ গী ডিসেম্বর ৩১ দা আর. কে. কর্ত্তাসনাগী হন্দোকপা লাইরিক 'অনৌবা অয়ুক' ফোঙবা নিংথৌখোং গার্ল হায়স্কুলদা য়াওজরুবনি। মতমদুদা আই. এস. কাঙজমনা লাইরিক্কী মরমদা মরীক চুম্না ঙাঙবীখি। ঐসু ঐগী হান্নগী হন্দোক্লগা লাইরিক ওইনা পুথোকপা ঙমদদুনা থম্বদগী উচিনা চীকথক্লুনা লৈরবা 'নিশা গীত' অমুক হন্না হন্দোক্লুনা পুথোরুবগী ৱাখল পোক্লক্লুনা কলাসিগী অরু-অরায়দি খন্থহৌদনা অঙাংনা মৈ পায়বা কিদবগুম অমুক হন্না হন্দোকপদা নত্তনা প্রেমচন্দনা ইবা 'নির্মলা' বুসু হন্দোকচখিবনি।

How to translate books in different languages ঐ তশেংনা খঙজহৌদে থবকসি পায়রুরবা কান্দদি ঐ চমম্নখিবনি অদুবু ওজা ব্রজমুহিনী অমদি ৱাহেংবম চাওবা সিংহ অনিনা লাইরিক অমমম অইবা ওইরিঙৈদা কুপ্না নৈনবীদুনা শেমদোকপিখি। অদুগী মতুংদা অনিশুবা প্রুফ রিদীংসু ব্রজমুহিনীনা তৌবিখি অরোইবা ওইনা ইবোসনা য়াম্বেম্না ঐনা হায়জরুবদা য়াবিরক্লুনা অচিনবা কয়াবু কাইথোকপিদুনা ঐগী লাইরিক অনীমক প্রুফ তৌবিখি। ওজাশিংবু ঐনা কাওজরোই।

পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইপ্পাশিংনা অথুবা মতমদা লাইরিক অনীমক পুথোকপা ঙম্নবা থৱায় য়াওনা হোৎনবীবগীদমক থাগৎচরি।

*হন্দোকচবী*

কেঐচ. ইবেতোন দেবী
বিষ্ণুপুর ৱার্দ নং-৮
পিন ঃ ৭৯৫ ১২৬

# নির্মলা

হিন্দী সাহিত্যগী মপূং য়ায়দা ঙাম্বোইরিবা মুনসী প্রেমচন্দগী মীং লৈরবা উপন্যাস 'নির্মলা' হিন্দী লোলদগী ইমারোলদা হন্দোক্তুনা লাইরিক ওইনা ফোঙবা হায়বা অসে তরাই তরাইবা থবক্তি নত্তে। অদুবু ইবেতোনদি থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা উৎলকই। ঙক্তবা ঙমদে। মহাক্না লাইরিক অসি হন্দোক্তুনা ফোঙদোরুবা হোৎনরকপদা অৱাবা কোঙ্গায় মায়োক্নরমগনি। উইন কনবা অমদি খাঙবা কনবা মরম্না মহাক্না খুদোংথীবা পুন্নমক লাম্বোরক্তুনা লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙমখিবনি হায়না ঐনা লৌজে।

হন্দোকপা মহম্বোক্তসু অচম্বা লোলদা মীয়াম্না লায়না খঙগদবা লোন্দা হন্দোকই। লোল অমদগী অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপনি হায়বা খঙহন্দে। ইবেতোনগী ৱাহৈগী পুক্কে চাউই। পুক্কে অচৌবদু থন্না ৱাহে লৈ হায়বসি হন্দোক্লিবা লাইরিকশিং অসিনা তাক্লি।

লামায় ১৬১ পানবা লাইরিক হন্দোক্তুনা ইবদা মতম য়াম্না চঙলমগনি। অদুবু মাগী চিল্লবা থবক্কী মনুংদা লাইরিকশিং অসি নাম্বোরকলিবনি, মাগী নোম্বা কনবা, মথৌনা মরীজেনবু থাগৎতনা লৈবা ঙমদে। নুমিৎ অমতদা লাইরিক অনী লামায় ১৬১ পানবা অমা, লামায় ১৩৪ পানবা অমগা লাইরিক অনী পূননা ফোদোকপা ঙম্বীনি। হায়রিবা অসি ইং ২০০৪ গী ওক্তোবর থাদনি। অঙকপনি। মাবু করম্না মথৌনা লৈতে হায়গনি।

হোৎনবা কনবী, খাঙবা কনবী, থৌনা লৈবী মরীল লৈবী, সাহিত্যবু থৱায় হকচাং য়াওনা নুংশিজবী ইবেতোন মতম শাংনা সাহিত্য শূবা অইবী অমা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফম থৌনিজরি।

খইদেম প্রমোদীনী খাঙানবা

## 'নির্মলা - উপন্যাস

(পেমচন্দ : পুন্সি ৱারি)

অমর ওইরবা ৱারী ইবা প্রেমচন্দ ৩১ জুলাই, সন ১৮৮০ ইংদা বনাবসতগী মাইল মরী লাপ্পা লৈবা লমহী কৌবা খুঙ্গংদা পোক্লম্মী। মপানা মাগী মমিং 'ধনপতরায়' মখুরানা 'নবাবরায়' থোল্লম্বনি। সন ১৯০৭ ইংদা বৃটিস সরকারনা মাগী ইবদা অপনবা পীরক্লবদা মরূপ মুন্সী দয়ানারায়ন নিগমগী পাউতাক মতুংইন্না মহাক্না মশাগী মীং 'প্রেমচন্দ' ওইনা লৌজখি। অদুদগী হেন্না মাগী সাহিত্যগী ওইবা মমিং 'প্রেমচন্দ' ওইনা ফাওখিবনি।

মহাক্কী মপাবুং অজায়ব লাল শ্রীৱাস্তব ময়াই ওইবা কায়স্থ শাগেগী নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংনি। লৌ খর অমদি জামীন্দরীগী থবকসু তৌই অদুদা আয় য়ামদে মরমদুনা মহাক ঙাক তার বিভাগতা থবক তৌরম্মী।

মতম অদুদা খুঙ্গংদা অনেম্বা-ময়াইওইবা থাক্কী অয়াম্বা ইমুংগী মতৌগুম্না য়ুমরৈ কৈরৈদা লৱাই-থরাইগুম হায়বদুনি অমদি সহুরগী পুন্সিগুম নুংঙাই য়াইফবগী খুদোং চাবদু ইমুংশিংসিগী অঙাংশিংনসু ফংলমদে। প্রেমচন্দনা অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদি অৱাবনা থল্লী অদুদগী ওইবা তাই মহাক অৱাবা খাঙবা ঙম্বগী হৈনবী লৈরকলিবসি। মহাক্কী ৱারীশিংদা অয়াম্বা অঙাংশিংগী পুন্সিদা ঐখোয়না মাগী মশাগী অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিবু উবা ফংই।

সন ১৮৮৩ ইংদা মুন্সী অজায়বলাল বান্দাদা পোস্টীং হোংলে মফমসিদা মহাক চহী মঙাদগী লাইরিক তম্বা হৌরকই। ইমুং মনুংগী চংনরকপা হৌনবী মতুং ইন্না মৌলবী সাহবনা উর্দ্দু-অমসুং ফারসীদা বিসমিল্লা তোই। মরমসিনা হিন্দী-উর্দ্দু য়ানশিন্নবা হিন্দুস্তানীবু রাষ্ট্র ভাষাগী মতিক চাবনি থল্লী অমদি অমর সাহিত্যগী খুৎইদসু ইচম-চম্বা প্রজাগী লোন্দা ই।

প্রেমচন্দগী স্কুল অমদি কলেজগী পুন্সিদি 'স্কুল লাইফ' কী ওন্ন-তৈন্নবদা অপনবনা থল্লী। মহাক্কী শিক্ষা নিয়ম নাইনা চৎথবা ঙমদে। ইমুং-মনুংগী শেল থুমগী খুদোং চাদবনা মরম ওইদুনা মরক মরক্তা শিক্ষা থাদোকপা তাই, অদুগা প্রাইবেত ওইনা পারগা পরিক্ষা থাবা তারকখি অদুবু 'অঙাংদি নিংথাদা খঙই' হায়বদুনি মহাক্কী জ্ঞানগী ইখৌদি য়াংশিল্লী অমদি মপান নাইদে। মরমসিনা অপনবা-খুদোং চাদবা পুম্ববু লাম্থোক্তুনা তম্বা ঙম্লকপনি অমসুং নম্বর ৱাংনা ফংদুনা পাস তৌরকই।

মহাক্ চহী তারাহুমদোই শুরকপদা হায়স্কুলদা ক্লাস Vi তা মিংচল্লে, সন ১৮৯৪-৯৯ দা

মেট্রিকুলেসন পরিক্ষা পাস তৌই। সন ১৯০৪ দা হিন্দী অমদি উর্দু অনীমক্তা থোয়দোকপা লোয়ননা জী.টী.সীগী পরিক্ষা ফাষ্ট ডিবিজন্দা পাস তৌই। মতুংদা সন ১৯১৪ দা প্রাইবেততা ইন্টরমীদিয়েট পরিক্ষা পাস তৌই অমসুং ১৯১৯ দা বী এ গী উপাধি লৌরগা ছাত্র পুন্সিগী সাধনা মপুং ফাখিবনি।

অঙাং ওইরিঙৈ প্রেমচন্দগী চাওৎলকলিবা পার্সোনেলিটিদা মরম অহুমদা য়াম্না লুনা অমদি লেংদবা প্রভাব তাখিবনি। অহানবদা ইমুং-মনুংগী খৎন-চৈনবগী ইশৌ, অনীশুবদা শেলমিৎলোনগী অৱাবা চৈথেং, অহুমশুবদা মমাতোনবীগী অকনবা ব্যাবহার। মহাক্না চহী তরেৎতা ঙাইরিঙৈদা মমাদি থম্মোয়দা লেংদ্রবা (মুৎলরোইদবা) মমি তাহল্লম্লগা চৎখ্রবনি। ঐখোয়না মহাক্কী অয়াম্বা খুৎইশিংদা অসিগুম্বা মমাগী নুংশিবগী থোৎলবা ভক্তিগা লোয়নবা মীনুংশিনা থল্লবা ৱাখল্লোন উবা ফংই। অঙাংদুনা মমাগী মীনুংশিবু মশক খঙখিবা, মদুদা মমাতোনবীগী ফজদবা ব্যবহারগী চৈথেং খাঙলকপা মতমদা মশাগী মমাগী অৱাৎপনা থম্মোয়বু হায়নিংঙাই লৈতনা ওৎলকই। মহাক্কী পার্সোনেলিটি চাওখৎলকপদা অপনবা পীরকই অমসুং পুক্নিং শান্তি ফংনবগীদমক্তা লৌবুক-লমহাংদা কোয়না চৎলকই অদুদা প্রকৃতি অমদি লৌৱাই থৱাইগী পুন্সিদা লুনা চান্না চুশিন্নবা হৌরকই। কুপ্না য়েংশিনবগী ৱাখল্লোন হৌগৎলকই অমদি নুংগী শান্তি ফংনবগীদমক্তা সাহিত্যদা চংজফম লৌরকই।

অঙাং প্রেমচন্দ মপুং ফারকই অমসুং পুক্নিংদা মুক্রবা, ইমুংদা মুক্রবা অমদি য়ুমগী মপান্দসু মুকখাইনবা য়েংনরকই।

মহাক্না ক্লাস IX তম্লীঙৈদা মপাইবুংঙো লৈখিদরে। মায়কৈ মরীমক্তা নীংবা কায়বা অমদি ইমুং মনুংদা অহল ওইবগী মরম্না ভারপুন্না পুবা তারকই। চহী তারামঙাদগী অঙাং দুনা, থৌনা লৈনা, মমা তোনবী, মনাও নিপা অনী অমদি নুপীগী য়োক-থাকপগী ভার পুরকই।

ফনা কন্না শু-নোমদুনসু অমদি মশাগী ওইবা থাদোক্লুনসু ইমুংদা মীওই অমতগীফাও পেনহনবা ঙমদে। মহাক্কী চাউরবা ভারদুদগী হেন্না ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা ওৎলকই। মহাক্কী মশাগীদমক করিসু খন্দে অদুবু হৌরকপা পুন্সিগী মওং কাইনা চাওরকপদুমক্না অয়াম্বা মতমদা নাদুনতা লৈ। অঙাং ওইরিঙৈদগী অচম্বা নুংঙাইবফাও ফংলক্রবা প্রেমচন্দনা মাগী পুন্সি চুপ্পা নুংতিগী ওইবা পুন্সিগী লাম্বেংদা খরচ তৌবা হৌরকই, মশাগীদি খন্দে। হৈনবীসে পুন্সি চুপ্পা লেংদনা থম্লকই। মহাক্কী মশাগী অৱা-নুংঙাইগী ৱাখলদি মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী অনীশুবা নুপী শ্রীশিবরানী দেবীনা খল্লী অদু ফাওবা মাদি অতোপ্পগীদমক্তা অৱাবা খাঙলিবনি।

মপাবুংনা চহী তরা মঙাদা লুহোংবীরম্লীবনি। নুপীদো শক ফজবীসু নত্তে অদুগা ৱাঙাং নুংশিবীসু। মহাক্কী নুপীসে চান্নদবনি। মমাতোম্বীনসু মতৈ-মনাওগী মরক্তা শিংচেপ থারিবনি। মমৈদা মহাক খৎনরগা মপামদা চৎখিবনি। প্রেমচন্দনসু নুপী য়াওদনা লেল্লগে খনখি। নুপী অহন্দুগী খরচ তত্তনা থাই অদুবু মতম কুইনা মহাক নুপী য়াওদনা লৈবা ঙম্লমদে অমসুং

অনীশুবী শ্রীমতি শিবরানী দেবীনা মাগী পুস্তিদা অনৌবা মঙান পুদুনা লাকখি। মহাক্না পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা মহাক্কী মরমদা মশামক্না চিঠি অমা ইখি- ঐহাক মহাক্কা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। মহাক সাহিত্যদা অপাম্বা লৈ. অমদি করি করিগুম্বদা ব্বারীসু ই। মহাক কিগনদে, থৌনা লৈ, চেকশিল্পী অমদি থাজনিংঙাই ওই, অকাওববু য়াজবা মীওইনি, অদুনা য়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবী নুপীনি। মসি অচুম্বনি মরমদি শ্রীশিবরানী দেবী মহাক্কীদমক্তদি য়াম্না চাওরবা শক্তি অমনি, মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা ইমুং-মনুংগী অব্বাবদগী থাপ্না থমদুনা ইনবা থৌইনশিন পী।

মপাবুংগী লৈখিদ্রবগী তুংদা চহী অমফাও ত্যসননচিংবা তৌদুনা ইমুং মনুং পুরম্মী অদুদা ইমুং মনুংগী পোৎলুম্না মতম লৈবা খিবিক্তা নুংঙাইহন্দে। সন ১৮৯৯ দা চুনারগী প্রাইবেত স্কুল অমদা থবক তৌই মতমদুদা ইমুংগী ফিভম খর ফরকখি। অদুদগী সরকারগী থবক তৌই। সরকারগী থবক তৌবদা কানপুর, বহরাইচ অমদি প্রতাপগড়দা ওজা ওইরুবগী তুংদা হমীরপুর জিলাদা শিক্ষা বিভাগকী সব-ডিপুটি ইন্সপেক্টর খল্লে। মরকসিদা মহাক্কী দেশ প্রেম্না থল্লবা ব্বারী মঙাগী খোমজিনবা 'সোজেবতন' ফোঙই। মসিদা নবারায়গী মীংদা ইবনি। ব্রিটিস সরকারনা মহাক্কী কর্মচারীগী স্বদেশ প্রেম খাঙবা ঙমদে অদুনা লাইরিক পুন্নমক ফাজিনখি অমদি মৈ থাদোকখি, লোয়ন-লোয়ননা মতুংদা সরকারগী অয়াবা য়াওদনা ফোঙবা, ইবা য়ারোই হায়রে। মসিগী তুংদা 'প্রেমচন্দ' ওইরে অদুদগী মতম লৈবা খিবিক্তা মীংসিদা ইখিবনি। প্রেমচন্দগী মিংদা ইহান হান্না ইবা মাগী ব্বারী 'মমতা' নি সন ১৯০৯ দা 'জমানা' চে ফোঙদা ফোঙখি।

সরকারগী থবকসি প্রেমচন্দগী সাহিত্যিক পুস্তিদা অকায়বা ওইরে। মহাক্না মহাবীর প্রসাদ পৌদারগা লোয়ননা তরেংগী দুকান হাংলে মদুদসু মহাক মহৈ য়ানবা ঙমদে, অমুক... চানপুরদা রাষ্ট...স্কুলদা ওজা ওইরে, অদুদসু মশাগী নাপলনা মরম ওইদুনা মফমদুদসু মেনেজরগা য়ানদ্রে। বনারস হল্লক্লে। চহী অমা মখাই ফাওবা 'ময়াদা' গী সম্পাদক ওইরে অদুদগী বিদ্যাপীঠ তা চহী অমগী ওজা ওইরে অদুসু মফমদুদা পুক্লিং লৈতাবা ঙমদে।

সন ১৯২৩ দা 'সরস্বতী প্রেস' বনারসতা লিংখৎতুনা মদুদা থবক হৌরে। তঙাইফদনা প্রেসতুসু মনাওনিপা মহতাব রাইদা শিন্নরম্লগা 'গঙ্গা পুস্তক মালা' দা থবক তৌরে। মফমদুদসু পুক্লিং লৈতাদরে। সন ১৯২৬ তা হল্লক্তুনা প্রেস য়েংশিল্লী সন ১৯২৮ দা অমুক হন্না লখনউদা হল্লকই 'মাধরী' গী সম্পাদন ১৯৩১ ফাও তৌই।

'মাধরী' দসু মশাগী অনীংবা অমদি অপাম্বগী মতুংইন্না পুথোকপা ঙমদরে। মদুদগী সন ১৯৩০ ইংদা 'সরস্বতী প্রেস' বনারস তা 'হংস' ফোঙবা হৌরে। ১৯৩১ ইংদা বনারসতা অমুক হল্লক্তুনা 'হংস' গা লোয়ননা 'জাগরন' সাপ্তাহিত পুথোকই। অদুবু চেফোঙ পুথোকপা অরাইবা থবক নত্তে। শেন্দোন্দা লুপ্লে অদুদদি তঙাইফদনা সন ১৯৩৪ দা 'অজন্তা মুবীতোন'

সিনেমা কম্পনীদা থবক তৌই। বম্বই চৎলে। অদুদসু মহাক্কী সাহিত্যিক স্বতাব সিনেমাদা ফিট তৌবা য়াদ্রে অদুনা চহীদুদা অমুক হল্লকই।

প্রেমচন্দগী সাহিত্যিক পুন্সি সন ১৯০১ দগী হৌরকপনি অমসুং হৌরকপদা 'জমনা' দা ইরম্বনি। মহাক্কী অহানবা উর্দ্দু উপন্যাস 'অসহারে মআবিদ' ১৯০১ দা ফোঙই। মী খরদি মহাক্কী অহানবা উপন্যাস 'হম খুমী ব্বা হম সবাব' নি হায়নৈ মসিগী খুৎইসিদা অশেম্বা খুৎফোঙদোক অমদি অঙকপা থৌদোক্কী লাং ফংই করিগীনো হায়ববু মতমদু ফাওবদি মহাক্কী নৈনবদু মশিং য়ামদে. মহাক হৈশিংলবা কৃতিক অমসু নত্তে। মহাক্কী অহানবা ব্বারী সন ১৯০৭ তা 'সংসার কা সবসে অনমোন রত্ন' 'জমনা' চেফোঙদা ফোঙখি। চহীদুদা 'সোজেতন' সু ফোঙই। সন ১৯১৪ দা 'বাজারেহুস্ন' মদু ১৯১৯ দা 'সেবাসদন' গী মিংদা হিন্দীদা ফোঙই।

প্রেমচন্দগী অরোইবা উপন্যাস 'গোদান' সন ১৯৩৬ তা ফোঙই মদু বিশ্ব সাহিত্যদা মফম চাওনা কল্লীবনি। মদুগী তুংদা 'মঙ্গল সূত্র' ইবা হৌই অদুবু মদু মপুং ফাবা ঙম্লমদরে। মতম চাদনা কাল চক্রদা থুখিরম্মী। মহাক্কী সাহিত্যিক পুন্সি ১৯০১ দগী হৌরগা ১৯২১ ফাওবদা যৌবন কান ওইরকখিবনি ১৯২৮ দা কাংদোং ফারবা পাখঙ ওইরে, ১৯৩৬ চা অহল মপুং ফারকপদা ঙাইরিবনি মহাক্কী পুন্সি লীলাসু লোয়শিনখিবনি।

প্রেমচন্দ পুন্সিগী ফিভম অমতসু সন্ধি তৌদে। মদুদা মহাক্কী সাহিত্যিক পুন্সিদা প্রভাব য়ান্না তাই, মহাক মতম পুম্বদা সাহিত্যদা পুকচেল শেংনা লৈবনি, মরমসিনা মহাক্না সরকাবগী থবক থাদোকখিবনি, ফিল্মী পুন্সিগী মিহৌবসু থাদোকখিবনি অমদি অলবর মহারাজগী নুং ঙাই য়াইফবগী নিমন্ত্রনদুসু কাউথোকখিবনি। অসিফাও য়ৌনা 'রায়সাহব' কী পদবীবুসু লৌজখিদবনি। মহাক্কী অরোইবা মতম ৭ অক্তুবর ১৯৩৬ কী অহীং মতমদুদা জৈনেন্দ্র কুমারগী সাহিত্যগী তুংগী ফিভমগী মরমদা ব্বারী শান্নরম্লীবনি। ৮ অক্তুবর ১৯৩৬ তা মহাক পুন্য ধাম কাশীদ মশাগী লীলা লোয়খি।

প্রেমচন্দ ঃ প্রভাব

মীওই অতৈদগীদি সাহিত্যিক মীওই অমদা তাখিবা প্রভাবকী মরমদা খঙবা হায়বসে খর লুনা থোকই। অইবদা মপানগী ওইবা প্রভাবতা লোয়ননা মহাক্কী পুক্নিংগী মনুং হুঞ্জিন্না তৌরিবা থবক্তুগী নৈনবনা হেন্না মরু ওইরক্লী মরমদি মপানগী প্রভাবতী চয়েৎনবা অমদি লৌশিন্নবা মওংদা থবক তৌই। প্রেমচন্দগী নিপা ওইবগী মতৌ শেমগৎলকপদা মপানগী ওইবা প্রভাবনা হেন্না ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী মসি ঐখোয়না মহাক্কী লাইরিকশিংদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মী।

প্রেমচন্দগী মতমসি ভারতকী ইতিহাসতা রাজনিতিক ক্রান্তি অমদি সামাজিক ধর্ম্মগী চোইথোক-চোইশিন তৌবা মতমনি। দেশ-কালগী প্রভাব তাদবা সাহিত্যকার লৈতে। মহাক্না

রাষ্ট্র জাগরনবু তরান্না ওকই প্রজাশিংদা শ্বদেশ প্রেম অমদি চাওথোকচবগী পারা তম্বীরকপনি। প্রেমচন্দ করিগুম্বা অখন্নবা পার্টি অমতগা মরী লৈনদে। অদুবু মহাক্কী ৱারীশিংদা কংগ্রেসকী পান্দমগী মরমদা মীনুংশিদি মপুং ফানা উৎলম্মী। মদন গোপালনা কংগ্রেসকী গরম দলগী মেম্বরনি খল্লী। তিলককী 'খোষনা পত্র' দা নৈন্নরিবা সমস্যাশিংসিমক প্রেমচন্দগী ৱারী অমদি উপন্যাসশিংগী সমস্যানি। মসি হায়বদা হায়মনবা থোকলোয় মদুদি প্রেমচন্দ অসিগুম্বা বিষয়সিমক মহাক্কী লাইরিকশিংগী বিষয় ওইরমদ্রবা অদু ওইরবদি অসুপ য়াম্না মীয়াম্না পান্নরমলোই। মতমদুগী মরুওইবা তত্ত্বদুগী নৈনরকপগী মীৎয়েংদা য়েংলকপনা মরম ওইদুনা মহাক্কী খুৎই হিন্দী সাহিত্যদা লেংদ্রবা অমদি অমর ওইবনি। মরমসিনা মহাক্কী সাহিত্যগী খুদোন য়াম্না চাওই। খুঙ্গংগী সংস্কৃতিবু অসুক চল্লা বর্নন তৌবসি মহাক্কী খুৎইদা নত্তনা অতে অতোপ্পদা ফংদে।

মহাক্কী খুৎইদা আর্য সমাজগী আন্দোলনগী প্রভাবসু তশেংনা উবা ফংই। 'কায়াকল্প'গী চক্রধরদি আর্য সমাজগী উপদেশ্যকী সিমবোলনি, খুদমনি। প্রেমচন্দ চাওখৎলক্লীবা ৱাখল্লোনগী মীওইনি। মহাক্কী খুৎইদা সমাজগী ওইবা অওনবদা তশেংনা চৈথেং পীবনি। অমনা 'রঙ্গভুমি' গীতাগী প্রভাবপু তশেংনা ফোঙদোকই। অতোপ্পা অমদা কুরান শরীফ কী প্রভাবসু মফম মফমদা ফংলিবনি। প্রেমচন্দ ৱাখল খনবা অমদি নৈনবা মীওইনি। মহাক্কী ৱাখল্লোন শাগৎলকপদা ধর্ম্মগী ওইবা প্রভাব কয়ামরুম য়াওই। মহাক্কী নুপী পাত্রসিংদা নুপাদগী হেননা পেন্দবা অমদি হেন্না চৈথেং ফংবগী খুদম ফংইবগী মরমদি ব্রহ্মসমাজগী আন্দোলন্দগী খর নত্তগা খরদি প্রভাব তারবনি।

গান্ধীজীগী পাসোলেলিটিনা প্রেমচন্দবু য়ান্না হেন্না প্রভাব তাহনখিবনি। মদুমক্কী মীহৌদুনা মহাক্লা সরকারগী থবক থাদোকখিবনি। মহাক গান্ধীজীগসু উনরম্মী অদুগা সমস্যাশিংদুদা খন্ন-নৈনমিন্নখি। মহাক্লা ইরম্মী- "ঐহাক গান্ধীজীবু পুন্নমক্তগী হেন্না লৌই। মহাক্কী উদেশ্যসু মসিমক্লী- 'লৌমিশিং নুংঙাইনা লৈসনু' মহাক মীওইশিংসিগী চাওখৎনবগীদমক আন্দোলন তৌরিবনি; ঐনা ইরগা মখোয়বু পুক্লিং থৌগৎলিবনি, মহাত্মা গান্ধী, হিন্দু-মুসলমানশিংগী অমত্তা ওইবা পাম্মী অদুগুম্না ঐসু হিন্দী আমদি উর্দ্দুবু তিন্নদুনা হিন্দুস্তানী শেম্বা পাল্লীবনি।"

প্রেমচন্দগী ৱাখল য়াম্না পাক চাওই। মদুবু শেমগৎলিবা শক্তিদুসু মখল য়াম্মী। মহাক গান্ধীবাদীগা লোয়ননা 'মঙ্গজন হিতায়' হায়বা ৱাখল্লোনবু শৌগৎপা মীশকনি। টলসটায় অমসুং গোর্কীগী ৱাখল্লোনবু অয়াম্বা ওইনা শৌগৎলি। পুন্সিদা জনবাদী সাহিত্যদা য়র্থাথবাদীনি প্রেমচন্দনা পুন্সিদা উরিবদুমক খুৎইদসু য়েক্লীবনি। অদুবু মশাগী ৱাখল্লোন্দা য়ুমফম ওইরগা ফিদম্নফম ওইবা ৱাখল্লোনদুদা মিৎয়েং থম্মী। মদু ফিদমনীংঙাইনি মরমসিনা মহাক্কী খুৎইদি অদুক্কী মতিক চম্মী, শেংই, প্রভাব তানিংঙাই অমদি থম্মোয় শুমহৎনিংঙাইনি।

প্রেমচন্দ ঃ খুৎই

প্রেমচন্দ উপন্যাস অমদি ৱারীমচা ইবা ওইনা ফাওই। তৌইগুম্বসুং উপন্যাস অমদি ৱারী মচাদ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মখলগী খুৎইশিংদসু মশাগী হৈ-শিংবা উৎথোক্লমই। মহাক্কী খুৎইগী অশম্বা মশক অসুন্না তাক্লী-

(১) নাটক - 'সঙ্গাম' কর্বলা' অমদি 'প্রেমগী দেবী'। 'কর্বলা' মুসলীম ঐতিহাসিক ধর্ম্ম কথাদা য়ুম্ফম ওইবনি।

(২) পুন্সি ৱারীশিং - 'মহাত্মা শেখসাদী' দুর্গাদাস' 'কলম' 'তলৱার ওর তয়াগ' কী শরুক অনীদা খোমজিনবা সংসারগী মহাপুরুষ তারামঙাগী পুন্সিগী ৱারীশিং।

(৩) হন্দোকপা - গাল্‌স বদীগী নাটক অহুম (চাঁদীকী ডিবিয়া, নয়ায় ঔর হড়তাল' গী হন্দোকপা) টলসটায়গী ৱারীশিং সুখদাস জোর্জ ইলিয়টকী সাইল্‌স মার্নর) 'অহঙকার' (অনাতোলে ফ্রান্স) মৃষ্টি কা অরম্ভ' (জার্জ বর্নাদ শাঁ) অমদি 'অজাত কলা (রতন নাথ সরশার)।

(৪) আলোচনাশিং - প্রেমচন্দগী অলোচনাশিং 'হঙস' কী তোঙন-তোঙনবা অঙ্কশিদা অমদি 'ভাসন' শিংদা চাইনা ফংই। মদুগী খোমজিনবা খর ঐখোয়না 'কুছ্‌বিচার' অমদি 'সাহিত্য কা উদেশ্য' দা ফংই।

(৫) অঙাংগী সাহিত্য- প্রেমচন্দগী অয়াম্বা ৱারীশিং অমদি পুন্সিগী ৱারীশিং অঙাংশিং অমদি চহী য়াম্লবশিংগীদমক চপ-মান্নবা কান্নবনি। মহাক্কা সাহিত্য খরদি থোইদোক্লা অঙাং শিংগীদমক ইরম্মী মদুদা- কুত্তেকী কহানী, জঙ্গল কী কহানিয়াঁ, রাম চর্চা থম্বা য়াই)

(৬) ৱারীশিং - প্রেমচন্দগী ৱারীশিংদি তোঙান-তোঙানবা চেফোঙশিংদা ফোঙই। মদুগী খোমজিনবা খরদি 'সপ্তসরোজ' 'প্রেম পুর্নিমা। 'গ্রামর জীবনকী কহানিয়াঁ' অসিনচিংবা মমিং শিংদা লৈ। ৱারী পুম্নমক্কা চাহুমলোমনি। মদুগী খোমজিনবা মহাক্কী 'মানসরোবর' দা শরুক নিপান থোক্লা ফোঙই। মহাক্কী উর্দ্দুদা ইবা ৱারী খরদি হিন্দীদা ফোঙদে মদু 'গুপ্তধন' শরুক অনীদা ফোঙই।

(৭) উপন্সাস - প্রেমচন্দগী মপুং ফাবা উপন্যাস তরা অমদি মপুং ফাদ্রিবা উপন্সাস অমগা তারামথোইনি মমায়দু হিন্দীদা ফোঙই। শ্রীঅমৃতরায়না মহাক্কী উর্দ্দুদা ইবা ফোঙদ্রিবা উপন্যাসশিংবু খোমজিন্দুনা 'মঙ্গলাচবন' দা নম্মী)

(ক) প্রতিজ্ঞা য়া প্রেমা - লুখ্রাবী সমস্যাদা য়ুম্ফম ওইবা প্রেম কথা।

(খ) বরদান - রাজনিতিক আন্দোলনশিংগী মমি তাবা অমদি রাজনিতিক আদর্শতা লোয়শিনবনি।

(গ) সেবাসদন - মিদল ক্লাসকী অশোনবদুদা পান্দম থম্নগা ইবা বেশ্যা সমস্যাগী অহীং বা উপম্যাসনি।

(ঘ) প্রেমাশ্রম - লৌমিশিংগী আর্থিক শোয়ন অমদি অনৌবা আদর্শকী মঙান্দা ইবা

রাজনৈতিক উপন্যাসনি।

(ঙ) নির্মলা - আউনপোৎ অমদি চান্দবা লুহোংবদা য়ুম্ফম ওইবা। নুপী ওইবীগী অৱাবনা পোলোই ওইবা উপন্যাসনি।

(চ) রঙ্গভুমি - পুন্সিগী মায়কৈ খুদিং অমদি পুন্সিগী মরমদা মীৎয়েং খুদিং য়েকপা প্রেমচন্দগী খ্বাইদগী চাউবা অমদি অয়াম্বনা য়েৎনরিবা উপন্যাসনি।

(ছ) কয়া কল্প - মিদল ক্লাস কী মীনম্বা নাপলদা প্রোতেস তৌবা আত্মাগী অরোনবশিংবু মাংহন্নখিবা উপন্যাসনি।

(জ) গবন - অনেম্বা কাংলুপকী সমস্যাদা অকিবগী মশক ওইবশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা কুপ্না য়েকপা উপন্যাসনি।

(য) কর্মভুমি - লৌমী অমদি শোক্ক-শন্নদবগী সমস্যাবু শেংদোকপা মকোক থংলিবনি।

(এ) গোদান - ভাবতকী লৌমিশিংগী অৱাবনা পোলোই ওইবা অচৌবা ৱারীনি,ময়াম পুন্নমক্না য়ানরবা প্রেমচন্দগী খ্বাইদগী অথোয়বা উপন্যাসনি।

(ত) মঙ্গলসুত্র - প্রেমচন্দগী মশাগী সাহিত্য সাধনাদা থেংনবা অৱা-অনাশিংবু মনুং ফাওনা য়েকপা উপন্যাসনি, মপুং ফাদনা ফংই।

নির্মলাদা নৈনবা

মরুওইবা ৱারী

'নির্মলা' উপন্যাস নুপী ওইবীগী মীনুংশী পোকপা ৱারীনি। মরু ওইবা ৱারীদি 'নির্মলা' পাত্রগী ৱারীনি। ৱারীসি ইমুং অহুম- উদমভানুলাল, মুন্সী তোতারাম অমসুং ভানচন্দ্র সিনহাগীনি। ইমুং মনুংশিংগী মরুওইনা 'নির্মলা' গা মরী লৈনবা তাঙ্ককশিংদুনি উপন্যাসসিদা য়েক্লীবসি। উপন্যাসসি নৈনবদা খুদোং চানবা শরুক অহুম খোক্না য়েহ্োকপা য়াই,- নির্মলা লুহোংবা ফাওবগী ৱারী, লুহোংলবা মতুং মপুরোইবগী ইমুংগী ৱারী, নির্মলাগী পোলোইগী ৱারী।

নির্মলা উদয়ভানুলালগী মচানুপী অহলনি। মহাক্কী লুহোংবসি লখনউদা লৈবা একসাইজ ইন্সপেক্টর ভালচন্দ্র সিনহাগী মচানুপা অহল ভুবনমোন সিনহাগা লেপ্পবনি। নির্মলাগী মপাবুং খঙহৌদনা লৈখিদবদগী ভালচন্দ্র অমসুং ভুবনমোহন লন- য়ুমগী মিহৌবনা মরম ওইদুনা লুহোংবদু হায়দোক্লকই। নির্মলাগী মমাদো নুপাবু নুপীদগী হেন্না লুনা খল্লী। লীকপদাগী লুপা লিশিং অমগী মিহৌবনা মরম ওইদুনা নির্মলাবু চহী ময়াই চল্লবা অমদি মচানুপা অহুম লৈরবা মুন্সী তোতারামদা লুহোংদুনা পীবনি।

নির্মলাগী অনীশুবা ৱারীসি নির্মলাগী পুন্সিগী মীনুংশি পোক্লবা ৱারীনি। মহাক মপাগী লেঙ্গা ওইবা পাত্রগী নুপী ওইনা লৈনবগী তঙাইফদবদুনি। ৱারীসি পাত্রশিংগী পুক্নিংগী ওইবা চৈথেংশিংদুদা শাগৎলকপনি। মুন্সী তোতারামগী লীচৎতা মহাক্কী কাঙলুপ্তুগী প্রতিনিধি ওইনা

লাকই। মহাক, নির্মলা অমদি মচানুপা অহল সংসারামগী মরীদা চিংনবা মীৎয়েংদা য়েংলকই। চিংনবসি অদুক্কী মতিক খুমাং চাওশিল্লকই মদুদগী সংসারামবু নির্মলাদগী থাপ্না থন্নবগীদমক বোর্দীংদা থাখি অমদি নারবা ফাওবা য়ুমদা পুরকপগী মতুত্তা হোসপিতান্দা ওইনা মিংচনশিল্লী। নির্মলা অমদি সংসারাম মখোয় অনীমক মুন্সী তোতারামগী চিংনবদু খঙলকই। সংসারাম মশাগী থৱাই থাদোক্লগা নির্মলাগী ইকাইখুম্নববু কল্লী মদুদা মুন্সী চিংনবা পুস্বা কোকখি। 'নির্মলাগী মীনুংশিনা থল্লবা ৱারীদু সংসারামনা মমা মচাগী মরীদা চিংনবদগী থৱাইনা পাস্থা পীরবদুদা ক্লাইমেক্সতা থুংলখি।

মদুগী তুংদা নির্মলা অমসুং মুন্সীগী মচানুপা অনী জিয়ারাম অমদি সিয়ারামগী মরীদা ৱারী শাগৎলকই। মসি মমাতোনগী অমদি মচাশিংগী মরীদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারীনি। জিয়ারাম মমাতোনগী লিককোনগী উপু হুরাল্লী, হুরানবা ফারবদা আত্মাঘাট তৌই। জিয়া শিরবা তুংদা নির্মলাগা সিয়ারামগগী ৱারী মতাংদা মমাতোনবীগী রৌদ্রগী মশক ওইরবা শক্তম য়েক্লকই। সিয়া সাধুগা লোয়ননা চেনখি। মতৌ অসুন্না লোন্নবী মচা অহুম মক্কা নির্মলাগগী তোঙান তোঙান থৌদোক ৱাথোক অমদি ফিভমশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা প্রেমচন্দনা মশাগী কৃয়েটিভিটিগী শক্তি উৎলকই। থৌদোকশিংসি রিয়েলিটিগা নকনৈ। ওইথোকপা য়াই, অমদি প্রভাব তানিংঙাইগী মশকনি।

'নির্মলাগী ৱারীগী অহুমশুবা তাঙ্কক, মুন্সী তোতারাম্না সিয়ারাম থিবা চৎখিবদগী শাগৎলকই। প্রেমচন্দগী মাগী ৱারী মপুমসে অসিৱাইদা লোয়বা য়াই অদুবু নির্মলাগী পুন্সিগী ত্রেজদীবু মনুং হুনজিন্না অমদি কনশিন্না য়েক্লবগীদমক অনৌবা মায়কৈ অমদা লয়শিল্লকই। মাগী নুপী লৈত্রিঙৈদা ভুবনমোন সিনহানা লাক্ল-ফানবা তৌনবা হোৎনৈ। সুধানা খঙলকপদগী মপুরোইবদুদা অশাওবা হৈথরকই। ডা. ভুবনমোহন অত্মা ঘাট তৌই। নির্মলাগী পুন্সিসু পুক্লিং নুংশিনা পোলোইখি। ৱারী লোয়বদা লৈকায়গী মীওইশিংনা অশিবা পুথোকই। 'কনানা মৈ চুবিগনি' হায়না ৱারিঙৈদা তোতারাম থুংলখি।

মতৌ অসুন্না ৱারী অমদি প্রাত্রশিংগী পুক্লিং জগতকী লাম্থেংবু মপুং ফানা য়েক্লকইবসি য়েংলুরগা প্রেমচন্দগী 'নির্মলা' উপন্যাস মনোবিজ্ঞানিক উপন্যাসনি হায়বা তাবনি।

### পাত্র য়েকপা

ৱারী শাগৎলকপা অমদি পাত্রয়েকপরোমদা য়েংলুরবদি প্রেমচন্দগী নির্মলা খ্বাইদগী অথোয়বা উপন্যাসনি। প্রেমচন্দগী 'সেবাসদন' গী মথংদা মসিনা অনীশুবা উপন্যাসনি মসিদা নুপীগী ৱারীনা মপুং ওইবা অমদি মরুওইবা নায়িকা ওইহল্লীবা। উপন্যাসসিগী ৱারী শাগৎলকপগী থোয়দোকপা অমদি মরুওইবা ৱারীগী বিন্দুদা য়ুম্ফম ওইবনি। অয়াম্বা কৃতিক্লশিংনা অমদা নত্রগা অমদদি নির্মলাগী ৱারী শাগৎলকপসিং থাগৎনরিবনি।

উপন্যাসকী অথোয়বা পাত্র তরেৎ উদয় ভানুলাল, ভানচন্দ্র সিনহা, মুন্সী তোতারাম, ভুবন মোহন, সংসারাম, জিয়ারাম অমসুং সিয়ারামনি। অদুগা নুপী মঙা- নির্মলা, কল্যানী, রুকমনী, সুধা অমসুং কৃষ্ণনি। প্রেমচন্দনা মতাংসিদসু মশাগী অরিবা লীক্লমগী মতুংইন্না বর্বন, সম্বাদ অমদি মনোবিজেলসননা মরম ওইদুনা পাত্রশিংগী চরিত্র চিত্রন তৌই।

মতেং পাংবা থৌদোকশিংবু মহাক্কী হান্নগী উপন্যাসশিংগী মওংগুম মসিদসু য়েকই। অসিগুম্বা থোয়দোকপসি 'নির্মলাবু অইবনা চরিত্র-চিত্রনগীদমক্তা পাত্রশিংগী মতুং ইন্না মওং পুক্লিং ফিভম, মওং-মতৌগী ৱাখল্লোন মওং হোংবা অসিনচিংবা পুন্নমক্তা অরীবা বিধিশিং শিজিন্নৈ।

'নির্মলা' প্রেমচন্দগী মনোটবৈজ্ঞানিক উপন্যাসনি। মসিদা অহল ওইরকপদা লুহোংবা মুন্সী তোতারাম, মহাক্কী নহা ওইরিবী নুপী নির্মলা মমাতোনবী নির্মলা- লোন্নবা মচানুপা ফত্রবা, রিরবা ৱাখল্লোন চেলবা, মানসিক জগতকী চেতন- অচেতন ওইবা পুক্লিং-গ্রন্থিশিংগী লাম্লেং অমদি তরুবশিংবু নিংথিজনা য়েকলি।

নির্মলগী চরিত্র-চিত্রনদা ঘাট প্রতিঘাট খ্বাইদগী হেন্না মরমসিনা পুন্নমক্তগী অহীংবা অমদি মনুং ফাওবা চরিত্র উপন্যাস সিদা য়াওই। নির্মলা লুহোংবগী মমাংদা মঙদা ৱারেপ লৌথি-'সিদা ইতোমতা লৈগদৌ শরুক হিদা তোংবনা হেন্না ফরনি। করিগুম্বা অকিবা জীবগী মপুক্তা চংখিবদগীদি তুরেন্দা লুপ্তুনা শিখিবনা হেন্না ফৈ' মদুসু পুন্সি চুপ্পা ঙাক্না চৎলি। তৌবদি মংসারামনা নোকপা ঙাংবদা মহাক্কী ইরাংগী ওইবা ইথক-ইহৌরকই অদুদা পৈঞ্জে। মদুদা অমোৎপা প্রেমগী মরমদি খন্দে। মহাক যৌবনগী অপাম্বদুগী অপেনবদো অতোপ্পা মওংগী মীনুংশিদা ফংবা পামজৈ। সমাজ অমদি ফত্রবা মিৎয়েংনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা মীনুংশিদুসু ফংখিদরে মহাক চাকপা হৌরকই। সংসারান্না শিরবদা নির্মলা মমাতোনবী ওইরকই। সিয়ারামগী মঙক কনবা অমদি হায়বা ইন্দবদগী মহাকপু অদোমদা চিংশিল্লকই লন-থুমদা প্রেম লৈবা হৌরকই, অসিগুম্বা অহোংবসিদা মহাক ৱাজে। পোলোয়দা পুন্নমক মাংখিদুনা শুন্য ওইরকই। অসিগুম্বা পুক্লিংগী অৱাবা শাগৎলকপসি নিয়ম্না পুল্লী মরমসিনা মমৈদা হৈনবীসিদা অঙকপা অৱাবগী মশক ওইরকই। বস, সুধাদা মহাক্কী মীনুংশিগী শরুক খর নপ্তুনা লৈহৌই অদুসু ডাক্তর ভুবন সিনহাগী তোল্লবা খুৎশিদুনা মতেংদুসু তৎখি। নির্মলাদা সুধাগুম শক্তি লৈতে অমদি অম্মাবল অদুনা নুপী ওইবগী শক্তা মিহৌববু থোয়দোক্না নিন্দা তৌবা ঙমজদে। "করিগুম্বা মহাক্কী অশাওবদুনা অসুক য়াম্না শাথিরক্কনি খঙলম্নবদি মহাক হ থক্লবসু ৱাফমসি নোক্নুনা কাওথোক্লমগনি" মসি নির্মলাগী চরিত্রগী থোইদোকপদুনি।

সুধা মসিগী হেক ওন্নবদা লৈবনি। মহাক কামুক-লমপৎ ওইবা মপুরোইবগী শিরবা তুংদা মসি হায়রকই- অসিগুম্বা লাইবক ফবীসিদগীদি ঐদি লুখ্রা ওইবনা থোয়না ফত্তনা খন্দে। হোই, সুধাগী চরিত্র-চিত্রনদা ফিদম্না হেল্লী, য়থার্থনা ৱাৎলী। সুধাগী পুকচেল চাওবদু

অপাম্বদি লৈ অদুবু ফংবা ঙমদে। মহাক নির্মলাবু চৈবগী মহুত্তা থাগৎলিবনি। প্রেমচন্দগী অসিগুম্বী নুপী পাত্রশিংনা মফম অয়াম্বদা মিহৌহল্লী।

মুন্সী তোতারামগী চরিত্র-চিত্রন 'তাইপ' না হেন্না লৈ। মশাগী ওইবদি হৈঙ্গে মরমসিনা মশাগী ওইবা গুনদা চাওখৎপা লৈতে, বস, সুপ্নগী পুম্মাং মাংহল্লবা কাম-বাসনাগী ঘাট প্রতিঘাটতা পাকথোক চাওথোরকই। পোলোইদা অধামোরা গী মীহুৎ ওইনা শাগৎলকই। অদুগা অমুক অহল ওইরবা, খাঙমদবগী মীহুৎ ওইনা জিয়ারামগী শিননবগী মরম ওইরকই। জিয়ারাম মশাবু চুমথোকচনবা ব্রাশক লৌরদুনা লাকই মদুদা মুন্সীজীনা মদু নৈহৎতুনা মাং হনখিবনি। পুকচেল চাওরবা মীওইনা চুখৎলকপা থাওমৈদু মীনুংশি খঙদবগী ফাগি অমনা মুৎথৎপিখি। অঙাওবা শগোলদু থেমদুনা নান্দুনা নুংশিনা তৌবদগী গাড়ী চিংবা হৌরক্লবনি, মদু হস্তরনা ফুবদগী অমুক নিঙাই হৌরকই অদুদগী গাড়ীদু ইস্থুরকই।" পোলোইদা সিয়ারাম সাধুগা লোয়ননা চৎখিবদা মমতাদু হল্লকই অদুগী ইথিন্দুনা মাগী নুপীদগী লাপথোক্লা চৎখি। অসুম্না মহাক মতম পুম্বদা মায়থিদুনা ঘটনা-চক্রগী মখা পোন্দুনা লৈখি। মহাক্কী থবক থৌরম খুদিং লীক্লম অমদা চৎলি।

মচা অহুমমক ইনখৎলকপগী ইথিল অমদি মশাগী নাপল লৈজবনি। ইনখৎলকপগী পুক্লিং ইথিন লৈজবা সংসারামগী কেরেক্তর ফজে। মমাগী মীনুংশিগী ইখৌ লাংলিমখৈ নির্মলাবু খঙবা ঙম্লমদে। মশাগী লাইবক্তা কপচরম্মী। মতমদুদা মহাক্কী কর্ম্ম শক্তি লৈজরম্মী তৌইগুম্বসু নির্মলাগী মীনুংশি অমদি মপাবুংগী মরম চাদনা চিংনবগী ভাব লাকপদগী মতমদুদা মহাক ব্রাশল্লকই- "ইশাগী ইজ্জৎকী নত্রবসু নির্মলাগী আত্মা সম্মানবু কল্লনবগীদমক থব্বাই দান তৌবা তাই।"

পোলোইদা নির্মলাবু কলঙ্ক লৈতে হায়বা উৎলম্লগা থব্বাই থাদোকখি।

মচানিপা অনীদুগী চরিত্রদি থোয়দোক্তে। বস, মীনুংশিদগী লাপথোক্লবা, নিয়ম ঙাকত্রবা নহাগী খুদম ওইনা অনীমক লৈরকই।

রুকমনিগী থম্মোয় য়াম্না ফজবা মওংদা ওল্লকই। মহাক অকনবা ব্যবহার থাদোক্তুনা অব্বাবদা পেৎথরক্তুনা নির্মলাবু নুংশিরকই। অহোংবসিনা মীওইবগী পুকচেলদা থাজবা পোকহল্লী। রুকমনিগুম্বী মনম্মাগী অকনবা ব্যবহারসি হৌনশানি হায়বসিমসু তশেংনা উৎলি। সমাজগী শিক্ষাদগী পোক্লকপসি। মসিমক অঙকপা নত্তে।

ভুবনমোহন সিনহাগী কেরেক্তরদি অচম্বা নহা অমগীনি। হৌবদা লন থুমদা মিহৌবগী নির্মলাগা লুহোংখিদে, মতুংদা প্রাইশ্চি তকী মওংদা মনাও নিপাগী লুহোংবদু নির্মলাগী মনাওনুপী কৃষ্ণাগা, আউৎপোৎ লৌদনা পাংথোকই। ডা. ভুবনগী নির্মলাগী মরমদা মিহৌবা হৌনশানি অদুবু খঙহৌদনা লাকনা-ফান তৌবসিদি খর ফজবা ব্রাৎলি। মহৌশাদগী থৈদোকপনি। মদুগী মমাংদা ভুবনমোহন সিনহা বাসনাগী মায়কৈদা করিগুম্বা ঈঙ্গিৎ অমত্তা লৈখিদে। ডাক্তরগী আত্মা ঘাট তৌবদু তশেংনা থাজনিংঙাই ওইদবনি।

লোন ঃ খুৎফোঙদোক

'নির্মলা' গী লোন; খুৎফোঙদোক তশেংনা প্রেমচন্দগী অতৈ উপন্যাসশিংগা মান্নবমকনি। উর্দ্দু, সংস্কৃত ৱাহৈ অতৈ উপন্যাস শিংনা শিজিন্নবগুম শিজিন্নে। তশেংনা সংস্কৃত ৱাহৈশিংসু শিজিন্নে।

'নির্মলাদা ৱাহৈ খুৎশিজিন্ন অমদি ৱাহৈ পরেংদা করি করিগুম্বদা অরানবসু ফংদবা নত্তে। অয়াম্বনা ৱাহৈ পরেং পিক্তক তৌই। পাম্বে-পাওহৌসু শিজিন্নে। মদু করি করিগুম্বদা চানদবা য়াওই। অদু ওইদুনসু পাম্বে পাউরৌশিংনা প্রেমচন্দগী লোন্দাদা অমদি কেরেক্তরদা মপুং ফাহল্লী।

মতৌ অসুম্না লোল-খুৎফোঙদোক্তদি 'নির্মলা' উপন্যাস অতৈদগী থোয়দোক্তে। মসিদি প্রেমচন্দগী খঙজ-হৈজরবা অমদি মপুং ফারবা খুৎইমল্লী।

'নির্মলা' সমাজিক উপন্যাস অমনি অদুদা যুগকী ওৎপি নৈবিরবা নুপীগী ৱারী। মতমদুগী সমাজিক অমদি সংস্কৃতিক য়ুম্ফমদা ইবনি। আলোচক খরনদি আউনপোৎকী চৎনবী অমদি চানদবা লুহোংবগী ফত্রবা ফলবু উৎপনি হায়রী।

প্রেমচন্দ মশামক্তা মফম অমদা অসুম্না ইরি 'নির্মলা' অমদি 'প্রতিজ্ঞা' দা কাম বাসিক সমাজগী ফত্তবশিংদু পুথোক্তুনা উৎপনি।"

তশেংনা য়থার্থবাদী অপিকপা উপন্যাস ওইরবসু 'নির্মলা' করিগুম্বা খ্বাইদগী থোয়বা খুৎই অমগী গুন পুম্বনা লৈতেংলিবনি হায়না য়াবা তাবনি।

লোন ঃ খুৎফোঙদোক

'নির্মলা' গী লোন; খুৎফোঙদোক তশেংনা প্রেমচন্দগী অতৈ উপন্যাসশিংগা মান্নবমকনি। উর্দু, সংস্কৃত ৱাহৈ অতৈ উপন্যাস শিংনা শিজিন্নবগুম শিজিন্নে। তশেংনা সংস্কৃত ৱাহৈশিংসু শিজিন্নে।

'নির্মলাদা ৱাহৈ খুৎশিজিন্ন অমদি ৱাহৈ পরেংদা করি করিগুম্বদা অরানবসু ফংদবা নত্তে। অয়াম্বনা ৱাহৈ পরেং পিক্তক তৌই। পাঙ্থে-পাওহৌসু শিজিন্নে। মদু করি করিগুম্বদা চানদবা য়াওই। অদু ওইদুনসু পাঙ্থে পাউরৌশিংনা প্রেমচন্দগী লোন্দাদা অমদি কেরেক্তরদা মপুং ফাহল্লী।

মতৌ অসুন্না লোল-খুৎফোঙদোক্তদি 'নির্মলা' উপন্যাস অতৈদগী থোয়দোক্তে। মসিদি প্রেমচন্দগী খঙজ-হৈজরবা অমদি মপুং ফারবা খুৎইমক্নী।

'নির্মলা' সমাজিক উপন্যাস অমনি অদুদা য়ুগকী ওৎপি নৈবিরবা নুপীগী ৱারী। মতমদুগী সমাজিক অমদি সংস্কৃতিক য়ুম্ফমদা ইবনি। আলোচক খরনদি আউনপোৎকী চৎনবী অমদি চানদবা লুহোংবগী ফত্রবা ফলবু উৎপনি হায়রী।

প্রেমচন্দ মশামক্না মফম অমদা অসুন্না ইরি 'নির্মলা' অমদি 'প্রতিজ্ঞা' দা কাম বাসিক সমাজগী ফত্তবশিংদু পুথোক্তুনা উৎপনি।"

তশেংনা য়থার্থবাদী অপিকপা উপন্যাস ওইরবসু 'নির্মলা' করিগুম্বা খ্বাইদগী থোয়বা খুৎই অমগী গুন পুম্বনা লৈতেংলিবনি হায়না য়াবা তাবনি।

# অমা

উদয় ভানুলালগী ইমুংদা মী কুনমুক লৈ, কনানা মাম্মনা পোকপা মশেল, কনানা মনেনা পোকপাময়া, কনানা ময়াম্বনা পোক্‌পা মচা তৌইগুম্বসুং মকম্মসিদা ঐখোয়না মখোয়গী শীজিন্নফম লৈতে। মহাক অকবা উকিলনী। লক্ষ্মীনা চাল্লি, লায়রবা ইমুং-মনুংগী চংজফম পীবা মহাক্কী মথৌনি। ঐখোয়গী মরীদি সুপ্পগী মচানুপীশিংনি। অহন্না নির্মলা অদুগা অতোনবীগীনা কৃষ্ণ কৌই। ঙরাং ফাওবদি মখোয় অনী লোয়ননা লাইধী শান্নে। নির্মলাগী চহী ১৫ অদুগা কৃষ্ণনা চহী ১০ শুরে অদুবু থোইনা পংখেন খেন্নদে।

অনীমক তথক-তথকই। শান্নবা অমদি কুম্মে য়েংবদা থব্রায় লূপ্পী। মবানী লাইধিবীগী লুহোংবী য়াম্না চাওনা পাঙথোকই। মতম লৈবা খিবিক্তা থবক লৈথোকই। মমানা কৌরি অদুগা মবানী কাচিন্দা লোত্তুনা লৈথোকই করি থবক হায়রক্কদৌরিবনো খল্লী। মবানীমক মৌপ্পাগা খৎনৈ। মীনাইশিংদা চৈ-থাংই। বেন্দ খোঙবা তারবদি থোঙান্দা চেনথোক্তুনা লেপ্লুই। অদুবু ঙসি অহন্না অহন, অঙাংনা অঙাং ওইনা খন্দোক্লবা রাফম অমা লাক্রে। কৃষ্ণাদি হান্নগুম তৌরি অদুবু নির্মলাদি চীংলেম্মী, অচীকপা পাম্লকই, অমদি ইকাইথীগল্লকই।

সোমদা উদয়ভানুলাল নির্মলাগী লুহোংবগী ব্রারী শানরি। ঙসিদি হোৎনবা পূম্বা মফম খঙলে। বাবু ভালচন্দ্র সিনহা গী মচানুপা অহনগা লুহোংনবা ব্রা লেপ্পখরে। ববগী মপানা হায়রকই— অউনপোৎ পীগে পীয়ু পীরোই তোকউ। অদোমগী কুশীনি মদুদা থোইনা খন্দে অদুগা বর পার্টী লাকপদদি ইকাই খুম্ননা অমদি মতিক চানা ওক্কদবনি। মদুদা ঐহাক অমদি অদোম্সু নোক্লখিদনবা হোৎনগদবনি। বাবু উদয় ভানুলাল উকিলনীনা লীকপা খঙবা পোৎ নত্তে। অউনপোৎকী ব্রারম্বনি অদুসু বর মপানা মদুগী দরকার লৈতে হায়ববদুদা জ্ঞান তারে। কনা-কনাগী মাঙদা খুৎ তিংথোক্লুগনি খনবদা কিজরম্বনি। মদুগীদমক্তসু মহাজন অনী/অহুমদি ঙাঙনদুনা থম্লবনি মানা খনবদি খুৎ খাঙল ফাওবদা য়ামদ্রবদা লিশীং কুনগুম্বদগী তাদনা খরাচ তৌবা তাই। মসিদা থাজবা থমদুনা হরাওজবগী মপান নাইরমদে।

পাউসি তাবদা খঙজদ্রিবা নুপীমচাদু মচিন্দা ফি খুমদুনা কাচিন্দা তুমিন্না ফম্লীবনি। মহাক্কী থম্মোয়দা অঙকপা চিংনবা অমসু ফাওই, খঙদে করি থোক্লগবা? তুংখোং খুদিং শকখঙদবা অকিবা অমসু ফাওরকই মহাক্কী পুক্লিং হরাও-তযামজদে, নুপীমচাশিংনা মীৎচিনা

খোইরপ য়েংদুনা , চিনবান্দা খোইথুম্ননা নোক্রদুনা অমদি পুক্নিংদা হৈনীংবা ফোংদোকই। মদুসু নত্তে মাগীদি অপাম্বা লৈতে, চিংনবা চিন্তা অমদি অকিবগী কলপনা ঙাক্তনি। যৌবনগী পুক্নিদা মপূং ফানা শাৎকায়দ্রিবা লৈরাংগুম্বীনি।

কৃষ্ণা খর-খর খঙগুমসু তৌই, খরাসু খঙদে। ইচেনা ফজ-ফজরবা লিক্নোন ফংগনি, থোঙ্গান্দা বেন্দ খোংগনি, অতিথি লাক্কনি, জগোই-ঈশৈ তৌগনি। মসি খন্দুনা হরাওজে। অদুগা মসিমসু খঙই ইচেনা ময়ামদা কপ-কপ্পুনা কোনগনি, কপ্ন-লাউনদুনা বিদায় তৌগনি। মহাক মতোমতা ঙাইহৌরগনি, মসি খল্লুবদা ৱাজে। মসি পূন্নমক করিগীনো হায়বদি মহাক খঙদে। মমা মপানা মচেবু য়ূমদগী চৎহনখিনবা অসুক য়াম্না লাংতক্লরিবা করিগীনো? ইচেদি কনাদসু করিসু হায়দে। কনাগসু খংনদে, ঐবুসু অসুন্না নোংমা চৎহনগদৌরিবরা? ঐসু কাচিন্দা ফমদুনা কপকদরা? কনাসু ঐঙোন্দা মীনুংশি পোকলোই। মরমসিনা মহাক কিজবসু ফাওরকই।

সন্ধ্যাগী মতমনি। নির্মলা য়ূমথক্তা মতোমতা ফমদুনা আকাশতা লাংতক্লনা য়েংলি। মশা পাল্লম্বা থোক্লবদি পাইখিদুনা অসিগুম্বা অৱাবসিদগী নাম্থোক্কনি। অসিগুম্বা মতমদা অয়াম্বনা মচিন-মনাও কোইবা চৎলি মরমদুনা কৃষ্ণনা মাবু কোয়থি-থিরকই। শগোল গাড়ী শংদ্রবদি লৈকোন্দা কোইবা চৎলি। থিবা ফংদ্রদুনা য়ূমথক্তা কারকই মহাকপু উরগা নোক্তুনা হায়রকই— নঙদি সিদা লোত্তুনা লৈরিবোইরে, ঐনা কোয়থি থিরুবনি, চৎলো শগোল গাড়ী লৈরে।

নির্মলানা হৈনীংদনা হায়রকই— নঙ চৎলো, ঐ চৎলরোই।

কৃষ্ণা— নত্তে, ঐগী অফবী ইচে, ঙসিদি শোয়দনা চৎলসি য়েংউ, কয়া ইংলবা নুংশিৎ শিংলিবনো?

নির্মলা— ঐহাক চৎনীংদে, নঙ চৎলুরো?

কৃষ্ণা— মপি ইরা চেল্লকই, নিক্নবা খোঞ্জেন্না হায়রকই— নঙ করিগীনো চৎত্রিবসে? ঐঙোন্দা করিগী ঙাঙদ্রিবনো?

করিগী কোইচেন চেন্দুনা লোৎলিবনো? ঐসু ইতোমতা লৈবা নুংঙাইতে, নঙ চৎত্রবদি ঐসু চৎলরোই। মফমসিদা নঙগা লোয়ননা ফমদুনা লৈরনি।

নির্মলা— ঐনা চৎত্রবদি নঙ করি তৌগনি? মতমদুদা কনাগা লোয়ননা শান্নগনি? কনাগা লোয়ননা কোয়বা চৎকনি?

কৃষ্ণা— অদুদি ঐনা নঙবুসু চৎহল্লোই। ইমাদা চৎলোই হায়বা য়াদরা?

নির্মলা— হায়রিদুনি, কনানা তাবিবগে?

কৃষ্ণা— অদুদি য়ূমসি নঙগী নত্তরা?

নির্মলা— নত্তে ঐগী ওইরদবু কনানা নমদুনা তাম্থোক্কনি?

কৃষ্ণা— অসুন্না ঐবুসু নোংমা তাম্থোক্কদরা?

নির্মলা— অদুনত্তদি ফমদুনা লৈগদরা? ঐখোয় নুপীনি ঐখোয়গী য়ুমদি কদায়দসু লৈতে।

কৃষ্ণা— চন্দরসু তাম্থোক্কদরা?

নির্মলা— চন্দরদি নুপানি, মাবু কনানা তাম্থোক্কনি?

কৃষ্ণা— নুপীমচাশিংসে য়াম্না ফৎলিরোই অদুনা ওইরিনি?

নির্মলা— ফরদবু য়ুমদগী তাম্থোক্কদরা?

কৃষ্ণা— চন্দর বদমাশনি, মাবুদি তাম্থোক্কে, নঙ ঐদি ফত্তবসু তৌদে।

চন্দর কোক কোক তৌদুনা য়ুমথক্তা য়ৌরকলে অদুগা নির্মলাদা য়েংদুনা হায়কই— নহাক সিদা ফম্নীবা ওহো, হৌজিক্তী বেন্দ খোঙগনি ইচেনা কন্যা ওইদ্রুনা দোলাইদা তোংগনী ওহো, ওহো।

চন্দরগী মপুং ফাবা মমিং চন্দ্রভান সিনহা কৌই। নির্মলাদগী চহী অহুম নৌই অদুগা কৃষ্ণাদগী চহী অনী হল্লী।

নির্মলা— চন্দর, ঐবু লংনরবদি হৌজিক ইমাদা চৎলগা তাক্লুনি।

চন্দর— করিগী লকনরুনি? নঙসু বেন্দ খোংবা তাউ। ওহো, হৌজিক অদোম কন্যা ওইরনী, কিশনী, নঙ বেন্দ খোঙবা তারোইদরা, অসিগুম্বা বেন্দদি নঙনা করিগুম্বদসু তারমখিরোই।

কৃষ্ণা— বেন্দগীসু হেন্না ফবা লৈবরা?

চন্দর— হোই, হোই বেন্দগীসু ফবা, লিশীং হেন্না ফবা লাক্ষ হেন্না ফবা? নঙ করি খঙই, বেন্দ অমা তারবদি মদুদগী হেন্না ফবা লৈত্রে সিনিনে? যন্ত্র খোঙবশিংদো অঙাং-অঙাংবা ফিজোন, অমুবা টুপী উপকনি। য়াম্না মশক ফজগনি। নঙোন্দা সিদগী হেন্না করি হায়গনি? অহেনবা যন্ত্রশিংসু য়াওরক্কনি প্লেনশিংনা আতিয়াদা পাইগনি অদুগা থবানমিচাকশিংদা থেংলুগনি অদুদগী অঙাংবা, নাপু, অশংবা অমদি শংবানবা থবান তৎ-তৎত্তনা তারক্কনি। য়াম্না নুংঙাইগনি।

কৃষ্ণা— অদুগা করি করি তৌগনি হায়য়ু দাদা চন্দর?

চন্দর— ঐগা লোয়ননা কোইবা চৎসি, অদু ওইরদি লম্বীদা লোইনা তাক্কে। কুম্মৈ কয়ামরুম তৌগনি মদু য়েংবদা নমিৎ কুপলোই। নুংশিৎতা পাইরিবা জগোয় শাবী য়াওগনি তশেংনমক্কী জগোয় শাবী স্বর্গগী।

কৃষ্ণা— ফরে চৎলো, তৌইগুম্বসুং তাক্ত্রবদি ফুগনি।

চন্দ্রভান অমদি কৃষ্ণা চৎখ্রে, অদুবু নির্মলাদি মতোমতা ফমদুন লৈহৌরবনি।

কৃষ্ণানা চৎখ্রবগী তুংদা মহাক য়াম্না নুংঙাইতে। কৃষ্ণাবুদি মহাক্না থরায়দগী হেন্না নুং শিজবনি। ঙসিদি কয়াদা মীনংশি লৈত্রবনো? ইতোমতা হুন্দোকলমদ্না চৎখ্রিবসে? ৱাদি করিসু লৈতে তৌইগুম্বসুং বাবৱা থম্মোয় অমদি ৱারবা মীৎতি নুংশিৎনা ফাও অৱাবা ওইহল্লী। নির্মলা যাম্না কৃইনা কপ্লুনা লৈরে। মচিন-মৌপা, মমা-মপা পুম্নমক অসুম্না কাউথ্রগনি। পুম্নমক্কী মায় লৈথোকখ্রগনি। মতমদ্দা মখোয়বু উনীংবনা লাংতক্লগনি।

লৈকোন্দা লৈ শাৎলি। নুংশি নুংশিবা মনম নম্লকই। শজিবুগী ইংলবা, মেংলবা নুংশিৎ শিৎলি। অতীয়াদা থাৱানমিচাক থোকক্লে। নির্মলা অসিগুম্বা অৱাবা ৱাখলসিদা লুপ্তুনা হিপ্লম্বদগী তুমথোকখরে। মীৎ উইশিনবগা মঙ মঙবা হৌরকই— মঙদা মাংদা তুরেল অমা ঈথক হৌরি। মহাক তুরেল মপান্দা হি লাকপা য়েংলি। সন্ধ্যা মতমনি। অমম্বনা অকিবা জীব অমগী মতৌ লৌরদুনা লাক্লি। মহাক অৱাবা ৱাখলদা লুপ্লী, মতৌ করম্না তুবেল লাম্থোক্লুনা ৱাংমা য়ৌগনি। কপ্লি, অহীং ওইরক্লবদি ফগনি, ইতোমতা মফমসিদা করম লৈগনি? খঙহৌদনা ফজরবা হিনাও অমা, ঘাটলোমদা লাকপা উরকই, মহাক হরাওবনা চোংখৎলম্মী। হিনাওদুনা তৌবর্বন নকশিল্লকপদা হিদা কাখৎনবা চঙশিল্লম্মী। হিনাওদুদা খোঙ হেক থাঙজিনগে তৌবদা হিহোনবদুনা হায়রকই— মফমসিদা নঙগীদমক মফম লৈতে। মহাক্না হিহোনবদুদা হায়জরম্মী, খোঙদা তুরকই-কপ্লকই তৌইগুম্বসুং মহাক্না হায়রকই— নঙগীদমক মফম লৈতে। মিৎকুপ্তা হিনাওদু হোনখরে। মহাক্না লাউ— লাউদুনা কপ্লকই। তুরেলগী মী তাদ্রবা তোবর্বান্দা অহীং নোংশোইবা ইতোমতা করম্না লৈগনি, মসি খল্লুবদা তুরেলদা চোংথদুনা হিনাওদু ফারসিরা? খুদক্তা খোঞ্জেন অমা তারকই— ঙাইখো ঙাইখো, তুবেলসি লূই, লুপকনি। হিনাওসে নঙগী নত্তে, ঐ লাক্লে, ঐগী হিনাওসিদা তোংলো লাউ, ঐনা ৱাংমদা লাম্থোকপিগনি। মহাক্না কিথি-কিরুম তৌদুনা কোইলৈ লৈদুনা য়েংলকই কদায়দগী খোঞ্জেননো? ঙাইহাক লৈরগা পীক্লবা হি অমা লাকপা উরকই, মদুদা পাল য়াওদে, চৈঙাক অমদি মস্তুল।

হিরু কায়রে, উপাক তেকলে, হিদা ঈশিং হাজিল্লক্লে, নুপা অমনা মখূৎনা শোক্লুনা কম্থোক্লী, মসিদি তেক্লে করম্না ৱাংমা থুংলুগনি? হিহোনবদুনা হায়রকই— নঙগীদমক মসি থারকপনি লাক্লুনা তোংলরো! মহাক মিকুপ অমা খল্লী— মসিদা তোংগদরা? মমৈথংদা লেপ্লে, মসিদা তোংলগে। মতোমতা লৈবগী শরুক তোংবনা ফরনি। করিগুম্বা অকিবা ফংলবা জীবগী মপুক য়ৌখিদৌ শরুক তুরেলদা লুপখিবা হেন্না ফরনি। কনা খঙগনি হিসে লাম্থোকপসু। মসি খল্লগা থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হিদা তোংখৎলে। ফনা শাংনা হিদু হাই হুম্না চৎলি, অদুবু মিৎকুপ খুদিং মদুদা ঈশিং যুশিল্লকই। মহাকসু হিহোনবগা লোয়ননা ঈশিং কম্থোকপা লাক্লরি। মখূৎ চোকথর ফাওবা ঈশিংদু হেনগৎলকই। মমৈদা হিদু হাইবা হৌরকই।

হি লুপ্পগনি খল্লী। করিগুম্বা মশক উদবা মতেংগীদমক খূৎ তিংথোকই, হিদু মখাদা নাম্বুরকই। মহাক্কী খোঙ ফুকৎলকই, মহাক্কা কন্না লাউই, লাউনা লাউনা মমীৎ পাংথোরকই। মমানা মরেঙজুম পায়দুনা নোমদুনা লৈবা থেংনবকই।

নির্মলা

# অনী

বাবু উদয় ভানুলালগী য়ুমদো বাজারদা লৈবনি মাঙ্গোন্দা সনা শাবগী নুংথং মখোন, কাদা দর্জিগী কোনগী মখোন তারি। মমাঙদা নীম পাস্বী মখাদা, উশুবদা হিদান চল্লী। য়ুমথক্তা মিঠাই শানবা লৈরংগী লৈপাক থোল্লী। অতিথিশিংগী তোঙান-তোঙান কা পীনবা হোৎনৈ। অতিথি খুদিংগী হিদান অমা চৌকি তেবল অমমম পিগদবনি। অতিথি অহুম খুদিংগী ঈশিং শোক্লবা অমা থল্লবা ব্বারেপ লৌরে। হৌজিক বর পার্টি লাক্কদবা থা অমদি ব্বাৎলি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তগী থৌরাং তৌবা হৌরে। কনাগুম্বনা ব্বা ঙাঙবা ঙমদনবা মওংদা বর পার্টি ওক্কদবনি। কনাগুম্বগী বর পার্টীদা অসুম্না তৌথি হায়বসি নীংশিংহৌরনি। য়ুম অমদি কোল্লীক্তনা থল্লে। চাগী সেট, ব্রেক ফাষ্টকী প্রেটশিং, পুখম, খুজাই অমদি গিলাস শুরে।

নুমিৎ খুদিংগী হিদান্দা ফমদুনা হিদাকফু চিংদুনা লৈবা মীসু থবক্তা পূক্লিং চঙলি। মশাবু কান্নরবা মীওই ওইনা লৌখিনবা অসিদগী হেন্না তাঞ্জা ফংলোই। মী অমগী দরকার ওইবদুদা মঙা লাকই। থবক্লা ব্বাৎলবনি। লাংবসি মপা লৈতে। খজিক-খজিক ওইবা থবক্তা পূংমুক খন্নৈ-নৈন্নৈ, মমৈদা উকিল সাহেব লাক্লগা ব্বারেপ লৌই। অমনা মসি ফত্তে, অমনা মসিদগী ফবা কদায়দগী লৌরুনি? অতোপ্পা অমনা পামদবা ফোঙদোক্লকই। মরীশুবনা হায়রকই নঙগী নাতোন পৎলে, নঙনা করি খঙবনো? ঘী কদায়বু কৌবগে? মফমসিদা লাকপদগী ঘী ফংলে নৎত্রবদি উবা ফাওবা ফংলোই। মসিদা য়েৎনরকই উকিল সাহব লাক্লগা খৎনবদু তোকখি।

নুমিদাংগী পূং ৯ তাখ্রে। উদয়ভানু লাল মনুংদা ফমদুনা খরাচগী হিসাব পারি। মহাক নুমিৎ খুদিংগী হিসাব পায় মদুদা নুমিৎ খুদিংগী খরা নৎত্রগা খরদি হোংদোক হোংজিন তৌবা তারি। মনাক্তা কল্যানী পিশুম শুক্লদুনা লেপ্লম্মী। বাবু সাহেবনা কুইরবগী তুংদা মঙক থাঙগৎলকই অদুগা হায়রকই লিশীং তরাদগী তাদে, তশেংবদি খরাসু হেনগৎলকপা য়াই।

কল্যানী— নুমিৎ তরানিসিদা লিশীং মঙাদগী লিশীং তবা য়ৌরবা। থা অমদদি লাক্ষ অমা য়ৌবা য়ারি।

উদয়— করি তৌনি। পোৎ তাংসিসু ফবদি নত্তে, হায়রুরবসু মীশিংসিনা হায়নি-মিংচৎকা মশাগা মান্নদে। ঐঙোন্দগী অউনপোত্তা পাই অমা লৌরোই অদুনা অতিথিশিংবু নীংথিনা, ইকাই খুম্মনা ওকপসিদা ঐগী করিগুম্বা অৱাৎপা থমলোই।

কল্যানী— ব্রহ্মনা লৈশেম্লকপদগী হৌনা বর পার্টিবু পেনহনবা ঙমখিবরা? মখোয় দোষ পুথোকপা নৎত্রগা নিন্দা তৌবগী তাঞ্জা ফংলবনি। ময়ূমদা চাক-ইঞ্জাং মওং তাদনা চাবদুসু বর পার্টি চৎলবদি নিংথৌ শারে, থাও মনম নুংশিবা, সাবুন লুপা অমগী সের অমা তৌবসি কদায়দগীনো লৌরুরিবা। লালটেন মৈখু কাই, চৌকিদা মা লৈ, হিদান নোম্মী। বর পার্টিগী মফমসে হৱা নুংশিৎ চঙদে। অসুম্না ৱাকৎ লিশীং লিশীংনি। মখোয়বু অদোম্না কদায় ফাওবা থিংবীগদৌরিবনো? মসিগী তাঞ্জা ফংদ্রবদি ছিদ্র অমা হেক্তা পুথোক্কনি। মসিগী থাওসিদি নুপীনা তৈগদবনি, ঐখোয়গীদি অচম্বা থাও পাম্মী। সাহেব সাবুন থারক্তে, মশাগী ইনাক খুনবা মতৌ উৎলি অদুগা ঐখোয়বু সাবুন উদ্রদৌনা। ঈশিং শোকপসি যম দূতনি, হেক হায়রুরবসু কোক শায়দৌই। লালটেলসে কয়াদা ঙানখ্রবনো? করিগুম্বা নুমিৎ মঙানি-তরানি সিদা ফম্লবদি মীৎপু তাংনিনে। লুহোংফমসিনা করিনো? লায়বক লৈতবগী লায়বক্নী। মমিদা মায়গৈ মরিদগী হায়জিল্লক্কনি। ঐদি হায়জরিবসিনি বর পার্টিগী পেন্নবা ৱাখলদুমক থাদোকপিয়ু।

উদয়— অদুদি ঐবু করি তৌনবা নঙনা হায়রিবনো?

কল্যা— হায়রিবসিনি। ৱারেপ লৌরো মদুদা লিশীং মঙাদগী হেন্না শীজিন্নরোই। য়ূমদদি পাই অমফাও লৈতে, পৃশিনবগী আশাদা লৈরে। পূবা হায়দুসু পুস্সিদা শিংবা ঙমলোয়দৌববু করিদৌনি? ঐগী অতৈ অঙাংশিংসু লৈরি। মখোয়গীসু খরা খল্লু। দরকার লৈরিবনি।

উদয়— অদুনি নঙনা ফমদুনা হায়নীংলিবসে?

কল্যা— মসিদা অকায়বা করিসু লৈতে। শিবদি মী পূম্বা নোংমাদি শোয়দ্রবনি। কনাসু অমর ওইনা লাক্তে। মীৎ উইশিনখিবগী ৱাফমসিদি লৈথোকপা য়াবা নত্তে। নুমিৎ খুদিংগী উরিবসিনি, মপা শিখিবদা মচাশিং খুলক-লৈরক কোইচেল চেন্নী। মীওইবনা অসিগুম্বা করিগী তৌরিবনো?

উদয়ভানুনা শাওনা হায়রকই— অদুদি শিগদবা নকশিল্লক্তে খল্লু সিরা? মসি নঙগী লাইফাওনিনে। মপুরোইবা লৈবা নুপী অৱাবা লৈতে তাই, ঙসিদি অনৌবা ৱা অমা তারে, লুখ্রাবী ওইবদা নুংঙাইগনিনে।

কল্যা— নঙোন্দা তাইবঙ পানগী চৎনরোনগী ৱা অমা হায়রবদি ফত্তনা খল্লী হুগুম খানা।

মরমসিনা নৎত্রা মসিগী লৈফম অরেপ্পা লৈতে ঐগী ইপান চাররিবনি নৎত্রদি করিনো? ৱা অমত্তা হায়রুরবদি কোক শায়দৌই। ঐসে য়ূমগী মীনাইনি। ঐসে চাক-এঙ্গাং অমদি শেৎপা চাবগী মরীনি। ঐনা নোল্লী মখৈ নমথনবা হোৎনৈ। অরেম্বদা খরাচ তৌ মদুদা হায়গনু, য়ু-নুংদা পৈশা মাংহল্লু মদুদসু করিসু হায়রনু, মদুগী অৱাবা ময়ামদো ইচাশিংগী মথক্তা তাগদৌরিবনি।

উদয়— অদুদি ঐসে নঙগী মীনাই ওইবা তারেনে?

কল্যা— ঐদি নহাক্কী ওইরিবরা?

উদয়— নুপীগী খুদোনবীদা উঙবা নিপাসু লৈরম্বা য়াই।

কল্যা— নুপাগী খোংউপকী চৈফু খাঙবা নুপীসু লৈরম্বা য়াই।

উদয়— ঐনা পৈশা তাল্লীবনি। অপাম্বা মওংদা খরাচ তৌগনি মসিদা ঙাংনবা কনাগীসু অধিকার লৈতে।

কল্যা— অদু ওইরদি নয়ুমনি, ননীং তৌ, ঐদি থাপ্পা সলাম তৌজরগে। মসিদা ঐগী করিসু লৈত্রবনিনে, য়ূমসিদা নঙগী অধিকার লৈরিবাদুমক ঐগীসু লৈরিবনি। মসিদা যব অমা তাবা নত্তে। নংনা নশাগী নিংথৌ ওইরবদি, ঐসু ইশাগী রাণীনি। নহাক্কী নয়ূম য়াইফবা ওইসনু, ঐগীসু পূক্কীদমক করিসু ৱাৎপা লৈতে। নহাক্কী নচানি হিংহনগেরা, হাৎতোককেরা, মীৎনা ফাও য়েংলোই, ৱাবোই, মিৎ তাংলবদি ৱাদরে।

উদয়— নঙ লৈত্রবদি য়ূমসে পাল্লরোই সিনিনে? ঐ ইতোমতনা সিগুম্বা য়ূমসিদি কয়ামরুম পানবা ঙমগনি।

কল্যা— কনানা হয়রিবা? ঙসিদগী থাসিগী মনুংদা লৈপাক্তা হেক তিনদ্রবদি করিনো থানসি, মদুদা হায়দে হায়নু?

মসি হায়না হায়না কল্যানীগী মায়থোঙ ঙাংলকই। ফুক হৌগৎলি অদুগা কারোমদা চৎখি। উকিল সাহেব কেসতদি অশোয়বা থিদুনা পুথোকই অদুবু নুপীগী লিচৎকী মরমদদি জ্ঞান লৈতে। মসি বিদ্যা মখল অমনি, মসিদা মীওইবনা অহল ওইরবসু করিসু খঙদনা লৈহৌই। করিগুম্বা মহাক্না নেমথদুনা কল্যানীগী মখূৎ পায়দুনা ফমহল্লবদি মহাক শোয়দনা লেপ্পা য়াবনি। তৌইগুম্বসুং মদুদি তৌদ্রদনা চৎলমদাইদুদা অমুক্কা নোৎশিল্লী। হায়রকই মপামগী নাপন ওইরিনি?

কল্যানী থোঙদা লেপ্তুনা মপুরোইবদা মীৎ ঙাংনা য়েংলকই অদুগা শাওরপ্না হায়রকই—

ইপামসু ঐগী লায়বক্কী মরূপ নত্তে, ঐসু অদুক য়াম্না হন্থবদি নত্তে, মখোয়দা য়েৎলুগদবা।

উদয়— অদুদি কদায়দা চৎকদৌরিবা ?

কল্যা— মদু হংলিবা নঙবু কনানো ? ঈশ্বরগী খুৎশেমদা মশিং থিঙমদ্রবা মীওইশিংগী লৈফম লৈরগা ঐগীদি করিগী লৈরোই ?

মসি হায়রদুনা কল্যানী কাদগী মপাল থোকখি। মাঙ্গোন্দা অমুক্তং অতীয়াদা য়েংখৎলুই, থব্বানমিচাক্লা শাক্ষিনি হায়বগুম তৌই। ঐবু য়ুমসিদগী কয়া নুংশিহৈতনা তাম্বোক্লীবা ? অহীংগী পূং ১১ তাখরে। য়ূমদো পূমচিক চিকই। মচানুপা অনীগী ফমুং মাগী কাদুদা থাই। মহাক কাদুদা লাকই। চন্দ্রভানু তুম্লীবদু উরকই। খ্বাইদগী পীকপা সুর্যভানু ফমুংদা হৌগৎতুনা ফম্লী। মমাবু উবদা হায়রকই— ইমা নঙ কদায়দা চৎলুবনো ?

কল্যানী লাপ্তক্লা লেপ্না লেপ্না হায়রকই— কদায়দসু চৎতে, ইবুংঙো নপাগী মনাক্তা চৎলুবনি।

সুর্য— নঙ চৎখ্রবদি ইতোমতা কিজরকই। নঙ কৈদৌনা চৎলিবনো হায়য়ু ?

অসি হায়দুনা পম্বীনবা মখূৎ অনী তিংথোক্লকই কল্যানী হৌজিক মশাবু খাম্বা ঙমজদে। মমাগী মমতাগী মীনুংশি ইচেন্না মাগী চাক্লবা থম্মোয়বু থুমজিল্লকই। থম্মোয়গী থোৎলবা পাম্বীদো অশাওবা মৈশানা খুইরুববনি অমুক হন্না ইশং শংলকই। মিৎলু পিরাং ইরা হৌরকই। মহাক্লা মচাবু মতম্বাক্তা পমখৎলে। মথাদা কোনখৎতুনা হায়রকই— নঙ করিগী কৌরক্তরীবনো ইবুঙো ?

সুর্য— কৌবনি নঙ তাদে, হায়য়ু করিগী চৎলিবনো ?

কল্যা— নত্তে, হৌজিক অমুক চৎলরোই।

অসি হায়দুনা কল্যানী সুর্যভানুবু কোন্দুনা ফমুংদা হিপথখি। মমাগী মথাদা কোন্দুনা অঙাংদো চিংনেদনা তুমথখ্রে। কল্যানীগী পূক্নিংদা অফ-ফত্তগী ৱাখল হৌরকই। মপুরোইবগী ৱাঙাঙ নীংশিংলুরগা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎনীংলকই তৌইগুম্বসুং মচাশিংগী মায়থোং উরুবগদি মচা নুংশিবগী ইহৌনা থম্মোয় থুমহৎলকই। অঙাংশিংসি করম্না থাদোক্তুনা চৎকদবনো ? ঐগী ইচাশিংসে কনানা য়োকপিগনি ? কনাগী ওইদুনা লৈহৌগনি ? কনানা অয়ুক্তা শঙ্গোম অমদি হলৱা পিজগনি ? কনাগী মতম্বাক্তা তুমগনি ? কনানা হৌদোকপিগনি ? মখোয়গীদমক পূন্নমক খাঙলগে। ইকাইবা পীবা, অফ-ফত্তবা হায়বা, চৈ থাংবা পুন্নমক মখোয়গীদমক খাঙলগনি।

কল্যানীদি মচাগা তুমখরে। অদুবু বাবু সাহব তুম্বা য়ারমদে। চৈনা পীবা য়াবা ৱাফম পূম্বা কাউবা য়াদে। ওম্বোকপনি লমচৎসিদি ? ঐসিমক মাগী নুপীগুম খল্লী। ৱাসি চিন্দা হায়দোকপদা খরা লুনা থোকই। হৌজিক ঐসে মাগী মীনাই ওইদুনা লৈগদরা ? য়ুমদা মা মতোমতনি মপু, অতৈদি অতোপ্পা অরেম্বনি, পূন্নমক তাম্বোকপা তারিবা ? কল্লকই। মপূক্নিংদা

খল্লী, করিগুম্বা মসি শিগ্নবদি ইতোমতা নুংঙাইনা লৈহৌনীংই? কয়া কুইরবনো ঐনা তারক্লীবসে অসুম্না কল্লক পেনা ঙাঙলিবসে? মপামগী নাপল ওইরিনি। পূক্নিংগী ৱাদি করিগুম্বদা ঙাঙথোকপনি কয়া কুইনা লোত্তুনা থমগনি? তৌইগুম্বসুং মফমদুদা কনাসু ৱা অমত্তা হংবীরোই। হৌজিক্তী থাগৎলি। চৎলগা খঙগনি মতমদুদা চাক্কী এঙ্গাংগী ভাও খঙলকপদা ভাব তানি। কপ্পুনা লাক্কনি। অঙকপনি নাপল, খল্লীনি ঐহাক্তনা য়ুমসি পাল্লীবনি”, হৌজিক নুমিৎ মরিনিদং কদায়দনো চৎলুরবদি মখঙগদবনি। নাপল পূম্বা মাংখিগনি। অমুক্তংদি মাগী নাপলসে থুদেক্কে। লুখ্রাবীগী মহাও তংলবদি খঙগদবনি, মাগী থৌনা ঐবু চৈরিবসি। খল্লীনি নুংশিবগী ৱাফম লৈতে মানা খল্লীবনি, য়ুমসিদা নপশিন্দুনা লৈরবনি, চৈনীংবা মখৈ চৈবা য়াই, মফম লেঙলোই। ৱাদি সংসারসিদা লেঙদবা ওইরবনি। য়ুমলা নৎত্রগা নরক্লা? নিপানা মপান্দগী ৱানা চোকথদুনা লাকপদা য়ুমদা পোখাবা ফংই। মফমসিদা পোখাবগী মহুত্তা মীচৈ তাবা ফংই। ঐগী শিবগীদমক ব্রত তৌরে। য়েংগে মাগী নাপল উফুল ওনখিবদো। মসিনি চহী ২৫ গী য়ুমপানবগী পুন্সিগী অরোইবা। বস, চৎতুম চৎকে। নুমিৎ মরী মঙানিদং মতিক চাই। ফরে, নঙসু নীংশিংগনি কনানা চৈফুসি চাগদৌরিবা?

মসি খন্না-খন্না বাবু সাহেব হৌগৎলকই। রেশমগী ইন্নফি ইনশিল্লী। পৈশা খরা লৌরে, কার্ড লৌথোক্তুনা ফুরিৎ খাওদা হাপশিল্লে। চৈ পায়খৎলি অদুগা তুমিন্না মপান থোরকই মীনাই পূম্বা নুংঙাইনা তুমথখি। হুইদো শমিন ফংবাগা খঙই, মাগী মতুং ইন্নরকই।

অদুবু লীলাসি বিধীগী খূৎনা লেঙবনি হায়বসি কনানা খঙগনি? পুন্সিগী ফম্বাক্তা লীলা উৎলিবা থৌবুদুনা করিগুম্বা অরোনবা মফমদা ফমদুনা লৈরগা মাগী নুংশি হৈত্রবা থবকসি উৎলিবনি। মতৌ-তম্ববু অশেংবা ওইবসু য়াই হায়বসে কনানা খঙগনি। মতৌ-তম্বদু অশেংবা ওইনা লৌনরক্কদৌরে।

অহীং লাইরেম্বীনা নুমিৎ থাবু মায়থীবা পীরদুনা মাগী সম্রাজ্য লিংখৎলকই। মাগী হিংচাবা লান্মীনা প্রকৃতিদা অৱা অনা শন্দোক্লী। অফবা লীচৎনা মায় খুমদুনা লোত্তুনা লৈরে ফত্তবা লীচৎনা জয় ওইবগী নুংঙাইবনা ময়া কারি। জঙ্গলদা জঙ্গলগী জীবশিংনা শিকারগী থোরক্লী। সহরদা মীহিংচাবনা লৈরক-খুলক থুংনা কোইরি।

বাবু উদয়ভানুলাল গঙ্গাগী মায়গৈদা য়াংনা চৎলকই। মহাক্লা গঙ্গা মপান্দা ফুরিৎতু থনম্লগা মির্জাপুরদা চৎনবা লেপ্লম্মী। মাগী ফুরিৎতু উরগা লুপ্তুনা শিখিবদা থাজগনি। কার্ড ফুরিৎ খাওদা য়াওরি। খঙবদা করিসু ৱাররোই। মীৎনা কুপ্পদা সহর শিঙ্খুংনা খবর থুংলগনি। পূং ৮ লোম তাবদদি সহরগী মী পূম্বা থোঙ্গান্দা পূল্লগনি, মতমদুদা য়েংগে দেবীনা করি তৌবগে হায়বদো।

অসুম খন্দুনা সাহেব লৈরক্তা চৎলি। খঙহৌদনা মাগী মতুংদা মী অমা লাকপগী

শাহুম ফংই। কনাগুম্বা ওইরিনি খল্লী। মাঙদা চৎখৎলি অদুবু মানা লৈশিনবা লৈরক্তুদা মীদুসু লৈশিল্লকই। অদুদা বাবু সাহেব চিংনবা পোক্লকই। মীসি মাগী মতুং ইন্নরকপনি মাগী ৱাখল শেংদে হায়বসু খঙলকই। মহাক্না লাইট লৌথোকই, মদুগী মঙান্দা মীদু ঁরে। মশা ফরবা নিপাদুনা মরেংবান্দা চৈ থোংলদুনা লাকই। বাবু সাহেব মাবু উবদা খঙই। মহাকসি সহরগী ফাওরবা ফত্তবা মীনি, চহী অহুমগী মমাঙদা হুরানবগী কেস তৌরকই, উদয়ভানুলাল সরকারগী মায়কৈদা লেপ্পনি। অদুদা চহী অহুমগী দন্দি ফংখিবনি। অদুদগী হৌনা মাগী ঈ খৌরাংখিবনি, ঙরাংদমক থাদোক্লকপনি। ঙসি লাইগী নোংদমদগী বাবু সাহেব মতোমতাঅহীংদা উবদুদা লমন খুম্নবগী অফবা তাঞ্জানি খল্লী। তাঞ্জাসে অমুক ফংদবা য়াই। থুনমক মতুং ইন্নরকই। চৈনা থাগদৌরবা মতমদুদা বাবু সাহেবনা লাইট কাপ্লকই। ফত্তবা নিপাদুনা খংলেপ লেপ্তুনা হায়বকই— বাবু সাহেব খঙলিনিনে, ঐহাক মতইনি।

বাবু সাহেবনা চৈরদুনা হায়রকই— নঙ ঐগী ইতুং ইন্নরক্লীবা করিগীনো?

মতই— করিগীনো হায়বা? কনাগুম্ববু লম্বী চৎপদা থিংবা লৈবরা? লম্বীসি নঙগী নপাগীরা?

বাবু সাহেব নহা ওইরিঙৈদা কুপ্তী হৈরকই। হৌজিকসু মশা মউ ফবা নিপানি। মপূক ফওবা লৈতে। চৈদু পায়দুনা হায়রকই— হৌজিক ফাওবা পেন্দরি? হন্দক্তী চহী তরেৎকী দন্দি ফংগনি।

মতই— ঐনা চহী তরেৎ নৎত্রগা তরামরী চৎপা য়াই অদুবু নঙদি হীংনা থাদোক্লরোই। হোই, নঙনা ঐগী খোঙদা তুদুনা কনামতবু দন্দি পীররোই হায়রবদি থাদোককে য়াবরা হায়য়ু।

উদয়— নহাক্কী ফত্তবা মতম লাক্ত্রীবরা?

মতই— ফত্তবা মতমদি ঐগী নত্তে, নঙগীনি। হায়য়ু ৱাশক্লীবরা? অমা

উদয়— নঙ হন্দোক্ত্রীবরা? নৎত্রগা পুলিস কৌরা?

মতই— অনী

উদয়— হন্দোকউ বদমাশ মাঙসিদগী?

মতই— অহুম

মচিন্দা 'অহুম' হেক হায়বগা বাবু সাহেবকী কোক্তা অকনবা চৈফু অমা হাইথরকখি। বাবু সাহেব জ্ঞান মাংদুনা লৈমায়দা তুথরকখি। মচিন্দা অসিদমক হায়রকই— হায়, হাৎলেদনা। মতইনা নক্না লাক্লগা য়েংলম্মী। কোক কায়রে, ঈগী ইচেন চেম্বরকই। মিহুনসু মফম খঙখিদরে। শিরে হায়বা খঙলে। মখুক্তগী সনাগী ঘড়ী লৌথোক্লে, ফুরিত্তগী সনাগী

কুদাম, খুত্তগী খুদোপ অদুগা করিসু তৌদবদৌনা মশাগী লম্বীদা চৎখে। হোই, মীনুংশি খরদি উৎলম্মী অশিবদু লম্বীদগী চিংদুনা পুরগা নালাদা থাদরম্মী।

হায়। ইহ্লোকপনি করি খন্দুনা চৎখিবনো? করি ওইরবগে? পুন্সি নঙোন্দগী হেন্না মরু য়াওদবা সংসারসিদা করিবু লৈরবিগে? নুংশিৎকী শাফু অমদা মুৎখিবা থাওমৈগুম পুন্সি নঙসু মিৎকুপকী ওইবা নৎত্র? ঈশিংদা কাবা কোঙ্গোন্দু মদুনা তাকপা মতমদু ফাও পুন্সি নঙদি শাংদে। নুংশাশ্বরগী আশাদি করিদৌনি। অসিগুম্বা মাংবা নাইবসিদা অপাম-মিহৌগী কয়া ব্রাংল-চাওরবা ফুরা শারুরিবা? কনাসু খঙদে হোনজিনখ্রিবা শ্বরসি অমুক হোন্দোরক্তবসু য়াই, অদুবু ঐখোয় অমরগুম অদুম খন্নে।

## অহুম

লুখ্রাবীগী তেংথা নাওই অমদি মপী-মপা লৈত্রবশিংগী কপ্পা তারগা পাবিরিবশিংগী থম্মোয় ৱাহনজরোই। দশাসি তারিবা মীদুনা কপ্লী, তেংথা নাওইজৈ, অৱা-চৈথেং ফংই, মসি অনৌবা ৱাদি নত্তে।

অদোম্না পান্নবদি কল্যানীগী অকনবা পূক্নিংগী অৱা-চৈফুসিগী কলপনা তৌবদি য়াই—"ঐ ইশামক্তা ঐগী থৱায়গী মবুংঙোবু হাৎলবনি।" ৱাহৈদনা মাগী অশাওবগী ইচেন্দুনা থুমহৎখিদুনা মচিন্দগী চেকশিনহৌদনা হায়দোকখিবদুনা মাগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম চৈনা ফাওরক্নী। করিগুম্বা মপুরোইবনা মাগী তম্বাক্তা নাহে-নাহেদুনা থৱায় থাদোকখিবা ওইরবদি মশাগী মথৌ পাঙথোকচরে খঞ্জবদা পেঞ্জরমগনি। অৱাবা চৈফু খাঙনবা থম্মোয়গীদমক্তা সিদগী হেনবা তপথনবগী ৱাহৈ লৈরোইদ্রা? মপুরোইবনা পেনবীখরে হাযনা খঞ্জবদা কয়া পেঞ্জগদবা? অরোইবা মতম ফাওবা মাগী থম্মোয়দা প্রেম লৈরি খঞ্জগদবা অদুবু কল্যানীনা অসিগুম্বা মখলগী অপেনবসি ফংজদরে। মহাক্না খল্লী, ঐগী চহী ২৫ গী নীংজরকপগী মহৈ য়ান্দরে। অরোইবা মতমদা ঐহাক থৱায়গী মবুংঙোগী নুংশিবদগী লাপথোকখরে, করিগুম্বা ঐনা অদুগুম্বা অকনবা ৱাহৈদু হায়রমদ্রবদি, মহাক অহীংদা কৈদৌঙৈদসু য়ূমদগী মপান থোক্রোই। খঙদে মহাক্নী পূক্নিংনা করি করি খল্লমগদবা? মহাক্নী পূক্নিংগী ৱাফমবু কলপনা তৌরদুনা, মশাগী মরান চাওথোকহন্দনা নুমিৎ চুপ্পা শাওজদুনতা লৈ। মচাশিংদা থৱায়দগী হেন্না লুনা নীংলম্বদো মখোয় উরগা খোইরাং-খোইশাওনৈ। মখোয়গীদমক্তনি ঐনা ইপুরোইবগা য়েৎনরুরিবসে। মখোয় ঐগী য়েক্লবনি। মফমসিদা নুমিৎ চুপ্পা ওফিসকুম মী তিল্লম্বা হৌজিক মফমদু উফুল হৌরে। মেলাদুসু লোইখরে। পিজগদবা লৈত্রবদা চাগদবশিং করম লৈগনি? তপ্না তপ্না থা অমগী মনুংদা মচা মশুশিংদো লোইনা বিদায় লৌখ্রে। মখোয়গী ৱাখলদি ঈশিংগী মহুত্তা ঈ তাহনবশিংগী মরক্তা লৈরিবনি। অসুক থুনা চেনখি তুংহন্না ফাও য়েংলক্তে। সংসারদো অতোপ্পা মওং অমা ওইখ্রে। অঙাংশিংদু উরগা নুংশিবা পোক্লম্বদু মমায়দা হয়িং তোংলে। খঙহৌদে মঙান্দো কদোমদা চৎখ্রবা?

অৱাবগী ঈথক নেমথখ্রে। হৌজিক নির্মালাগী লুহোংবগী সমস্যা লাকই। মী খরনদি

চহীসি য়েথোক্লবা পাউ তাকপিরকই। কল্যানীনা হায়রকই থৌরাং অসুক য়াম্না তৌরবসিদা লুহোংবা য়েথোক্লবদি লাংলল্লীবসি লোইনা মাংখ্রগনি। মথং চহীদা থৌরাং অমুক তৌগনি। মদুগী আশাদি লৈতরে। লুহোংথোকপনা হেন্না ফরনি। লৌথোক লৌশিনগী ৱাফমদি লৈতরে। বর কাঙবুগী সেবা লাংবগীদমক্তা অয়াম্বা পোৎ চৈ লৈরবনি, থীম্বদা অমাঙবগী অমাঙবা ঙাক্তনি। মরমসিনা মহাশয় ভানচন্দ্রদা অৱাবা পাউগা লোয়ননা পাউসিগা থাখিরমমী। কল্যানীনা মাগী চিঠিদা ইরম্মী মরায়বক থীরবীসিদা থৌজানবীয়ু, লুপ্পবা হিনাওবু ৱাংমা লাম্থোকপিয়ু। ইপুরোইবগী পূক্লিংদা অপাম্বা কয়া মরুম লৈরম্মী অদুবু ঈশ্বরনা অতোপ্পা অমা পামখিবনি। হৌজিক ঐগী ইজ্জৎ নখূত্তা লৈরবনি। কন্যা অদোমগী ওইখ্রবনি। ঐহাক অদোমগী সেবা-লাংবা তৌজবদা লায়বক ফবনি খঞ্জগনি তৌইগুম্বসুং মদুদা নীংবা থুংদবা তারবসু ঐহাক্কী ফিভম্ব য়েংবীদুনা ঙাকপীগনি। ঐহাক্না থাজজে অদোম্মক্না মপু পান্দ্রবীগী নিন্দা তৌবিরোই নীংজে।

কল্যানী চিঠিসি ঙাক্তা থাদরে, পুরোহিত্তা হায়রকই— অদোম খরা ৱাবীবা তারে। অদোম্না চৎলগা চিঠিসি পীবিয়ু অমদি ঐগী মায়গৈদগী য়াম্না নোল্লক্না মসিমসু হায়বিয়ু মী অদুক্কী মতিক য়ামদনা লাকপিয়ু। শিনবী লাংবীনবা লৈজদে। পুরোহিত মোটেরাম হুমনি শুবা নুমিত্তা পাউসি পুদুনা লখনউদা থুংউরে।

সন্ধ্যা মতমনি, বাবু ভানচন্দ্র ড্রোইং রুম মমাঙদা অরাম চৌকি অমদা ফুরিৎ লিত্তনা হিপ্তুনা হিদাকফু চিংলি। মতমদুগী ওইনা মহাক মশা মউ ফবা মীনি। অমুবা লাইগুম্বনি নৎত্রগা হবশী অফ্রিকাদগী ফাদুনা পুরকপা মাল্লি। কোক্তগী খোঙ ফাওবা মচু অমতা-অমুবা মায়থোঙ কয়াদা মুরিবা। লায়বক্কী অরোইবা অমদি কোক্কী অহৌবা মফম খঙদে। বস কয়লাগী অহীংবা মূর্ত্তিনি। মহাক অশাবনা তাথি। নুপা অনী হুমাই পায়দুনা হুমলি মসিদসু হুমাং ঈরিক চেম্থরক্লী। মহাক এক্সাইজ ডিপার্মেন্টিতা অৱাংবা ফম পায়রি। তলব লুপা ৬০০/- ফংই। য়ু য়োনবশিংদগী শেল য়াম্না চায়, য়ু য়োনবনা য়ুগী মিংদা ঈশিং য়োল্লবসু য়াই, পূং ২৪ দুকান হাংবা য়াই অদুবু মহাকপুদি হরাওহনবা তাই। আইন পূম্বা মখুত্তা লৈ।

কয়াদা অকিবগী মশক ওইরবা মূর্ত্তিনো হায়ববু থাবল ফরবা অহীংদা নুপী অঙাং নত্তনা নুপা ফাওবা খংলিবনি। থাবল ফরবা অহীং হায়রিবগী মরমদি থামম্বা অহীংদদি মাবু উবা ফংদে মাগী মুরৈনবদো অহীংগী অমমবদা তীনখি। সুপ্পতগী মীৎ অঙাংবদুতা লৈহৌই। পক্কা মুসলমান্না নোংমদা মঙারক নমাজ তৌই অদুগুম্না মহাকসু নোংমদা মঙারক য়ু থকই। অরেম্বা য়ুদি কাজীনসু য়াই। মদুদা খাম্বীনবা লৈতে। মদুদা মহাক্তি য়ুগী অফিসারমক্লী, অপাম্বমখৈ থকপা য়াই, মদুদা খামগদবা লৈতে। খৌরাংলকপদা য়ু থকই। মচুশিংগী চানবা

য়াওই, খরনা চানদে। ঙাংলৈনবগী মনাক্তা মুরৈনবা লৈবা হায়বসে অমুক্কা হেন্না অকিবগী মশক্নী।

বাবু সাহেবনা পণ্ডিতপু উবদা চৌকীদগী হৌগত্তুনা হায়রকই বাহ্। অদোম লাকপিরিবরা? লেঙশিনবীরকউ, লেঙশিনবীরকউ। লায়বক ফবনি। কনা লৈবগে? কদায়দা চৎখ্রে পুন্নমক.. গুরুদীন, ছকোরী ভবানী, রামগুলাম কনা লৈবগে? করিনো? পুন্নমক শিখ্রবরা? রামগুলাম, ভবানী, ছকোরী গুরদীন, চৎলু, পুন্নমক শিখরেনে, দর্জনমুক য়াম্বা মীনি অদুবু মতম চানা মশক উদে, খঙদে কদায়দা মাংখ্রবনো? অদোমগীদমক চৌকী পুরকউ?

বাবু সাহেবনা মখোয় মঙাগী মমিং হন্না-হন্না কৌই তৌইগুম্বসুং হুমাই হুন্নীবা অনীদুদগী নুপা অমত্তসু চৌকি লৌরুনবা থাদে। মিনিট ৩/৪ গী মতুংদা মমিৎ নাম্মা তাংবা নুপা অমা লোক খুরদুনা লাকই— সরকার অদুক য়াম্বা মীনাই ঐখোয়গী লৈতরে, কয়ামকুইনা শোত্তুনা চাগনি, নিবখক্তদা চোকথরদুনা চৎখ্রে।

ভালচন্দ্র— ঙাঙলনু চৎলু চৌকি লৌরুচো। থবক হায়রুবদি কপ্পা হৌরকই। হায়বিয়ু পণ্ডিতজী পুন্নমক য়াইফরিদনা?

মোটেরাম— কদায়দগী য়াইফরুগনি বাবুজী পুন্নমক য়াইফববু কদায়দা লৈবগে? য়ুমসু লৈবাক্তা তিনখ্রবনি।

মরকসিদা মীনাইদুনা কুইরবা তেক্লবা উপু অমা পুরক্তুনা থম্নরি অদুগা হায়রকই চৌকি তেবলদি ঐনা থাংবা ঙম্বা নত্তে।

পণ্ডিত ইকাইনা, কিনা কিনা মদুদা ফম্লী, তেকখিগদরাসু খল্লী অদুগা কল্যানীগী চিঠি বাবু সাহেবকী খুত্তা পীরম্মী

ভাল— সহরসিদা হৌজিক মহাক্কুম্বা ইনাকখুনবা অমত্তা লৈতরে।

ভাল— করম্না লৈবাক্তা তিনলোইদৌরিবনো? অসিদগী হেন্না অৱাবা লৈরিবরা? বাবু উদয় ভানুলাল ঐগী লিরবা মরূপ্পী মী নত্তে হীরানি। পূকচেল চাওখ্রবা, থৌনা লৈখ্রবা মীনি ঐগীদি খুৎ য়েৎথংবা তেক্লবমক্নী। থাজবীয়ু পাউসি হেক তাবগা অৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদবনি। চাক চাগে ফমথবদা চখোম অম-অনী হুক্লগা হৌগৎলে, মাগী মায়থোঙদো মীৎমাংদা উরকই। ইয়াম্বা লৈতবসু অশুক ৱাদবনি। মী নত্তে হীরানি।

মোটে— সংসারসিদা হৌজিক মহাক্কুম্বা ইনাকখুনবা অমত্তা লৈতরে।

ভাল— ঐহাক লোইনা খঙই, পণ্ডিতজী ঐঙোন্দা অদোম্না করিসু হায়নীংঙাই লৈতে, মহাক্কুম্বা মীদি লাক্ষ অমা-অনীগী মরক্তা অমতনি। ঐনা মাবু খঙবগুম্না কনানসু

খঙবা ঙমলোই। অমুক অনীরক উনবদা মহাক্কী ভক্ত ওইখ্রবনি, অদুমক শিবা ফাওবা লৈরগদবনি। অদোম্না ঙাই ইবেম্মাদা হায়বীয়ু ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজদে।

মোটে— অদোমগী মফমদগী অসিগুম্বা আশা তৌজবনি। অদোমগুম্বা পূকচেল চাওবা মীওইদি অতাংবনি। নৎত্রবদি ঙসিগী যুগসিদা আউনপোৎ পীদনা লুহোংবীগদবা লৈতে।

ভাল— মহারাজ, অউনপোৎকী য়াদি অচুম্বা পাম্বা মীদি তৌনদে। মখোয়দদি মরী থম্নবা হায়বসিমক লাক্ষ-লাক্ষকা মান্নরবনি। মসিদা ঐগীদি লায়বক ফবনি খনজবনি। হোই, কয়া চাওখ্রবা আত্মা নো? পৈশাদি মানা করিসু খন্দে। উনাগুম্না করিসু থওইদবনি। ফৎত্রবা চৎনবীনি, য়াম্নমক ফৎখিদ্রবা। ঐনা ঙম্নবদি আউনপোৎ লৌরীবা অমদি পীরিবা অনীমক নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকদবনি মদুগীদমক ফাঁসী তৌরবসু য়াই। হংগদবনি, অদোম নচানুপাগী লুহোংলীবরা? নৎত্রগা য়োল্লীবরা? অদোম্না নচাগী লুহোংবদা খরাচ তৌনীংলিবদু পূক্রিং নুংঙাইনা তৌবিয়ু অদুবু নশাগী অঙম্বা শক্তিগী মনুংদা তৌবীয়ু কন্যা মপাগী খৌরী মেৎপগী থবক অপিকপগী থবক্কী লৈখা তাবগী মতৌনি। ঐনা ঙম্নবদি মখোয় অঙাওবশিংসি লোইনা নোংমৈ গুলি কাপশিনগদবনি।

মোটে— ধন্যনি সরকার। ঈশ্বরনা অদোমদা বুদ্ধি লৌশিং পীবিরে, মসি ধর্ম্মগী মঙান্নী। মপু ইবেম্মানা লুহোংবগী মতম অদুম ওইহনজনীংই অদুগা য়াফম পুম্নমক চিঠিদা ইখিবনি। বস, হৌজিক অদোম্না লাম্থোকপীরবতদা লানগদবনি। বর পাটি লাকপশিংদুগী সেবা লাংবাদি তৌজগনি তৌইগুম্বসুং ফিভম হোংলবনি সরকার! শিনবী লাংবীনবা কনাসু লৈজদে অদুবু উকিল সাহেবকী মীংদা দাগ লৈতনবা খনবীয়ু।

ভানচন্দ্র মিনিট অমা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরুরগা নুংশাশ্বর শাংনা হোল্লদুনা হায়রকই— ঈশ্বরনা লক্ষ্মীসে ঐগী য়ুমদা লাকপা য়ানীংদ্রে, মরমদুনা বজ্র তাবাগা মান্নরবা অরাবসি থোক্লীবনি। পূক্লিংগী আশা পুম্বা অরেম্বদা তারে, অফবা মতমদু নকশিল্লরুবদা নুংঙাইবগী মপান নাইখিদবনি। করি খঙলুনি ঈশ্বরগী দরবারদা লৌতুনবসি লৈরমগনি হায়বা। শিখ্রবা মীবু নীংশিংবদা কপ্পা হায়বসি হৌনশানি। মহাকপু উরগা থম্মোয়গী অশোকপদু নৌথোকহনগনি। মদুগুম্বা ফিভমদুদা করি তৌরুগনি? মসি গুণনী হায়গদরা নৎত্রগা দোষ। নকশিন্নরুবনা মহাকপু নীংশিংবনা থম্মোয়দগী লাপথোকখিদে। মহাক্কী মশক্কু মীৎমাংদা উদুনতা লৈ, হৌজিক ফাওবদি মসিদনীদো তৌইগুম্বসুং কন্যাদু লাক্রগদি হিংবা ফাওবা অরাবা




ওইরগনি। অচুম্বসি খঙবিয়ু, কপ্পা কপ্পা মিৎসি উররোই। কপ লাউবসি অরেম্বনি, শিগ্রবদুদি হল্লক্লরোই, খাঙবা নত্তনা করি উপাই লৈরিবগে? অদোম মপা লৈত্রবা নুপীমচা উরগা ঐগী থম্মোয় কায়খ্রগনি।

মোটে— অদুম্না হায়বিগনু সরকার! উকিল সাহেব লৈত্রবসু অদোম লৈরিবসিনি। অদোমমক মাগী মপাবুংমক্কী হৌজিক মহাক উকিল সাহেবগী কন্যা নৎত্রবনি অদোমগী ওইরবনি। অদোমগী থম্মোয়গী ৱাফমদি কনানসু খঙদে, মীনা খনখিগনি— উকিল সাহেব লৈখিদবদগী অদোম মশাগী ৱাফমদগী মায়রৈনরে। মসিদা অদোমগী বদনাম ওইগনি, পূর্ক্লিং ফাথবিয়ু হরাও হরাওনা কন্যাদান ফংবীয়ু। "শামুনা ময়াং কংলগা ইরোইমুক চাওই" লাক্ষ অৱাবা তাদুনসু মপুইবেম্মানা অদোমগী মীওইশিংগী সেবা লাংবাদা অৱাৎপা থমজরোই।

বাবু সাহেবনা খঙখরে, পণ্ডিত মোটেরাম লাইরিক লাইশুখক্তগী অচম্বা পণ্ডিত নত্তে, ব্যবহার নীতিদসু য়াম্না হৈশিংই। হায়রকই— পণ্ডিতজীবু, ৱাশক্তুনা হায়রিবসিনি ঐনা নুপীমচাদুবু অসুক্কী মতিক নুংশিজে। ঐনা পোকচবা ইচানুপীদগীসু হেন্না তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনদি য়াবিদরে। মসিদা ঐগী করি উপায় লৈরিবগে? শিরিবসিমক মখল অমগী অমঙ্গলগী খুদম্নী, মসি বিধিগী নোংদম্নী। মসি লাক্কদবা খুদোংথীবগী মাংজৌননা তাক্লীবনি। বিধাতানা তশেংনা লুহোংবসি মঙ্গল ওইররোই তাক্লবনি। ফিভমসিদা অদোমসু খনবীয়ু। হৌবদা অমঙ্গল ওইরবা থবকসি অরোইবদা মঙ্গলগী মশক ওইবা য়াগদরা? খঙনা খঙনা থী নেৎনদে। ঙাই ইবেম্মদা নীংথিনা খঙহনবীয়ু। মহাক্কী য়াথং ঙাক্লনবা শেম-শাজবনি অদুবু মদুগী ফল ফগদবা মানদে। ইশাগী ওইজবা তাম্দুনা অশেংবা মরূপকী মচানুপীগী মায়গৈদা চুমদবসি তৌজনীংদে।

তর্ক অসিনা পণ্ডিতকী পাউখুম লৈহন্দে। ৱাঙাঙ হৈবনা থারকপা ৱাহৈগী তেন মানা ককপা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। য়েক্লবনা মাগী খূলাইনা চৈফু পীরকপনি। মদুদা মহাক ঙাকথোকচবা ঙম্বা পব্বার লৈত। মহাক হৌজিক করি পাউখুম পীসিগে খন্দুনা লৈরিবনি। খুদক্তা বাবু সাহেবনা মীনাই কৌবা হৌরকই— ইহে, নখোয় লোইনা মাংখ্রবরা? .. ছকোড়ী, ভবানী, গুরুদীন, রামগুলাম, অমা ফাওবা খুম্নক্তে, পূম্নমক শিখরে। পণ্ডিতজীগী চানচিংবগী ৱাখল তৌদে, মহাশয় অমা লাম্লবদগী ৱানা চোকথরদুনা লাক্লীবসে কনাসু থৌওই-ৱাওইদে, খঙদে মখোয়সি করম হায়না তম্বী তাকপীগদবনো? লৌশিং তাদে। ঈশিং মাইসিং পুরকউ? পণ্ডিতগী হৈ-মহী নৎত্রগা হৈ-ৱা শেমহনসিরা?

মোটেরাম মিঠাইগী মরমদা করিগুম্বা অথিংবা অমতা লৈতে মহাক্কী ৱাখলদি ঘীনা পোৎপু শেংদোকই রসগুল্লা অমদি বেসনগী লড্ডু মহাক য়াম্না পামজে। অদুবু হৈ মহীদি

সুকপাম পামজদে। ঈশিংনা পূকথনবগী নিয়মগী মায়োক্তনি। শুক্তোক্তুনা হায়রকই— হৈ-মহী থকপগী হৈনবী লৈজদে, মীঠাই চাজগে?

ভাল— উঁহে চাবদি?

মোটে— মদুগীসু থোইনা খনজদে।

ভাল— ৱাদি মদুনি। শোক্ল-শম্নবা য়াদবা হায়বসি অঙাওবা মীগী ৱানি। ঐদি মদু য়ানীংদে। ইহে হৌজিক ফাও কনামতসু লাক্তে? ছকোড়ী, ভবানী, গুরুদীন, রামগুলাম, কনানো অমত্তসু খুল্লকতে?

হন্দকসু অহানবা মীনাইদু লোকখুরদুনা লাকই অদুগা হায়রকই— ঐগী তলব পীবিরো, অসিগুম্বা মীনাই ওইজররোই, সরকার। কদায় ফাওবা চেনগনি? চেন-চেনদুনা চৎপদা খোঙসি নারে।

ভাল— থবক তৌগে তৌ, তৌরোই তোকউ, তলব হান্না পাম্মী। নুমিৎ চূপ্পা হিপ্তুনা লোক খুদুনা লৈয়ু। তলবতি নঙগী হেনগৎলিবনি। চৎলু কৈথেন্দগী আনা অমগী অনৌবা মিঠাই লৈরকউ, চেপ্লু?

মীনাইদা য়াথংসি তৌরম্লগা বাবু সহেব ইমুংদা চঙখি অদুগা নুপীদা হায়রকই— অসোমদগী পণ্ডিত অমা লাকই। চিঠিসি পুরকই পাউসে?

নুপীগী মমিং বঙ্গোলীবাঈ কৌই। কুচু ঙৌই অমদি হৱাও-তয়াম্বী মায়থোঙগী নুপীনি। শক অমদি যৌবননা বিদায় লৌখরে অদুবু কনাগুম্বা প্রেমী অমগুম নিঙাই তৌ-তৌদুনা মাগা লৈমিন্নরকপনি। মাবু থাদোকপা ঙমদে। রঙ্গোলীৱাঈ ফমদুনা ৱা তপ্লী। হায়রকই— হায়দ্রিবরা ঐখোয় মফমদুদা য়ানীংদরে।

ভাল— হোই, হায়বদি হায়রবনি অদুবু চিংনবনা ৱাহে অমফাও থোক্তে। ওইদবনা শেমজিন শাজিন্দুনা হায়বা তারম্মী।

রঙ্গোল্লী— অশেংবা হায়বদা চিংনবিবরা? ঐখোয়গী অনীংবনি, পামদরে। কনাদগী করিসু লৌরুবা নত্তে। হৌজিক মফম অমদা লিশীং তরা ফংলে অদুদি মফমদুদা করিগী তৌরোইদবগে? মখোয় মচানুপীদো সনাগীদি নত্তেদনা! উকিল সাহেব লৈরিবা ওইরবদি ইকাই-ইকাই লিশীং কুন পীরকপা য়াই। হৌজিক মফমদুদা করিবু লৈরিবগে?

ভাল— অমুক য়াথোকখিবদু লৈথোকপা হায়বসি অফবদি নত্তে। কনাসু হায়দবদি য়াই, বদনাম নত্তনা করিসু লৈরোই অদুবু নঙগী চক্রীদগী হায়বা তারিবনি।

রঙ্গোলীবাঈ ৱা চাদুনা চিঠি হাংদোকই অদুগা পারুই হিন্দী পাবা বাবু সাহেবতি তশেংনা হৈতে অদুবু রঙ্গোলীবাঈ লাইরিক পারমদবদি য়াই অদুবু চিঠি পত্রদি পায়। অহানবা পরেংদা

মাগী মিৎলু ইরা চেন্নকই। চিঠি লোইরকপদদি মিৎলুদগী পিরাং শিষ্ণরকই। ৱাহৈ অমমনা মীনুংশিগী ইথক্কুন্নী ময়েক অমম্না তোম্বগী মতৌ উৎলি। রঙ্গোলীবাঈগী কল্লা থম্মোয়দো নুংগী নত্তে মোমগীনি মৈশা খিক্তং লাংবদা শৌদোকই কল্যানীগী মীনুংশি পোকহনবা ঙম্বা ৱাহৈশিংনা মহাক্কী ওইজবা তানবা থম্মোয়বু শৌদোকহল্লে। কপ্পীংবনা ফুনগৎলবা শ্বরদা হায়রকই— ব্রাহ্মণদু ফন্নীবা নৎত্রা?

ভালচন্দ্র মাগী নুপীগী পিরাং ইরাবু উরুরগা নুংঙাইতে। মশা মতোমতা শাওজরম্মী করিগীদমক চিঠিসে মঙোন্দা পীরুরিবনো? মসিগী দরকারবু করিনো? অসুক চাওবা অকাউবসি করিদৌঙেদসু তৌখিদ্রি। চিংনরপ হায়রকই ঐদি চৎখ্রনবা হায়রম্বনি, ফম্নম্বসু য়াই।

রঙ্গোলী বাঈনা মিন্থৎথোঙদা য়েংথোকখিবদা উরে পণ্ডিত মোটেরাম উরোক লম্বোইবগী মতৌগুম ধ্যান তৌদুনা বাজারগী লম্বীদা য়েংদুনা লৈরি। অপাম্বনা লাংতক্নদুনা মায়কৈ ওন-ওন্দুনা য়েংই 'আনা অমগী মিঠাই' হায়বদুদা হান্ননা য়াংলেন শরু তেকখ্রবনি, অদুদসু অসুক থিম্বরিবা? নুংশিনিঙাইগী মওংনি। মহাক ফম্বা উরদুনা রঙ্গোলীবাইনা হায়রকই লৈরি -চত্তুনা হায়বিরু ঐখোয় লুহোংগনি। লায়বক থীরবীদু য়াম্না ৱাবা তারে।

ভাল— নঙসু করি করিগুম্বদা অঙাংগুম্না ৱা ঙাঙই হৌজিক্তা মঙোন্দা ঐখোয় লুহোংবা পামদরে হায়রমদুনা লাকলিবনি। মদু হায়নবা হোৎনবদা য়াম্না শাংনা কোইথোক্না হায়বা তাখিবনি। অমুক চৎতুনা পাউসে হায়রুবা তারবদি মাগী থম্মোয়দা করি খনখিগনি, খরাসু খল্লু? মসি লুহোং-খোংদোংবগী ৱাফম্নী। অঙাংগী শান্নবগুম উরে-পারে তৌবা য়াবা নত্তে। অফবা মীওইগী ৱাঙাঙ নত্তনদি ফাগি তাগনি।

রঙ্গোলীবাঈ— ফরে নহাক্না হায়রুরনু ব্রাহ্মণদুবু ঐগী নাক্তা থারকউ। ঐনা মাবু খঙহনগনি মদুদা নঙগী ৱাসু ঙাক্রেনি অদুগা ঐগীসু। মসিদসু অপনবা লৈখিগদরা?

ভাল— নহাক নশাবু নত্তনা অতৈদি সংসার পূম্বা খঙদবা ওইনা লৌরি। নঙনা হায়বা অমদি ঐনা অমত্তনি লেপখ্রবা ৱাদি লেপখরে। হৌজিক অমুক ৱাদো হৌদোকপা পামদে। নঙনদি হন্না-হন্না মদু তৌররোই হায়খিবনি। নহাক্না মরম ওইদুনা ৱাসি হায়বা তাখিবনি অদুগা অমুক ওল্লবা? মসিদি ঐগী থবাক্তা নেৎপগা চপ মান্নরে। অরোইবদা নহাক ঐগী ইজ্জৎ-সনমানগী মরমদসু খরদি খনবা ফৰনি।

রঙ্গোলী— লুখ্রাবীগী ফিভমসে অসুক তোম্বগনি হায়বদি ঐদি হান্না খল্লুদে। নঙনদি হায়দরা মপুরোইবগী সম্পতি লোত্তনা থল্লীবনি। মপান্দা তৌশিন্নরিবনি। অঙকপা

নুপীনি। নঙনা হায়বদু ঐসু থাজরুবনি। অফবা তৌবদগী ফত্তবা তৌবদা ইকাইবা অমদি চিংনবনি। ফত্তবা তৌবদগী অফবা তৌবদা চিংনবা লৈতে। করিগুম্বা নঙনা 'হোই' হায়রগা ঐনা "নত্তে' হায়বদি মদুদা নঙগী চিংনবসি চুম্লবনি। 'নত্তে' হায়রুরগা 'হোই' হায়বদি মশাগী চাওথোকচবগী মতৌনি।

ভাল— নঙদি চাওথোকচবা ওইনা লৌরিবা? মদু ঐদি অপীকপা মতৌনি হায়না লৌই। ঐনা নিয়মগী মতুংইন্না হায়রম্লীবা ৱাদুবু নঙনা করম্না ওইদবা ৱানি খল্লীবনো? চিঠিসি উরুরগা নৎত্রা? নহাক্না চম্লীবদুগুম অতোপ্পসু চম্না খনবা য়াবা নত্তে।

রঙ্গোলী— চিঠিসে শাজিন্নবা মান্দে। শাজিন্নবা ৱাহৈনা থম্মোয়দা পান্দবনি। মদুদদি শেমজিন শাজিনবগী মনম লৈবনি।

ভাল— অশাবা ৱারীনা থম্মোয়দা পানবগুম অশেংবা ৱাহৈনা পানবা ঙমদবনি। ৱাফমসি ৱারীগী লাইরিক পারগা পুংমুক কপ্পা ঙম্লীবদু অচুম্বা ঙাক্তা ইরিবরা? অশেংবা ওইদবা ঙাক্তা পরেং লেংলিবনি। মসিসু কলা অমনি।

রঙ্গোলী— করিগীনো? নঙদি ঐঙোন্দা ফাও লোৎলিবা নবুক চুমদবদো। ঐনা নঙনা হায়বা য়ারবদি মদুদা নঙনা ঐবু ঙকহনবা ঙম্নবনি খল্লীবা। অদুবু ঐদি নঙগী মওং মূন্না খঙলিবনি। নশাগী অশোয়বদু লোইনা ঐঙোন্দা থৈজিল্লি নশাবু দোষ লৈতনবা। হায়য়ু অরানবদি হায়দেদনা? উকিল হিংলিঙৈদনা হায়রুবগী দরকার লৈতে মশানা খঙনা মরাইনা পীজরক্কনি। হায়রুবদগী হেন্না ফংননবগী ওইথোকপা লৈ। হৌজিক উকিল লৈখিদরে। হৌজিক্না মখল কয়াগী ওইদবা হায়জিনবা হৌরে। মসি অফবা মীগী মতৌ নত্তে। পূকচেল পীকপনি। মসিগী মরালসু নথক্তনি। লুহোং খোংদোংবগী ৱাদা য়াওজরোই। নঙনা নীংবদু তৌ। তৌশিন্নবা মীওইদি শাওনীংই। ৱা ঙাংলিবদু শেংনা শেংনা হায়য়ু, ফরবসু ফৎত্রবসু। শামু ময়া চাননবা অমা, উৎননবা অমা হায়বদুগী নীতিদি নঙগী ফজবা ৱাৎলি। হায়য়ু হৌজিক মফমদুদা লুহোংগদৌরিবরা নৎত্রগা হোংলোইদৌরিবরা?

ভাল— হৌজিক ঐ পূকচেল শেংদবা, নমথাক তৌবা অমদি মীনম্বা ওইরেনে। অদুবু মীওইশিংবু মূন্না খঙই। করি হায়রুনি নঙগী ৱাখল খলবা হৈবগী মহৈ লৌরো।

রঙ্গোলী— য়াম্না ইকায়থীগনবা শারনু ইকায়বসু খঙদে। ইজ্জৎ লৈনা হায়য়ু, ঐনা নঙগী নবূক খঙলে নৎত্রদো?

ভাল— চৎলো খিৎ, নুপীশিংতনি নুপাবু খঙবা ঙম্বা হৌজিক ফাওবদি খল্লকখিবনি। মহাত্মাশিংনা নুপীগী মরমদা মরুওইনা ৱা কয়া মরুম হায়রমবদু ইনবা তারে।

রঙ্গোলী— মিংশেলদা নশাগী মায়থোঙদু অমুক্তা য়েংউ। ঐগী ৱাশক নঙোন্দনি, য়েংউ

কয়াদা ইকায়বা খাঙলিবনো?

ভাল— তশেংনা হায়য়ু, কয়া ইকায়রবনো হায়বদো?

রঙ্গোলী— অফবা মীওই অমনা হুরানবা ফারবদা ইকায়বা ফাওবদুগুম্না ফাওরবনি।

ভাল— ফরে, ইকায়রবসু ঐনা মফমদুদা লুহোংবদি হোংলরোই।

রঙ্গোলী— হোংনীংবা মফমদা হোংউ, ঐগী মায়কৈদগী ভুবনদা অমুক্তং হংবিয়ুদনা?

ভাল— ফরবনি, মদুদা লেপ্লসি।

রঙ্গোলী— খুদম কাক্তী তৌরক্কনু।

ভাল— হোই ঐহাক অদোমদা ফাও য়েংলক্করোই।

তান চারুদুনা ভুবনমোহনসু মফমদুদা লাক্লম্মী। ফজরবা মপুং ফারবা, পাঙ্গল কল্লবা নুপামচাদি কলেজশিংদা মশিং য়ামদে। তশেংনা মমা মাল্লি, কুচু ঙৌববা তবা-তবাবা গুলাব কুল্লবা চিনবান, পাক্লবা লায়বক, কোইরাওনরবা মীৎ, চাও শাংবদা মপাগুম্মী। অশাংবা কোট, বুট, টুপী উপ্লদুনা য়াম্না পকচখরে। খুত্তা ষ্টীক অমা পায়। খোঙচত্তা নহা ওইবগী নাপল য়াওই। মীৎয়েংদা মশাগী লেমথোকচবা য়াওরি।

রঙ্গোলীনা হায়রকই— ঙসিদি য়াম্না থেংলে নঙনা লাকপসে? নঙগী নকু ময়ুমদগী চিঠি লাকই। তশেং তশেংনা হায়য়ু। হৌজিকসু য়ারি মফমদুদা লুহোংবসি য়ানীংলিবরা? য়ানীংদ্রবরা?

ভুবন— লুহোংবদি পামখিবনি অদুবু হোংলরোই।

রঙ্গোলী— করিগীনো?

ভুবন— মসিদা ইকায়নীংঙাই ওইবা করিনো? পৈশা কনানা পামদবগে? লাক্ষ অমদি মপোক লাক্ষ অমদা ফাও তুংশিনবা ঙম্লরোই। চহীসিদা পাস তৌরবসু য়ামদ্রবদা চহী মঙা ফাওবদি পৈশাগী মশক উবা ফংখিরোই। অদুদগী চামা-চনী তানবা হৌরক্কনি। চামঙা-চাতরুক য়ৌরকপদদি পুন্সিসু তম্খাই হৌখ্রগনি। পৈশা তুংশিন্নবগী মতম ফংলোই। সংসারগী নুংঙাইবা ফংলরোই। ইনাকখুনবা ইমুংগী মচানুপীগা লুহোংবীয়ু নুংঙাইনা লেন্নবা। ঐদি য়াম্নদি পামদে সুপ্নগী লাক্ষ অমা শেল ওইনা অদুগা মচানুপী অমত্তা পোকপা, লমতু য়াম্না লৈবা ইমুং ওইবা পাম্মী।

রঙ্গোলী— নুপীদি অমা হেক্তা য়াবরা?

ভুবন— লন্না অশোয়বা পুম্বা লোৎশিনবা য়াই। চৈরবসু শাওবিরোই। ষঙ্গোম থোকপী ষণবীনা কাওববু কনানা ফত্তনা লৌনবগে?

বাবু সাহেবনা থাগৎপা মওংদা হায়রকই— ঐখোযদি ঈশ্বরনা খুদোংথীবদা তাহল্লবশিংদুদা

মীনুংশি পোকই অদুবু বুদ্ধি শীজিন্নদুনা থবক তৌবা ফৈ। ঐখোয় ফিভম কয়া পাঙদ্রবসু বর পার্টিদি নীংথিজনা চৎকনি। মফমদুদা চান থক্লবা ফিভম চারনু, মদুদি মীনা নোক্লগনি মদুগী মহৈসু ফগদবা মান্দে।

রঙ্গোলী— নপা নচা শাতচা অমত্তদা হৈদুনা শাবনি। নখোয় অনীমক্তা লায়রবী নুপীমচাসিদা ছুরিনা লেংবা পাল্লীনে।

ভুবন— লায়রবদুদি লায় রবা মফমদা মরী থম্নবা ফৈ। মশাগী ষ্টেটসতগী হেনগৎপদুদি...।

রঙ্গোলী— তুমিন্ন লৈয়ু। থাক্কী ব্রা ঙাঙলিনে। নঙবু কয়াম ইনাক খুল্লদনা? কনাগুম্বা অমানা থোঙ্গান্দা লেপ্লবদা ঈশিং খুজাই অমগী ফাও লাংতক্লৈ। থাক ব্রাংবা শারিনে?

মসি হায়রম্লগা হৌগৎতুনা চাকখুমলোমদা থবক ইনখাং য়েংশিননবা চৎখ্রে। বাবু ভুবন মোহন নোক-নোক্তুনা মাগী কাদা চঙখি। বাবু সাহেব কোই নাল্ল-নাল্লদুনা মপান্দা থোরকই মোটেরামদা অরোইবা ব্রারেপ তাহন্নবগীদমক অদুবু মফমদুদা কনাসু লৈরমদরে।

মোটেরাম ঙাইহাক ফাওবদি মীনাইগী লম্বী য়েংদুনা ঙাইরম্বনি। য়াম্না থেংথ্রবদুদা ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্তে খল্লী, মফমসিদা ফমদুনা লৈবনা করি কান্নগনি। করিনো খরদি তৌবা ফৈ। লায়বক্কী আশাদা লৈথোকপা চারা হেন্দুনা শিবা তাবনি। মফমসিদা নঙগী ব্রা চৎপগী ফিভম লৈতে। তুমিন্না চৈশু পায়খৎলি অদুগা মীনাইনা চৎখিবা মায়গৈরোমদা চৎলকই। বাজার খরা লাপ্তক্লা লৈবনি। মিৎকুপ্তা থুংলুরে। য়েংবদদি হনুবদু মিঠাইগী দুকান্দা ফমদুনা হিদাক থক্তুনা লৈরম্মী। মাবু উবদা ঙাইঙমদনা হায়রকই— হৌজকি ফাওবা শেম শাবা লোইদরিবরা মহরা? সরকার শাওরম্বনি। তুমদুনা লৈখ্রবরা নৎত্রগা য়ু থক্তুনা লৈখ্রবরা কৈনো হায়রম্বনি। ঐনবু হায়বনি— সরকার অহল ওইরবা মীনি লাকচরগনি। য়াম্না ঙকপা মীওইনি। খঙদে মাগীসিদা মীনাই লৈবা ঙম্লীবসে?

মীনাই— ঐহাক নত্তনা ঙসি ফাওবা কনাসু লৈবা ঙম্নদে। চহী অমা ফাওবা তলব ফংদে। কনাগুম্বদি তলব পীবিদে। তলব পীয়ু হায়রুরবদি চৈবা হৌরকই। মরায়বক থীরবদু শাওদুনা থবক থাদোক্তুনা চৎখি। হুমাই হুম্লীবা অনীসি সরকারগী অর্দালীনি। অদুনা লৈরিবনি। চহী ১/২ দি অসুম লেপ্লনি।

লাটে নতোমদরা? মিংদি কয়ামরুমগী কৌইনা?

মীনাই— অদু পুম্নমক থা অনী/অহুমগী মমাংদা লৈরম্বনি থবক থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি। মশাগী অচাওরম উৎননবা মখোয়গী মমিং হৌজিক ফাওবা শোল্লীবনি। থবক পীবিগেরা চৎসিরা?

মোটে— হোই, থবক য়াম্না লৈদা। কহারদি হৌজিক কান্দা থিবা ফংনদে। নঙদি য়াম্না

কুইরবা মী ওইরমাল্লে নঙগীদমক থবক্কী অৱাংপা লৈরোই। সিদা নৌরিবা পোৎ লৈবরা? ঐঙোন্দা হায়রকই খিচরী থোংগেরা নৎত্রগা চাক থোংবা ৱাগনি। ঐ বাজারদগী খরা হেক চাজরগে। হায়রকই— ফরেনে কহার দুকান্দা উনগনি, হায়য়ু শাহগী অনৌবা পোৎ লৈবরা? লড্ডুদি অনৌবা মাল্লি। সের অমা ওল্লো মনাক্তা লাকউরা?

অসি হায়রদুনা মোটেরাম মিঠাইগী দুকান্দা চঙদুনা ফল্লুরে। অনৌবা পোত্তু তংবা হৌরকই, য়াম্না পেন্না চারে। সের ২½/৩ দি চাখ্রে। চাসু চাই অদুগা মিঠাই শাবদুবু থাগৎলি। সাহজী! নহাক্কী দুকান মমিং তাবগা, পোৎসু অদুম ফংই। বনারসতদি রসগুল্লা শাবা হৈতে। কলাচান্দদি ফজনা শাই। নঙগীসু মদুদগী হেন্না ফত্তবদি নত্তে। পোৎচঙ খক্তনা পোৎ ফজনা শাবা নত্তে। মহৈ দরকার ওইরিবনি।

মিঠাই শাবা— মহারাজ খরাগা লৌবিয়ু, রবরী খরদি ঐগী মায়গৈদগী লৈবিয়ু।

মোটেরাম— চানীংবদি নত্তে অদুবু পৱা অমদি পীরো।

মিঠাই— পৱা অমা করি তৌবিগনি? অফবা পোৎনী সের তঙ্খাই অমদি লৌবিরো?

চানীংবা মওংদা চা-থকলে পণ্ডিতজীদো, ঙাইহাক মপান্দা কোইরুরে। পৃং ৯ তারকপদুদা য়ুমদা লাক্লে। মফমদুদা পৃমচাঁক চীক্লম্মী। লালটেল অমা থাল্লম্মী। মহাক্না মাঙ্গোন্দা ফি থারে অদুগা তুমদুনা লৈরে।

অয়ুক্তা মশাগী নিয়ম মতুং ইন্না পৃং ৮ দা হৌগৎলকই। বাবু সাহেব কোইবা চৎলম্বা থেংনরম্মী। মহাক হৌগৎলকপা উবদা খুরুম্লদুনা হায়রকই— মহারাজ নুমিদাংদি কদায়দা লেঙথোকপিরুরে। য়াম্না থেঙলবা ফাওবা অদোমগী লম্বী য়েংজরম্মী। চানা থক্লবগী পোৎ পৃম্নমক লোইনা থমজবনি। অদোম লাকমনদ্রবদুদা থমজিনহল্লে। অদোম খরা চা-থক তৌবিবরা নৎত্রগা তৌবিদ্রবরা?

মোটে— মিঠাইগী দুকান্দা খরা-চা থক্লগা লাক্লবনি।

ভাল— সুপ্পগী মিঠাইদবু চাক-হৱাইগী মহাও ফংবীবরনে? আনা তরা-তরানিথোইদি খরাচ তৌবিরম্লগনি অদু ফাওবা পৃক থল্লমলোই। অদোম ঐগী অতিথিনি। পৈশা কয়ানো লৌবীয়ু।

মোটে— অদোমগী মিঠাইগী দুকান্দগী চারকপনি, লৈশিনবদা ফল্লীবদো।

ভাল— পৈশা কয়া পীবা তারবগে?

মোটে— অদোমগী খাতাদা ইখিবনি।

ভাল— মিঠাই কয়াগী লৌবীবনো? মদু তাকপিয়ু নৎত্রদি তুংদা নমথাক তৌরক্কনি। হুবানবনি।

মোটে— মিঠাই সের ২½ অদুগা রবরী সের ½।

বাবু সাহেবনা অঙকপা মীৎয়েংনা পণ্ডিততা য়েংই অঙকপা ব্বা তাবগুম। সের অহুমদি থা ১ গী ফাও য়ৌদবনি। মহাশয়সিনা লুপা মরীগী পোৎ লোইথোক্লম্লে। করিগুম্বা নোংমা নীনী লৈবা তারবদি ষণফাও শিগনি পুক্লা নৎত্রগা শৈতানগী মোংফম্না? অরেপ্পা লৈতে। লাংতক্লনা চেনখিদুনা ইমুংদা রঙ্গোলীদা হায়রকই— তারিবরা? মহারাজ ঙরাং মিঠাই সের অহুম ঔরাইরে, সের অহুম চুম্না ওল্লগা।

রঙ্গোলীবাঈ ঙক্লদুনা হায়রকই— নত্তেদা সের অহুমবু কনানা চাবা ঙমদোইনো? মীরা নৎত্রগা ষণ লাবরা?

ভাল— সের অহুমদি মশানা মচিনমক্লা হায়বনি। সের মরীদগী তাদনা চারমগনি। চুম্না ওল্লবদা।

রঙ্গোলী— মবৃক্তা শনিতর লৈরবা জাৎলা?

ভাল— ঙসিগা লৈবা তারবদি সের তরুক্তি খুৎ থারগনি

রঙ্গোলী— অদুবু ঙসি করিগী লৈরুগনি? চিঠি পাউখুম পীদুনা বিদায় তৌখ্রো। করিগুম্বা লৈরগসু তশেং তশেং হায়য়ু ঐখোয়গীসিদা মিঠাই লেম্না লাকপা নত্তে। খিচরী থোংগেরা নৎত্রগা লেঙবিখ্রো? মখোয়গুম্বা চাগনবশিংবু পীজরগা মুক্তি ফংগনি হায়রবসু ঐখোয় অদুগুম্বা মুক্তিদো পামজদরে।

অদুবু, পণ্ডিতজী বিদায় লৌনবা শেম-শাদুনা লৈরমলে, মরমদুনা বাবু সাহেবকী হৈশিংবগী দরকার ওইদরে। হংলকই— মহারাজ লেঙবীগদৌরব্রা?

মোটে— হোই সরকার, হৌজিক চৎলগে পূং ৯ গী গাড়ী ফংগদরা?

ভাল— ঙসিদি লৈবিখোদনা?

মসি হায়না-হায়না বাবু সাহেবতো করিগুম্বদা তশেংনা লৈথখিগদরা হায়না কিজরকই। মরমসিনা ব্বাহে পরেংদো মপূং ফাহল্লী— হোই, অসোমদসু অদোমবু ঙাইনরমগনি।

মোটে— নোংমা নীনীগীদি করিসু লৈতেদা। ব্বাখলসু ত্রিবেনীদা স্নান তৌগে খনবনি, অদুবু ফত্তনা লৌবিগনু অদোমগী ব্রাহ্মাণশিংদা শ্রদ্ধা লৈতবদুদা। ঐখোয়দা দান তৌগদৌরিবশিংদি ঐখোয়গী মায় য়েংদুনা লৈ পণ্ডিতনা করি য়াথং পীরক্কদবা মদুবু ঙাক্লবগীদমক। ঐখোয়না মখোয়গী থোঙ্গান্দা থুংলুবা মশাগী লায়বক ফবনি থল্লী। য়ুমদুদা লৈবা অপীকপদগী অচৌবা ফাওবা ঐকোয়গী সেবা-লাংবা তৌবদা পূক্লিং চংই। মশাগী ইকায় খুম্নবা লৈতবা মফমদুদা লৈথবা হায়বসি খাঙমদে। ব্রাহ্মণগী ইকায় খুম্নবা লৈত্রবা মফমদুদা মঙ্গলসু ওইবা ঙমদে।

ভাল— মহারার্জ, ঐখোয়দি অদুগুম্বা মরানদুদি লৈতেদনা।

মোটে— মরান লৈতবা হায়বা? অদুগা মরান কদায়বু কৌবগে? হৌজিকমক অদোম্না ইমুংদা চংলগা হায়রম্মী— মহারাজনা মিঠাই সের অহুম চাখ্রে, চুমনা ওনবদা।

অদোম্না হৌজিক চাগনবা মী কদায়দা উরবগে? অমুক্তং পীজরবদি স্তান তাগনি। অসিগুম্বা অচৌবা মীওই কয়া লৈরে, মিঠাই সের মঙা চারবসু খেগৎ ফাও খেগৎতে। মিঠাই চাননবগীদমক য়াম্না নোম্লুক্না হায়জরিবনি। ঐখোয়দি ভিক্ষা নিবা ব্রহ্মণ নত্তে। অদোমগী মিং তাবদা লাকপনি। মফমসিদা চানবগীদমক অৱাবা তাগদবসিদি হান্না খঙদে।

বাবু সাহেব ইকায়খিবনা ৱা ঙাঙথোকপা ঙমদরে। পুন্সিদা করিগুম্বদা অসিগুম্বা মীনোক মীচৈ তাখিদ্রি। ৱা কয়া মরুম শেম শাদুনা হায়রকই— অদোমগী মরমদা নৈনদে। অতোপ্পা মহাশয়গী ৱানি। তৌইগুম্বসুং পণ্ডিতকী অশাওবা নেম্বা লৈতে। মহাক পূম্নমক খাঙবা ঙস্মী অদুবু পূর্ক্কী নিন্দা করিগুম্বদা খাঙবা ঙমদে। নুপীশিংনা শকথিবগী নিন্দা তাবা ঙমদে, নুপাশিংনা পূর্ক্কী নিন্দা অদুদগী হেন্না খাঙমজদে। বাবু সাহেব থেমদি থেন্নী অদুবু লৈথদনবগী মিহুন চোংলিবদুসু অদুম লোয়নরিবনি। মাগী লীকপগী পর্দা হাংদোকখ্রে, মসিদা চিংনবা লৈতে। মসিবু কুপশিনবদি তঙাইফদবনি। মাগী লীকপদু লোৎশিননবা ৱাহৈ কয়ামরুম হায়রকই অদুবু ওইগদবা ৱাদি ওইদুনতা মরৈ। নিংঙমলক্তে করিগী ইমুংদা চঙদুনা মাগী মরমদা ৱারী শানরুরিবা? অদুসু অৱাংবা তোন্দা ফত্তবসিনা নাকোং থাঙ্গৎতুনা তারমলে। অদুবু হৌজিক নিংঙমদদুনা করি কান্নগনি। খঙদে অমঙ্গলগী মশক উরুবননো খুদোং চাদবসি থোকলে। মতমসিদা অসিদগী শাওদনা চৎখ্রবদি অসোমদা বদনাম ওইরনি। ঐগী হৈশিংবা পূম্বা খঙখ্রগনি। হৌজিক্তী মচিন মেনবদা মতারে।

মসি খন্নগা ইমুংদা চঙখ্র। রঙ্গোলীবাঈদা হায়রকই— ফত্রবসিনা ইবানীগী ৱা লোইনা তাখ্রে। শাওদুনা চৎকে তৌরে।

রঙ্গোলী— মহাক থোঙ ময়াদা লেপ্লী হায়বা খঙলদি ৱাদো তপ্পা ঙাঙবা যাদরা?

ভাল— খুদোংথীবদি মতোমতা লাক্তে। মানা থোঙ ময়াদানা থাঙ্গত্তুনা তারি হায়বদি কন্নানা খঙগনি।

রঙ্গোলী— কনাগী মায়থোঙ উরুবনো খঙদে।

বাল— ফত্রবসি মমাঙদা হিপ্পুনা লৈরম্মী। সোমদা ওন্দুনা য়েংলমগনি খল্লুদে। হৌজিক্তী মাবু খরা পীদুনা চৎহনখিবা তারি।

রঙ্গোলী— হুং চৎহনখ্রো হৌজিক মফমদুদা লুহোংলরোইদৌবনিনা করি খল্লুদৌরিনো? হায়নীংবা হায়জসনু।

ভাল— অদুনা থৱাইসে হীংগদবা নত্তে। পুরকউ লুপা ১০ দং বিদায়গী মওং ওইনা পীখিগে! ঈশ্বরনা অমুক হন্না ফত্তবসিগী মায়থোঙ উহনবীদবা!

রঙ্গোলী য়াম্না নিংঙমদা নিংঙমদা লুপা ১০ পুথোক্তুনা পীরে। বাবু সাহেবনা মদু

লৌরগা পণ্ডিতজীগী খোঙদা থমলে। পণ্ডিতনা মপূক্লিংদা খল্লী ফত্তবা অরীকপসি অসুন্না তকলে, নীংশিংদুনা লৈরনি। পৈশা পীরগা অপংবা শীগনি খল্লুনু, মসিগী ৱাখলদা লৈরুনু মফমদুদা নঙগী তুখোং খুদিং খঙলবনি। পৈশাদো ফুরিৎ খাওদা হাপশিল্লে অদুগা আশির্বাদ পীরল্লগা মাগী লম্বীদা লাক্লে।

বাবু সাহেব য়াম্না কুইনা খন্দুনা লৈরে খঙদে হৌজিকসু ঐবু অরীকপা ওইনা খল্লমখিগদ্রা ? নৎত্রগা পার্দা খুমজিনবিগ্রবরা ? পৈশাদুসু ঈশিংদা তাখিবদি নত্তেদনা।

## মরী

কল্যানীগী মাঙদা অৱাবা সমস্যা অমমুক লাক্লে। মপুরোইবা লৈখিদবদগী মাগী ফিভম চাদ্রবা অসিদা ইহান হান্না নুংঙাইজদবা ফাওরকই। লায়ররবী লুখ্রাবীগীদমক অসিদগী হেন্না অৱাবা অম মুক লৈরিগদরা? ময়ূমদা লৈশাবী লীনা লৈবসিদা সমাজদগী মীনোক চঙলক্কদবা। নুপা মচা খোঙউপ তোংদনা স্কুল চৎপা য়াই কোললিক ৱাইরমসু মখূৎনা শেংবা য়াই। অৱৈবা খরা চাদুনা লেনবা ঙম্মী। খাংপোক্তা পুন্সি লেনবা য়াই তৌইগুম্বসুং মপূং ফারবী লৈশাবী য়ূমদা থম্বদি ঙম্নদে। কল্যানী ভালচন্দ্রদা অসুক্কী মতিক শাওরম্মী। মশা চৎত্তুনা মমায়দা কালি তৈশিনবা ঙমগনি অমদি মশমদু ফাওবা ফোইবা ঙমগনি খল্লী। অদুগা হায়নীংই ঙাঙথোকপ্রবা ৱা লৈথোকপা ঙম্বা নঙ নপাগী মচা নত্তে। পণ্ডিত মোটেরান্না মাগী ফত্তবা মতৌদু শেংনা তমথোক্লে। অশেংবা ৱারী শিংবুন লীথোক্লে।

মহাক্না শাওনা অসুম্না ফম্লীঙৈসিদা কৃষ্ণা শান্নরুবদগী লাকই অদুগা হংলকই— নুমিৎ কয়ানি লৈরগা বর পার্টি লাক্কনি ইমা! পণ্ডিতজীসু লাক্লে।

কল্যা— বর পার্টিগী মঙ মঙলীবরা?

কৃষ্ণা— চন্দরনদি নুমিৎ নীনী-শুমনীগী মনুংদা বর পার্টি লাক্কনি হায়রমমী, লাক্লোইদরেনে ইমা?

কল্যা— অমুকসু হায়রক্লিবা কোক্সি চীক্লে।

কৃষ্ণা— ময়ামগী য়ূমদদি বর পার্টি লাকই। ঐখোয়গী য়ূমদা করিগী লাক্ত্রীবনো?

কল্যা— নঙগী য়ূমদা বর পার্টি পুরকদৌরিবদুগী য়ূম মৈ চাক্লে।

কৃষ্ণা— অশেংবরা ইমা! অদুদি য়ূম পুম্বা চাক্লম্লগনি কদায়দা লৈরমগনি? ঐখোয় ইচেনা চৎপ্রগা কদায়দা লৈরুগনি?

কল্যানী— ইহে, অঙাওবীসিদি, নঙদি ৱাসে করিসু খঙদে, মৈ চাক্লে মখোয় ঐখোয়গীসিদা লুহোংলরোই।

কৃষ্ণা— অদু করিগীনো ইমা, হান্নদি য়ানখ্রবা নত্তরা?

কল্যা— পৈশা য়াম্না হায়বনি। ঐগী নাক্তদি পীনবা পৈশা লৈতে।

কৃষ্ণা— য়াম্না মিহৌ চাওবরা ইমা?

কল্যা— মিহৌ চাওবা নৎত্রদি করি ওইগনি, কসাই মীনুংশি লৈতবা মীনম সোরী তৌবা ঙম্বা।

কৃষ্ণ অদুদি য়াম্না ফরবনি ইমা, মফমদুদা ইচেগী লুহোংবা তোকপা। ইচে মখোয়গা লোয়ননা করম্না লৈগনি। মসিদি হরাওনীংঙাইনি ইমা! নঙ করিগী ৱারিবনো?

কল্যানীনা মচানুপীদা নুংশিনা য়েংলম্মী। মাগী ৱাফমদো কয়াদা চুম্লবনো? অচম্বা ৱাহৈনা সমস্যাসিবু মনুং হনজিন্না লায়থোকপনি। তশেংনমক মসি য়াম্না হরাও নিঙাই ওইবা ৱাফমনি। অসিগুম্বা ফত্তবা মীশিংগা মরী লৈনদবসিমক। মসিদা ৱানীংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা ফত্রবা মীশিংসিগী মরক্তা নির্মলাগী করি ফিভম ওইরুনি? মশাগী লায়বক্তা কপচবা নত্তনা। হৱাইদা ঘী খরা হেন্না হৈখিবগীসু য়ূম পূম্বা ইরাং হৌনি। চাক খরা হেন্না থোংলুবগীসু মনেম্না সংসার পূম্বা কোক্তা থোঙ্গত্তুনা চৎলগনি। মচানুপাসু অসুম্না মিহৌচাওবনি। য়াম্না ফরবা ৱানি নৎত্রবদি লাইবক থীরবীসে পুন্সি চূম্না কপ্তুনা লেলগনি।

কল্যানী মফমদুদগী হৌগৎলি। মহাক্কী থম্মোয় খরা য়াংবগুম তৌই। তৌইগুম্বসুং লুহোংবদি হোংদবা য়াদে। ঙম্লবদি চহীসিমক্তদা নৎত্রবদি মথং চহীদসু অসুম্না অমুক লাংবা তাবনি। হৌজিক অফবা য়ূমগী দরকার ওইদরে। লায়বক থীরবীসিনবু অফবা য়ুম, অফবা বর কদায়দগী ফংগনি? হৌজিক অমবু ওইরবসু কোক্তগী পোৎলুম থাবা তাবনি। উপায় অমা তৌদুনা মচানুপীবু লুহোংখিবা তাবনি। মহাকপু গুহাদা ইস্থবা তারবরা? মহাক মশক ফজবীনি, গুণ চেনবীনি, হৈশিংই, জাৎ ফবীনি অদু ওইদুনসু অউনপোৎ খক্তনা দোয গুণ পূম্নমক ওইরিবনি, থৱায়গী মমল লৈতে সুপ্নগী অউনপোৎকী মমলনি। কয়াদা অৱাবগীমশক ওইরবা লায়বক্কী লীলানো?

কল্যানীগী দোষসু ৱাৎপা নত্তে।পাঙ্গলশোনবী লুখ্রাবী ওইবনা মহাকসু দোযসিদগী নাম্থোকপা ঙমদে। মহাক মচানুপাশিংবু নুপীশিংদগী হেন্না নুংশিবনি। মচানুপাশিং লাঙ্গে ালগী যণনি। চরু ৱাইরুদা অহানবা হক মখোয়গীনি। মখোয়না চারগা খরা লেমহৌরিবদো অদু যণবীশিংগীনি। য়ূম লৈ, পৈশা খরা, লিশীং কয়া মরুমগী লিক-কোন, মখোয়বু মহৈ তমহন-খোৎহনগদৌরিবনি। কন্যা অমসু চহী মঙাগী মতুংদা লুহোংবা য়ারগনি। মরমসিনা পৈশা য়াম্না অউনপোৎ পীবা ঙমদরে নুপামচাশিংগীসু খরদি দরকার ওইরিবনি। মখোয়না করি খনগনি? মখোয়গীসু মপা লৈরম্লীবনি হায়বা।

পণ্ডিত মোটেরাম লখনউদগী হল্লকপগা মথংগী নুমিত্তা বর থিবা থোরকই। মহাক্না লখনউদগী হল্লকখিবা নুমিৎ তরামঙানি ফাজিল্লকলে। মহাক্না চৎলমদায়দা ৱাশক্লম্মী লখনউগী মীশিংসিদা উৎকনি। মখোয়দা নত্তে সংসারসিদা লৈরবসি মখোয়গুম্বা কয়ামসু লৈরিবনি। কল্যানী নুমিৎ খুদিংগী চৎখিবা নুমিৎ মশীং থীরীবনি। ঙসিদি মহাক চিঠি ইননবা মুকফু কলম পায়দুনা ফমথবদা মঙাইরি পণ্ডিত লাকপা উরকই।

কল্যানী— লেঙশিনবীরকউ পণ্ডিতজী, ঐদি অদোমদা চিঠি ইনবা তৌরম্লীবনি। কৈদৌঙে হনবীরকপাগে?

মোটে— হল্লকপদি অয়ুক অঙনবদনি। অদুদা মতমদুদা ইনাক-খুনবা অমগী বার্ত্তন অমা লাকই। নুম্নিৎ কয়ানিমুক্তগী অনৌবা পোৎ ফংদ্রবনিদো। খুৎতা লাকপা থবকসিসু তৌরুবা তাবনি। হৌজিক অদোমদগী লাক্লীবসিনি। ব্রাহ্মন চামা রোমগী পরেংনি।

কল্যানী— থবক খরা মহৈ য়াল্লবরা নৎত্রগা লম্বী নাপ ওনবদমক তারবরা?

মোটে— থবক করিগী মহৈ য়ান্দনি? অদুবু করিব্রানোনে মফম মঙাদা ব্বারী শাদুনা লাক্লবনি। মঙামক্কী ফোটো পুরকই। মখোয়গী মনুংদগী অদোম্না পাম্বদো খনবীয়ু। লৌবীয়ু সে। অহানবগী নুপামচাগী মপা ডাকবিভাগতা লুপা ১০০ থাগী থবক তৌই। নুপামচাদু হৌজিক কলেজ তম্লী থবক্কী আশানি, য়ুমদা লমতু লৈতে। অঙাংলা ফৈ, শাগৈ ঙাইসু ফৈ। ২,০০০/- দা ব্বা লোইনরে। হায়বদি লিশীং অহুম হায়রকই।

কল্যানী— নুপামচাদুগী ময়াম্বা মনাও লৈরিবরা?

মোটে— লৈতে অদুবু মচে-মচন অহুম লৈ। অহুমক কুমারীনি, মমা লৈরি। ফরে হৌজিক অনীশুবসিমুক য়েংবীয়ু। নুপামচাসে রেল বিভাগতা লুপা ৫০ থাদা ফংই। মা-মপা লৈতরে। মশক য়াম্না ফজৈ, লমচৎ ফজৈ অমদি মশা ফবা কসরত তৌবা নহানি। অদুবু শাগৈ ফত্তে, কনানা হায় মমাদো শমককপনি, কানা হায় ব্রাহ্মননি। মপাদু পঞ্চায়তকী মকোক ওরম্মী। য়ুমদা লমতু খরদি লৈ অদুবু শেন্দোন লিশীং কয়া মরুম তোল্লি। মফমদুদা লৌবা পীবা তৌররোই চহী কুনগী ওইগনি।

কল্যানী— শাগৈদা দাগ লৈত্রবদি ফগদবনি। উনা উনা থি নেৎনদে।

মোটে— অহুম শুবসি য়েংবীয়ু জমীন্দারগী মচা নুপানি। চহীগী লিশীং কয়া মরুম ফংই। লৌ ইশ্বোল খরাসু কোই। মচানুপাদো লাইরিক য়াম্না তম্বদি নত্তে। অদুবু ব্বাথোক-লান্থোক কোর্টকী থবক্তা হৈশিংই। অহানবা নুপী শিখিবা চহী অনী ফারক্লে মচা লৈতে। য়ুমলৈ-কৈরৈ পৌই। তকপা শুবা য়ুমদা তৌই।

কল্যানী— অউনপোৎ হায়রকপরা?

মোটে— মদুগীদি হংবীরক্কনু লিশীং মরী হায়রকই। ফরে মরি শুবসি য়েংবয়ু নুপাসি উকিলনি চহী ৩৫ গী ওইগনি। ৩০০/৪০০ তলব ফংই। অহানবগী নুপী শিখ্রে। মহাক্কী মচা নুপা অহুম লৈ। য়ুম শারে, লম তু খরাসু লৈরে। মফমদুদসু

লৌথোক-লৌশিন য়েৎনবা লৈতে।

কল্যা— শাগৈ করম তৌই?

মোটে— য়াম্না অথোইবনি, অরিবা ইনাক খুনবনি ফরে মঙাশুবসি য়েংবীয়ু। ছাপা খানাদুদা থবক তৌই। চহী ১৮ গী ওইগনি। য়ুমদা প্রেসতু নত্তনা লমতু লৈতে, শেন্দোন লৈতে। শাগৈ য়াম্নাসু ফবা নত্তে, য়াম্নসু ফত্তবসু নত্তে। নুপামচাদো য়াম্না ফজৈ অদুগা লমচৎসু ফজৈ। লিশীংদগী তারবদি বা লোয়নরোই। লিশীং অহুমদি হায়রকপনি। হৌজিক হায়বীয়ু অদোম্না করম্বা বর পাম্বীবগে

কল্যানী— অদোম পূম্নমক্তগী করম্বা পাম্বীবগে?

মোটে— ঐদি অনী পাম্মী অমনা রেলরেদা থবক তৌবদু অদুগা অমনা ছাপাখানাদা থবক তৌবদো।

কল্যানী— অহানবগীদুদি শাগৈদা দোষ লৈখিবা নত্তরা?

মোটে— হোই, দোষতি লৈ। অদু ওইরদি ছাপা খানাগীদুদা লেপ্পসি।

কল্যা— মদুদা লিশীং অমা পীনবা কদায়দগী লৌরুনি? লিশীং অমদি অদোম্না খনবনি। শোয়দনা মহাক হায়রক্কনি। অদোম্না য়ুমগী ফিভমদি উবিরেদনা। চাবা ফংবসি ফাও ফরবনি। পৈশাদি কদায়গী লাক্কনি? জমীন্দার সাহেব লিশীং মরী হায়রকই। ডাকবাবুসু লিশীং অনীগী ৱাহংনি। মখোয়দু লৈরসনু। বস উকিল সাহেবতমক মঙাইরে, চহী ৩৫ গী ফিভম থোইনা হেনজিন্দরি। মহাকপু

মোটে— অদোম য়াম্না খঙ্বিয়ু। ঐদি অদোমগী অয়াবগী মতুং ইনজবনি। য়ারিবা মফমদুদা টিকা তৌরুগদৌরিবনি। লিশীং অমগী খঙ্বিয়ু অঙাংদো রত্নুনি মহাক্কা লোয়ননা কন্যাগী পুন্সি মহৈ য়ানগনি। মশক মতৌগা চানবা গুণসু চেল্লী। নুপামচাদু য়াম্না ফজৈ অমদি লমচৎ ফজবনি।

কল্যা— পাম্বদি ঐসু মহাকপুনি, মহারাজ অদুবু পৈশা কনাগী য়ুমদগী লাক্কনি? কনানা য়েংবীরক্কনি? চাগদবশিংদি চা-থক্রুগা মাঙখিগনি। হৌজিক কনাগীসু মশকউবা ফংদে। তশেংবা ঐবুতনি ফত্তনা উরিবা মরমদি ঐনা তাম্থোকপনি। ইশাগী ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবদুগীদমক খুৎ করিগী তিংথোকউগনি? মচা মশুবু কনানা নুংশিদবগে? কনানা মখোয়বু নুংঙাইবা য়েংনীংদবগে? অদুবু মশাগী অঙম্বা হায়বা অমসু লৈদনা। ঈশ্বরগী মিং শোল্লদুনা উকিল সাহেবপু টিকা তৌবিরুরো। চহী খরা য়াম্লবনি অদুবু শিবা চংবা বিধিগী খুত্তা লৈবনি। ৩৫ গী মী অহন ওইনা লৌনদে। অদুবু নুপীমচাগী লায়বক্তা নুংঙাইয়ু তম্লবদি নুংঙাইজগনি।

অৱাবা নংউ তম্লবদি ৱাবা তাবনি। ঐখোয়গী নির্মলাদি অঙাংশিং নুংশিজবনি। মখোয়গী মচাশিংদো মশাগী ওইনা খনজগনি। অদোম্না অফবা পুংফম য়েংবীদুনা টিকা তৌবিরুরো।

## মঙা

নির্মলা লুহোংখ্রে। নুপা ময়ুমদা লাক্রে। উকিল সাহেবকী মিং তোতারাম কৌই। মুরং তৌবা, মশা মউ ফবা নিপানি। চহীদি হৌজিক নিফুদগী হেন্দরী অদুবু ৱায়েল শঙগীদমক সু নোম্বনা মকোক্কী শম ঙৌরে। হকচাং শাজেন তৌনবা মতম ফংদে। অসি ফাওবা কোয়বা চৎত্রবদি মপৃক কংথোরকই। হকচাং ফনা ফদুনসু হৌখিবা নুমিৎশিংদা অমা নৎত্রগা অমদি নুংঙাইতবা লৈরকই। মৈশা হম্থরকপগা নুংশংগী অনাবগদি লিরবা মরী লৈনরকই। অদুনা য়াম্না চেকশিননা চৎচরকপনি। মহক্কী মচানুপা অহুম লৈ। অহল মংসারাম চহী ১৬ কীনি। ময়াই জিয়ারাম চহী ১২ অদুগা সিয়ারাম চহী তরেৎ শুরবনি। অহুমমক অঙ্গ্রেজী তম্মী। য়ূমদা উকিল সাহেবকী মচে নত্তনা নুপী অতৈ অমা ফাও লৈতে। মহাক য়ুমগী মপু ইবেম্মা ওইরিবনি। মহাক্কী মীং রুকমনি কৌই। চহী ৫০ গী মথক্কী। মৱা ময়ূমদা কনাসু লৈতে, লেঙদনা মসিদা লৈবনি।

তোতারাম য়ুম্বানলোন হে। নির্মলাবু নুংঙাইনা থম্নবগীদমক মাগী অৱাৎপদু খুদোনপোৎনা মপুং ফানবা হোৎনৈ। মহাক খরাচ লীকপা ওইদুনসু নির্মলাগীদমক্তদি করিনো অমা নৎত্রগা অমাদি পুরকই। তাঞ্জাগী মতুং ইন্না লনবু থৌশাদে। অঙাংশিংগী শঙ্গোম খরা লাকই। অদুবু নির্মলাগীদমক্তি, মেৱা, মুরবের মিঠাই— করিগুম্বা পোৎ অমত্তগী অৱাৎপা লৈতে। পুন্সিদা কোয়বা অমদি কুম্মৈ য়েংবা চৎলক্তে। হৌজিক মাগী মমল য়াম্লবা মতমগী শরুক খরা ফমিন্নদনা গ্রামফোন খোংবা তাদুনা লেনথোকই।

তৌইগুম্সসুং করিগীনো খঙদে, নির্মলানা তোতরামগী মনাক্তা ফমবা অমদি নোক-খেদুনা ভাঙ শকপদা চিংনবা ফাওই। মসিগী মরম অমসু ওইবা য়াই, চহী মতাংদুগী মীওইদি ঙসি ফাওবা মহাক্কী মপাদনী মহাক্কী মমাঙদা কোক নোন্দুনা, মশা লোৎশিঞ্জদুনা থোক্লক্লীবা। অদুগুম্বা ফিভমদা নুপা অমা মাগী মপুরোইবা ওইরবনি। মহাক্তী প্রেমগী পোৎ নত্তে, ইকায়খুম্নবগী মতিক চারবনি। মঙোন্দগী চেনথোকচৈ, মহাকপু উরগা মহাক্কী শাৎকায়রবা মায়থোংসু মাঙখিবা খঙহৌদে।

উকিল সাহেবতা মাগী "য়ুম্বাললোন" না পাউতাক পীরি- নহা ওইবীগী মাঙদুদা প্রেমগী ৱারী কয়া শাগদবনি। থম্মোয় হাংদোক্তুনা থমগদবনি। মসিমক মাবু শুমহৎনবা

যস্ত্রনি মরমসিনা উকিলনা মাগী নুংশিবা উৎথোকপদা করিসু লোৎপা লৈতে তৌইগুম্বসুং নির্মলা ৱাহৈশিংদুদা তুক্কচবা পোকই। ৱাহৈদু নহা ওইরিবা পাখঙ অমদগী তাবদা থস্মোয়দা প্রেম পোক্কদবনি। অদুগুম্বা ৱাহৈশিংদু উকিল সাহেবকী মচিন্দগী তাবদা মহাক্কী থস্মোয়দা তাশোন্না থিনবগা মান্ননা ফাওই। মদুদা মহাও য়াওদে, নুংঙাইবা ফংদে, হরাওনিংঙাই ওইদে, সুপ্নগী অশেম্বনি মিনম্বনি, সুপ্নগী অকংবা মহাও য়াওদ্রবা ৱাহৈগী লৈথেৎনি। মহাক থাও মনম নুংশিবা তৈবদা ফত্তনা খন্দে। কোয়বা খোৎপা ফত্তনা লৌদে, কে খোৎপদসু ফত্তবনি নীংদে। মহাক্না হৈনদবদি তোতারামগী মনাক্তা ফম্বনি। মহাক্না মশক ফজবা অমদি যৌবনগী ইনখৎলকপদু মঙোন্দা উৎপা পামজদে। করিগীনো হায়ববু মদু য়েংবীনবা মীৎয়েং লৈতে। মহাক্না মদু পূম্বগী মহাও চুপ্নবা মতিক চাবা পাত্রনি খন্দে। অপোম্বা লৈ অয়ুক্কী মলয়ানা শোকপদা শাৎকাই। অনীমক্কী মান্নবা থৌইনশিন লৈবনি। নির্মলাগীদমক অদুগুম্বা মান্নবা থৌইনশিনদু কদায়দনো? অয়ুক্কী ইংলবা মলয়া নামিবনা কদোমদনো।

অহানবা থা লোইখিবগা তোতারাম্না নির্মলাবু শেল-থুম পান্নবা হাপলে। কোর্টতগী লাকপগা নুমিৎ চুপ্না তানবা পৈশাদো মঙোন্দা পীরম্মী। মহাক্না খল্লী, নির্মলানা পৈশাশিংদু উরগা হরাওবগী ঙমখৈ লৈররোই। নির্মলা য়াম্না হরাওনা ফমদুনা থবক্তু পাংথোক্কনি। পৈশা অমমমগী হিসাব থম্মী। করিগুম্বদা তানা ফংলবদি ঙসি তানা ফংবগী মরম হংই। ঙসি তারিবগী মরম করিনো? যুম্বাক্লোনগী মরমদা মাগা ৱা য়াম্না ঙাঙনৈ, মানা ৱাহৈশিংদুগী মতিক চাবা খল্লীবশিংদুগী মরক্তা ফাগি জুগাইগী ৱাহৈ হেক য়াওরকপদা মাগী মায়থোঙ লাংশিল্লী।

নির্মলানা ফিরোন লিক-কোন শেৎ-শিদুনা মিংশেলদা য়েংজরি অমদি মদুদা মহাক্কী মপান নাইদনা ফজবদু উজরগা মাগী থস্মোয়দা পেন্নাইদ্রবা কামগী ইখৌ লাংবগী ইথক ইহৌরকই। মতমদুদা মাগী থস্মোয়দা মৈরী থোক্না চাকপা হৌরকই। মদুগী অশাওবদু মক ওইনা মমাদা তাইনরকই, মথংদা অদুদগী হেন্না মরাল লৈজদ্রবা, লাইবকথীরবা তোতারামদা ওইনা তাইনরকই। মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা ৱাফমসিগীদমক শাওজরম্মী। থৌনা ফবা শাদোংবা মীনা পোৎপুবা শগোল খচচরদা তোংবদা নুংঙাইবা পেনবা ফংগদ্রা? মদুগী শরুক খোঙনা চৎপনা হেন্না ফৈ খনজরমগনি। নির্মলাগী ফিভমসু শাদোংবামীগী পাংখক্কী। মদুদা তোংদুনা পাইজনীংলম্বনি, অদুগুম্বা বিজলীগুম্নবা শাদোংগী নুংঙাইবা পামজরম্বনি অপীকপা খচচরগী হি হি খোংবা অমদি মনা থাঙ্গৎতুনা য়েংবদুদদি করি করম্বা আশা তৌরুগনি? ওইথোকপা য়াই, অঙাংশিংগা নোক-খেদুনা শান্নবদা মশাগী ফিবমদু ঙাইহাক সু কাউথোকচবা অমদি পূক্লিং ঙাইহাক য়াংহনজবা তৌইগুম্বসুং মদুসু রুকমনি দেবীনা অঙাংশিংবু ঙাইহাকফাও পলহন্নীংদে। হিংচাবীনা মখোয়বু য়োৎশিনখিগদৌবগুম

খল্লী। রুকমনি দেবীগী লীচৎ সংসারসিদগী তোঙাল্লী। মহাক করম্বা ব্রাফমদা হরাওগল্লী। অমদি করম্ববুনা চাকচবগে হায়বা খঙবদা লুনা থোকই। করিগুম্বা নির্মলানা মাগী কাদা ফমদুনা লৈরবদি হায়গনি কদায়দগী অমঙ্গলগী মশক ওইবীনো? অদুগা কাদা চৎতুনা মীনাইশিংগা ব্রারী শান্নবা থেংনরবদি ইজ্জৎ লৈতবী ইকায় খঙদবী কনা লৈজদবীসিনা ইকায়ববুদি ঙৌদুনা চাথোক্লে, খরা লৈরগদি বাজারদা জগোই শাবা থোক্লগনি।

উকিলনা নির্মলাদা পৈশা পীবা শেল থুম শিন্নবা হৌরকপদগীদি রুকমনি মদুগী মরমদা ঙাং শকপদা হিদোংলকই। অঙাংশিংনা পৈশাগী দরকার ঙাইহাক লৈতনা লৈরকই, মশামক মপুইবেম্মা ওইরিঙৈদদি মখোয়বু হরাওহলম্বনি। হৌজিক চুন্না নির্মলাগী মনাক্তা থাজিল্লকই। নির্মলানা অঙাংশিংনা অথুম-অহাও লৈদনা চানীংবগী হৈনবীসে ফন্না লৌদে। করি করিগুম্বদা পৈশা পীবদা য়ানীংদে মতমদুদা রুকমনি দেবীগী ব্রাহৈগী তেন কাপ্পবগী তাঞ্জা ফংই। হৌজিক্তী য়ুম্বুরেম্বী ওইরবনি অঙাংশিংদি কদায়দগী হিংলনি। মমা লৈতবা মচাবু কনানা হংবিগনি? লুপা লুপাগী মিঠাই চারম্বনি হৌজিক লৈতুম ফাওবা ফংদরে। নির্মলানা শাওনীংদুনা করিগুম্বদা হংদনা পৈশা পীরবসু মদুগী তোঙানবা অলোচনা তৌই-অঙাংশিং, শিসনু নৎত্রগা হিংসনু মদুগা মাগী করিনো? মনিংনি। মমা লৈতবনা কনানা ঙাঙবীগনি? ইবুংঙো, মিঠাই চাবা ফত্তবনি। য়াম্না চাগনু অচৎ অথোক্তী ঐগীদনি, মাগীদি করিসু লৈতে।

অসিদমক ওইরবসু নির্মলা খাঙবা ঙমগনি অদুবু সি আই ডী পুলিসকী মতৌগুম নির্মলাগী মতুং ইন্নদুনা লৈগনি। মহাক কাদা লেপ্পী অদু ওইরদি কনাগুম্বদা মীৎয়েং চঙলিবা ওইরিনি, মীনাইশিংগা ব্রারী শারিবা উরবদি মাগী নিন্দা তৌরিবা ওইরিনি। বাজারদগী পোৎ তপ্পবসু মদু অকে অমৌগী পোৎ ওইরিনি? অসিদা নত্তনা তোইনা মাগী চিঠি পাগদবগী হোৎনৈ। লোন্ন-লোন্না মাগী ব্রা তানবা হোৎনৈ। নির্মলা ময়া অনী পানবা থাংশাংসিবু কিজবনা নিক্লবনী। অসি য়ৌনা নোংমদি মপুরোইবদা হায়রকই। অদোম্না ইনম্মবু খরা থেমজিনবীয়ু করিনো ঐগী ইতুংদা শেনদুনতা লৈরীবা?

তোতারাম্না শাওরংনদুনা হায়রকই নঙোন্দা করি হায়রকপগে?

নির্মলা— নুমিৎ খুদিংগী হায় ব্রাহৈশিংদু চিনসিনা পনবা ঙমদে। মনা ঐঙোন্দা পৈশা নুংশা পীবসে নুংঙাইতরগা মঙোন্দা ওইনা পীবীয়ু ঐদি করিসু পামজদে মহাকপু য়ুম্বুরেম্বী ওইহনবীয়ু। ঐদি সুপ্নগী প্রমাণ পাম্থে তৌবিদবা পামজে।

মসি হায়না হায়না নির্মলাগী মীৎলুদগী পিরাং শীনথরকই। তোতারাম্না মাগী প্রেম উৎথোক্লবগী য়াম্না ফববা তাঞ্জা অমা ফংলে। হায়রকই— ঐনা ঙসিমক মাগী পাউ হংগনি। চিনবান কাংদনা লৈগে হায়বগা লৈয়ু নৎত্রবদি চৎনিংবা মফমদা চৎখিবা য়াগনি য়ুমসিগী মপু মহাক নত্তে নঙনি। মহাক্তী নঙগী মতেং পাংনবগীদমক্তনি। মতেং পাংবগী মহুত্তা

নঙবু ৱাহল্লবদি মহাক মফমসিদা লৈবগী দরকার লৈতে। ঐনা খল্লী লুখ্রাবীনি চেঙ পরা অমা চারগা লেঙদনা লৈজনি। অতে মীনাই মীশন্নসু চারিবনি। মাদি ইচেনি। অঙাংশিংগী য়েংশিনবীনবগী দমক্তসু নুপী অমা দরকার ওইবনিনা থল্লীবনি তৌইগুম্বসুং নঙোন্দা শাসন তৌনবদি নত্তে।

নির্মলানা অমুক হায়রকই— অঙাংশিংদা "নমাদগী পৈশা লৌ" হায়না থৌজিল্লী। করিগুম্বদা অমা, করিগুম্ব অমদনা অতোপ্পা অমা। চৈরুরবসু মমিৎ ঙাংলদুনা চেনখি। ঐবু অঙাংশিং উরগা চা ক্লীবনি হায়রি। ঈশ্বরনা খঙলিগনি। ঐনা অঙাংশিংসে কয়াদা নুংশিজরিবা। অশেংবদি ঐগী ইচামক্লীনা মখোয়দা করিগী কল্লক্লুনি?

তোতারাম শাওবনা নিক্লকই। হায়রকই— নঙবু নুংঙাইতনবা তৌবা অঙাংদো ফু। ঐসু য়েংগে অঙাংশিংসে চাওশিলক্লে। মংসরামবু ঐনা বোর্দিং হাউসতা থমখ্রগনি। অরেম্বা অনীসিনা ঙসি খঙহনগে।

মতমসিদা তো তারম কোর্টতা চৎনবা হোৎনরে। চৈ-থাংবগী মতম লৈতে। তৌইগুম্বসুং কোর্টতগী হল্লকপগা রুকমনিদা হায়রকই— ইচে নঙ য়ুমসিদা লৈগে হায়বরা নৎত্রগা লৈরোইরা? লৈগে হায়রবদি ইংনা লৈয়ু নৎত্রদুনা অতোপ্পা লৈবা ঙমদনবা তৌগনু?

রুকমনি খঙই, মৌনা চৈফু পীরকপনি। অদুবু মহাক নমথবা য়াবা নুপীদি নত্তে। অমারোমদা চহীদা অহল ওইরবা অদুগীসু মথক্তা য়ুমসিগী সেবাদা পুন্সি কেল্লক্লবনি। কনাগী মতিক লৈবগে মাবু তাম্থোকপা? মহাক মৌপ্পাগী অপীকপা মতৌদুদা নুংঙাইজদে, হায়রকই—

অদুদি মীনাই ওইনা থমগেরা? মীনাই ওইবা তারবদি য়ুমসিগীদি ওইররোই। নঙগী অনীংবা অপাম্বদো খঙলে। য়ুমদা কনাগুম্বনা মৈ চুরগা মদু য়েংদুনা লৈগদরা, কনাগুম্বনা লম্বী লান্না চৎলবসু মদু তুমিন্না লৈগদরা, মানা নীংবা তৌবা অদুগী ঐনা লৈবাক্তী দেবীগুম্না লৈবা অদু ঐ ঙমলোই। মসিদা করি তৌরবগে, নহাক নশাবু ৱাংমা লাঞ্জরিবদি, লৌশিং পূম্বা মপাম্থোক্লে। ঙরাংগী মীনাইনুপীনা নশম পায়দুনা জগোই শাহল্লেনে। ৱাহং পাউহং দনা, মানা তেন কাপ্লক্লবদি মোম্না শাবা সিফাইগুম্না থাঙ পায়দুনা লেপ্পরে।

তোতা— তারিবনি নহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী অশোয়বা য়েংদুন, থিদুনতা লৈ, ৱাহৈ খুদিং প্রমাণ তৌই। অদুবু করিগুম্বদা খরা তাকপি তম্বীনীংবা লৈরবদি নুংশিনা ফজবা ৱাহৈ ৱাতানা লোয়নবিগনি। প্রমাণ-পাম্থেনা পাউতাক পীবগী মহুত্তা হেন্না শাওনীংহনবগী মচাক ওইরকই।

রুকমনি—অদুদি ৱাফম অমতা ঐহাক ঙাওলনু অসিনিনে নঙগী অপাম্বদি। অদুমক ফরে "নঙদি য়ুমদা ফমদুনা লৈবনি করিগী তানদবগে?" হায়রক্কনু। ঐগী ৱাদু হু

ওইরবনিনা হুইনা চীকপদৌনা করিগী ঙাঙলুনি। প্রমাণ লৈবনি মখোঙ নেম্বা শল মমৌ অনৌবীগী য়ুম্বান ঐসু য়েংবা তারেদনা মৌ অনৌবীগী য়ুম্বান।

মরকসিদা সিয়ারাম অমদি জিয়ারাম স্কুলদগী লাকলে। লাকপগা মনেগী মনাক্তা চানবা পীয়ু হায়রকই। রুকমনিনা হায়রকই— নমা অনৌবীসিদা করিগী হায়দ্রিবনো? ঐহাক ৱা ঙাঙনবগী য়াথং লৈতে।

তোতা— নখোয় ইমুংসিদা খোঙ্গুন তাহনবা য়াদরে নখোঙদু থুদেক্কদবনি। ফত্তবগী মশা পাল্লেনে।

জিয়ারাম খরা শিংলে, হায়রকই— নঙোন্দদি করিসু হায়দে। ঐখোয়দা পৈশা পীদে অদুগা ঐখোয়দা চৈবনি।

সিয়ারামনা ৱাফমদু মপূং ফাহল্লী— "ঐবু নুংঙাইহন্দ্রবদি ননাদু থৎকনি" হায়দরনে জিয়া?। নির্মলানা মাগী কাদগী হায়রকই— ঐনা করমকান্দা ননা থৎকনি হায়খিবগে? হৌজিক্তগী ওইদবা ঙাঙবা হৌরবরা?

মসি হেক তাবগা তোতারাম্না অঙাংদু মনা পায়দুনা থাঙ্গৎলি সিয়ারাম কন্না লাউদুনা কপ্লকই। রুকমনি চেল্লক্তুনা অঙাংদু মুন্সীজীগী মখূত্তগী লৌথোকই অদুগা হায়রকই অঙাংসি হাৎলগেরা? বস লৈরসনু, হায় হায় মনাসে ঙাংলেনেসে। তশেংনা হায়রিবসিনি অনৌবী নুপী ফংলবদি মীসে ঙাওবা জাৎনি। হৌজিক্কা ফিভমসি য়ৌরবনিনে ঈশ্বর য়ুমসিগী মপুনি।

নির্মলা মায় পাক্লবদুদা মপূক্লিংদা হরাওজরি তৌইগুম্বসুং অঙাংগী মনা লাক্নুনা থাঙ্গৎলবদুদগীদি মহাক লৈবা ঙমলক্তে। লৌথোক্লবা চেল্লকই। অদুবু রুকমনি হান্না থুংগ্রে, হায়রকই হান্না মৈ চুরগা মুথৎনবা চেল্লক্লীবা নশাগী অঙাং লৈরবা কান্দা জ্ঞান তানি। অতোপ্পগী অৱাবা করি খঙগনি?

নির্মলা— লেপ্লীবসিনি হংউদনা, ঐনা করিদা মৈ চুরিবা। ঐনা হায়ববু অঙাংশিংনা পৈশাগীদমক ঐবু নুংঙাইহন্দে। অসি নত্তবা ঐগী ইচিন্দগী করিগুম্বা অতোপ্পা হায়খ্রবা ইমিৎসে তাংখ্রসনু।

তোতা— ঐ ইশানা অঙাংশিংসিগী ঙাওশিন্নবসি উরবনি। মীৎ তাংবদি নৎতেদনা। অহুমমক মরৈ কনবা অমদি চাওরক্লবনি। অহনসিদি ঙসিমক বোদীং থাখ্রগনি।

রুকমনি— ঙসি ফাওবা নহাক মখোয়গী ফত্তবা অমত্তা খন্দ্রীবনি। ঙসিদগী য়াম্না শেংনা উশিল্লবনিনে?

তোতা— নহাক্কা হে তোংদুনা ফত্তবা তৌরিবনি।

রুকমনি— অদুদি ঐসে হু চফুনিনে। ঐনা মরম ওইদুনা নঙগী য়ুম কায়রবনিনে। ফরে ঐ চৎলে, হাৎকেরা তুপকেরা ননীং, ঐ করিসু হায়খ্ররোই।

মসি হায়রদুনা মহাক মফমসিদগী চৎখি। নির্মলা অঙাং কপ্পা উরগা নুংঙাইরক্তে। মহাক্না অঙাংদুবু মথাদা কোন্দুনা কাদা পুশিনখ্রে অদুগা থেম্বা হৌরকই। তৌইগুম্বসুং অঙাংদু হেন্না হীক হীক কপ্লকই। মাগী পঙলবা থম্মোয়দুদা মমাগী মীনুংশি ফংবা ঙমজদে। মদুদি ঈশ্বরনা ফংহনবিদ্রবনি। মসি মচা নুংশিবা নত্তে, সুপ্পদগী মীনুংশিনি। মসি মহাক্কী অধিকার লৈজদবা পোৎশক্তুনি। সুপ্পগী ভিক্ষাগী মওংদা মঙোন্দা হাপ্পীরিবনি। মপানা অমুক অনীরক ফুখ্রবনি। মতমদু মমা হিংলিবনি। মদুদা মমানা মথাদা কোনবীবদা মহাক কপখিদবনি। মহাক নুংঙাইতদুনা মঙোন্দা ব্রা ঙাংখিদ্রবনি অদুবু ঙাইহাক লৈরগা মশামক অমদি পুন্নমক কাউথোক্তুনা মমাগী মনাক্তা চেল্লকখিবনি। ঙাওশিন্নবগী দন্দি ফংবদি মহাকসু খঙজবনি তৌইগুম্বসুং ফুহনবা মতুংদা থেম্বদি মহাক খঙজখিদবনি।

মমাগী প্রেমদা অকন্নবা শরুক য়াওরবসু অতোৎপনা চাং হেন্না য়ানশিন্নবনি। প্রেমসিদা মীনুংশিগী অকনবা শরুক য়াওদে, মসি অত্মাগী ওইবা অরোনবা পাউনি। মশা ফবগী কনানা থৌওইনা তৌনবগে? তৌইগুম্বসু হকচাংদুনা করিগুম্বা অৱাবা অমগী চৈথেং ফংলবদি মদুদা খজিক্তং চৈফু নৎত্রগা চৈথেংদগী কনজনবা হোৎনরকই। অঙাংদুনা নুংহিক্কবদুগী পাউ পীরকই। মহাক য়ান্না কুইনা নির্মলাগী তম্বাক্তা কপ্তুনা ফমদনা লৈরম্মী। কপ্পা কপ্পা তুমথখরে। নির্মলানা অমুক তপ্পা অঙাংদু ফমুংদা তুমহন্নবা হোৎনরকই। অদুবু অঙাংদুদা করিগুম্বা মখাদা কোম অমা লৈরবা মদুদা তাগদবগী কিজবনা নির্মলাদা নমশিনখিবনি। চিং নবা অমদি অকিবনা মাগী মায়থোঙ ফিভম কায়রকই। মপাম্বোম অনীদুনা কন্না নির্মলাগী ঙকশমদা কোল্লকই। অদুদগী নির্মলানা অঙাংদু তম্বাক্তা থাঙ্গৎলে ফমুংদা শুম্বা ঙমদরে। মতমসিদা অঙাংদু মতম্বাক্তা পল্লবদুদা য়ান্না অপেনবা অমা ফংজরম্বা অদুগুম্বা নুংঙাইবা অপেনবদু কৈদৌঙৈদসু ফংজখিদরি। ঙসি ইহান হান্না থম্মোয়দা চৈনা ফাওরকই মদু নৎত্রবদি মীৎ পাংথোকতে অমদি মশাগী মথৌগী মরমদা খনবা ঙমজদে। অদুগুম্বা লম্বীদু হৌজিক উবা ঙমজরে।

## তরুক

নুমিত্তুদা মাগী মপান নাইদ্রবা নুংশিবগী প্রমাণ পীরবগী মতুংসিদা তোতারাম্না আশা তৌজরকই নির্মলাগী থোৎলবা থম্মোয়নুংদা মাগী অধিকার ফংলবনি অদুবু মাগী আশাসে খজিক ফাও মপূং ফাবগী ৱা লৈতে হান্নদি মঙোন্দা নোক খেদুনবু ৱা ঙাঙলম্বনি। হৌজিক অঙাংশিংগী য়োক-থাকপারোমদা হেন্না থৌ চিল্লক্লে। য়ুমদা লাকপগা অঙাংশিংগী মনাক্তা ফম্বা থেংনৈ, করিগুম্বদা মখোয়বু পীজ-পীথক তৌবা উই, করিগুম্বদা ৱারী লীবীরি। নির্মলাগী চাক্লবা থম্মোয়দো 'নুংশিবদগী নীংবা কায়রদুনা মখাপোনবশিংগী মায়কৈদা হেন্না ফরবগুম খল্লে। তোতারামগা লোয়ননা নোক-খেদুনা ৱারী শাবদা চিংনজৈ, পামজদে অমদি অনীংবা অপাম্বা ওইজরুদে। অসি ফাওবা হৌদুনা চেননীংই। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা অঙাংশিংগী চম্লবা শেংলবা নুংশিবনা পূক্লিংদা নুংঙাইহল্লী অহানবদা মংসারাম মনাক্তা লাকপদা হঙ্গে ইজরম্বনি অদুবু হৌজিক মহাকসু করি করিগুম্বদা লাক্তুনা ফমলৈ। মহাক নির্মলাগা লেংগা ওইনা তৌই তৌইগুম্বসুং পূক্লিং ইঙ্কন চাওখৎলকপদদি চহী মঙা হঙ্কবনি। হাক্কী অমদি ফুটবোলনা মাগী সংসারনি। মাগী কলপ্নগী মনীং তম্বা লমহাংনি। অমদি মাগী অনীংবগী ইশং-শংলবা লৈকোননি। মশা মউ পাবা, মরূ খিঙজবা ফজবা, মোমোম্ভ নোক্তুনা লৈজবা ইকায়থিগনবা অঙাংনি। মাগী য়ুমসিদা চাবগী মরী খক্তনি। অরেম্বা মতম অয়াম্বদি খঙদে কদায় কদায়দা কোয়রিবা? নির্মলা মাগী মচিন্দগী শান্নবগী ৱাঙাং তাবদা ঙাইহাক্কী ওইনা মশাগী চিন্তাবু কাউথোকচৈ অদুঙৈগী মাগী লাইধী শান্নরিঙৈগী পুন্সিবু, লাইধী লুহোংবী শান্নরিঙৈগী মতমবু থাদোকখিবা পংকুই কুইদরিবনি, নীংশিংলকই।

মুন্সী তেতারাম নাইতোম তাবা মীওইগী হৌনশা ভোগ বিলাসতা লূপ্পা মীওইনি। মতম খরদি মহাক নির্মলাবু কোয়-খোৎপা কুম্মৈ, য়েংহননীংবা তৌরম্মী। অদুগী মহৈ চাদ্রবদুদা অমুক মতোমতা নাইতোম তাবা হৌরকই। নুমিৎ চুপ্পা ৱাখলগী থবক শুরু নোম্লরবা তুংদা পূক্লিং হরাও-নুংঙাইথোকপা পান্নকই তৌইগুম্বসু মগী হরাও লৈকোন্দা চঙলবদি লৈশিংদু খুইরম্বা পাম্মী কংলম্বা, ফেদোমশিংদু উফুল থাংবা থেংনরুই। অদুদগীদি লৈকোন সিবু করিগী চাইখায়রোইদৌবনো খল্লকই। নির্মলা মঙোন্দগী তোপ্পা লৈ, মাগী অরোনবদু

খঙবা ঙমদে। য়ূস্বান বিজ্ঞানগী মন্ত্র পূম্বা চাংয়েংলে অদুবু অনীংবদু মপূং ফাহনবা ঙমদরে। হৌজিক করি তৌগনি, মসি মহাক খঙবা ঙম্লমদে

নোংমা মহাক বাখলসি তৌদুনা ফম্নীঙেদা মাগী মতম অমগী তমিন্নরকপা নয়নসু খরাম লাক্কুনা ফম্লরে। সলাম বলাম তৌনরবা তুংদা মোমোন নোক্কুনা হায়রকই— ঙসি ঙরাংদি লুখনা ইরুপ্লীগনি। অনৌবী নুপীগী লেঙ্গোন্দা নহা ওইবগী মহাওদি কয়া নুংঙাইজরিগনি। ভাই, লায়বক য়াম্না ফবনিদা। শাওরবা নহা ওইববু থেম্বা হায়বসিগী উপায়সু অনৌবা লুহোংবনি। মফমসিদদি পুন্সি মরু শ্লবনি। নুপীদুনা কোনশিনখিবদগী নোংখোংদ্রিফাওবা থাদোক্তে। ঐদি অনৌবা লুহোংবগী বাখলদা লৈরে। করিগুম্বা মফম খুদোং চাবা লৈরবদি হায়ন-শিংনবীয়ু মদুগী তৌবিমল খঙবগী মনা ওইনা মহাক্কী খূৎনা তপ্পা ক্না পীজগে।

তোতারাম্না চিংলেম্না হায়রকই করিগুম্বা অদুগুম্বা অপঙবগী থবক্তু তৌরুগনু নৎত্রবদি নিংঙমহৌরোই। নহানুপীদি নহাশিংতগা নুংঙাইনা লৈবা ঙম্বনি। নঙ ঐগী থবক্তুগী মীওই ওইদ্রবনি। শেংনা হায়রিবসিনি। ঐহাক লুহোংলুবনা নীংঙম্লক্তে। ফত্তবা মতম লাক্লবনি। খন্নী চহী ২/৩ দং পুন্সিগী নুংঙাইবা মহাও লৌখিগে, অদুগী ওন্না তৈন্নবদা লায়না ওইরে।

নয়ন— নহাক্না হায়রিবদু করিনো? নুপীশিংবু খূৎ চনবা অরুবা থবক্না? কোয়-খোৎপা অমদি হরাও কুম্মে য়েংহল্লু। মাগী মশক ফজববু থাগৎলু, বস খূৎ চল্লগদবনি।

তোতা— অদু পূম্বা তৌ-খোত্তুনা মায়থীরবনি।

নয়ন— ফরে, মনম নুংশিবা থাও লৈশুঅচা অথক্কী মহাও তংহল্লুদনা?

তোতা— অহৌই, মদু লোইনা তৌদুনা লোইরে য়ূস্বান বিজ্ঞানগী মন্ত্র পূম্বা চাংয়েংলে। পূম্নমক অরেম্বা বারেম ঙাক্তনি।

নয়ন— ফরে, হৌজিক ঐগী পাউতাক লৌ, নশাগী মায়থোঙ শেম-শারে। হৌজিক কান্দা বিজলীগী ডাক্তর অমা লাক্লে। মায়দা অখুইবা ময়ি অমদি অঙৌবা শম অমফাও লৈহৌবা ঙম্বা নত্তে। খঙদে করি যাদু তৌবনো? মীওইদুগী ফিভম পূমহোং হোংবনি।

তোতা— ফী কয়া লৌবগে?

নয়ন— ফীদি য়াম্না লৌই হায়, লুপা ৫০০/- রোম।

তোতা— ওঃ অদুদি অঙাওবা ওইরিনি অপঙবশিংবু লুট তৌরিবা ওইরিনি। থাও মখল অমা তৈরগা নুমিৎ নীনী/হুমনীগীদমক মায়দু খরা নাহল্লীবা ওইরিনি। পাউ-চেনবা ডাক্তরশিংদা থাজবা লৈতে। মঙা/তরাগী বা ওইরদি মফে। পূক্লিং নুংঙাইনবা ওইরবসু। ৫০০/- দি য়াম্না চাওবা শেলফমনি।

নয়ন— নহাক্কীদমক লুপা ৫০০/- কয়া য়াম্বা বানো? থা অমগী আয়নি। ঐগী ওইনদি

লুপা ৫০০/- দং লৈরদি ইহান হেক হান্না মদু তৌহনগনি। নহা ওইবগী পুং ১ গী মমল লুপা ৫০০/- হেনদরা?

তোতা— হোই, অহোঙবা দিহাক তাকউ। অহোঙবা সাধুগী উনা ৱানাগী হিদাক মদুনা শাপ নৎত্রগা ফত্তবা পূম্বা চামথোকখিদুনা অশেংবা মচু ওইরক্লবা বিজলী অমদি রেদিয়ম অচৌ-অশাংগীদমক লৈরসনু। মখোয়গী য়াইফবা ওইসনু।

নয়ন— অদু ওইরদি প্রেমী অমগী মতৌ তম্মু। নঙগী অকোম্বা কোটসি লংথোকখবো। ফজরবা অখুবা ফুরিৎ, সিল্কী পাইজমা, ঙকশমদা সনাগী মরী, কোক্তা জয়পুরগী কোকয়েৎ, মীৎতা সুর্মী অদুগা শমদা হীনাগী থাও তৈগদবনি। পূক হনজিনহনবা তঙাইফদে। খ্বাংদা পেতি অনীরক ফাজিল্লু খরদি ৱাগনি। অদুবু ফুরিৎনা খুমজখিগনি। শম মুন্নবনা ঐনা তৈবীগনি। গজল চামা-য়াম্খে ফাজিল্লু, তাঞ্জা তাঞ্জাদা শৈরেং পাউ। ৱাহৈ খুদিং রস চেলহল্লু। নহাক অৱা-অনাগী সংসারদা করিসু দরকার লৈতবা মালহল্লু, বস, খরা লৈরিবা পূম্বসি নুংশিজরবীগীনি। নহা ওইবগী মতৌ অমদি থৌনা ফবগী থবক তৌনবা হোৎনৌ। তাঞ্জা থিয়ু। নুমিদাংদা নতোমতা চোংথোকউ, নমথাক্কী ইরাং তৌ, হুরানবা হুরানবা লাউদুনা খুত্তা থাঙ পায়রগা মপান্দা চেম্ণোকউ। হোই তাঞ্জাদি য়েংবা তাবনি নৎত্রবদি তশেংনা হুরানবা লাকও অদুগা নহাক মাগী তুং ইন্নরো নৎত্রদি অরোনবা পূম্বা খঙখিগনি। অরেম্বদা অপঙবা তাগনি। মতমসিদা নহা ওইবগী মতৌদি নহাক তুমিন্না নুংঙাইনা লৈথোকলো। মদুগী পাউ ফংদবগুম্না তৌইগুম্বসুং হুরানবদু চেললিবগুম্না খল্লে। অদুগা নহাক চোংদুনা মপান থোকখরো। অদুগা থাঙ পায়দুনা কদায়দনো-কদায়দনো হায়না লাউদুনা চেল্লু। য়াম্না নত্তে অমুকখক ঐগী ৱাহৈদো পরীক্ষা তৌদুনা য়েংউ। মদুদা নহাক্কী নুংশিবদুদা থাজবা ফংদ্রবদি নঙনা হায়বা জুর্মানা ঐনা পিগনি।

তোতারাম্না মতমদুদদি ফাগিদা খন্দোকখিবনি অদুগা ব্যবহার হৈবা মীওই অমনা তৌবগুম অদুবু মদুগী ৱাহৈ খরদি মাগী পূক্লিংদা তুঙদুনা লৈহৌরে। মদুগী প্রভাব তাবদা চিংননীংঙাই লৈতরে। তপ্পা তপ্পা মচু ওনবা হৌরকই। মদুদা মীশিংনা চিংনদনবসু হোৎনৈ। অহানবদা শমদগী হৌরে অদুদগী মিৎতা সুর্মা তৈবগী মতাং লাকই। থা অমা/অনীদদি মশা পূম্বা পূমওন ওল্লে। গজল পানবা, চিনফা পুনবা পাউতাক্তুনি য়াম্না নোক্লীংলিবা। তৌইগুম্বসুং থৌনা ফবগী মতৌ তম্বদি থোইনা কাইবা লৈতে।

নুমিত্তুদগী মহাক্কী থৌনা ফবগী ৱাফম অমা নৎত্রগা অমদি শোয়দনা হৌদোক্লকই। নির্মলা চিংনবা পোক্লকই, করিগুম্বদা অঙাও লায়নাদি চুদবরা খল্লী। হঙ্গাম থোংবগা তাইচুংগী

চাক্কা চাবা নিপাদুনা শঙ্গোম অমদি শগোল মমিৎ অঙৌবী তোংনীংবগী অপাম্বা ফোংদোকলকপদা, মহাক্কী ফজরবা ৱাখলদুদা অঙাওবগী চিংনবা পোকপবু অঙকপা ফাওরোইদৌবগী মরম লৈবরা? নির্মলাদা মাগী অঙাওবা মতৌসিনা করি প্রভাব তারিবা? হোই মঙোন্দা মীনুংশি পোকপা হৌরকই। শাওনীংবা অমদি তুক্কচবা হায়বসিদি মশাগী জ্ঞান লৈবা মীশিংদদনি। ঙাওরবা মীদুদি থৌজালগী পাত্র ওইববনি। ৱাঙাং-শঙাং খুদিংমক মহাক্কা নোকনি হায়না ফাগি তৌগনি। হোই মসিবু খঙখিদনবা ৱাখলসু তৌই। মহাক্কা খল্লী লাইবক থিরবসি মাগী পাপকী প্রয়চিত তৌরিবনি। তৌরিবা পূন্নমকসি ঈশাগী অৱাবা কাউজনবনি তশেংবদি ঐগী লায়বকতি হোংবা য়াররোই মসিদা লাইবক থীরবসিবু করিগী চাকহল্লুরগনি?

নোংমগী অহীং পূং ৯ তাবদা তোতারাম থৌনা ফবা শাদুনা কোইরুবা হলজিল্লকই। অদুগা নির্মলাদা - ঙসিদি হুরানবা অহুমগা থেংনরুরে। ঐহাক শিবপুরগী মায়গৈদা চৎলম্বনি। পূংমম মম্মী। রেল লম্বীগী মনাক্তা থুংলুবদা মীওই অহুম থাঙ পায়দুনা কদোমদগীনো খঙদে থোরকই, থাজৌ অহুমদো অমুবা লাই ঙাক্তনি। ঐদি তশেংনা ইতোমতা, খুত্তা সুপ্নগী চৈসিদা পায়। থাঙ পায়বা অহুম, জ্ঞান মাংখিবনি। ঐনা খল্লী শিরবসু থৌনা ফবগী মীশিদা কৈদৌনা শিবোই। মরক অসিদা অমনা হায়রকই— থম্মু নঙোনদা য়াওরিবা মখৈ অদুগা চৎখো? ঐনা চৈদু চেৎনা পায়দুনা লেপ্লম্মী অদুগা হায়রম্মী— ঐগী নাক্তা সুপ্নগী চৈসিদনি লৈরিবা, মসিগী মমল মী অমগী মকোকনি।

ৱাহৈসি হায়দোকপা মপূংবু ফাদ্রি। মখোয় অহুমমক থাঙ পায়দুনা চোংশিল্লকই। চৈফুদু চৈনা ঙাকথোক্লম্মী। অহুমমক্কা কন্না-কন্না থাঙনা য়ানশিল্লকই বিজলীগী মতৌগুম্না মখোয়গী চৈফুদো ঙাকথোকই। মিনিট তরামুক অহুমদো থাঙগী হৈশিংবা উৎলকই। অদুবু ঐঙোন্দা খজিকফাও থেংখিদে। ঐদি থাঙ পায়দে করিগুম্বা থাঙ পায়রম্বা থোক্লবদি মখোয় হিংনা থারমলোইদবনি কদায় ফাওবা বর্ণন তৌরুনি। ঐহাক ইশামক ঙকচখিবনি অসুক থুবা মতৌসে কদায়দগী লাকলিবনো? মখোয় অহুমদো মায় পাক্লরোইদৌবদু উরদুনা থাঙদু মখুমদা থিংজিনখি অদুগা হায়রকই— নহা, নঙগুম্বা অতোপ্পা থৌনা ফবা অমা ঙসিফাও উবা ফংদ্রি। ঐখোয় অহুন্নি চামাদা চৈফু পীবা ঙম্বনি, খুন-খুন তুনা খোল য়েদুনা লুট তৌবা ঙম্বনি অদুবু ঙসি নঙনা ঐখেয়বু নমথরবনি। নহাক্কী নফমদা মায়থীরবনি। অদুদগী মীৎয়েং ৱাংমা লানখ্রে।

নির্মলা চিংলেন্না মোমোন নোক্লকই— চৈসিদা থাঙফম য়াম্না তারমগনি?

মুন্সীজী চিংনবা ৱাহংদুগী শেম-শাহৌদবে। পাউখুম অমা পীবদি দরকারনি— চৈফুশিং দো অয়াম্বা মতমদা অরেম্বদা তাহনখিবনি। অনী/মরী চৈফু চৈসিদা তাখিবদু থৈদোকখিবনি মদুনা মসিদা চৈফম তাহৌবা ঙমদে।

হৌজিক মহাক্কী ব্রাহৈশিদো মপুং ফানা ঙাঙথোকপা লোইফাৎত্রিঙৈদা রুকমনি দেবী লাংতক্লনা চেললকই অদুগা নুংশা শ্বর শাংনা হোল্লদনা হায়রকই তোতা, তোতা লৈবরা, লৈত্রবরা? ঐগী কাদা লিন অমা থোরকলে ফমুং মখাদা ফন্দুনা লৈরে। ঐ হৌগত্তুনা চেল্লক্লীবনি। গজ অনীমুক শাংনি। মকোক ফল্লদুনা খু খু কামদুনা লৈরে, খরা চৎলু হায়মী, চৈ পুদুনা?

তোতারাম মায়থোঙ লাংশিনখি নুংশা শ্বর শাংনা হোল্লী মখোঙ থাংবা থোক্তে অদুবু পূক্লিংগী ব্রাফমদু লোৎশিন্দুনা হায়রকই— লিন, মফমসিদা কদায়দগীনো? ভ্রম ওইরিনি-থৌরী ওইরম্বসু য়াই।

রুকমনি— ইহে ঐনা তশেংনা উরক্লবনি। চৎলগা খরা য়েংউদনা, হে-হে নুপানবু কিবরা?

মুন্সীজী ইমুংদগী থোরকলে অদুগা মাঙ্গোন্দা অমুক লেপখ্রে, মখোঙ থাঙবা থোক্তে। থম্মোয়দং দং চোংই। লিন য়াম্না শাথিবা জীবনি। করিগুম্বদা চিক্লবদি অরেম্বদা থব্রায় মাঙবা তাবনি। হায়রকই কিবা নত্তে, লিননিদনা, নোংশাদি নত্তে হায়বা অদুবু লিন্দা চৈনা করিসু তৌবা য়াদে, চৎলু কনানো থাদুনা কনাদগীনো তা লৌরুচো হায়যু।

অসি হায়দুনা মুন্সী থুনমক মপান থোকখি মংসারাম চাক-চারি, মুন্সী থোকখিবদুদা চাকচারম্বদগী হোকী মচৈ পায়দনা কাদা চঙলকই। ফমুংদু থুনা চিংথোকই লিন্দু চেলখিবগী মহুত্তা ময়াইকানা মকোক ফন্দোক্তুনা লৈরে। মংসারামনা ফমুংদগী মাইথদু হৌগত্তুনা লিনগী মথক্তা লংশিল্লী চৈদুনা অহুমলক তুপ তুপ থারকই। লিন ফিন্নুংদুদা অব্রা চৈফু খাঙদুনা লৈরে। চৈদুনা কোক্তুনা মপান্দা পুথোকখরে। মুন্সীজী মী কয়ামরুমগা লোয়ননা লাকই মংসারাম্না লিন য়ান্দুনা পুবা উরকই। মাগী মচিন্দগী খঙহৌদনা লাউবগুম তৌরকই। থুনা হনজিনদুনা হায়রকই— ঐসু লাকলিদনা নঙনা করিগী অসুক থুনা হাৎলিবনো? পীখ্রো কনানো অমা হুন্দোক্লনবা।

অসি হায়রদুনা রুকমনিগী থোঙগান্দা লাক্তুনা লেপ্পরি। কাদু য়েং-খোৎলবা মতুংদা কোইনান-নানদুনা নির্মলাগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই— ঐনা লাকপদদি মাংসানা হাৎতোক্লমলে। খঙদবা অঙাংসিনা চৈ পায়দুনা চেল্লকই লিনদি মতম লৈবা খিবিক্তা তানা হাৎকদবনি। মসিনি অঙাংশিংগী দোষ। ঐনা অসিগুম্বা লিন কয়ামরুম হাৎখিবনি। লিনদি পীজ পীজগা হাৎপনি। অসিগুম্বা লিনদি ফারগা মেৎখাইরিবনি।

রুকমনিনা হায়রকই— চৎথোকউ খঙলে, নঙগী নুপা ওইবগী মতৌ।

মুন্সীজীনা ইকায়বপ তৌনা হায়রকই— ফরে চৎলো ঐ কিগনবনি, চুমলে। নঙোন্দগী মনাদি নিদেদনা। চৎলু মহারাজদা হায়রু, মানা চাবসি লৌথোকউ হায়যু।

মুন্সীজী চাক চাবা চৎখ্রে নির্মলা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা খল্লী— হে ঈশ্বর মসিবু তশেংনা

অকিবা আনাবা অমা লৈরবরা ? ঐগী ফিবমসিবু অমুক্কা লুশিনহনবা পাল্লবরা ? ঐনা মাগী সেবা তৌবা ঙম্মী। ইশাগী পুন্সি মাগী চরন্দা কৎথোকপা ঙম্মী তৌইগুম্বসুং মদুদি ঐগী সেবাদনা ওইবা য়ারোই। ফিবমগী খেন্নবসি মাঙহনবা হায়বসি ঐগী খূত্তা লৈবা নত্তে। তশেংনা মহাক ঐঙোন্দগী করি পাল্লিবা জাৎনো ? ওঃ খঙলে ব্লাফমসি হান্না খঙবা ঙমখিদবনি নৎত্রবদি মহাকনা অসুক য়াম্না তপস্যা তৌদ্রবসু য়াবনি। করিগুম্বদা মীতৌ তম্নমদ্রবসু য়াবনি।

## তরেৎ

নুমিৎ সিদগী নির্মলাগী মওং মতৌ হোংবা হৌরকই। মহাক মশাবু মথৌদা কৎথোকচনবা ৱারেপ লৌরে। হৌজিক ফাওবদি নীংবা কায়বগী মৈচাক্লা মথৌদা থোইনা থৌশারুদে। থম্মোয়দা থীগ্থরুবগী নিঙমদবা মৈচাক ফাওরকপগুম তৌরকই। মসিগী খাঙমদবা ৱাখলনা অমুক জ্ঞান মাঙশিল্লকই।

হৌজিক অদুগুম্বা অৱাবা ৱাখলদু নেমথরকপা হৌরকই। মহাক্লা খঙজরকই— ঐগী পুন্সিদা নুংঙাইবগী ৱাফম লৈতরে। মদুগী মঙলান্দা মহাক্কী পুন্সিবু করিগী মাঙহল্লুগদগে? সংসারগী মীওই পুম্বা নুংঙাইবা লোইনা ফংবা নত্তে। ঐসু অদুগুম্বা মরায়বক থীরবাশিংদুগী মরক্তা অমনি। ঐবুসু বিধাতানা অৱাবগী পোৎলুম পুনবা থারকপনি। পোৎলুমদু কোকথক্তগী থাংথবা ঙমলোই। লংথোকপসু য়ারোই অদুগুম্বা অরূম্বা পোৎলুম মীৎসি উখিদবা য়াই, ঙকসি তেকখিবা য়াই, খোঙ থাঙবা থোক্তবসু য়াই, তৌইগুম্বসুং পুবদি মতারবনি। পুন্সি চুপ্পগী বন্দীনা কদায় ফাওবা কপ্পুনি। কপ্পবসু কনানা উবীগনি? কনানা মঙোন্দা থৌজানবীগনি। কপ্পনা থবক্তা অপনবা পীবত্া নত্তনা অহেনবা মীওৎ মীনৈসু খাঙবা তাবনি।

মথংগী নুমিত্তা কোর্টতগী উকিল্লা হল্লকপদা নির্মলাগী কারেম্লবগুম্লবা মূর্ত্তিনা কাগী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরিবদু উবকই। নিন্দা তৌনীংঙাই লৈত্রবা মূর্ত্তিদুবু উরুবদা পেনজখিবনি। ঙসিদি নুমিৎ কয়ানিমক্কী মতুংসিদা থম্বালদো শাৎকাইরকপগুম উরকই। কাদা চাওরবা মিংশেন অমা ফক্লাংদা থেৎলি। ঙসিদি মদুগী মায়খুমদো হাইগৎলে। উকিল সাহেবনা খোঙ হেক থাংজিনলকপদা মিংশেন্দুদা য়েংশিল্লুই। মাগী মায়থোঙদুসু নির্মলাগা লোযননা তামিন্নরে মিংশেন্দুদা। মাগী থম্মোয়দা চৈনা ফাওবগুম তৌখি। নুমিৎ চুপ্পা শুনোম্লুরবদা মায়থোঙগী মঙাল মকশিল্লবনি মখল মখলগী হকচাং ফবা পোৎলম চাদুনসু খজাইগী ময়িশিংদু শেংনা উরি। মবূক্তু কন্না লাকশিন্দুনসু খোঙগনবা শগোলগুম লাকঙমফাঙমদনা মপান্দা ইনথোক্লকই। মিংশেলগী মমাঙদুদা মায়গৈ অমদা য়েংলিবা নির্মলাসু লেপ্পী। মায়থোঙ অনীদু কয়াদা খেন্নখ্রবনো? অমনা রত্ন থাম্লবা চাওরবা য়ূমজাওগুম্বনি অতোপদুনা তেক্ল কায়রবা অতেক অকায়। মহাক মিংশেন্দুদা য়েংবা ঙমদরে। মাগী ফিভম শোক্লবদু মহাক খাঙবা ঙমজদে। মিংশেন্দগী হন্দোকখরে। মহাক মশাগী

মায়থোঙদা তুক্কচবা পোকলকই। মশক মতৌ ফজরবী কামিনিসিনা মাবু তুক্কচবদু ঙক্নীংঙাই লৈতবনি। নির্মলাদা য়েংনবগী থৌনা ফাওবা লৈজদে। মহাক্কী চাংদম্নীংঙাই লৈত্রবা ফজরবা মূর্ত্তিদো মাগী থম্মোয়দা তাশোন ওইনা ফাওরকই।

নির্মলানা হায়রকই— ঙসি অদুক থেংলক্লীবা করিগীনো নুমিৎ চুপ্পা নহাক্কী লম্বীয়েংনা য়েংনা মিৎসে চোকথরে।

তোতারাম্না মিঙ্গৎ থোঙদা য়েংনা য়েংনা পাউখুম পীরকই— কেসকী থবক্তু লোইশিনবা য়াদবনি। হৌজিকসু কেস অমা লৈহৌরি অদুবু কোক চিকই হায়জিন্দুনা চেল্লক্রুবনি।

নির্মলা— অদুক য়াম্বা কেস করিগী লৌবিরিবনো? থবক্তী নুংঙাইনা শুবা ঙম্বদুদা লৌবিয়ু। থব্রায় থাবমখে থবক শুনদে। কেস য়াম্না লৌবিগনু। ঐহাক পৈশাদা মিহৌবা লৈজদে। নহাক্না নুংঙাইনা লৈরবদি পৈশাসু অদুম ফংগনি।

তোতারাম— হোই, অদুবু লাক্লবা লক্ষ্মীবু মিরাইনদে।

নির্মলা— লক্ষ্মীদো ঈ অমদি শাদোংগী খূদোন লৌরগা লাকপা ওইরবদি মদু লাক্তবনা হেন্না ফে। ঐহাক লনবু যৌরাংবা নচ্চদে।

মতমসিদা মংসারাম স্কুলদগী হল্লকলে। নুংশাদা লাকপনা মরম ওইদুনা মায়দা হুমাং মরীক মরীক কারি। অঙৌবা মায়থোঙদো নুংশানা য়ৈবদা ঙাংলি ঙাংলিরি মীৎতদি মঙালগুম লংলি। থোংজিন্দা লেপ্তুনা হায়রকই— ইমা ইবেম্মা, চানবা খর পুবিরকউ। শান্নবা চৎকদৌবনি।

নির্মলানা গিলাসতা ঈশিং অদুগা প্লেট অমদা মিঠাই খরা মংসারামদা পীরকই। মদু চারগা চৎকে তৌরবদা হংলকই- করম কান্দা হল্লক্কনি?

মংসা— হায়বা ঙমদে, অঙৌবশিংগা হোকী শান্নগদবনি শান্নফম মফমসিদগী য়াম্না থাপ্পী।

নির্মলা— ঙন্না লাকউ, চাক ইংখ্রবদ হায়গনি, "চাক চানীংদে"

মংসারাম্না নির্মলা রোমদা চম্না নুংশিজবগী মওংদা হায়রকই থেংখ্রবদি মফমদুদা চাগ্রবনি খঙবীয়ু। ঐগীদমক ঙাইবিরুরনু।

মহাক চৎখ্রে অদুদা নির্মলানা হায়রকই— হান্নদি ইমুংদা চঙলক্তে, ঐঙোন্দা ব্রা হায়বা ইকায়বগুম তৌই। করিগুম্বা পোৎ অমা দরকার লৈরবদি মপান্দগী মী থাদুনা হায়হল্লে। ঐনা কৌদুনা হায়বদগীদি চঙলকপনি। তোতারাম্না শাওরপ্না হায়রকই— মহাক নঙোন্দা চাননবা পোৎ করিগী পীয়ু হায়গদগে? ইচেদো হায়দ্রদনা?

নির্মলানা ৱাহৈসে থাগৎপিরক্লবা হায়রুবনি। "ঐহাকসু অঙাংশিংসিগী য়াম্না খল্লী পোৎনি" হায়বসি উৎপা পামজখিবনি। মসি শাজিন্নবা প্রেম নত্তে মহাক তশেংনা অঙাংশিংবু নুংশি। মহাক্কী লীচৎতা হৌজক ফাওবা অঙাংগী ওইবা ৱাখল্না হেন্না লৈরিবনি। মদুদা লাংতক্লবা, তথক-তথকপা ফাগি জুগাইসু লোয়নরিবনি। অঙাংশিংগা লোয়ননা অঙাং ওইরিবগী লীচৎশিংবু ফোংদোকচবনি। য়ুমগী নুপী ওইবগী অপাম্বদি হৌজিক ফাওবা মহাক্কী পুক্লিংদা ঈহৌরক্ত্রী। তৌইগুম্বসুং মপুরোইববু হরাওহনবগী ওন্ন-তৈন্নবদা মনাতোন-পিশুম শুকপগী অর্থ খঙদবনা হায়রকই— ঐনা করি খঙগনি। মঙোন্দা হায়দ্রিবা করি মরমগীনো? ঐগীনাক্তো লাকই মদুদা চৈবদি ঙমদে। করিগুম্বদা অসুম তৌরুরবসু হায়গনি মসিদি অঙাংশিংদা মিহৌবনি কল্লকপনি।

মুন্সীজী অদুগী পাউখুম পীঙমদে। নোংঙানবদগী ঙসিদি নেকপা লাকপশিংদুগা ৱারী শান্নদরে। মংসাবামগী মনাক্তা চঙখ্রে অদুগা মাগী পরীক্ষা লৌবা হৌরকই। পুন্সিদা ঙসিনা ইহান হেক হানবনি অঙাংশিংগী শিক্ষাগী মরমদা পুক্লিং চঙলিবা। মহাক্কী থবক্তগী মকোক হাইগৎচবা ফাওবা ঙমজদে। বিষয়শিংদো মহাক্না তমখিবসু চহী নিফুমুক হৌখ্রবনি, মদুদগী মিৎনা ফাওবা য়েংখিদ্রবনি। মহাক আইনগী মরী লৈনবা লাইরিক অমদি খবরশিং নত্তনা অতৈ করিসু পাবা লৈখিদে। মদুগী মতমসু ফংখিদে। অদুবু ঙসি অদুগুম্বা বিষয়শিংদুদা মং সারামগী পরীক্ষা লৌবা হৌরকই। মংসারাম মবুদ্ধি ফৈ, অদুগা কন্নসু হোৎনবনি। শান্নবদা টীমগী কেপ্তেন ওইজরবসু ক্লাসতসু ফাষ্ট তারিবনি। পারাদু অমুক য়েংখ্রবদি কাউবা নত্তে, নুংদা লৈই চিংবগুম্বনি। মুন্সীজীনা হোবে হোবে অরুবা ৱাহংদি খলহৌদরে, মদু খুম্বদা অশিংবা অঙাংনফাও খরা খন্থগদরা। মহাক্কী ৱাহংদুদি মংসারাম্না খুৎ কাপ্পী কাপ্পগুম খুমদোরকই।

কনাগুম্বা সিফাইনা য়েরুবদা চৈফু অরেম্বদা চৎখিবগী হেন্না শাওনীং শাওনীংনা অমুক্তা হেন্না য়াংনা কাপশিনবগুম, মহাক্কী পাউখুম তারগা উকিল সাহেবতো শাওনীংলকই। মহাক মচানুপানা খুম্বা ঙমদবা ৱাহং অমা হংবা পাল্লকই। মহাক্কী অশোনবা মফমদু কদায়দনো য়েংবা পাল্লকই। মসি উরুরগা মহাক পেনথোকপা ঙন্নমদে। মচানা করি তৌবা ঙমদবগে হায়বদু য়েংনীংলকই। কনাগুম্বা হৈনখ্রবা পরীক্ষা অমনদি মঙসারামগী অশোনবশিংদু খঙদোকপা ঙমগনি অদুবু উকিল সাহে বনদি শতাব্দী তম্খাইদগী কাউখ্রবা শিক্ষাগী পাম্বৈনা অদুক য়াম্না মহৈ য়ানবা কদায়দগী ঙমগনি। মমৈদা অশাওবা হৈথনবা পাম্বৈ ফংদ্রবদা হায়রকই— ঐনা উবদদি নঙ নুমিৎ চুপ্পা কোয়-লাংদুনা লৈথোকই অদুগা নঙগী ঙাওশিন্নদুনা কোইবসিনা ঐবু পেনহনবা ঙমলোই।

মংসারাম্না অকিবা লৈতনা হায়রকই— ঐহাক নুমিদাংৱাইরম শান্নবা চৎপা নত্তনা

নুমিৎ চুপ্পা করিসু চৎথোক্তে। অদোম্না ইমা নৎত্রগা ইনেদা হংবীয়ু। ঐ ইশামক অদুম্না কোয়বা পামজদে। হোই, শান্নবগীদমক্তদি হেড মাস্তর সাহেবনা তক্লদুনা কৌই অদুনা তঙাইফদনা চৎপা তাবনি। অদুবু অদোম্না ঐনা শান্নবসি পামদ্রবদি হয়েংদগী চৎলরোই।

মুনীমজীনা উরে, ৱাসে তোঙানবা মওং অমদা লাক্লে অদুদগী য়াক্লা হায়রকই— শান্নবদগী হেন্না অতৈ চৎতে হায়বা করম্না থাজগনি? ঐঙোন্দা বরাবর পাহোম্বা লাকই।

মংসারাম্না শাওরংনদুনা হয়ারকই— করম্বা মহাশয়নো পাহোম্বা লাক্লীবা মদুসু তানীংই?

উকিল ওইনীংবা ওইসনু মদুদা নঙগী করি দরকার লৈ? ঐনা হায়রিবসি নঙোন্দা মিনমদুনা হায়বা নত্তে অসিদমক খঙউ?

মংসা— করিগুম্বা ঐগী মাঙদা কনাগুম্বা ঐনা কোয়বা উই হায়রবদি মায়সি উৎখ্ররোই।

উকিল— কনানা নঙগী মাঙদা নহাকমক্কী ৱাকৎকদগে? নঙোন্দা য়েক্লবা থম্বা অদুগা নহাক্লা নমান্নবা অনী/মরী পুদুনা ময়ূম থুগাইরুগদবদো ঐঙোন্দা মখলসিগী ৱাকৎ মীওই অমক্তনা কৎতে, মী য়ামখ্রবনি। ঐনা মরূপশিংদুগী ৱাফমদু থাজদনীংঙাইসু লৈতে। ঐনা পাম্বদি নঙ স্কুলদু মক্তদা লৈরো?

মংসারাম নোম্থদুনা হায়রকই— ঐ মদুদা লৈবদা আপত্তি লৈতে, হায়বিবগা হেক্তা চৎখিগে।

উকিল— চিন্থক্তা খুন্নীবনা করিগীনো? মফমদুদা লৈনীংদ্রিবনা করিগীনো? মফমদুগী অকিবনা নবেন শিবগা মান্নরেনে। হায়য়ু মরম করিগীনো। নঙগী করি অৱাৎপা লৈগনি?

মংসারাম হোস্টেলদা লৈবগী অপাম্বা লৈতে। অদুবু মুন্সীজীনা ৱাসে হায়রকই মদুগী মরমসু হংলি অদুদদি মাগী নুংঙাইতবদু কোকনবা হরাও হরাও হায়রকই— চিন্থক্তা করিগী খুন্নুনি? ঐগীদমক্তি য়ূম অমদি হোস্টেল মান্নে। ৱানীংঙাইসু লৈতে। অৱাবা তারগা খাঙগনি। ঐহাক হয়েংদগী চৎলগে, হোই সীট হাংদ্রবদি তঙাই ফদে।

তোতারাম উকিলনী খল্লকই অঙাংসে পাম্বে থিরিবনি মদুদা মফমদুদসু চৎতবা অদুগা মরানসু লৈতবা। হায়রকই— অঙাং পূম্নমক্কী সীট লৈরগা নহাক্কীদি লৈরোইদবগী মরম করিনো?

মংসা— অঙাং কয়ামরুম সীট ফংদদুনা মপান্দা য়ূম ভাড়াদা লৈনরিবনি। হৌজিক অঙাং অমগী বোর্দীংদা মীং ককখিবগা ৫০ গী মথক্তা দরখাস্ত মফমদুগী থারক্কনি।

উকিল সাহেবনা মদুদা হেন্না য়েৎনরুবগী কান্নদে খল্লী। মংসারাম হয়েং শেম শাদুনা লৈনবা হায়রম্লগা শগোল গাড়ীদা কোয়বা চৎখ্রে।

সোমদা নুমিৎ খরনিসিদগী নুমিদাং ৱাইরম কোয়বা চৎলক্লীবনি। কনাগুম্বা এক্সপরিয়েন্স লৈরবা মীনা তক্লকই— চহী শাংনা পুক্সিনবগীদমক সিদগী হেনবা মন্ত্র লৈতরে। মহাক্লা

চৎখ্রবা মতুংদা মংসারাম রুকমনিদা হায়রকই— ইনে পাবুংনা ঐবু হয়েংদগী স্কুলদা লৈনবা হায়রম্মী।

রুকমনিনা ঙক্লা হংকই— করিগীনো?

মংসা— ঐহাক্না করি খঙগনি। ঐহাক কোইঙাও ঙাওদুনা চত্তুনা লৈরে, হায়রম্মী। রুকমনি করিসু চৎতে হায়বা য়াদবা?

মংসা— করিগী হায়দনি, অদুবু মানা য়ানীংদ্রবদি?

রুকমনি— নহাক্কী অনৌবী নমা ইবেম্মগী কৃপাদগী ওইরিনি। নৎত্রবদি করিগী ওইনি?

মংসা— নত্তে, ইনেবেম্মা। ঐদি মঙোন্দা চিংনদে। মরায়বক থিরবীসিদি কাওদুনফাও করিসু হায়জদে। করিগুম্বা পোৎ অমা হায়রুরসু থুনা হেক্তা পীরকই।

রুকমনি— নঙনা শকলোন পুবিসি করি খঙগনি? মসি মহাক্না চুখৎপা মৈনি। য়েংউ ঐ হংগে?

রুকমনি শাওরংনরদুনা নির্মলাগী মনাক্তা থুংলুরে। মাবু খুদোংননা ওকনবগী, তিংখঙ মরক্তা হুনজিননবগী, কপহন্নবগী খুদোংচাবা খুত্তগী নাম্তোকহনবা নত্তে। নির্মলানা মহাকপু ইকায় খুম্নবনি। মঙোন্দা নোনজবনি। মাগী ৱাহৈগী পাউখুম ফাও পীজদবনি। মানদি পামজবনি, তম্বী-তাকপিবগী ৱাঙাংনা হায়বীবা। করিগুম্বা অকাউবা লৈরবসু মদু চুমথোক্লবা, অৱাৎ অপা য়েংবীদুনা লৈবীনবা অদুবু মহাকপু শিংনদুনতা লৈরকপনি। নির্মলা ফমুংদগী হৌগৎলকই অদুগা হায়রকই লেঙশিনবীরকউ, ইনম্মা, ফম্বীয়ু।

রুকমনিনা লেপ্না লেপ্না হায়রকই— হংলিবসিনি নঙ মী পূম্বা য়ুমদগী তাম্বোক্লগা নতোমতা লৈবা পাম্লীবরা?

নির্মলানা করুবাগী মওংদা হায়রকই— করি তৌরবগে? ইনম্মা। ঐদি কনাদসু করিসু হায়দেনা?

রুকমনি— মংসারাম্মু য়ুমদগী তাম্বোক্লীবসিদি অদুদসু ঐদি কনাদসু করিসু হায়দে হায়রিবা? অসি ফাওবা য়েংবা ঙমদ্রবরা?

নির্মলা— ইনম্মা বেম্মা নহাক্কী খোঙ শোক্তুনা হায়জরিবসিনি, ঐহাক করিসু খঙজদে। ঐদি করিগুম্বদা কনাগুম্বদা মদুগী মরমদা হায়খ্রবদি ইমিৎসে হেক তাংজখ্রগে?

রুকমনি— অরেম্বদা করিগী ৱাশক্লীবনো? হৌজক ফাওবদি তোতারাম অঙাংশিংদা ৱা ঙাঙদবনি। অমুকখক মংসারাম মপুবোক্কীদা চৎখিবদা কয়াদা মিপাইজখিবা। মশামক চত্তুনা লৌরুবনি। হৌজিক অদুগুম্বা অঙাংদুবো য়ুমদগী তাম্বোক্তুনা স্কুলদা থম্লনি হায়রিবা, করিগুম্বদা অঙাংগী তুবৃম অমা তৎপদা নঙসু খঙগনি। মহাক করিগুম্বদা মপান থোক্লীবনি। মহাক্কী চাবা থকপগী ৱাখল লৈতবনি। ফি শেৎপা চাবগীসু করিসু খঙদে। ফম্বা মফমদা অদুম তুমথোকপনি। হায়বদি

পাখঙ ফারবনি অদুবু লীচৎতি অঙাংগুম্নীবনি। স্কুলদা মহাক শিগদৌরিবনি মফমদুদা কনানা মগী খনবীগনি। মহাক চারে নৎত্রগা চাদে, কদায়দা ফিরোন লৌথোক্রে, কদায়দা তুমখ্রে, য়ুমদা ফাও হংবীনবা কনাসু লৈত্রবদা মপান্দা কনানা হংবীগনি? ঐদি নঙোন্দা চেকশিনবা হায়রিবসিনি, নঙনা খঙউ, নঙগী থবক্তা খঙউ।

অসি হায়রম্লগা রুকমনি মফমসিদগী চৎখিরম্মী। উকিল সাহেব কোয়রুবদগী হল্লকই নির্মলানা থুনমক ৱাফমসি হায়রকই— মংসারামদা হন্দকমরকসি ঙাইহাক অঙ্গ্রেজী তম্মী। মানা চৎত্রবদি তম্বদা লেপ্তনবা কনানা তম্বীগনি? উকিল সাহেবনা হৌজিক ফাওবা ৱাসি খঙলমদবনি। নির্মলানা খল্লী, খরা হৈরগা উকিল সাহেবতা অঙ্গ্রেজীদা ৱারী শানদুনা ঙকহনগে? জ্ঞান খরদি হান্না মৌপাশিংদগী লৈরক্রবনি। হৌজিক নিয়ম নাইনা তন্নীবনি। হৌজিক উকিল সাহেবকী থম্মোয়দা য়েক্লবগী মরু হুনখ্রে, শকফম ওল্লদুনা হায়রকই— মহাক্তা করমকান্দগী তম্বীরিবনো? নঙনা ঐঙোন্দদি কৈদৌঙেদসু হায়খিদেনা?

নির্মলা মহাক্কী শকফমসি সুপ্নগী অমুক্তমক উখিবনি মতমদুদা সিয়ারামবু ফু-ফুদুনা জ্ঞান মাংলকপগুম তৌখিবদুদা। মদুদগী হেন্না অকিবগী মশক ফংনা ঙসি অমুক উবা ফংলে। কিরদুনা হায়রকই— মাগী লাইরিক পাবদা অকাইবা লৈতে, মানা শংবা কান্দা তম্বনি। মাগী পাবদা অকাইবা লৈরবদি চৎলগে হায়দুনা হংবনি। অয়াম্বা মতমদা মহাক্তা শান্নবা চৎকদৌরবা মিনিট মঙাদংগী ওইনা খাম্বনি। ঐসু মাগী অকায়বা তৌনিংদবনি।

ৱাদি করিসু নত্তে, উকিল সাহেব নীংবা কায়রদুনা ফমুংদা তুথখি অদুগা মরায়বক্তা খৃৎনা নান্দুনা অৱাবা ৱাখলদা লুপখি। মানা খল্লম্বদগী ৱাফমসি থোইনা হেন্না খুমাং চাওশিনখিরমলে। মতোমতা মশাদা শাওজরকই— অঙাংসি হান্নদগী মপান্দা করিদৌনা থম্নবা হোৎনরমদ্রীবনো? ঙসি ঙরাং মহারাণী য়াম্না হরাও তয়াম্না উরিবসিদি মসিগী অথুপ্পা হুজিক্তা খঙলকই। হান্নদি অসুক লৈতেং খোৎতেংদুনা লৈরমদবনি, শেম শাবসু তৌবদনি অদুবু হৌজিক উরেদনা, পুমহোং হোংলক্লীবসি। পুক্নিংদদি হৌজিক মক হেক্তা চৎলগা মংসারামবু তাম্বোকনীংলকই তৌইগুম্বসুং অহল ওইরবা বুদ্ধিনা থেমজিল্লী, মতমসিদা অশাওবগী দরকার ওইদে। করিগুম্বা শমিন ফংত্রবদি অঙকপা ওইরনি। হোই, মাগী পুক্নিংদগী ৱাখলসু খঙদোকপা ফৈ। হায়রকই— নঙবু মিনিট অমা/অনী তম্বীবদা থোইদোক্লা মাঙদে হায়বসি ঐসু খঙই তৌইগুম্বসুং অঙাওবা অঙাংনি মশাগী থবক তৌদনবগী পাম্বৈ অমদি লৈরেদনা হয়েং ফেল ওইরবদি শেংনা হায়রক্কনি ঐদি নুমিৎ চুপ্পা তম্বীদুনা লৈ। ঐহাক নঙগীদমক মিস অমা থম্বীরগে। খরচ য়াম্না চৎলোই। নঙনা হান্না ঐঙোন্দা হায়দে মানা নঙবু করি তম্বীগনি? ৱাহৈ অনী/মরী তাক্লগা চেনখিগনি। অদুম্না তম্বদা নঙোন্দা করিসু

কান্নরোই।

নির্মলানা থুনমক মরাল শিরিবদো য়ানীংদবা উৎলকই— নত্তে, ব্রাফমসিমক্তী নত্তে, মহাক ঐবু থব্রায় য়াওনা তম্বী। মাগী খুত্তাক পুক্লিং চঙবা ঙম্মী। অদোম নোংমা মানা তাকপদু য়েংবীয়ু। ঐদি মিসনা মহাক্না তাক্লীবসিগুম থব্রায় য়াওনা তাকপিরোই খল্লী।

মুন্সীজী মাগী ব্রাহং হংবা হৈবদুদা পুক্লিং পেনজে, মকোই নান-নানদুনা হায়রকই নোংমদা অমুকখক নৎত্রগা কয়ারক তম্বীবগে?

নির্মলা হৌজিক ফাওবা ব্রাহংশিংদুগী অর্থ খঙবা ঙমজদে। হায়রকই— অহানবদা নুমিদাং ব্রাইরম তম্বীরম্মী। হৌজিক্তী নুমিৎ কয়ানিমুক্কী মনুংদা অমুখক লাক্কুনা ইরিবদু য়েংলৈ। মানদি হায়-ঐসে ক্লাসতা খ্বাইদগী ফবা অঙাংনি, হৌজিক পরীক্ষাদা অহানবা মফম ফংই। অদুবু অদোম্না মহাক লাইরিক পাবদা থব্রায় য়াওদে হায়রি। ঐদি মরমসিদা অমুকসু হায়রিবসিনী ইনম্মা'বেম্মনা খল্লীনি মসিদসু ঐনা মৈ চুরিবনি। অরেম্বদা মীচৈ তাগনি। হৌজিক্তসু ঙাইহাক্তাবু ঙাইরি ধমকা তৌরম্লগা চৎথ্রিবনি।

মুন্সী মপুক্লিংদা হায়জে, য়াম্না খঙই। নঙ ঙরাংদগী ঙাখা ওইরগা ঐবু শুম্নবা হোৎনরিবা? ইচেগী মতেং লৌরগা মশাগী কান্নবসু মপুং ফাহনবা পাম্লীবা হায়রকই — ঐ খঙদে বোর্দীংগী মিং তাবদা অঙাংসে অকিবা ফাওই। অঙাং খরদি মমান্নবশিংগা লৈরুগনি খনবদা হরাওই। অদুবু মাদি ওন্ন তৈন্নবদা কপ্পী। মতম খরগী মমাঙদদি মহাক পুক্লিং চংনা পাবনি। হোৎনবগী মহৈনি ক্লাসতা ময়ামদগী ফরিবদু তৌইগুম্বসুং সোমদা নুমিৎ খরসিদা কোয়-খোৎপগী মহাও খঙখরে। অদুবু হৌজিক্তগী থিংহৌদ্রবদি তুংদদি করিসু তৌবা য়ারোই। নহাক্কীদমক মিস থম্লগে?

মথংগী নুমিত্তা মুন্সীজী অঙনবা অয়ুক্তা ফিরোন শেৎচিন্দুনা মপান থোকখি। মপান কাদা নেকপা লাকপা মীওই কয়ামরুম ফম্লী। মদুদা রাজা সাহেবসু য়াওরি। মঙোন্দগী মুন্সীজীনা লিশীং কয়ামরুম খুৎশুমন ফংলিবনি। অদুবু মুন্সীজী মখোয়বু থাদোক্তুনা মিনিট তারাগী মনুংদা হল্লকনি হায়রম্লগা শগোল গাড়ী তোংদুনা স্কুল হেড মাষ্টরগীদা থুংলুরে। হেড মাষ্টর সাহেব য়াম্না পুকচেল চাওবা মীওইনি। উকিল সাহেবপু তরাম্না ওক্লকই। অদুবু মাহাক্কীদুদা নুপামচাগী সীট অমা ফাওবা হাংদে। কা পুম্বা থন্না লৈ। ইনস্পেক্টর সাহেবনা অকনবা চেকশিনরা হায়রকখি অরাপ্পদগী অঙাংশিং থমগদবনি। অনকপা সহরগী অঙাংশিং থম্বা য়াদে। মরমসিনা করিগুম্বা কা হাংলক্রবসু মংসারাম্না মদু ফংবগী ব্রাফম লৈতে। করিগীনো হায়ববু অঙাং কয়ামরুমগী দরখাষ্ট লৈরিবনি। মুন্সীজী উকিলনি। অহীং নুংথিল অসিগুম্বা মীওইশিংগী সেবা তৌরিবনি। মিহৌবনা মরম ওইদুনা ওইথোক্তববু ওইথোকহনবা, প্রমাণ লৈত্রবসু প্রমাণ পীবা ঙম্নীবনি। খল্লী খরা পী-খোৎলগা থবক ওইবা য়াই। অফিসকী ক্লার্ককা

ৱারী শাবা পাম্মী অদুবু মহাক্না নোক্তুনা হায়রকই— মুন্সীজী, অসিদি কোর্ট নত্তে, স্কুলনি। হেড মাষ্টর সাহেবকী নাকোং য়ৌগ্ৰবদি মফি মরোন মপান য়ৌনি অদুগা মংসারামবু লেপ্পা লেপ্পা মপান্দা তাম্বোক্কনি। ওইবা য়াই অফিসারগী মিংদা ৱাকৎলুবসু।

তোল্লবা মুন্সীজী ময়াম ঙাংলদুনা লৈরে। পুং ১০ তারকপদা শাওরংনদুনা য়ূমদা হল্লক্লে। মংসারাম মতমসিদা স্কুল চৎনবা থোরকই। মুন্সীজীনা খানা য়েংলম্মী মাগী য়েক্লবগুম অদুগা ইমূং চংখি।

মতুংসিদা নুমিৎ তরা তামাথোইনি ফাও উকিল সাহেব মতৌ অসুম্না অয়ুক্তা নৎত্ৰগা নুমিদাংৱাইদা অমা নৎত্ৰগা অমদা হেড মাষ্টরগা উনবা চৎলি। অদুগা মংসারামবু বোর্দীংদা থম্নবা কন্না হোৎনৈ। করিগুম্বা স্কুল অমত্তদা অহাংবা লৈতে। মফম খুদিংগী তশেংনা য়াদবগী পাউখুম ফংলকই। হৌজিক উপায় অনীখক লৈ। মংসারামবু তোঙানবা ভারাগী য়ূমদা থম্বা নৎত্ৰগা অতোপ্পা স্কুলদা মিং চনশিনবা। ৱাফম অনীসি মঙাই তৌবা য়াবা। লৱাইগী স্কুলশিংদা অয়াম্বনা সীট হাঙগল্লী। তৌইগুম্বসুং হৌজিক চিংনগনবা মুন্সীজীগী থম্মোয়দো খরা ইংথরক্লে। নুমিত্তুদগী মংসারাম ইমুংদা চঙবা উখিদরে। শান্নবা ফাওবা চৎখিদরে। স্কুল চৎত্রিঙৈ অমদি হল্লকপগা মাগী কাদা ফমদুনা লৈরে। অশাবা মতমনি। অহাংবদা লৈবা ফাওবা হুমাংনা হকচাং চোৎলিবনি। তৌইগুম্বসুং মংসারাম কাদগী মপান থোকখিদরে। মাগী আত্মানা ঙাওশিন্নবদগী নাম্বোক্লবা লাংতক্লরকই। মহাক মশাগী লীচৎতগী কলঙ্ক অসি মাংহনবা পাল্লকই।

নোংমদি মুন্সীনা চাক চারিঙৈদা মংসারাম ইরুজরুগা চঙলকই। মুন্সীজী অসোমদা থা মুকসি ফি থোংদনা উখিদ্রবনি। ঙসি উরুবদা জ্ঞান মাংখিরম্মী। শরু পোলাংগুম মাঙদা লেপ্লরি। মায়থোঙদা ব্ৰহ্মচারীগী মঙাল ফাওরকই অদুবু হকচাংদি মতোং য়াওদরে হংলকই— ঙসি ঙরাং নহাক নশা ঙমদবরা? করি তৌরে অদুক কংলিবদি?

মংসারাম খুদৈ ইনসিন্দুনা হায়রকই— হকচাংদি তশেংনা করিসু তৌদে?

মুন্সী— অদুগা নয়াং অসুক কংলিবদি করিগীনো?

মংসারাম— কংবদি নত্তে, ঐবু অসিদগী হেন্না করম কান্দা নোইখিবগে?

মুন্সী— ৱাহ, হকচাং তম্বাইফাও লৈতরে অদুগা হায়রিবা ঐহাক য়াং কংদে। করিগীনো ইচে, মহাক্না অসুম তৌরিবসিবো?

রুকমনি মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা তুলসিদা ঈশিং চাইরি। হায়রকই— করিগী কংদৌরিবা? হৌজিক্তী নীংথিনা য়োক-থাকলিবসিদি ঐদি লৱাই নুপীনি অঙাংশিংবু অহাও-অথুম পীজদুনা ফৎহন্দবনি। হৌজিক লাইরিক হৈবী, য়ুম্বানবগী থবক্তা হৈশিংবী নুপীনা ৱাগুম শিৎ-নান্দুনা থম্লীবদাই। কংলীবদি মাগী য়েক্লবদুনি।

মুন্সী— ইচে নও য়াম্না লাল্লবনি। নঙোন্দা কনানা অঙাংশিংসে মাংহল্লে হায়খিবগে। থবক্তু মী অতোপ্পনা তৌবা ওমদ্রবদি নশানা তৌবা তাবনি। য়ুমদা মরী অমত্তা থম্নরোই হায়রিবরা? মশামক হৌজিক নুপী মাচনি, অতোপ্পবু করম য়েংশিনবা হৈগনি। মসি নওগী থবক্নী।

রুক্মনি— ইশাগীনি খল্লীমখৈ তৌরম্লীবদুনি হৌজিক নঙনা অতোপ্পা ওইনা লৌরে, অদুগা ঐগী করি কান্নদুনা নপশিনগদৌরিবনো? হংউ নুমিৎ কয়ানি শঙ্গোম থক্ত্রবগে? চৎলগা কাদা য়েংলুচো চন্না খানবগীদমক পীবা মিঠাই তাদুনা লৈরিবনি। মপু ইবেম্মনা খল্লীনি। ঐদি চানবা পীবনি কনানসু চাত্রবদি ময়াদা ইনশিল্লুগদরা? ইবুংঙো, মতৌ অসুম্না অঙাং য়েক্রুক্লীগনি। মখোয়না করিগুম্বদসু মীনুংশিগী মায়থোং উবা ফংদে। নহাক্কী নচাশিং চপ মান্ননা কাওম্না শিং নান্দুনা থম্নকপনি। হৌজিক লমজা শরাওম নুংঙাইনা লৈবা ফংজদ্রবনি। ঐদি খা শেংনা শেংনা হায়বনি। ফত্তবনি লৌদুনা কনানা করি তৌজরুগনি? অসিদসু তারিবসিনি। অঙাং স্কুলদা থম্নবা থৌরাং তৌরি। তোল্লবসিবু ইমুং চঙবা ফাওবা য়াদ্রবনি। ঐগী নাক্তা লাকপসু কিজরে। অদুগী মথক্তা ঐগী নাক্তা করিবু লৈব্বিগে মখোয়বু পীজরুগদবা?

মরক্কসিদা চখোম অমা/অনী চারগা হৌগথব্রে। মুন্সীজীনা হায়রকই পূক থল্লবরা? হৌজিক ফমখিবা মিনিট অনী ফাওবা ফাদরি। চাখোম অনী খক্তং চারিবদুবো করিনো চারিবা?

মংসারাম্না চিংনরপ তৌনা হায়রকই— হখাই অমদি ইনশাংশিংসু য়াওরিবনি। য়াম্না চারবদি থনাও সারকই অশ্নিবা খেগৎলকই।

মুন্সীজী চা-থক্রুদুনা হৌগৎলকপদদি য়াম্না নুংঙাইরক্তে। অসুম্না কংশিল্লক্রবদি অকিবা অনাবা চঙলক্কনি। মহাক্কা রুকমনিদা মতমসিদা য়াম্না শাওনিংলকখিবনি। মহাক য়ুমগী মপু নত্তে হায়দুনা শাওরিবনি। মহাক্কা য়ুমগী মপু ওইবগী করি অধিকার লৈ? পৈশাগী হিংসাব তৌবা হৈতবনা য়ুমগী মপু করম ওইগদৌরিবনো? চহী হেন্না মপু ওইদুনা লৈরকপদা খূৎতা পৈশা অমা ফাওবা তুংশিনবা ঙমদে। শেনখোকসিদা রুপকলানা চনী/চানিয়াখেদি তুংশিল্লী। মসিগী লৈবাকসিদদি শেলখোকসি খরচ ফাও মপূং ফাবা ঙমদে। অতৈ খা করিসু লৈতে। লুনা চান্না তৌবনা অঙাংশিংবু মাংহল্লীবনি। অসুক চাওরবা শিংসিবু কনাগুম্বনা পীজরগা চাবা, পীজদ্রগা চাদবা অমদি তোকখোকপগী করি মথৌ তারিবনো? মখোয়দি হৌজিক মশানা মশাগী খাখল তৌজগদবনি।

মুন্সীজী নুমিৎ চুপ্পা খাফমসিদা খন্দুনঃ লৈরে। মরূপ অমা/অনীদসু তান্নরে। মীশিংনা

হায়রকই— মহাকপু বন্দীগুম থম্বীনু। অহাংবা নুংশিত্তা লীচৎ মাংবগী চাং থোঙ লোনবা কাদগী হেন্না তানা ওইথোকপা লৈবনি। ফত্তবা সঙ্গদগী শোয়দনা কনবীয়ু অদুবু মহাকপু য়ুমদগী থোকহন্দবদি তৌবিগনু। নহা ওইবা মতমদা মতোমতা লৈবা হায়বসি লমচত্তা য়াম্না মাঙনবগী মশক্নী।

মুন্সীজীনা মশাগী অরানবদু খঙজরকই। য়ুম য়ৌরগা মংসারামগী কাদা চঙলকই। মহাক হৌজিক্তা স্কুলদগী হল্লকপদা মঙাইরি। অদুবু ফিরোন হোংদোক্তনা লাইরিক অমা ফাক্তুনা মিহুৎথোঙদা য়েংদুনা লৈরম্মী মহাক্না য়েংথোকখিবদা ভিক্ষারী অমা উরকই মহাক মচা পুদুনা ভিক্ষা নিরিবনি। অঙাংদু মমাগী তম্বাক্ত ফম্নদুনা হরাওজরি, নিংথৌ সিংহাসন্দা ফমবগুম্না মংসারাম অঙাংদুবু উরব্রগা কপ্লকই। অঙাংসিনা ঐঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইহরিবোইদ্রা? মপান নাইদ্রবা সংসারসিদা ইমাগী তম্বাক্তা নুংঙাইবা ফংবগুম নুংঙাইগদবা মফম অমা লৈরিবরা? ঈশ্বর! মমাগী তম্পাক্কী নুঙাইবা ফংজদ্রবা মচাশিংসে করিগীদমক পোকহনবীরিবনো। ঙসি ঐঙোন্দগী হেন্না তোনবা সংসারসিদা অতোপ্পা লৈরিবরা? কনানা ঐগী চাবা-থকপগী হিংবা-শিবগী ৱাখল তৌবিবগে? করিগুম্বা ঙসি ঐহাক শিরবসু কনাগী থম্মোয়দা চৈথেং ফংগদগে? পাবুংদি হৌজিক কপহনবদা নুংঙাইবা ফংলি। মহাক ঐগী মায় ফাওবা য়েংনীংদে। ঐবু য়ুমদগী তাঙ্থোকনবা শেম শারি। হো ইমা। নঙগী নুংশিজরবা নচা ঙসিদি 'ঙাওশিন্নবা' হায়বীরে। অদুগুম্বা পাবুং নঙনা ঐখোয় অহস্বু খূৎ পায়দুনা শিন্নরম্বা ঙসি ঐবু অঙাওবা ফত্তবা হায়বীরে। ঐ য়ুমসিদা লৈবা ফাও মতিক চাদরে।

অসি খল্লু খল্লুরগা মপান নাইদ্রবা অৱাবগী চৈথেং ফংলবগুম হীক-হীক কপ্পা হৌরকই।

মতমসিদা তোতারাম কাদা চঙলক্তুনা লেপ্লরে। মংসারাম থুনমক মপি তৈথোকই অদুগা নোন্দুনা লেপখৎলকই। মুন্সীগী অশেংনা ইহান হানবা ওইনা মাগী কাদা চঙলক্লীবনি মংসারাম মিহুন চোংবা হৌরকই ঙসি করিগুম্বা খুদোংথীবা তাগদবা লৈরবরা? মুন্সীনা মানা কপ্পদু উখ্রে। মাগী মচা নুংশিবনা নিংঙাইদনা তুম্নুবদগী খংপ্রেক খংনা হৌগৎলকই। মিপাইরদুনা হায়রকই — করি তৌরে কপ্লীবদি ইবুংঙো। কনানা করি হায়রকপনো? মংসারাম য়াম্না ৱানা পিরাং ইরা ইপোম নমথজরগা হায়রকই— নত্তে, কপ্পা নচ্চদে।

মুন্সীগী— নমানদি করিসু হায়দরা?

মংসা— নচ্চদে, মদি ঐঙোন্দা ৱাসু ঙাংদে।

মুন্সী— করি তৌরুনি ইবুংঙো, লুহোংবদি ইচাশিংগী মমা ফংনবা হোংলুবনি তৌইগুম্বসুং আশাদো মপূং ফাদরে। অদু তশেংনা হায়দবরা?

মংসা— হোই, থামুকসি সুকঙাং ঙাঙদে।

মুন্সী— অঙকপা লীচৎকী নুপীনি। করি পাম্লীবনো। খঙদে, ঐনা মাগী লীচৎসি অসুম

তৌনি খঙলম্লবদি লুহোংলমলোইদবনি। নুমিৎ খুদিংগী ৱা অমা নৎত্রগা অমা পুদুনা হৌগৎলকই। মহাক্না হায়বনি নুমিৎ চুপ্পা খঙদে কদায়দা লৈরিবনো? ঐনা মাগী পূক্লিংগী ৱাবু করি খঙলুনি? খল্লু নঙ ফত্তবা সঙ্গ তিন্নদুনা নুমিৎ চুপ্পা কোয়বরা? মচানা নুমিৎ চুপ্পা কোয়বা উবগা ৱারোইদবসিবু করম্বা মপা লৈবগেনে? মরমসিনা ঐনা নঙবু বোর্দীংদা থন্নবা ৱারেপ লৌবনি। অসি নত্তবা অতোপ্পা ৱাফম লৈতে ইবুংঙো। ঐহাক নঙগী শান্ন-খোৎনবা থিংবা পামদে নঙগী ফিভম উরুরগা থম্মোয় মচেৎ তানা কায়খ্রে। ঐনা ঙরাং লানখ্রে হায়বসি খঙলবনি। নহাক নুংঙাইনা শান্নৌ। অয়ুক অমদি নুমিদাং ৱাইরম লমহাংদা চৎথোকউ। অশেংবা নুংশিৎ নঙোন্দা কান্নগনি। পোৎ অমা দরকার ওইবদো ঐঙোন্দা হায়য়ু মঙোন্দা হায়বগী মথৌ তাদে। মহাক য়ূমদা লৈতে হায়না খল্লু। নহাক্কী নমানা থাদোক্কুনা চৎখ্রে অদুবু ঐদি লৈরিদনা।

অঙাংগী চম্লবা মিনম শোরীবা য়াওদ্রবা থম্মোয়দা মপাবূংবু নুংশিবনা থুমহৎলকই। ঈশ্বরমক মাঙদা লেপ্লীবগুম খল্লী। নীংবা কয়ারবা অমদি অৱাবনা লাংতক্লদুনা মপাবূং মীনুংশি খঙদবা অমদি করি-করি খল্লুরিবা খঙদে। মমা অতোনবীদসু নুংঙাইতবা লৈতে। হৌজিক লাইগুম্লবা মপাবূংবু কয়াদা লাননা খল্লুরিবা হায়বসি খঙজরকই। মপা নুংশিবগী ঈথক ঈপোম্না থম্মোয় থুমহৎলকই। মপাবূংগী খোঙদা নোন্দুনা কপচরকই। মুক্নীগী থম্মোয়সু মীনুংশিনা থুমহৎলকই। মচাসে মিৎকুপ অমা উদবদা লাংতক্লবা পোকখিবনি মহাক্কী লমচৎ বুদ্ধি অমদি লীচৎ ব্যবহার অতোপ্পনা শীংথানরিবনি। মহাক্কী মরীদা থম্মোয় অসুক কল্লীবসি করিগীনো? মশামক্কী নুংশিজরবা মচাদুবু য়েরুবগুম খন্দুনা য়ূমদগী তাম্থোক্লবা থৌরাং তৌরুরিবা? নির্মলা মচা অমদি মপাগী মরক্তা পল ওইদুনা লেপ্লীবনি। মহাক মশাগী মরমদা খঞ্জনবা তুংলোমদা হন্দোকপা তারি। মপা অমদি মচাগী মরক্তা খেন্নবা হেনগৎলকই। অদুগী মহৈনা ঙসি ফিভমসি ওইরক্লীবনি। মশামক্কী অখন্নবা মচানুপাদা অসুক মীনম্বা তারবনি। ঙসি য়াম্না খল্লবগী তুংদা পাম্বে অসি খল্লীবনি। মসিনা আশা তৌরিবদি নির্মলাবু মরকসিদগী লৌথোক্কুনা অতোপ্পা নাকন্দা ওম্থোকপনি। পাম্বেসি শীজিন্নবা হৌরকই। তৌইগুম্বসুং অনীংবসিমক মহৈয়োনগদরা য়ানলোইদরা হায়বদুদি কনানা খঙগনি।

নুমিৎসিদা তোতারাম্না নির্মলানা য়াম্না হায়জ চৎচ তৌরফাওবদা মংসারার্মবু বোর্দিং হাউসতা থাখিনবা ৱারেপ লৌরে। নুমিৎসিদগী মঙোন্দা তম্বা তোকখ্রবনি অসিদ নত্তনা ৱা-লাঙফাও ঙাঙদ্রবনি। মহাক মপুরোইবগা চিংনবা থৌদৌদুগী মরম খরা-খরা খঙখিবগুম তৌই ইম্থোকপনি অসুক চিংনগনবা লীচৎসি। ঈশ্বরনা য়ুমসিগী ইজ্জৎ কনবিবা ওইসনু। মহাক্কী মপুক্লীংদা অসুম্বা ফত্ত-ফত্তবা ৱাখল কয়াসি হৌগৎলক্লীবনি? ঐবু য়াম্না তোপ্ল

তারবগুম খল্লীবা? ব্বাফমসি খল্লু খল্লুরগা নুমিৎ কয়ানিমুক কপ্পুনা লৈরম্মী। অদুদগী খনবা হৌরকই করম্না অসুক য়াম্না চিংনবসি হৌরকখিবগে? ঐঙোন্দা করম্বা ব্বাফম লৈখিবগে মহাক্না অসুক য়াম্না নুংঙাইত্রিবসে? য়াম্না খল্লবদসু মশাদা অসিগুম্বা ব্বাফম অমত্তা উবা ফং দে। অদুদি মহাক্না মংসারামদা আঙ্গ্রেজী তম্বা, নোকপা অমদি ঙাঙবসিদা চিংনবগী মরম ওইবা তাই। অদু ওইরবদি তম্বা থাদোক্কনি। কাউদুনা ফাও মংসারামদা ব্বা ঙাঙলোই। মশক য়েংলোয়।

তৌইগুম্বসুং সমস্যাসে অচুম্বা নত্তে হায়না খল্লী মংসারামগা নোকপা ঙাঙ শকপদা মহাক্কী ইরাং ঈথকসু ঈহৌরকই অদুগা পেনজৈ। মহাক্কা ব্বারী শাবদা মপানগী নুংঙাইবা ফংজৈ। মদু মহাক্না ব্বাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদে। ফত্তবা ব্বাখলগী মমি মসিদা তাদে। মঙলান্দ ফাও মংসারামদা অমোৎপা প্রেমগী ব্বাফম খনবা ঙমদে। থব্বায় পানবা পূন্নমক্কী লেংমান্নবশিংগা নোক-খেবা অমদি ব্বারী শান্নবগী প্রকৃতিগী ওইবা ঈখৌ লাংজৈ। অদুগুম্বা অপেনবদুগী অরোনবা পাম্বৈনি। হৌজিক পেন্নাইদ্রবা ঈখৌদুনা নির্মলাগী থম্মোয়দা থাওমৈগী মতৌগুম চাকপা হৌরকই। লৈর-লৈরগা মহাক্কী থম্মোয়দা শক খঙদবা অব্বাবা অমনা লাংতক্নহল্লী। মাংখ্রবা, শক খঙদ্রিবা পোৎ অমবু কোইথি থিরী, ফল্লীবা মফমদুদা অদুম ফমদুনা লৈথোকই। থবক অমত্তদসু পূক্লিং চঙবা ঙমদে। হোই, মুন্সীজী লাক্লবদি মাগী ইখৌলাংবদু নীংবা কায়বগী ঈরোন্নুংদা লুপশিনখিদুনা নোকশিন্নদুনা অকোইবগী ব্বা ঙাঙবা হৌরকই।

ঙরাং মুন্সজীনা চাক-চারগা কোর্টতা চৎখিবদগী রুকমনিনা নির্মলাবু য়াম্না মীচৈ থাদুনা ঙাঙলম্মী। মফমদুদা অঙাংশিং য়োক্কনি খঙলবদি করিগী নয়ুমগী মীশিংদা মদুদা লুহোংবিগনু কৈদৌনা হায়দ্রিবনো? নিপাদুদগী হেন্না কনামত্তা লৈতবা মফমদুদা চৎপা য়াদবরা? মদুদা কে-মৌবদু উরগা অমদি শক্তমদু উরগা হরাওজবা অদুগা মরায়বকপু থাগৎচবা। মফমসিদা হনুবসিনা নঙগী কুচু-কুমেন, খুৎচৎ লাকচৎতুদা ঙাওগদরা? মহাক্না নঙবু অঙাংশিংগী সেবা তৌনবা লুহোংবনি। ভোগ বিলাসকীদমক্তা নত্তে।

মহাক য়াম্না কুইনা অশোকপদুদা থুম চাইবগী মতৌগুম ঙাংদুনা লৈরম্বনি। অদুবু নির্মলা করিসু হায়দে মহাক মশাগী ব্বাফমদি শেংদোকচবা পাম্বনি অদুবু মপুরোইবনা পাম্বদু তৌরিবনি হায়রবসু য়ুম কায়গনি অদুগা মশাগী মরাল য়াজরবসু মদুনা করি করম্না শেংদোকচবা ঙমগনি মদুনসু অকিবগী মশক ওইরকপা য়াই। অচুম্বা ঙাংবগা চিংনবা অমদি অকিবসু লৈতবনি তৌইগুম্বসুং নৌরবা ফিভমসিদা মহাক তুমিন্না লৈবা তাখি। মসি নত্তবা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। মংসারাম নোংম-নোংমাগী ময়াং কংশিল্লক্লী য়াম্না নুংঙাইতনা লৈবসি মহাকসু উরিবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী থবক অমদি ব্বাহৈদা মুহর নমখ্রবনি। হুরানবনা হুরানখ্রবা মতুংদা লৈহৌবা ফিভমদুমক নির্মলাগী মতমসিদা ওইরিবনি।

## নিপাল

ৰা অমনা ঐখোয়গী অনীংবগী ওন্ন-তৈন্নবদা থোক্লবদি মদুদা ৰাই। মংসারাম নির্মলানা ৰাকৎলমগনি হায়বসিগী আশা তৌদে মরমসিনা মহাক য়াম্না ৰাজরম্মী। মহাক করিগী ঐগী মরমদা ৰাকৎলুগনি? করি পাল্লীবনো? মপুরোইবগী শেলথোক চায় লাইরিক তম্বা খোৎপদা খরচ তৌই, ফিরোল শেৎলি। মসি মহাক্কী অনীংবা ওইরম্বসু য়াই, মদুদি মহাক য়ুমসিদা লৈতনবা। ঐনা লৈত্রবদি মাগী পৈশা লেম্লেদনা। মহাক ঐঙোন্দা হরাও-হরাও তৌবা উরি। করিগুম্বদা ঐনা মাগী মচিন্দগী অকনবা ৰাহে তাদে, মসি পূম্বা হৈশিংবা হায়বদুরা? ওইবা য়াই, উচেকপু লাংদা থুহন্নবা শিকারীনা চেঙ চাইথোকই, ওঃ ঐদি খঙদে চেঙদুগী মখাদা লাং লৈ হায়বা। মহাক্কী সাম্রাজ্য ঐনা উখাদা ফমদুনা লৈজবা ফাও য়েংবা ঙমদে।

হোই, মহাক্না খঙলীনি, মহাকসিনা চাওরগা ঐগী ইপুরোইবগী সম্পতিগী মপু ওইগদৌরিবনি। মরমসিনা হৌজিক্তগী তাম্বোকপা হৌবা ফৈ। ঐঙোন্দা অসুম্না চিংনগনু হায়বসি করম্না ফোংদোকসিগে অমদি থাজহনসিগে? ফত্তবা লাক্লুঙৈদা মংসারাম হু চাদুনা শিজখিগনি হায়বসি মঙোন্দা করম তাক্কনি ঐহাক্না কয়াগী মতিক অৱাবা খাঙবা তারবসু মাগী থম্মোয়গী তিংখং ওইরোই।

ইপানা ঐবু পোকপিরে, হৌজিকসু ঐবু নুংশিবসি ময়েং তাবা নত্তে তৌইগুম্বসুং ঐহাক মসি ফাওবা খঙদবা নত্তে, পাবুংনা লুহোংবা নুমিত্তগী ঐখোয়বু মাগী থম্মোয়দগী তাম্বোকখ্রবনি। হৌজিক ঐখোয় লমজা শারাগুম মফমসিদা তাদুনা লৈবা ঙমগনি। য়ুমসিদা ঐখোয়গী অধিকার লৈতরে। করিগুম্বদা মমাঙগী সংস্কারনা মরম ওইদুনা লমজা শারা অতৈদগী ঐখোয়গী ফিভম্না খরা ফবনি। অদুবু লমজা শরানিদা। ঐখোয় নুমিত্তুদগী অদুম ওইরবনি। ইমানা লাইরৈবাক্তা পাঙখিবা, খরা লৈহৌরিবদুসু লুহোংবসিনা মপূং ফাহলবনি, ঐদি ইশামক অহানবদা থোইনা মরী থমজদ্রবনি অদুবু নুমিৎশিংদুদা পাবুংদা ঐগী মরমদা ৰাকৎলম্নবদি ঐহাক অসুক য়াম্না ৰারমলোয়। ঐদি চৈথেংদুগীদমক শেম-শাদুনা লৈরবনি। সংসারদা ঐহাক থবক শুবা ঙমদবরা? তৌইগুম্বসুং ফত্তবা মতমদা চৈফু পীরকই। মরমসিনা হিংসা তৌবা শাসু মীবু চেক্শিনহৌদবা তাঞ্জা ফংবদা চৈফু পিরকই। ঐবু কয়াদা নিংথীনা,

মীওক মিচান ফজনা তৌবিরিবা চা-থকপা, হৌগৎপদা, খরা থেংখিবা ফাও মথং মথং কৌবা লাকহল্লীবা, জলপানগীদমক অয়ুক অঙনবদা অশাবা হলরা হৌবিরিবা, তোইনা তোইনা হংবি পৈশাগী দরকার লৈবরা? মরমদুনা লুপা ১০০/- পীবা ঘড়ী লৈহনবনি।

অদুবু, মহাক অতোপ্পা রাকৎ মা খনবা ঙমদ্রবরা? ঐবু ঙাওচৎনবা হায়রিবদি, তশেংনা মহাক ঐগী করি অঙাওবা মতৌ উখিবগে? মসি হায়বা য়াই মহাক পাবা-ইবদা পূক্লিং চঙদে। পোৎ অমা নৎত্রগা অমগীদমক নিতিগী পৈশা হায়। অসিগুম্বসি মহাক করিগী খনদ্রিবনো? তশেংনা খ্বাইদগী অকনবা চৈফু মানা ঐঙোন্দ থারিবা। ইহান হেক হান্না ঐঙোন্দা মৈগী তেন কাপ্পকপনি পাবুংগী মিৎমাংদা লৈখা তানবনি। ঐবু বোদীংদা থম্বা হায়বসিদি শেমজিন শাজিনবনি। অপাম্বদি শঙ্গোমদা তাবা হয়িংগুম ঐবু তাহ্নোকপনি। থা অনী/মরী মতেং পীরম্লগা মতুংদা খরচ থিংখিবা য়াই অদুদগীদি শিরে নৎত্রগা হিংলে। অদুবু মঙোন্দগী থৌইনশিন্নী হায়বা খঙলম্লবদি মীনাইশিংগী কাদা মফম ফংবা য়াগনি। মাঙ্গোন্দা তাদুনা লৈরবসু মফম য়াম্না লৈ। ফরে, হৌজিক নুংশিবীবসু লৈতে, পূক থন্নবগী দমক ইকায় খঙদনা লৈবা তাই। হৌজিক মসি ঐগী য়ুম নত্তরে। পাবুংসু ঐগী পাবুং ওইদরবনি। হো, ইমা ইবেম্মা। নঙবু কদায়দা লৈবগে? নুংশিবা লৈত্রবা মফমদুদা করিসু লৈত্রবনি।

মসি খল্লদুনা মংসারাম কপ্পা হৌরকই। মমাগী হৌখিবা মীনুংশিবু নীংশিংলকই, মহাক্কী পিরাং ইহৌরকই। মহাক কয়ারক হন্না ইমা-ইমা কৌরকই, মমানা লেপ্তুনা তারিবগুম খল্লী। মমা-লৈতবগী অরাবদু ইহান-হান্না ফাওরকই। আত্মাগী নাপল চাওবীনি, থৌনা ফবী নি। হৌজিক ফাওবা নুংঙাইবগী তম্বাক্তা য়োকপী থাকপীরকপনি। মতমসিদদি মশাবু তুংজফম লৈত্রবগুম খঞ্জরকই।

নুমিদাং পুং ১০ তাখ্রে। মুন্সীজী ঙসি কদায়দনো উৎসব অমা চাবা চৎখিবনি। মহরীনা অনীরক হন্না মংসারামবু চাক-চানবা কৌরকই। তুংদদি শাওরংনদুনা হায়রকই— ঐ চাক লমদে করিসু চারোই। হন্না-হন্না লাক্তনা কোক শাইরিবসি করিগীনো?

অমুকসু থবক্তুগীদমক নির্মলানা থাবদা মহরী চৎলু য়াদরে। হায়রকই— মৌ ইবেম্মা মহাক ঐনা কৌবদা লাকউ য়াররোই।

নির্মলা— করিগী লাকওইদৌরিবনো? চৎলগা হায়রকউ, চাক ইংথরক্লে, চখোম অনী/মরীদং চারো লাউ।

মহরী— ঐহাক পূন্নমক হায়দুনা মায়থীরবনি লাকউ য়াদে।

নিমলা— নঙনা মসিদি হায়বরা, মহাক ফল্লী!

মহরী— নত্তে, মৌ ইবেম্মা! মদুদি হায়দে ওইদবা করিগী হায়রুনি?

নির্মলা— ফরে অমুক চৎলু হায়রুচো মহাক ফমদুনা নঙবু ঙাইরি। নঙ লাক্ত্রবদি মাসু

চাকখুম লোইশিন্দুনা তুম্লগনি। ঐগী ভুঙ্গী তাঊ, হন্দকমুক্তং চৎলু লাকত্রবদি (নোক্তুনা) পমদুনা পুরকউ।

ভুঙ্গী পিশুম শুক্লদুনা চৎখি অদুগা মিকুপ্তা লাক্তুনা হায়রে মৌ ইবেম্মা! মাদি কপ্তুনা লৈরে, কনানা করি হায়রুবগে?

কনাগুম্বীগী মচা গুহাদা তাবগী পাউ তাবদা খংবগুম খংলদুনা নির্মলা হৌগৎলকই। অমুক লেপখি অদুগা ভুঙ্গীদা হায়রকই কপ্লী হায়বা, করিগী কপ্লীবনো হংবরা?

ভুঙ্গী— নত্তে মৌ ইবেম্মা! মদুদি ঐনা হংদে, ওইদবা করিগী ঙাঙলুনি।

মহাক কপ্লীবা অহীংসিদা মতোমতা ফমদুনা কপ্লীবা মমা নীংশিংলক্লীবা ওইরিনি। করম্না চত্তুনা মহাকপু থেম্লুগনি? হায়। করম থেম্লুগনি। মফমসিদি হকথি খনবা ফাওবা নাতোন ককই। ঈশ্বর নঙনা শাক্ষীনি। করিগুম্বদা কাউদুনা ফাও মঙোন্দা করিসু হায়খিবা লৈতে। মহাক ঐগী মাঙদা লাকসনু। মদুদা করি তৌগনি? মহাক্না খল্লীনি। মহাক্না মপাদা মাগী মরমদা ৱাকৎলুরিবনি। করম থাজহনগনি? ঐনা কৈদৌঙৈদসু মাগী মরমদা অমদি মায়োক্তা ৱাহে অমত্তসু চিন্দগী থোক্তে। করিগুম্বদা দেবগুম্লবা লিচৎ লৈবা পাখঙসিগী ফত্তবা হায়রবা অদু ওইরবদি সংসার সিদা ঐঙোন্দগী হেন্না ফত্তবা হিংচাবী লৈরম্লরোই।

নির্মলা উরিবনি মংসারামগী হকচাং নোংমা নোংমগী মওং কায়রকই, নোংমা নোংমাগী মমশিল্লকই। মহাক্কী থৌনা ফরবা হকচাং চপশিল্লকই মসিগী মরমদা মঙোন্দা লোৎপা নত্তে। অদুবু মদুগী মরমদা মপুরোইবদা করিসু হায়জবা ঙমদে। মসি পূম্বসি উরু খঙলুরগা মাগী থম্মোয় কায়খিবনি। অদুবু চিন কাংথোকপা ঙমজদ্রে। করি করিগুম্বদা মংসারামবু করিসু লৈতবা ৱাফমদুগীদমক শাওই হায়দুনা বারৌই। মহাক্না অঙাওবা হায়রগা হেক্তা ঙাওবরা? ৱা অমসু লৈ খজিক্তং চিংনখিবদা পূম্মাঙ মাঙগদৌরিবনি। অদুবু মহাক অদুগুম্বা ৱাদুগীদমক করিগী অদুক খল্লীবনো?

মহাক্না পূক্লিংদা খল্লকই— থেমদুনা পুবক্লগা চাক পীজসিরা? তোল্লবসি অহীং চুপ্পা লাম্না লৈরনি? হায়! ঐসি উপদ্রব অসিগী মরুনি। ঐনা লাক্ত্রীঙৈদদি য়ূমসিদা শান্তি লৈরম্বনি। মপানা মচাশিংবু থৱায়গুম খল্লী, মচানা মপাবূংবু নুংশিজে। ঐ হেক লাকপদগী অপনবগী অপনবা ঙাক্তা। মসিগী অরোইবদু করম থোক্লগরা? ঈশ্বরনা খঙলিনি। হে ভগবান, ঐসে শিবসু ঙমজদবা? অঙাংসি মতোমতা লাম্না লৈরে. অয়ুকসু ইচা-চাখিদবনি অদুগা মানা চারিবসু চহী অনীগী অঙাং অমনসু অদুদগী হেন্না চাগনি।

নির্মলা মপুরোইবগী অনীংবগী মায়োক্তা চৎলিবনি, মরীদা মচা থোক্লীবনি। মহাকপু থেম্নবগীদমক্তা চৎলিবনি অদুবু থম্মোয়দি থক থক নিক্লীবনি।

অহানবদা রুকমনিগী কারোমদা য়েংলকই। মহাক চা -থক্লগা করিসু খঙদ তুমথখ্রে।

অদুদগী মপান কারোমদা চৎলি। মফমদুদা পূমচীক চীকই। মুন্সীজী হৌজিক ফাওবা লাক্তি।

মায়গৈ পূম্বা য়েং-খোৎলবা তুংদা মহাক মংসারামগী মমাংদা লেপ্লুরে। কাদু হাংদোক্লম্মী। মংসারাম মাঙদা লাইরিক অমা ফাক্লদুনা তেবল মথক্তা নোম্বদুনা ফম্লী তশেংনা অৱাবা-নুংঙাইতবগী অহীংবা মূর্ত্তিগুম্না। নির্মলানা কৌনীংবনি অদুবু খোঞ্জেল থোক্লকখিদে।

খঙহৌদনা মংসারাম্না মকোক হায়গত্তুনা ফক্লাংলোমদা য়েংলকই। নির্মলাবু উবদা অমম্বদা মশক খঙবা ঙমদে- খংদুনা হংলকই— কনানো?

নির্মলানা নিক্লবা শ্বরদা হায়রকই— ঐনি। চান-থক্লবা করিগী লাক্ত্রীবনো? কয়াম থেংখ্রবগে?

মংসারাম্না মায় লৈথোক্তুনা হায়রকই— ঐ চাক লামদে।

নির্মলা— মসিদি ঐহাক্লা ভুঙ্গীদগী অহুমলক তাখ্রবনি।

মংসারাম্না করেম্নবা মিনোক্তা হায়রকই— চাক য়াম্না লাম্লবদি কদায়দগী লাক্কনি।

মসি হায়দুনা কাগী থোঙদু থিংজিননবা খল্লকই অদুবু নির্মলা থোঙদু ইম্থোক্তুনা ইমুংদা চঙলকই অদুগা মংসারামগী মখূৎ পায়দুনা, মপী ইরা চেল্লদুনা নোল্লুক্লা খোইথুম্নরবা খোঞ্জেলদা হায়রকই ঐনা হায়রিবসিদগী চৎতুনা খরদং চারো। নহাক চাদ্রবদি ঐসু চৎলগা তুম্নরনি। চখোম অনীদং চাররো ঐবুসু অহীং চূপ্পা লাম্বনা হাৎলগে খল্লবরা?

মংসারাম্না খল্লকই হৌজিক ফাওবা চাদ্রিবা? ঐবু ঙাইদুনা ফমদুনা লৈরবা? মীনুংশি মচানুংশিবা অমদি নোল্লকপগী দেবীরা নৎত্রগা কল্লক মিহৌবা অমদি অমঙ্গলগী মশক ওইরবা মায়াবিনীরা?

মহাক মমাবু নীংশিংলকই— মতমদুদা মহাক্লা শাওদুনা চৎখ্রবদা মতৌ অসুম্না থেম্বা লাকই,
মানা হেক চৎত্রিফাওবা মফমদুদগী হৌগত্তে। মহাক হায়জবসি য়াদবা ঙম্লমদে।
হায়রকই— ঐগীদমক অদোম্না কয়া ৱাবিরবা? মসিগীদমক ঐহাক নুংঙাইজদে।
ঐবু ঙাইদুনা লৈরি হায়বা খঙলম্নবদি ঙসাইনা লাক্তুনা চারগনি।

নির্মলানা চৈবগী মওংদা হায়কই— নহাক্লা লাম্না লৈরগা ঐনা চা-থক্তুনা তুম্নমগনি? মমাতোনবী ওইরুবগী মরীদগী অদুক ওইজবা থিবী ওইরমগনি হায়বসি নহাক করম্না খল্লীবনো?

খঙহৌদনা মপাগী কারোমদগী মুন্সীজীনা লোক খুবগী খোঞ্জেল তারকই মংসারামগী কারোমদা লাক্লে হায়বসি খঙলকই। নির্মলাগী মায়থোঙ লাংশিনখি। থুনমক মপান থোখ্রে। মনুং চংনবা তাঞ্জা ফংদ্রবগুম অকনবা খোম্থোক্তা হায়রকই— ঐহাক মীনাই নত্তে অসুক থেংলবসিদা কনাগুম্বগীদমক চাকশংগী থোঙদা ফমদুনা লৈগদবা। চাক চারোইদৌবা লৈরবদি হান্না হায়নরকউ?

মুন্সীনা নির্মলা লেপ্পা উরকই-অর্থ লৈত্রিবরা? মহাক মফমসিদা করি তৌবা লাক্লীবনো?

হায়রকই— করি তৌরিবনো?

নির্মলানা য়াক্তক্লা খুমলকই— করি তৌরুনি। মশাগী লায়বক্তা কপচবা নত্তনা? ফত্তবা পুম্বগী মরুনি ঐসে। কনাগুম্বা অমা শাওরে, কনানো অমা মচিন পৈদুনা লৈরে কনা কনাবু থেমগদৌরিবনো? অদুবু কদায় ফাওবা?

মুন্সীগী ঙক্লা হংলকই — ব্রাফমদুবু করিনো?

নর্মলা— চাক চাবা লাক্তে অদুগা করি ব্রানো? তারারক হন্না মহরীবু থারে লাক্তে অদুদগী ঐহাক লাক্লে। মহাক্তী অসিদং হায়রগা লাইনা থোকই ঐহাক চাক লামদে, মসিদদি য়ূম অপূম্বগী মীনাইনি সংসার পূন্নমক্লা মায়দা কালি তৈশিন্নবা শেম শারিবনি। কনাগুম্বনা লামদ্রবদি ঙাঙনরিবশিংদু কনানা থিংবীগনি হিংচাবীসে চানবা পীদে।

মুন্সীগীনা মংসারামদা হংলকই— চাক করিগী চাদ্রিবনো ইবুংঙো? মতমসে কদায় য়ৌখ্রবনো খঙলবরা?

মংসারাম ঙক্লা লেপখৎলি। মহাক্কী মাংদা অরোনবা মশক অমা লৈবগুম তৌরে মদুগী মনুং হুনজন্নবদুদি খঙবা ঙমজদে। অদুগুম্বা মিৎলুদুদা নুংশিবগী হায়জবগী নোল্লুকপগী নুংশিরবা ব্রাহ্মেগী ইচেল চেম্থরকখিবদু মীৎকুপ অমদা মিহৌবগী মৈচাক্তু কদায়দগী লাকখিবনো? অদুগুম্বা চিনবান্দুদা নুংশিরবা ব্রাহ্মেগী ইচেল চেম্থরকখিবদু মদুদগী হুগী ইচেল করম্না চেম্থরক্লীবনো? মরকসিদা খরা খঙগুমসু তৌ, জ্ঞান মাংলকপগুম হায়রকই ঐহাক চাক লামদে।

মূন্না য়েংলগা মুন্সীজীনা হায়রকই করিগী চাক লামদ্রিবনো, লামলোইদৌরিবগী মরম করিনো? চাক চানীংদ্রবদি নুমিদাংব্রাই দা করিগী হায়দ্রিবনো? নহাক্লা চাক লাম্বা ঙাইবদা অহীং চুপ্পা কনানা ফমদুনা লৈগনি? নহাক হান্নদি অসুম তৌদবনি। চাক ওইনবসি করম কান্দগী তম্লীবনো? চৎলগা চারো?

মংসা— নত্তে ঐহাক খজিক ফাও চাক লামদে।

তোতারাম্না ময়া চীক্লদুনা হায়রকই— য়াম্না ফরবনি চাক লাম্নবা কান্দা চাউ। মসি হায়রম্লগা মাগী কাদা চংখরে। নির্মলাসু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে। মুন্সীজীদি হিপ্পা চঙখ্রে। মহাক্লা চৎলগ চাকখুম লোইশিল্লুরে। চিন তেংথোক্তুনা ক্বা চারগা নোক্তুনা চঙখ্রে। মুন্সীজীনা হংলকই— চাক চারবা নৎত্রনে?

নির্মলা— করিতৌনি? কনাগীদমক চাক-ঈশিং থাদোক্লনি?

মুন্সীজী— মহাকসে খঙদে, করি তৌখ্রবনো? করিসু খঙবা ঙমদে। নোংমা-নোংমগী

কংশিল্লকই। মহাক্কী কাসিদা অদুম ফমদুনা লৈ।

নির্মলা করিসু হায়দে। মহাক অৱাবগী মপান নাইদ্রবা সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরবনি। মংসারাম্না ঐগী রাখল হোংবদুনা করি খল্লীনি? মহাক্কী পুক্লিংদা খল্লমগনি মপাবু উরগা লীচৎ করিগী হোংলিবনো, তোম্লবদু চাবা লাকচরম্লবনি অদুদা মহাশয়সিনা কদোমদগীনো লাক্তুনা থুগাইররে। মসিগী অরোনবসিবু মঙোন্দা করম খঙহনগনি? খঙহনবা ওইথোকপরা? ঐহাকসে করম্বা অৱাবদা ইরাক্লরবনো?

অমুক হৌগত্তুনা ইমুংগী থবক ইনখাং তৌবা হৌরে। খঙহৌদনা পুং ৯ তারকপদা ভুঙ্গীনা লাক্তুনা হায়রে— মংসা বাবুদি চে-লাইরিক লোয়না খোমজিন্দুনা শগোল গাড়ীদা হাপকৎখরে কদায় চৎকদৌরিবনো?

নির্মলা ইঙক-ঙক্না হায়রকই— শগোল গাড়ীদা হাপকৎলগা কদায় চৎকদৌরিবনি হায়গে?

ভুঙ্গী— ঐনা হংবদা হৌজিক স্কুলদা লৈরনি হায়রকই। মংসারাম অয়ুক অঙনবদা হৌগত্তুনা স্কুল হেড মাষ্টরগীদা চৎলুই অদুগা মশাগী লৈননবা থৌরাং তৌরুবনি। হেড মাষ্টর সাহেবনা অহানবদদি মফম লৈতে হায়রম্বনি মঙোন্দগী হন্না অঙাং কয়ামরুম্না হায়জ-চে থারকখ্রবনি তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা ঐগী লৈনবা মফম পীদ্রবদি লাইরিক তম্বা ঙমদবা য়াই অমদি পরিক্ষাসু য়াওবা ঙমদবা য়াই মদুদা হেড মাষ্টরনা মায়থীরবনি। মংসারাম ফাস্ট ক্লাসতা পাস তৌবগী আশা লৈরিবনি। ওজাশিংনা থাজবনি হন্দক্কী চহীসিদ স্কুলসিগী মীং চৎ পুরক্কদৌরিবনি। হেড মাষ্টর অসিগুম্বা অঙাংবু করম থাদোক্তুনা চৎহলখিনি? মহাক্না মাগী অফিসকী কা শেংদোকহল্লে, মরমসিনা মংসারাম মফমদুদগী লাকপগা মশাগী পোৎ-চৈ শগোল গাড়ীদা হাপকৎলিবনি।

মুন্সীজীনা হায়রকই— হৌজকি অদুক থুনা করি দরকার লৈবগে? নুমিৎ নীনী হুমনিগী মনুংদা চৎলগা লোইরে। ঐনা নহাক্কীদমক অফবা পূজারী অমা ঙাঙনখিবা পাম্লিবনি।

মংসারাম— মফমদুদা পুং ৯ দগী কনাসু পাবা য়াদে। পূম্নমক নিয়মগী মতুং ইন্না শান্নবসু তাবনি।

মুন্সীজী— ফমুংদগী ফিরোন থাদোক্লম্লীবসি করিগীনো? কদায়দা তুমগদৌরিবনো?

মংসারাম— কম্বল পুরবনি। ফমুংগী দরকার ওইদে।

মুন্সী— ভুঙ্গীনা নঙগী পোৎ-চৈ থাঙ্গৎলিঙৈদা খরা চা-থক্লো। নুমিদাংসু করিসু চাদ্রবনি।

মংসা— মফমদুদা চারগে। পূজারীদা চাক-থোংনবা হায়রম্লবনি। সিদা চাদুনা লৈরবদি থেংখ্রগনি।

য়ূমদা জিয়ারাম অমদি সিয়ারামসু ময়াম্বগা চৎনবা নিংঙাই তৌরি। নির্মলা অঙাংশিংবু থেমজিনলি— ইবুংঙো মফমদুদা অঙাং লৈবা য়াদে, থবক পূম্বা মশানা তৌগদবনি।

খঙহৌদনা রুকমনি লাক্লগা হায়রকই মহারানী নঙগী থম্মোয়দি বজ্রনি। অঙাংসিনা অহীংদগী করিসু চাদরে, মতমসিদসু চাদনা চৎকদৌরে অদুগা নঙনা অঙাংশিংগা ৱারী শানদুনা লৈরিবা। নঙনা মহাকপু খঙবা নত্তে, মহাক্না স্কুল চৎলিবা নত্তে বনবাস চৎলিবনি। মহাক শান্নবদা চৈফু কাওখিবা অঙাংশিংদুগুম্বা নত্তে। ৱাদু মহাক্কী থম্মোয়দা নুংদা চিংবা লৈই ওইগদৌরিবনি।

নির্মলানা ৱাদু ককনবগী মওংদা হায়রকই — করি তৌগনি ইনমবেম্মা? মহাক কনাগী ৱা তাবিবা নত্তে। অদোম্না খরা কৌবিরকউ, মদুদা লাকপসু য়াই।

রুকমনি— মাবু য়ূমদগী তাম্থোক্লীববু করিগীনো? করিগুম্বদা মহাক্কী য়ূমদা লৈনীংতবসু লৈতেনা। মাদি য়ূমদগী হেন্না মফম অমদা নুংঙাইথোকপা লৈতে। নঙনা মঙোন্দা করি হায়রুরে। নৎত্রগা মাগী মরমদা করি ৱাকৎলুরিবনো? করিগীনো নশাগী তিংখঙ হুনজরিবদি? রানী, য়ূমবু থুগায়রগা নুংঙাইবা ফংগদৌরিবরা?

নির্মলানা কপ্পুনা হায়রকই— ঐনা মঙোন্দা করিগুম্বা অমতং হায়খ্রবদি ইরৈসে ককথৎচগে? হোই, মমাতোম্বী ওইবা মরম্না বদনামদি লৈরীবনি। অদোমদা খূৎ লোন্নজদুনা খুরুমজরি, খরা কৌবিরকউ?

রুকমনি য়াক্লপ্না হায়রকই— নঙনদি করিগী কৌরুদ্রিবনো? পিকশিনখিগদরা? নশাগী ওইরদি অসুম্না ফমদুনা লৈগদরা?

নির্মলাগী ফিবমদি মশাসু পান্দ্রবগুম, লিননা মঙোন্দা লাকপা উরুবগা পাইনিংবনা লাংতক্লবা পাইবদি ঙমজদ্রবা চোংদুনা খাঙজরিবা চেক্লাদুগা পাঙখক্লী। অমুক তাশিনজ-মশা খপ খপ্পুনা লৈজবা মশাদি মথৌ তৌবাঙমজদবা শাগন হিকথরবা চেক্লাদুমক্লী। মাগী থম্মোয় মনুং মনুংদা চাকচরি, অদুবু ফোংদোকপদি ঙমজদে।

মরকসিদা অঙাং অনীনা লাক্তুনা হায়রৈ য়াম্বুং চৎখ্রে ' ইমুংদা চঙলকখিদরে। ঐবু উনরম্বা ফাও তৌরমদে, ঐবু কয়া তুক্কচখ্রবা? ঐ মহাক্কী মমা নৎত্রবসু মনেদি লৈদনা। মাগদি উনবা লাক্কদবা নৎত্রা? ঐসু মফমসিদা লৈরিদনা। ইমুংদা করম্না খোঙ থাংজিনগনি? ঐনসু উরগনি মরমসিনা চৎখ্রবনি?

## মাপল

মংসারাম চৎখিবদগী ইমুংদু ইহাং হাংলে। অঙাং অপীকপা অনীদুসু স্কুলদুদা তম্লীবনি। নির্মলা নুমিৎ খুদিংগী মংসারামগী ফিভমগী মরমদা হংই। ছুটিদা লাক্কনি হায়না আশা তৌই অদুবু মহাক লাক্তে। অদুদগী নির্মলা মশাদা মিপাইবা পোক্লকই। মহাক্না মাগীদমক হৱাই মুগকী লড্ডু শাদুনা থম্মী। নিংথৌকাবদা ভুঙ্গী লড্ডু পীরুনবা স্কুলদা থারকই। পূং ৯ দা ভুঙ্গী লাকই। মংসারাম্না লড্ডু অদুগী অদু অদুম হল্লকই।

নির্মলানা হংলকই— হান্নদগী খরা নোইখৎলবরা?

ভুঙ্গী— নোইখৎপদি লায়রদুনা কংশিল্লক্লে।

নির্মলা— করিগীনো থৱায় নুংঙাইতবরা?

ভুঙ্গী— মদুদি হংদে, মৌইবেম্মা। ওইদবা করিগী ঙাঙলুনি? হোই, মফমদুগী মীনাইদুসু ইনাও থোকই। মহাক্না হায়রকই— নখোয় বাবুজীগী চিঞ্জাক লৈতে, চখোম অনী/অহুম চারগা হৌগৎখি অদুদগী নুমিৎ চূপ্পা করিসু চাদে। অয়াম্বা মতমদা পাদুনতা লৈ।

নির্মলা— নঙনা, লড্ডু করিগী হল্লক্লীবনো হংদ্রিবা করিগীনো?

ভুঙ্গী— মদুসু হংহৌদরে, মৌইবেম্মা, ওইদবা করিগী ঙাঙলুনি? মসি হংনবদি ঐদি খল্লুদরে। মহাক্না হায়, মসি পুখরো, মসিদা থম্বগী করিসু কান্নরোই। ঐহাক পুদুনা লাকপনি।

নির্মলা— অতে করিসু হায়রক্তে? ঙরাং করিগী লাক্ত্রীবনো হংদবরা? ছুটিদি ওইখিবনি।

ভুঙ্গী— মৌ ইবেম্মা ওইদবা করিগী ঙাঙলুনি মসি হংনবদি ঐদি খলহৌদরে, হোই হায়রকখি নঙ সিদা লাক্কনু, কৈদৌঙৈদসু পোৎ অমত্তা পুরক্কনু। অদুগা নঙগী মৌইবেমমদা হায়য়ু ঐগী নাক্তা চিঠি নুংঠি কাক অমত্তা থারক্কনু, অঙাংশিংদসু পাউ থারক্কনু অদুগা ৱাফম অমা হায়রকখি মচিন্দগী খোঞ্জেল থোক্তে অদুগা কপ্লকই।

নির্মলা— করি হায়খিবনো হায়য়ুদনা?

ভুঙ্গী— করি হায়গনি মৌ ইবেম্মা হায়রকখি ঐনা হিংবসে অরেম্বনি। অসি হায়রগা

কপ্পা হৌরকই।

নির্মলা নুংশা মপি হোল্লকই। অসুম খল্লী থম্মোয় পীকশিনখিদুনা পুক্লিং হকচাং শোন্থরকই। মহাক্কী তুখোং খুদিং চৈনাদুনা কপ্লকই। মহাক ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্তে। ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা হিপ্পুরে অদুগা নুংহিরুনা কপ্লকই। মহাকসু খঙখরে। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা হন্না হন্না খোঞ্জেলন্দুনা ঙংদুনা লৈখ্রে। হে ভগবান, হৌজিক করি তৌগনি? চিংনবগী চৈনাসিনা মহাক তাঙ্গোই ওল্লক্লে। মহাক মশাগী ৱাবা নত্তে, পুন্সিদা হৌজিক নুংঙাইবগী আশা করিবু লৈরিবগে? অপাম্বগীসু করি লৈরিবগে? মসি মাগী হৌখিবা পুন্সিগী প্রায়শ্চিতনি হায়না মপূক্লিংবু থেমজিনজরে। করম্বা থৱায় পানবনা অসুক ইকায় খঙদবা ফিভমসিদা কয়া কুইনা হিংদুনা লৈবা ঙমগদগে? মথৌগী লমদা মশাগী পুন্সি অমদি অপাম্বা পুম্বা লোয়না কৎথোক্লবনি। থম্মোয়না কপ্লী অদুবু মায়থোঙনা নোকপগী মচু শংবা তারিবনি। মমায়দু য়েংনীংদ্রবসু মমাঙদা নোক-নোক্তুনা ৱারী শাবা তারিবনি। মহাক্কী মশাদুনা শোকপদা লিনগী অইংবনা শোকপগা মান্নবনি, মাগী লেঙ্গোন্দা অমুক তুক্কচবনি অদুগা থম্মোয়নুংদা অৱাবা চৈথেংদুবু কনানা খাঙবা ঙমগনি। মতমসিদা মহাক্কী ফিভমদি, পৃথিবীসে চেকখায়দুনা মদুদা লুপশিনখিবদুনি পামজরিবা। অদুবু নোংদম্বগী নোংদমখোনসু মশা ফাওবদংনি। মহাক মশাগী চিন্তা তৌবদি থাদোক্লবনি তৌইগুম্বসুং হৌজিক অসুক য়াম্না অকিবগী মশক ওইরক্লীবদি মহাক্কী মাঙদা মংসারামগী অৱাবা য়েংবা ঙমজদবনি। মহাক্কুম্বা পূকচেল ফজবা মথৌনা লৈবা নহা অমদা অসিগুম্বা মরাল থংজিনবসিদা তারগদবা প্রভাবতুগী কলপনা তৌরুবদা মাগী থৱায় নীক নীক লাউরকই। মঙোন্দা কয়া য়াম্না চিংনরবসু, আত্মঘাট তৌবা তারবসু মহাক তুমিন্না লৈথোকপা ঙমলোই। মংসারামবু কন্নবগীদমক মহাক লাংতক্লরকই। মহাক চিংনবা অমদি ইকায়বগী ফিজোল লৌথোক্তুনা লংথোক্লবা ৱারেপ লৌরকই।

উকিল সাহেব চাক চারগা কোর্ট চৎলমদায়দা শোয়দনা মহাক্কা অমুক্তুং উনরম্মী। মহাক লাকপা মতম ওইরে। লাক্লম্লগনি, মসি খন্দুনা নির্মলা থোঙদা লেপ্লী অদুগা ঙাইজরকই। তৌইগুম্বসুং ঙসিদি করি তৌরবনো? নুতিগী গাড়ী পানশিনবগী য়াথংসিদগী পীবনি ঙসিদি মহাক মপান থোকখরে। নত্তে অসুন্না তৌবসি য়ারোই। মহাক্কা ভূঙ্গীদা হায়রকই চৎলগা বাবুজীদো কৌদুনা পুরকউ। হায়য়ু, দরকার ওইবা থবক অমা লৈরে তাবিখো?

মুঙ্গীগী চৎনবা থৌরাং তৌরবনি। পাউসি ফংবদগী ইমুংদা চঙলকই, কাদদি চঙলক্তনা লাপ্পা হংলকই- করি থবকনো, থুনা হায়রকউ ঐহাক অথুবা থবক অমা চৎতবা য়াদরে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা হেত মাষ্টর সাহেবকী চিঠি অমা লাকই— মংসারাম অরুম হৌরে, মুমদা পুদুনা লায়েংবনা ফরনি। মরমসিনা অদোমদগী ওইনা কোটতা চৎলগে নহাক অরুবা

ৱা হায়গদবা লৈবরা?

নির্মলা বজ্র তাবগা মান্নখ্রে। পিরাংগী ঈথক ঈচাওগা খৌনাওদা খোঞ্জেনগা অকনবা লাম্থেংনরকই। অনীমক হান্না থোক্লবা তান্নরকই। অনীমক অমত্তসু খোঙফম অমা তুংদা হন্দোক্লীংদে। খৌনাওগী খোঞ্জেল অমদি পিরাংগী ঈচাওগী অকনবা শাফুবু উরুরগা মসি লেপথোকপা লুনা থোকই, মিৎকুপমুক লানথেংনদুনা লৈরে, লম্পাক কনাগী খুত্তা তারনি? মাঙদা অনীমক লোয়না-লোয়ননা থোরকলে— অথুবা ৱাদি অদোমদা চৎপিগদবা নৎত্রা?

মুন্সীজী— ঐনা অঙাংসিদা হংবদদি মখোয়না হায়বদি ঙরাংদি ফমুংদা পারম্মী, ঙসি করি তৌখ্রবা খঙদে।

নির্মলা খাঙমদবা ইথিন অমা নিক্রদুনা হায়রকই— মসি পুন্নমক অদোম্না তৌহল্লীবনি।

মুন্সী শকফম ওল্লদুনা হায়রকই— ঐনা তৌরিবনি হায়বা? ঐনা করি তৌরিবনো?

নির্মলা— অদোমগী পূক্লিংদা, থম্মোয়দা হংবিয়ু।

মুন্সীগী— ঐনদি য়ুমদা পাবদা পূক্লিং চঙদে, মফমদুদা অতৈ অঙাংশিংগা লোয়ননা লৈরবদি শোয়দনা পাগনি। মসিদি ফত্তবা ৱা নত্তেনা। ঐনা করি করি তৌরবা?

নির্মলা— য়াম্না খঙ্গবিয়ু, করি মরমগী অদোম্না মাবু মফমদুদা থারিবনো? অদোমগী পূক্লিংদা অতোপ্পা ৱাফম লৈতবরা?

মুন্সীজী হন্দানৈ অদুগা মশাগী অশোনবদু লোৎশিনবগীদমক মোমোন নোক্লবা হোৎনৈ অদুগা হায়রকই অতোপ্পা করি ৱা লৈবা য়াবগে? নহাকসু খল্লু?

নির্মলা— ফরে, মদুসু য়ারে। হৌজিক লৈবদা মাগী অনাবদু হেনগৎলকপগী অকিবা লৈ। অসিদা ইনস্মবেস্মাসু লৈ। সেবা-লাংবা তৌবীবা য়াই, অতোপ্পনা তৌবা ঙমলোই।

মিনিট অমগী মতুংদা মকোক নোন্দুনা হায়রকই— ঐনা মরম ওইদুনা পুরকপা পামদ্রবদি ঐবু ইপামদা থম্বীয়ু ঐহাক মফমদুদা নুংঙাইনা লৈজরুগনি।

মুন্সীজী মসিগী পাউখুম পীরমদে। মপান থোকখ্রে মিনিট অমদা গাড়ী স্কুলরোমদা থৌখ্রে।

পূক্লিং নঙগী লোনচৎ কয়াদা ঙকখ্রবনো, কয়াদ অরোনবনা থল্লবা? কয়াদা খাঙমদ্রিবা? নহাক কয়া থুনা মচু ওল্লীবা। কলাসিদদি নহাক য়াম্না হৈ-শিংই। মৈগী তেন্না পাল্লবা চক্রদুগী মচু ওনবদসু মতম খরদি চঙই অদুবু নহাক্কী মচু ওনবদদি মদুগী লাক্ষ থোকপগী শরুক অমা ফাওবগী মতম চঙদে। মতমদুদা মচাগী নুংশিবগী ঈহৌ লৈরম্বনি হৌজিক অমুক চিঙনবনা খুদুম চনশিনখিবনি।

মহাক্না খল্লী করিগুম্বদা মহাক তৌশিন্নবদি নত্তেকো?

## তরা

মংসারাম নুমিৎ নীনী অৱা-ৱাখন্দা লুপ্তুনা লৈরে। তোইনা তোইনা মমাবু নীংশিংলকই। চাক-চানীংদে, পাবদা পূক্লিং চঙদে। মহাক্কী ফিভম পূমওন ওল্লে। নুমিৎতি হৌখরে, বোর্দিংদা লৈনা লৈনা মানা তৌফম থোকপা থবক তৌদরে। স্কুলদা য়ূমদা তৌদুনা পুরক্লবা পীবশিংদু অমত্তা তৌদরে। মদুগী ফল ওইনা ফান মথক্তা লেপ্তুনা লৈবা তারকই। মদু করিগুম্বদা তৌরকত্রিবনি। ঙসিদি মদু তৌবা তারকই, খাঙমদ্রবা ইকায়বসিমসু খাঙবা তারকই।

হৃমনি শুবা নুমিত্তা মহাক অৱাবা ৱাখলদা লুপ্তুনা পূক্লিংবু ফাথজরি- সংসারসিদা ঐহাক ইতোমতগী ইমা শিবরা? মমাতোনবীসু পূম্নমক্কী মখল কয়াগী ওইনরিবনি। ঐগা লোয়ননা অনৌবা ৱাদি নত্তে, হৌজিক ঐহাক নুপা অমগুম শরুক অনী হেন্না কন্না হোৎনদুনা ইশাগী থবক তৌবা তাবনি। ইমা-ইপানা য়ানবা, মখোয়বু নুংঙাইনা থম্বা তাবনি। চহীসিদা ছাত্রবৃত্তি ফংলবদি য়ূমদগী করিসু লৌবগী দরকার লৈররোই। অঙাং কয়ামরুম মশাগী পাঙ্গলনা অচৌ-অচৌবা উপাধি ফংলিবনো? অপনবাশিংবু জয় তৌবা অদুগা তাঞ্জা য়েংনা থবক তৌবা হায়বসি মীওইবগী মথৌনি। লাইবক্তা কপ-লাওদুনা করি কান্নগনি?

মরকসিদা জিয়ারাম লাক্তুনা লেপ্নরে।

মংসারাম্না হংলকই— য়ূমগী ফিভম করম তৌরি? জিয়া, ইমা তোম্বীদো হরাওরিনি?

জিয়া— মহাক্কী পূক্লিংগী ৱাদি ঐসু খঙদে তৌইগুম্বসুং নঙনা য়ূমদা লাকখিবদুদগী মহাক চাক চখোম অমা ফাও চাখিদরে। য়েংলুবদা কপ্পুনতা লৈ। বাবুজী হেক লাকপগা নোক্লীংদনা নোকপা হৌরক্কনি। নঙ লাকখ্রবগী তুংদা ঐনসু নুংদাংৱাইদো লাইরিক লোইশিল্লে। অসিদা নঙগা লোয়ননা লৈবা পাম্বনি। ভুঙ্গী চুরেন্না চৎতুনা ইমাদ হায়রুরে। বাবুজী ফন্নীবনি। মাগী মমাঙ মক্তদা ইমানা লাক্লগা ঐগী লাইরিক মুল্লরিবনি অদুগা হায়রকই— নখোয় চৎখ্রবদি য়ুমসি কনানা লৈহৌগদৌরিবনো? ঐনা মবম ওইদুনা নখোয় য়ূম থাদোক্তুনা চৎখিবা তারবদি ঐদি কদায়দনো অমা চৎখ্রগনি। ঐদি শাওনীংলবনি। অদুদা বাবুজীসু লৈরে. শাওরপা হায়রুই— অদোম কদায়দা চৎকনি। অদোমগী য়ূমনি। অদোম নুংঙাইনা লৈবীয়ু অতোপ্পদি ঐখোয়নি। ঐখোয় লৈত্রবদি অদোম নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তা ঙাইরনি।

মংসা— নঙনা য়াম্না ফজন্না হায়রেদনা অদুদা অমুক হেন্না শাওরক্রমগনি অদুদগী চৎলগা বাবুজীদা ৱাকৎলুরিগনি?

জিয়া— নত্তে মদু করিসু তৌদে, তোঙ্লবীদু লৈমায়দা ফমথদুনা কপ্পা হৌরকই। ঐদি নুংশিরকই, ঐসু কপ্পী। মহাক্না ফিজিনা ঐগী পি তৈথোকপিরে অদুগা হায়রকই— জিয়া ঐহাক ঈশ্বরবু সাক্ষী থমদুনা হায়রিবসিনি, ঐনা নঙগী নয়াম্বগী মরমদা নখোয় বুবুজীদা করিসু হায়দবনি। ঐগী লাইবক্তা কলঙ্ক ইবিরম্বনি, মদু চাজরিবনি। অদুদগী অমুক খঙদে, করি করিনো হায়খি, মদু ঐহাক খঙবা ঙমদে, খরদি বাবুজীগী ৱানি।

মংসারাম্না লাংতক্লনা হংলকই— বাবুজীগী মরমদা করি হায়রিবা। খরা নীংশিংবরা?

জিয়া— ৱাশিংদো ঐদি নীংশিংদে ঐগী মেমোরী কয়া থৌবনো? তৌইগুম্বসুং মহাক্কী ৱাঙাঙদুগী মরুদি অসি ওইগনি, মহাক বাবুজীবু হরাওনা লৈনবগীদমক তৌশিন্নদবা য়াদবনি। খঙদে ধর্ম্মগী করি করি ৱানো মদু ঐহাক তশেংনা খঙদে। ঐদি হৌজিক থাজরবনি। মহাক্না নহাক পুসিদা থাখিবা পাম্বা নত্তে।

মংসারাম— নঙ লীচৎতুগী মরমদা খঙবা ঙম্বা নত্তে মদু য়াম্না লুবা খোঙচৎনি।

জিয়া— নহাক্কী খঙলিগনি। ঐহাক মদু খঙবা ঙমদে।

মংসা— হৌজিক নহাক জোমেত্রি খঙবা ঙমদরি অদুনা ৱাহৈশিংদু করি খঙবা ঙমগনি। অহীংদুদা ঐবু চাক চানবা কৌবা লাকখিবনি অদুগা মহাক্কী তকশিনবদুদা ঐসু চৎনবা শেম-শারবনি মতমদুদা বাবুজী হেক লাকপা উবদা মহাক্না থোক-ওনথোকখি মদু ঐহাক কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদবনি।

জিয়া— ৱাসি ঐসু খঙবা ঙমদে। হৌজিক অমুক ঙরাংমক ঐ সিদগী চৎখিবদা নহাক্কী ফিভম হংবা হৌরকই। ঐনা হায়রম্মী মাদি য়ুমসিদা খোঙদাররোই হায়বনি। ঐনা মীনম্বদি ঙাঙবা নত্তে নহাক্না হায়খিদরা? মদু হেক তাবগা হিক-হিক কপ্লকই। ঐহাক থম্মোয়দা য়াম্ নীংঙম্লক্তে। করিগী ৱাদু হায়রুরিবনো? তত্তনা হায়রকই— ঐনা মরম ওইদুনা য়ুম থাদোক্লগদরা? ঐঙোন্দা কয়াম শাওরিবনো? চৎলমদায়দসু ঐগা উনরমদে। চাক লোইরবদু চাবা ফাও লাক্তে। হায়য়ু ঐহাক করি হায়রুনি? করম্বা খুদোংথীবা তারবনো? মরকসিদা বাবুজী লাকই। থুনমক পী তৈথোক্তুনা নোক-নোক্তুনা মহাক্কী মনাক্তা চৎখি। ৱাদি ঐহাক খঙবা ঙমদে। ঙসি ঐঙোন্দা য়াম্না হায়জে, নহাক পুরগা লারবা। ঙসি ঐহাক নহাকপু চিংদুনা পুগনি। নীনীসিদা মহাক কয়াম কংলবনো, উরবদি নহাক মঙোন্দা থৌজান পোক্কনি। চৎলোইদরা?

মংসারাম— পাউখুম পিদে। মহাক্কী খোঙদু নীক্লকই। জিয়ারামদি পূং তাখিবদুদা চেনখরে অদুদা মহাক বেঞ্চতা হিপথরে, মহাক কুইনা নুংসা শ্বর হোল্লক্তবগুম শ্বর মপী শাংনা হোল্লকই। মাগী মচিন্দগী খাঙমদবা চৈনাগী ৱাহৈ ঙাঙথোরকই। হা ঈশ্বর। মিংসিদনা মহাক্কী পুন্সিদা তুংনফম ফংবগুম্নী। শ্বর মপী হোল্লীবসিদনা কয়া নিংঙমদবা কয়াদা অৱাবগী মশক ওইরিবা, কয়াদা নুংশিনিঙাই ওইরিবনো? কয়াগী মতিক তোল্লা-তারবগুম্না হায়জরিবনো? মসিবু কন্নানা খঙবা ঙমবগে? হৌজিক অরোনবা পূম্বা মহাক খঙবগুম্লকই। হন্না-হন্না মহাক্কী ৱাহল্লবা থম্মোয়নুংদা খোঙ্থাং য়ৈররিবা— হা ঈশ্বর। কয়াদা তমথীরবা কলঙ্কনো?

পুন্সিদা সিদগী হেনবা অৱাবা অমগী কল্পনা তৌবা ঙমগদরা? মংসারামদা সিদগী হেন্না লৈখা তাবগী কলপ্না তৌবা য়াবগে? ঙসি ফাওবা কন্নাগুম্বা মপা অমগী মশাগী মচাদা নুংশি হৈত্রবা কলঙ্কসি পীনরমলোই মহাক্কী লীচৎপু পূম্নমক্না থাগৎনবনি অদুগা মদুগুম্বদি অতোপ্পা নহাশিংগী ফিদম ওইনবনি, মহাক্না করিগুম্বদসু অদুগুম্বা শেংদবা ৱাখল খল্লুবদি লায়রদনা মনাক্তা ফাওবা নকহনদ্রিবনি। মদুদা অসুক তমথীবা কলঙ্ক? মংসারাম অসুম খল্লুরগা থম্মোয় কায়খিবনি।

অনীশুবা পূং য়ৈরকই। অঙাংশিং মশা মশাগী ক্লাসতা চঙনখ্রে, অদুবু মংসারাম খূবাক্না খজাইদা শৌদুনা মিৎকুপ্তুনা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈরি, মহাক্কী লৈজবা পূম্বা চাথেকখ্রবগুম। মহাক কন্নাদসু মায় উৎনীংদরে, উ ৎপা ঙমদবগুম স্কুলদসু এবসেন্স ওইগনি, ফাইন্স তাগনি। মসি পূম্বগী মহাক ৱাখিদরে। মহাক্কী লৈজবা পূম্বা হুমদুনা পুবিখ্রবদা হৌজিক অপীক অপিকপা ৱাফমসিগীদমক করিগী কিরুনি? অসুক চাউবা কলঙ্ক লৈরবসিদা অমুক হিংদুনা লৈরবদি অদুগুম্বা পুন্সিবু ইকায় খুম্নদে।

অসুম্না অৱাবগী চাংসে হেনমনখিবনা লাউরকই —ইমা ইবেম্মা। নঙবু কদায়দা লৈবগে? নহাক্কী নচানুপা মদুদা থৱায় কৎচবদু মহাকপু নহাক্কী পুন্সিগী তুংজফম ওইজবদো ঙসিদি তমথীরবা অৱাবা, খুদোংথীবদা তারে মহাক্কী মপানা মাগী ঙক্তা ছুরীনা থীক্লে, হা ইমা ইবেম্মা, নহাকপু কদায়দা লৈবগে?

মংসারাম ঈংনা খনবা হৌরকই, ঐঙোন্দা অসুম্না চিংনরিবসি করিদগীনো? মসিগী করি মরম লৈবগে? ঐঙোন্দা অসিগুম্বা করম্বা ৱাফম উখিবগে? মদুদা চিংনবসি পোকখিবনো? মহাক ঐখোয়গী ইপানি ঐগী য়েক্লবদি নত্তে অদুগা অসিগুম্বা ময়ামসিবু ঐঙোন্দা থংজিনবীরিবা সিবু তশেংনা মহাক্না অমা নৎত্রগা অমদি উবা নৎত্রগা তাবা য়াওরমগনি। মহাক্না ঐবু কয়া নুংশিজবা। ঐহাক য়াওদনা চাক-চাবা চৎতবনি। মহাক ঐগী য়েক্লবা ওইরকলবা? মসি মরম লৈতবদি ওইবা য়ারোই।

ফরে, চিংনবগী অহৌবসি কদায়দগীনো? ঐবু বোদীংদা থম্নবগী ৱাফমসিদি মতুংগীনি। নুমিত্তুদা ঐগী কাদা লাক্লগা ঐগী পরীক্ষা লৌবা হৌরকখি, নুমিত্তুদা মহাক্কী শকফম হোংলকখি। নুমিৎতুদা করম্বা ৱাফম লৈখ্রবনো মহাক্না পামদবা ঐহাক অনৌবী ইমাদা চানবা লৌবা চৎলুই। মতমদুদা মফমদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। হোই, হৌজিক নীংশিংলকই, মতমদুদা মহাক্কী মায়থোঙদু ঙাংশিল্লী। নুমিত্তুদগী অনৌবী ইমানা ঐঙোন্দা তম্বা তোকখিবনি। ঐহাক্না য়ুমদা চৎথোক-চৎশিন তৌবা, ইমাতোনদগী চানবা লৌবা, অদুগা মহাকপু পাবা ইবা তম্বীবসিদা বাবুজীনা ফত্তবা খনগনি খঙলমলবদি ঙসিগী তাঞ্জাসি লাক্লমলোইদবনি। অদুগা ইমাতোন! মহাক্কী করম লেল্লমগনি?

মংসারাম্না হৌজিক ফাওবা নির্মলাগী মরমদা পুক্নিং চঙলুদে। মহাক্কী ৱাখলগী লাকপদা মতু চুংলকই। মহাক্কী চম্লবা মীনুংশিনা থল্লবা থম্মোয়দো চৈফুসি করম খাঙলিগনি? ও! ঐহাক কয়া লান্না খল্লুরবনো? মহাক্কী মীনুংশিবু তৌশিন্নবা ওইনা লৌরুরিবা। ঐহাক করি খঙলুনি মহাক পাবুংগী লান্না লৌবদু ইংথনবা ঐঙোন্দা অকনবা ব্যবহার তৌবা তারকখিবা। ও। ঐহাক মঙোন্দা কয়া লানগ্রবনো? মহাক্কী ফিভমদি ঐঙোন্দগী হেন্না ফৎত্রবনি। ঐদি সিদা লাক্লে অদুবু মহাক্তী কদায়দা চৎকনি। সিয়ানা হায়রম্মী— মহাক্না নীনীদগী করমিতা চাখিদে। কপ্তুনতা লৈরকই। করম্না চংতুনা থেম্লুনি? মহাক লাইবক থীরবা ঐগীদমকক্তা অৱাবসি লৌদুনা পুজরিবা। মহাক্না তোইনা তোইনা ঐগী ফিভম হংলকই, করিগীনো হন্না হন্না ঐনা কপহল্লীবা? করম্না হায়গনি ইমা ঐহাক নঙগী নফমদা করিগুম্বা ৱাকৎ অমত্তা লৈতবনি? ঐগী থম্মোয় নহাক্কী নফমদা তশেং তশেংবনি।

মহাক হৌজিকসু ফমদুনা কপ্লমগনি? মরান লৈজদ্রবীগী মায়থোঙ করম্না মকা লামহনগনি? মহাক ঐঙোন্দা নুংশিনা ব্যবহার তৌবগীদমক দণ্ডিসি ফংলিবনি। মহাক্কী পুকচেল ফজবগী মনাসি ফংলিবনি। ঐহাক মহাকপু মীনুংশি লৈত্রবা চৈফুসি খাঙবা য়েংদুনা লৈখিগদরা? ইশাগী ইজ্জৎ কনবা নৎত্রবসু মহাক্কী আত্মাবু কননবগীদমক থৱাসি থাদোকপা তাই। অসি নত্তবা অতো প্পা উপায় লৈতে। ওঃ থম্মোয়দা করম করম্বা আশা তৌজখিবা, মদু পুম্বা উৎ ওইখ্রগদবা। ঐগীদমক সতী অমদা অসুম্না চিংনবা, ঐহাক ইশানা মহাকপু কনবা তাই। মসি ঐগী ইথৌনি। মসিদা অশেংবা থৌনা ফবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। ইমা! ইশাগী ঈতনা কালিসি চামথোক্কনি। মসিদা ঐহাক অমদি নহাক্কী মঙ্গল ওইগনি।

মহাক নুমিৎ চুপ্পা ৱাখলসিদা লুপ্তুনা লৈরে। নুমিদাংৱারম মনাও অনী লাকলগা য়ুমদা চংনবা তক্লরম্মী।

সিয়া— চৎত্রিবা করিগীনো ঐগী য়াম্মূং চৎলসি চৎলোনে।

মংসা— ঐহাক নঙনা হায়রগা চৎকদবা নত্তে, মতম শংদে।

সিয়া— হয়েংদি নোংমাইজিংনি।
মংসা— নোংমাইজিংসু থবক লৈ।
জিয়া— ফরে, হয়েং লাক্কনিদনা?
মংসা— লাকলোই, হয়েং ঐহাক মেচ অমদা চৎকদৌরি।
জিয়া— ইমানা মুগ হৱাইগী লড্ডু শারি। চৎত্রবদি অমফাও ফংলোই। নঙগা ঐখোয় পূন্না চামিন্নগনি। নৎত্রবদি ঐঙোন্দা পীরোই।
জিয়া— য়াম্বূং নঙ হয়েং চৎত্রবদি তশেংনা ইমা সিদা লাক্কনি।
মংসা— অশেংবা! নত্তে মহাক করিগী লাক্কদৌরিবনো? সিদা লাক্লবদি য়াম্না ৱারনি। নখোয় হায়য়ু, মহাক কদায়দনো মেচ য়েংবা চৎকনি হায়।
জিয়া— ঐহাক করিগী মীনম্বা ঙাঙবা হৌরুদৌরিবা? ঐনা হায়গনি মহাক মচিন পোমথোক্তুনা ফমহৌই। য়েংউ মহাক পুরক্তবরা হায়বদো?
সিয়া— ঐখোয়দি 'নহাক স্কুল কাদে' হিপ্তুনা লৈ হায়গনি।

মংসারাম দৃত অনীদগী হয়েং লাক্কনি হায়দুনা নাম্থোকহৌরে। মখোয় অনী থাজনা চৎখ্রে। অদুদগী ৱাখলদা অমুক লুপ্লকই। অহীং চুপ্পা শাওন ঙাওন লেল্লী। ছুটি নুমিত্তুসু ফম্না ফম্না লেনখি। মহাক নুমিৎ চুপ্পা খল্লী— তশেংনা ইমা লাক্লবদি? কনাগুম্বগী গাড়ী মখোন খদ খদ লাউবদু তারকই। মদু তাবদা মহাক্কী থম্মোয় থক থক নীক্লকই। করিগুম্বা লাকখিবদি নত্তেকো?

বোদীংদা অপিকপা হিদাক শঙ অমা লৈ। ডাক্তর অমা নুমদাংৱাইদা পুং অমখক্কী লাকই। করিগুম্বা অঙাং অনাবা য়াওরবদি মঙোন্দা হিদাক পীরম্মী। ঙসি মহাক লাকই। মংসারাম করিখল্লুবনো খঙদে। মনাক্তা চৎতুনা লেপ্পুরে। মহাক মংসারামবু ফজনা খঙই। মহাকপু উরগা ঙকতুনা হংলকই— নহাক্কী ফিভমসি করি তৌরবগে? নংদি কংশিল্লেনা। বাজারগী হৈনবীদুদি নত্তবরা? তশেংনা নহাক করি তৌরবগে? সিদা খরা চঙশিল্লকউ? মংসারাম্না নোক্লদুনা খুল্লকই— ঐহাক পুন্সিগী অনাবনি অদোমদা মসিগী হিদাক লৈবরা?
ডাক্তর— ঐহাক নঙগী পরীক্ষা লৌবা পাম্মী। নহাক শকফম হোংলবনি। খঙবা ফাওবা ঙমদরে।

অসি হায়দুনা মহাক্না মংসারামগী মখূৎ পায়রকই। অদুগা থবাক, মনঙ্গল, মমিৎ লৈ পূন্নমক মথং মথং য়েংই অদুগা অৱাবগা লোয়ননা হায়রকই- উকিল সাহেব ঙসিমক উনগনি। নহাক থাইসিস তৌরে খুদম পূম্বদু মসিগীনি মংসারাম্না য়াম্না লাংতক্না হংলকই— অদুদি ফরে, নুমিৎ কয়ানিদা পুন্সি লোইগনি ডাক্তব সাহেব?
ডাক্তর— করি ৱানো ইবুংঙো? ঐহাক উকিন সাহেব উনরগা নহাক চীংগী লম অমদা

থানবা পাউ তাকপিগনি ঈশ্বরনা চানবীরবদি নহাক ফগনি। অনাবসি হৌজিক অহানবা তাঙ্কক্তনি।

মংসারাম— অদুদি হৌজিক চহী অমা/অনীগী মতম লৈরি। ঐদি অদুক শাংনা ঙাইবা ঙম্লরোই। তাবিয়ু ঐহাক থাইসিস-ব্রাইসিস করিসু লৈতে, অতোপ্পা ব্রাকৎসু লৈতে, অদোম বাবুজীবু অরেম্বদা ব্রাহনবীরুগনু। মতমসিদা কোক-চীকই, হিদাকপীবিয়ু। করিগুম্বা অহীং অনীদগী তুম্লক্রিবনি, মদু চারগা তুম্বা য়াগদবা হিদাক পিবীয়ু?

ডাক্তরনা হুচেনবা আলমারীগী হিদাক শিংদু হাংদোক্তুনা য়েংহল্লী। লিক্লী অমদা হিদাক খরা লৌথোক্তুনা পী।

মংসারামম্না হায়রকই— মসিদি হু মখল অমনি। ফরে মসি কনাগুম্বনা থক্লবদি শিগনি।

ডাক্তর— নত্তে শিবদি শিরোই অদুবু কোক শোয়দনা ঙাওরক্কনি।

মংসারাম— করিগুম্বদা থকপগা থব্রাইসে মপান থোকখিবা য়াবা হিদাক লৈবরা?

ডাক্তর— অদুগুম্বদি অমা/অনীদ নত্তে হিদাক কয়ামরুমনি লৈরিবা। সিদা উরিবা লিক্লীশিংসে দ্রোপ অম পূক্তা হেক তাখিবদা থব্রায় কনবা ঙমদনা য়াম্না থুনা শিগদবনি।

মংসারাম— ডাক্তর সাহেব! মীনা হু থকপসে য়াম্না ব্রারমগনিকো?

ডাক্তর— হু পূম্বা অব্রাবা পীবা ঙাক্তা নত্তে। ফরবদি হেক থকপগা মীদু ইংথখি, অমুক হন্না জ্ঞান লাক্তরে।

মংসারাম্না খল্লী, অদুদি থব্রায় থাবা হায়বসি য়াম্না লায়রে। অদুগা মীনা অসুক কিনরিবা? লিক্লীসি করম ফংগনি? করিগুম্বা হিদাক্কী মমিং হংল্লগা সহরগী হিদাক য়োনবা দুকান অমদগী লৈগে হায়রুরবদি পীরকলোই। হুঃ মসি ফংবদা থোইনা ব্রারোই মসিমদি খঙলেদনা, থব্রায় য়াম্না লায়না থাবা ঙম্মী।

মংসারাম য়াম্না হ্রাওরে, মনা ফংবগুম, মহাক্কী থম্মোয়দগী পোৎলুম অমা থাংদোকখিবগুম, চিন্তাগী নোংদুম মহাক্কী কোকথক্তা পাইদুনা লৈরম্বদু পূমচাই চাইথোকখরে। থামুক্কী মনুংদা ঙসি মহাক থৌনা অমা মপূক্লিংদা পোক্লকই।

অঙাং কয়ামরুম থিয়েটর য়েংবা চৎনরি। ব্রার্দেনদগী য়াথং লৌরে। মংসারামসু মখোয়গা লোয়ননা থিয়েটর য়েংবা চৎলম্মী। য়াম্না হরাওরম্মী, মহাকমুক হরাও-তয়াম্বা সংসারসিদা কনামত্তা লৈতরে। থিয়েতরদা মতৌ তম্বদু উরুরগা নোক্লা-নোক্লা য়াম্না হ্রাওবা ফোংদোক্লকই। হন্না হন্না খূবাক খুবা অমদি ব্রাস মোর হায়না লাওবশিংগী মরক্তা মানা নম্বর ব্রাননি।

ঈশে তারগা নুংঙাইজৈ হো- হো হায়না লাউরকই। অয়েংবশিংগী মীৎয়েং মঙোন্দা

হন্না হন্না চিংশিল্লী। থিয়েটরগী মীওইশিংসু মঙোন্দা য়েংলকই। কনানো অসুক য়াম্না রসিক অমদি ভাবোক ওইরিবসি খঙনীংবা ফাওরকই। মরূপশিংনা মহাক্কী অঙাওবা মতৌদুদা ঙক্লরকই। মহাক য়াম্না ইং-তপ্পা, চিংলেম্বা লীচৎকী পাখঙনি। ঙসি করি তৌরবনো? অসুক ফাগি অমদি নোক্নীংগল্লক্লীবসিবু? করিদগী মহাক্কী হরাওবগী ঙমখৈ লৈত্রিবনো?

অহীং পুং ২ তাবদা থিয়েটরগী হল্লকপদসু মহাক্কী অঙাওবা মতৌদু হল্লমদে, মহাক্না অঙাং অমগী ফমুং মথক মখা ওনথোকই। অঙাং কয়ামরুমগী কা মপান্দগী বন্দ তৌশিল্লী। মখোয়না মনুংদা খট-খট তৌবা তারবা নোক্লম্মী। বোর্দীং মহাশয় মখোয়না লাংবা তাবদা মিকপ থোক্লকই। মহাক্না মংসারামগী ঙাওশিন্নবা মতৌদুদা অৱাবা ফোংদোকই। কনাসু খঙদে মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অকিবগী মশক ফংলবা অহোংবা অমা লাক্লীবসি, চিংনবগী নুংশিহৈত্রবা চৈফুনা মহাক্কী ইকায়বা অমদি আত্মা সন্মানবু নৈহৎপিরে। মহাক ইকায়বা অমসুং মীচৈনা করিসু কিবা লৈতরে। মসি ফাগি নত্তে, মহাক্কী আত্মাগী তোলথরবা তেংথাখোলনি। অঙাং পূম্নমক তুমথনখ্রে, অদুবু মহাক ফমুংদা হিপ্লে তৌইগুম্বসুং তুম্বা য়াদে। মিনিট অমগী মতুংদা হৌগত্তুনা ফম্মী অদুগা মহাক্কী লাইরিক পুনশিন্দুনা উপুদা হাপশিল্লী। শিরগদবনি অমুক পারুন্দুনা কবি কান্নগনি? পুন্সিসিদা অসুম-অসুম্বা অপনবাশিং লৈ, অসুম-অসুম্বা অৱাবশিং লৈ মসিগী মরক্তা হিংবগী শরুক শিবনা হেন্না ফৈ।

মসি খন্না-খন্না নোংঙানশিল্লকই। অহীং অহুমসি মিনিট অমা ফাওবা তুম্লক্তে। মতমসিদা হৌগৎলকপদা মখোঙদু থক-থক নিক্লকই। অদুগা কোকনা উরু উরু লয়বগুম তৌরকই। মিৎ শারে হকচাংগী শরুক পূম্বা হিকথরকই। নুমিৎ কাখৎলকই, মঙোন্দা হৌগত্তুনা মায়-মিৎ তাথোকনবগী শক্তি ফাও লৈরক্ত্রে। খঙহৌদনা ভুঙ্গীনা রুমান্দা করিনো খরা য়োমদুনা মীনাইগা লোয়ননা লাকপা উরকই। মহাক্কী থম্মোয় কিবনা তুমিন্না লৈখি। হে ঈশ্বর! মহাক লাক্লে, হৌজিক করি তৌগনি? ভুঙ্গী মতোমতা লাকপা ওইরিরোই। শগোল গাড়ী মপান্দা খান্নীনি। মহাক হৌগৎপফাও ঙমদ্রবনি অদুবু ভুঙ্গী উবদা চেন্ন্নী অদুগা কিজবগী খোঞ্জেন্দা হায়রকই— ইমা ইবেম্মা লাকইবরা? মমা লাক্তে খঙলবদা পূক্নিং শান্তি ফংজে। ভুঙ্গীনা হায়— ভয়া, হায়রকই— ঐনা মাগী মরমদা ৱাকৎখিবা লৈতে। ঐঙোন্দা ঙসি কপ্পুনা হয়বা হৌরকই— মহাক্কী মনাক্তা মিঠাইসি পুদুনা চৎলু অদুগা হায়য়ু ঐনা মরম ওইদুনা করিগী য়ুম থাদোক্লীবনো? কদায়দা থম্মুগে পুখমসে?

মংসারাম্না চকঙননা হায়রকই— পুখমদু নকোক্তা থাজিল্লু। ভূত মফমসিদগী চৎখ্রো চৎলু, মিঠাই পুদুনা। খঙউ অমুক হন্না সোমদা লাক্কনু? চৎলগা হায়য়ু, ঐহাক মহাক্কী মিঠাই পামদে, নহাক্কী য়ুম্নী, নহাক লৈয়ু, মহাক মফমদুদা নুংঙাইনা লৈ। য়াম্না চায় থকই নুংঙাইরি। তাবরা বাবুজীগী মাঙদা হায়য়ু, খঙলনিদনা। ঐনা কনাবুসু

কিবা লৈতে। তৌনীংবা তৌ । মহাক্কী থম্মোয়দা অনীংবা, অপাম্বা অমত্তা লৈহৌদনবা। হায়রবদি ইলাহবাদ, কলকতাদা চৎখিগনি। ঐগীদমক্তদি বনারসসিগুম্না অতোপ্পা সহরসু অমত্তনি। সিদা করিবু লৈবগে?

ভুঙ্গী— ভয়া, মিঠাই থম্নগে, নৎত্রবদি কপ কপ্পুনা শিরগনি। অশেংবদি কপ্পুনা শিরগনি।

মংসারাম্না পিরাংগী ঈহৌরক্লীবা ঈথক্তু খাম্লদুনা হায়রকই— ঐগীদমক রাবনা শিরনি? কনানা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহনবা লৈবগে? মদুগীদমক নিংদোন পোমগদব। ঐগীদি মহাক্না পুম্মাং মাংহল্লবনি। হায়য়ু পাউ অমত্তা থারক্কনু দরকার লৈতে।

ভুঙ্গী— নঙনদি হায়রি, সিদা য়াম্না চারি থক্লী অমদি নুংঙাইরি অদুবু হকচাংদি তঙ্খাই ফাও লৈতরে। লাকপদুগী তঙ্খাই ফাও লৈতরবনি।

মংসারাম—মদু নঙগী মীৎয়েংনি। য়েংউ নোংমা নীনীদা নোয়থোক্নুনা ওক ওল্লক্রনি। মঙোন্দা হায়য়ু কপ লাউদুনা তৌবদো বন্দ তৌরে। কপ্পী অদুগা চাক চাদে হেক তাবদা ঐঙোন্দা হেন্না ফত্তবা লৈরোই। ঐবু য়ুমদগী তাম্থোক্রগা অদোম নুংঙাইনা লৈবিয়ু, প্রেম উৎপা লাকপিগনু। ঐহাক অসিগুম্বা শকলোন পুবসি য়াম্না পাদুনা খঙলবনি।

ভুঙ্গী চৎখ্রে। মংসারাম মহাক্না রারী শাবদগী খরা ইংথরকপগুম তৌই। মহাক শক্তমদু লাংনবা হোৎনবদা, মপূক্লিংগী ইহৌবু নমথনবা হোৎনবদা য়াম্না অৱাবা ওইরকখিবনি। মহাক্কী আত্মা-সন্মানবু অমুক ফত্তবা ব্যবহার তৌবসিদা য়াম্না থুনা অরোইবা মিৎকুপকীদমক ইনশিল্লীবনি। অদুবু মসিগী ফল করি ওইফম থোকপগে? নির্মলা চৈফুসি খাঙবা ঙম্লমগদরা? হৌজিক ফাওবদি শিবগী কলপনা তৌবা মতমদা মাগী পুন্সিগা লোয়ননা অতোপ্পা থৱাই পানবা অমগী ৱাখল তৌদে অদুবু ঙসি খঙহৌদা খঙলকই ঐগী পুন্সিগা লোয়ননা অতোপ্পা থৱায় পানবা অমগী পুন্সি ইচেলগা পুল্লি হায়বসি। নির্মলানা মসি খঙ্জরক্কনি, ঐগী মীনুংশি খঙদবসিমক্না মহাক্কী থৱায় লৌরবিনি। পাউসিনা অকনবা থৌরী থুরবা পাঙ্গন্দবীদু মশাবু মীহাৎপীনি হায়না খঞ্জদুনা নুমিৎ কয়ানি হিংদুনা লৈবা ঙমগদগে?

মংসারাম ফমুংদা হিপ্পুনা ফৈজুপ শুপশিল্লী অদু ফাও ইংবনা শিগদৌরে। ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না কন্না অরুম হৌরকই। মহাক জ্ঞান মাংলকই। জ্ঞান তাদ্রবা ফিভমসিদা মঙ মঙবা হৌরকই। ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরগা খংই- মিৎ পাঙথোকই, অমুক জ্ঞান মাংই।

খঙহৌদনা উকিল সাহেবগী খোঞ্জেন তাবদা খংই। হৌই, উকিল সাহেবমক্কী খোঞ্জেন্নী। মহাক কাম্থ লংথোকই অদুগা ফমুংদগী কুমথদুনা মখাদা লেপ্পী। মহাক্কী পূক্লিংদা ৱাখল তৌরকই মতমসিমক্তদা মমাঙদা থৱায় থারসিরা মহাক্না খল্লী ঐনা শিরবদি মহাক শোয়দনা হৰাওগনি। 'তশেংনা মরমসিনা ঐনা শিবদা কয়াম থিম্থবগে য়েংবা লাক্লীবনি। উকিল সাহেবনা

মহাক্কী খূৎ পায়রকই ইবুংঙো হকচাং কমদৌরে, হিপত্রিবা করিগীনো? হিপ্পু, নহাক করিগী লেপ্লীবনো?

মংসারাম— ঐগী হকচাং য়াম্না ফরি। অদোম অরেম্বদা ৱাবিরে।

মুন্সীজীনা পাউখুম পীদে। অঙাংগী ফিভম উরুরগা মিৎতগী পি শিন্থরকই। নোই পেনবা অঙাং, মাবু উরগা পূক্নিং নুংঙাইজরম্বনি, হৌজিক কংখিবনা শরুদা ঙাইরে। নুমিৎ মঙা-তরুকনিসিদা মহাক অদুক্কী মতিক কংখ্রে মশক ফাওবা খঙদরে। মুন্সীজীনা মহাকপু তপ্না ফমুংদা হিপহল্লে। অদুগা কাম্থদু ফজনা শুপশিনবীরগা করি তৌগদবনো খনবা হৌরকই। করিগুম্বদা অঙাংসে খূত্তগী নাম্থোকখিদনবসু থল্লী। মসি খল্লুরগা অৱাবনা লাংতক্লরকই। স্তুলদা ফল্লদুনা নুংহিল্লনা কপ্লকই। মংসারামসু কাম্থা মনুংদা কপ্লী। মতম খরগী মমাঙদা মাবু উরগা মপাগী থম্মোয়দা চাওথোকচবনা হৱাওজখিবনি তৌইগুম্বসুং ঙসি মহাক্কী ফিভম উরুরগা য়ূমদা পুগদরা নৎত্রগা পুরোইদরা হায়না থল্লকই। মফমসিদা হিদাক-লাংথক তৌবা ঙমলোইদরা? ঐহাক মফমসিদা পূং ২৪ ফমদুনা লৈগনি। ডাক্তর মফমসিদা লৈরিবনি। থোইনা ৱারোই। য়ূমদা পুবদা অপনবগী অপনবা ঙাক্তা উরকই। পূল্লমক্তগী কিরিবদি মফমদুদা নির্মলা মহাক্কী মনাক্তা মতম পূম্বদা ফমদুনা লৈরনি মদুদা য়াদবসু ঙমলোই মসি মহাক্কীদমক খাঙমদে।

মরকসিদা ৱার্দেন্না লাক্লগা পুবিখরো। গাডীসু লৈবনিনা ৱাররোই। সিদা ফজনা য়েংবা ঙম্নরোই।

মুন্সীজী— হোই, ৱাখলসিদা লাক্লীবনি তৌইগুম্বসুং মহাক্কী ফিভমসি য়াম্না শোকলে। খজিক্তুং থৌওইদবদা মওং লুশিল্লকপগী অকিবা লৈ।

ৱার্দেন— সিদগী মহাকপু পুবদা খরদি শোয়দনা ৱাগনি অদুবু মসিদি অদোম ইশানা শনবা ঙমবিনি। য়ূমদা নুংঙাইবা ফংবদু সিদা করিগুমম্বা মওংদা ফংবা ঙমলোই। মসিগী মথক্তা কনাগুম্বা অনাবা অঙাং থম্না নিয়মগী ৱাংমদনি।

মুন্সীজী— হায়বিয়ু ঐহাক হেত মাস্টরদগী য়াথং লৌবগা? মহাকপু ফিভমসিদা সিদগী পুবা হায়বসি মতৌ অসুন্না খুদোং চাগনি খন্দে।

ৱার্দেন্না হেত মাস্টরগী মিং পনবদা থল্লী, মহাশয়সে ধমকা তৌরে। খর কল্লপ্না হায়রকই— হেত মাস্টর নিয়মগী বাংমদা চৎপা ঙমদে। ঐহাক অসৃক চাউবা দাযত্ব লৌবা করম্না ঙমগদগে?

হৌজিক করি তৌবা তাববা? য়ূমদা পুদুনা চৎপদা তাব্লবা? সিদা থম্বদি থৈদোকপনি। পুদুনা চৎপদা অনাবা তেনজিনবা য়াবগী চিংনবা লৈ অসিদগী পুরগা হোসপিটালদা থম্নবা করি উপায় লৈবগে? অতাবা মীনা ডাক্তরগী ফী কন্নবা অঙাংসিব হোসপিটালদা হুন্দোক্তুনা

থম্বী হায়রোইদরা? অদুবু হৌজিক পুদুনা চৎপা নত্তুনা উপায় লৈতে। করিগুম্বা অধ্যক্ষ মহোদয় মতমসিদা শেল চাগে হায়রবসু চহী অমা/অনীগী তলব লৌবা য়াবনি তৌইগুম্বসুং নিয়ম্না পুল্লবা মীশিংসিদা লৌশিং অদুগুম্বদুনচিংববু কদায়দা লৈরিবনো? মতমসিদা মুন্সীজীবু কনাগুম্বা মীওই অমনা উপায় পুথোক্নুনা মংসারামবু য়ূমদা পুদবা য়াবা মরম অদু তাক্লবদি পুন্সি চুপ্না তৌবীমল কাউজরোই।

খন্নবগী মতমসু লৈশিল্লক্তে। অধয়ক্ষ মহোয়দ মৈতানগী মতৌগুম কোক্তা তোংলবনি। তৌদবা য়াদ্রদুনা মুন্সজীনা শগোল পান্নবা অনীদু কৌরকই। মংসারাম জ্ঞান তাদবা ফিভমদা লৈরম্বনি। খংদুনা হায়রকই— করিনো? কনানো?

মুন্সীজী— কনাসু নত্তে ইবুংঙো, ঐহাক নঙবু য়ূমদা পুদুনা চৎপা পাল্লবনি। লাকউ, তম্বাক্তা পল্লগে।

মংসারাম— ঐবু করিগী য়ূমদা পুরিবনো? ঐহাক মফমদুদা চৎলোই।

মুন্সীগী— সিদদি লৈবা য়াররোই, নিয়মদি অসুম্না লৈবনি।

মংসারাম— ওইনীংবা ওইসনু, মফমদুদা চৎলোই, ঐহাকপু কদায়দনো অমা পুদুনা চৎপিয়ু, উ অমাগী মখাদা কনাগুম্বগী খাঙপোক্তা, মফমদুদা থম্বীয়ু অদুনা য়ূমদা পুবিগনু।

অধ্যক্ষনা মুন্সীজীদা হায়রকই— অদোম ৱাশিংদুগী মরমদা খনবীরুগনু। মহাক্কী জ্ঞান তাদ্রবনি।

মংসারাম--- কনানো জ্ঞান তাদ্রিববো? ঐহাক জ্ঞান তাদ্রবরা? কনাগুম্বদা চৈরিবরা? য়া চীক্লীবরা? করিগী জ্ঞান মাঙগদৌরিবনো? ঐহাক মফমসিদা তাদুনা লৈহনবীয়ু করিনো ওইগদবু মফমসিদা ওইহনবীয়ু । ওইজসনু। অদুগা পুবা তারবদি হোসপিটালদা পুবীয়ু, মদুদা তাদুনা লৈজগে হিংবা তারগা হিংগনি, শিবা তারবসু শিগনি তৌইগুম্বসুং য়ূমদা করিগুম্বদসু চৎলোই।

চৈথেংসি ফংলবদা মুন্সীজীনা ৱার্দেন্দা হায়জবা হৌরকই তৌইগুম্বসুং নিয়ম্না পুল্লবা মীদুনা করিসু তাখিদে। করিগুম্বদা লৌনগদনবা লায়না ওইরম্মো, অঙাং অতৈদা লৌনরকলো কনানা মদুগী দায়ত্ব পুবীগনি? মরৈসিদা মুন্সীজীগী আইনগী কংয়েৎসু মায়থীবা তাখি। অরোইবদা মংসারামদা হায়রকই— নহাক য়ূমদা চৎপদা য়ানীংদ্রিবা করিগীনো ইবুংঙো। মফমদুদদি মখল খুদিংগী পোথাফম ফংগনি।

মুন্সীজী হায়বা হৌনবগী ৱাহৈসি হায়বিবনি তৌইগুম্বসু কিরিবদি করিগুবদা য়ূমদা চৎপদা য়াবক্লবদি? মহাক মংসারাম্বু হোসপিতালদা থম্নবা উপাই থিরিবনি। অদুগা মদুগী দায়িত্ব পুন্দা মংসারামগী মথক্তা তাহনবা য়ানবা। মদু অধক্ষগী মমাঙদা হায়বনি, মহাক্লা সাক্ষী ওইবা য়ানবা। মংসারাম মশাগী নিঙাইদা হোসপিটালদা চৎলীবনি। মুন্সিজীগী মসিদা

খুজিনমুক দোষ লৈতে।

মংসারাম শাওরংননা হায়রকই— নত্তে- নত্তে চামারক নত্তে, ঐ য়ূমদা চৎলোই। ঐবু হোসপিটালদা পুবিয়ু অদুগা য়ূমগী মী পূন্নমকপু ঐবু য়েংবা লাকপা য়াহনবীগনু। ঐহাক করিসু তৌদে। তশেংনা অনাবা নত্তে। অদোম ঐবু থাদোকপীয়ু ঐহাক খোঙনা চৎপা ঙম্মী।

মহাক হৌগত্তুনা লেপ্পী অদুগা অঙাওবগী মতৌগুম থোঙলোমদা চৎলি তৌইগুম্বসু খোঙ তুরোই-ঙাম্লোই তৌই। মুন্সীজীনা ঙাক্রমদ্রবদি মহাক য়াম্না থীনা শোক্রমগনি। মনাইশিংগী মতেংনা শগোল গাড়ীফাওবা পুরকই অদুগা গাড়ী মনুংদা ফমহল্লী।

গাড়ী হোসপিটাললোমদা থৌরকই। মুন্সীজীনা পাম্বদুমক্কী মসিগী অশোকপসিদগীসু পূক্লিং পেনথোক্তে অঙাংগী অপাম্বগী মতুংইন্না মাবু হোসপিটালদা পুরিবনি মসিগী প্রমাণ লৈত বরা? য়ূমগী কনানসু চিংনবা ঙমলোই। মসিদা মংসারাম মরান লৈতে হায়বসি অশেংবা নত্তে মহাক মঙোন্দা মরম লৈতনা চিংনরিবনি।

তৌইগুম্বসু ঙাইহাক লৈরগা মসিগী পেনবগী মহুত্তা পূক্লিংদা অৱাবগী ৱাখল ফাওরকই। মহাক মশাগী থৱায়দগী হেন্না নুংশিরবা মচানুপাবু য়ূমদুদা মচাগীদমক মফম লৈত্রবরা? মাগী মপুন্সি খুদোংথীবা মতমসিদা ফাওবা কয়া নোংদম থীরবনো?

মিৎকুপ অমগী মতুংদা খঙহৌদনা মুন্সীজীগী পূক্লিংদা ৱাহংসি ফাওরকই। করিগুম্বা মংসারামগী ৱাখলদু খঙখিবদি নত্তেকো? মরমসিদগী য়ূমবু তুক্কচখিবদি নত্তেকো? করিগুম্বা অদু ওইরবদি অঙকপা ওইরনি?

অদুগুম্বা অর্থ লৈত্রবা ৱাফমদুদি কলপ্না তৌরুবদা মুন্সীজীগী তু চুংখিবনি। থম্মোয় ধক ধক চোংবা হৌরকই। থম্মোয়দা চৈফুগুম ফাওরকই। করিগুম্বা মৈহৌবগী মরম অসিগি মরম অসি ওইরবা অদুদি ঈশ্বর মপুনি?

মতমসিদা মাগী ফিভম থৌজান্নীংঙাইনি। মৈদু মখোয়গী চিংশিল্লবা খৃৎশিংদু য়াইনবা হৌরুবনি মদুনা য়ূমদুমক চাকপা হৌরকলে। নুংশিনীঙাই ওইরবা অৱাবা নিঙমদবা অমদি চিংনবনা মহাক্কী পূক্লিং মিপাইরকই। মহাক্কী অরোনবা নুংহিক্লবা খোঞ্জেনসি মপান থোক্রক্তনা কনাগুম্বনা তারবদি তারিবদুসু কপকনি। মহাক্কী পিরাং ঈচেল চেম্থরকপা অদু ওইরবদি মদুগী ঈচেন্দু অতৎ-অখম নাইররোই। অৱাবনা লাংতক্কদুনা মচাবু মথাদা কোনশিল্লী অদুগা কয়া কপ্লবগে হায়ববু খোঞ্জেন ফাজিনখ্রে। মাঙদা হোসপিটালগী কোম্লোং উরকই।

## তরামাথোই

মুন্সী তোতারাম সন্ধ্যাগী মতমদা কোর্টতগী য়ুমদা থুংলরে। নির্মলানা হংলকই— মহাকপু য়েংলুরবরা ফিভম কমদৌরি। মুন্সীনা উরকই নির্মলাগী মায়থোঙদা মমিংতগী ওইবা অৱাবগী খুদম ফাও লৈতে, কে মৌরদসু হান্নদগী হেন্না নীংথিজে, খুদম্ব মহাক ঙকশমদা লীকশিদে অদুবু ঙসিদি মদুসু ঙকশমগী ফজবা হেনগৎহল্লী। লৈসু মহাক কয়া প্রেম লৈতবনি। অদুবু ঙসিদি মদুসু পায়বা রেশমগী সাড়ীগী মখাদা মুর-মুরবা শল্লাংদুগী মথক্তা চেবোনগী থাওমৈগী মতৌগুম ঙাল্লি।

মুন্সীজীনা মায় লৈথোক্তুনা হায়রকই— নাবনী, করি ফিভম্নী হায়রুনি।

নির্মলা— নঙদি মহাক মফমসিদা পুরক্লবা চৎখিবনি।

মুন্সীজীনা শাউরংনদুনা হায়রকই— মহাক্না লাক্তবদি ঐনা মাবু থাগত্তুনা পুরক্কদরা? কয়া থেমলে, ইবুংঙো, য়ুমদা চৎলো, মফমদুদা নহাক করিসু নুংঙাইতবা তৌরোই তৌইগুম্বসুং য়ুম হেক পনবগা লাইহৌ শরুক অনী হেনগৎলকই, হায়রকই— ঐহাক সিদা শিগনি অদুগা য়ুমদা চৎলোই। অরোইবদা তঙাইফদনা হোসপিটালদা থুংউরে। মদু নত্তনা করি তৌগনি?

রুকমনিসু লাক্তুনা মাঙ্গোন্দা লেপ্পরে, হায়রকই পোকপদগী নিঙাই চাওবনি, সিদা করিগুম্বদা লাকলোই অসিমসু য়েংউ, মফমদুদা ফসু ফরোই।

মুন্সীজীনা কক্লবা মওংদা হায়রকই— নহাক হুমনি/মরীনীদং মদুদা চৎলু য়াম্না ফগনি ইচে। নহাক লৈরবদি মহাক পুক্লিং তপথগনি, ঐগী ইচে, ঐনা হায়জবা য়াবিয়ু। মতোমতা কপ-কপ্তুনা থরায় থারগনি। হে ইমা, হে ইমা হায়দুনা কপ্লী ঐ মফমদুদা চৎকদৌরিবনি ঐগা লোযননা চৎলসি, মাগী ফিভম ফত্তে, ইচে, মাগী মায়থোঙদু লৈতরে য়েংউ ঈশ্বর করি তৌরিবগে?

মসি হায়না-হায়না মুন্সীজীগী মিৎলু পিরাং ঈহৌরকই তৌইগুম্বসুং রুকমনিনা অঙকপা মওংদা হায়রকই— ঐ চৎনবা শেম-শারে অদুদা ঐনা চৎলগা ঐগী ইবুংঙোগী থৱায় কনবা ঙমগনি হায়রবদি কোক্লা চেল্লফাওবা ঙমগনি অদুবু ঐগী ৱাসে ফিজিদা কিশিল্লু ভয়া, মফমদুদা মহাক ফরোই ঐ মাবু ফজনা খঙই। মহাক অনাবা নত্তে, সুপ্নগী য়ুমদগী

তাম্থোকপগী ৱাফমদুদনি। অৱাবদু লাইহৌ ওইনা ফোংদোক্লক্লীবনি, মহাক অমত্তা নত্তনা হিদাক লাক্ষ তৌ সিরিন সর্জন করিগী য়েংহন্দনি মঙোন্দা হিদাক প্রভাব তারোই।

মুন্সী— ইচে মাবু য়ূমদগী কনানা তাম্থোকপগে ঐনদি সুপ্নগী তম্বা পাবগী ৱাখল তৌদুনা মদুদা থাবনি।

রুকমনি— নঙনা ৱাখলদুদা থাবা ওইরবসু, ৱাফমদু মঙোন্দা য়ুম্রে। ঐদি হৌজিকসু মশিং চনদবনি, ঐদি করিগুম্বা ৱা অমত্তা ঙাঙনবগী অধিকার লৈতে। .. নহাক মপু ইবেম্মা নহাক্কী নুপী ঐহাক্কী সুপ্নগী নহাক্কী চাক্লা য়োক্লীবনি লুপ্লাবী লাইবক থীবী। ঐবু কনানা তাবিগনি, থওইবীগনি? তৌইগুম্বসুং ঙাঙদনা লৈবসু ঙমজদে মংসারাম য়ূমদা লাক্লবতদা ফগনি— নহাক্কী থম্মোয়দা হান্নগুম তৌরবতদা।

মসি হায়রগা রুকমনি মফমসিদগী চৎখিরম্মী। মহাক্কী মঙাল লৈত্রবা অদুবু ৱাখলনা থল্লবা মিৎমাঙদা উৎলিবদুগী অরোনবদু য়াম্না মূন্না খঙলিবনি অদুদা মহাক্কী অশাওবা পূম্বা নির্মলাদা হৈথরিবনি। মতমসিদসু ঙাঙনা ঙাঙনা লেপখিবনি— লক্ষ্মীসিনা য়ূমদা লৈরিমখৈদি য়ূমসিগী ফিভমদি কায়থরকখি গদবনি। মহাক্লা ফোংদোত্রবসু মদু মুন্সীজীদা লোৎপা ঙম্বা নত্তে। মহাক্লা চৎখ্রবা কান্দা মুন্সীজী কোক থাঙ্গৎলকই অদুগা খল্লী। মহাক মশাদা কয়া শাওজরকই ফক্লাংদা মকোক থেংজিন্দুনা শিবা ফাওঙমগদৌরোই নিংলকই। মহাক করিগী লুহোংলুরিবনো? লুহোংলুবগী করি দরকার লৈরিবনো? ঈশ্বরনা মঙোন্দা অমত্তা নত্তে অহুম অহুমনি মচানুপা পীরিবা। মহাক্কী ফিভমসু চহী ৫০ গী ময়া নক্লবনি, অদুগা অমুক করিগী লুহোংলুরিবনো?

মসিনা পাম্বৈ ওইদুনা ঈশ্বরনা মহাক্কী মাঙননবা শিল্লবরা? মহাক্লা মঙক হাইগত্তুনা নির্মলাগী থৌনাগা লোয়নরবা লেঙদ্রবা মূর্ত্তিরোমদা অমুক্তং য়েংলম্লগা হোসপিচালদা চৎখ্রে।নির্মলাগী থৌনা লৈরবা মূর্ত্তিনা মহাক্কী পূক্লিংবু ইংহললে। ঙসি নুমিৎ কয়ানিমুক্কী মতুংদা অইংবসি ফংলিবনি। নুংশিবনা ৱাহল্লবা থম্মোয়বু ফিভম সিদা ইংনা অমদি লাংতক্লদনা লৈবা ঙমবরা? নত্তে কৈদৌঙৈদসু ঙমদে। থম্মোয় শোকপদি হৈশিংবা মতৌনা লোৎপা য়াবা নত্তে। মশাগী পূক্লিংগী অশোনবদুদা মহাক য়াম্না শাওনীংলকখি। মহাক্লা মরম চাদবা চিংনরুবনা ফিভমসি য়ৌখ্রবনি। মংসারামগী মায়গৈদগী মহাক্কী থম্মোয়দা চিংনবা লৈতরে। হোই, মদুগী মফমদা হৌজিক অনৌবা চিংনবা অমা পোক্লকই। মংসারাম খঙখ্রবরা? খঙখিবনা মরম ওইদুনা লাকনিংদ্রিবরা? করিগুম্বা খঙখিবা থোক্লবদি য়াম্না চাওবা অমাঙবা ওইবা য়াই। কলপনাসি খক্তনা মহাক্কী পূক্লিং পোথাফম খঙলকতে। মহাক্কী হকচাংগী শরূ পূম্বা অৱাবা মৈচাকসিদা পূর্ণহুতি পীননবা থৌরাং তৌরকই।

মহাক্লা শগোল গাড়ীদু য়াংনা থৌনবা হায়রকই। নুমিৎ কয়ানিমুক্কী মতুংদা মহাক্কী

থম্মোয় আতিয়াদা মংলম্বা নোংদুসু পাইখরে। মঙানগী ঈথকশিংনা মহাক্কী থম্মোয়গী অথূপ্পা মফমদুদগী মপান থোক্লক্লবা লাংতক্লরি। মহাক মগান্দা কোক থিঙদোক্তুনা গাড়ীবালাদো তুম্লীব্রা য়েংলি। শগোলগী খোঙচৎ অসুক তপ্পদি মহাক থেংনখিদ্রি। হোসপিটাল য়ৌবগা চেনশিনখিদুনা মংসারামগী মনাক্তা চঙখরে। ডাক্তর সাহেব মমাঙদা রাখলদা লুপ্তুনা লেপ্তুনা লৈবা থেংনরুই। মুন্সীগী খোঙ-খূৎ হকচাং পূম্বা হীকথরকই। চিনবান্দা থোক্লক্তে। ফুনগৎলবা খোঞ্জেন্দা য়াম্না রানা হায়রকই— ফিভম কমদৌরি ডাক্তর সাহেব! মসি হায়না হায়না মহাক কপ্লকই। ডাক্তরনা পাউখুম পীবদা মিনিট অমা থীম্বুবদা থরায় থাখিগদৌই। মহাক্লা ফমুংদা ফমদুনা জ্ঞান তাদ্রবা মচাবু মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলি। অঙাংগী মতৌগুম হীক হীক কপ্লকই। মংসারামগী মশাদো মৈমুক শারি। মহাক অমুক্তং মিৎ পাংথোরকই। আঃ কয়াদা অকিবগী মশক ওইরবা কয়াদা তোম্থরবা মিৎয়েংনো? মুন্সীজীনা অঙাংদু মথাদা কোলশিল্লদুনা ডাক্তরদা হংলকই— করি তৌরবগে ডাক্তর সাহেব, অদোম তুমিন্না লৈরিবা করিগীনো?

ডাক্তরনা চিংনরপ হায়রকই— ফিভমদি অদোম্না উবিরিবদুনি। ১০৬ ডিগ্রীদা লাইহৌ হৌরি অদু ঐহাক্লা করম্না তাক্কনি? হৌজিকপু লাইহৌদি হেনগৎলক্লী, অদোম্না হেক চৎখিবগা মিনিট অমা ফাওবা মফমসিদগী লেঙদরি। চাকসু চাবা ঙমদরে। ফিভমসে য়াম্না লুনা লৈরে। মিনিট অমদা করি ওইবা য়াবগে মদু হায়বা ঙমদে। লাইহৌসি কল্লবনি তশেংনা জ্ঞান তাদে। ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরগা ডিলিরিয়মগী লায়ওংগুম তৌরকই। য়ুমদা কনাগুম্বনা মঙোন্দা করি করি হায়খিবা লৈবগে? হন্না হন্না ইমা ইবেম্মা নহাক কদায়দা লৈবগে খোঞ্জেনসি মচিন্দগী থোরকই।

ডাক্তর সাহেবনা ঙাঙলিঙৈদুদা খঙহৌদনা মংসারাম হৌগৎতুনা ফম্মী অদুগা মুন্সীজীবু ফমুংদগী ইম্থরগা অঙাওবগী মতৌগুম হায়রকই— অদোম করিগী ধমকা তৌবিবগে? হাৎতোকপিরো, হাৎতোকপিরো। হৌজিকমক হাৎতোকপিরো, থাঙ ফংদ্রবরা? থৌরী কোঙ্গোইদি নৎত্রগা মদুসু লৈতে? ঐহাক ইশাগী ঙকশমদা থুজিনজগে। হো ইমা, নহাক কদায়দা লৈবগে? অসি হায়না অমুক জ্ঞান মাংলকই।

মুন্সীজী মিনিট অমরোম মংসারামগী তোম্থরবা অমদি কোমথোক্লবা মতৌদুদা লাংতক্লনা য়েংদুনা লৈরে। অদুগা খঙহৌদনা মহাক্লা ডাক্তর সাহেবকী মখূৎ পায়দুনা য়াম্না তোম্থরবা মওংদা হায়রকই— ডাক্তর সহেব। অঙাংসিবু কনবীয়ু। ঈশ্বরগীদমক কনবীয়ু নৎত্রবদি ঐদি লোইনা মাংজগ্রগনি। ঐহাক ইনাক খুনবা নচ্চদে তৌইগুম্বসুং অদোম্না হায়বা খুদিং তৌজগনি, মহাকপু কনবীয়ু। অদোম্না অচৌ-অচৌবা ডাক্তরশিংবু কৌবিয়ু অদুগা মখোয়গী রাই লৌবিয়ু ঐ– ঐ খরচ পূম্বা পীজগনি। মহাক্কী ফিভমসি য়েংবা ঙমদরে। হা. ঐগী

ফরবা ইচা ইবুংঙো?

ডাক্তর সাহেবনা মীনুংশিগা লোয়ননা হায়রকই— বাবু সাহেব। ঐহাক অদোমদা অচুম্বদু হায়জরিবসিনী। ঐহাক মাগীদমক্তা করিগুম্বা অথাকপা অমত্তা থমজদবনি। অদোম্না অতোপ্পা ডাক্তরশিংগী মোত লৌনবা হায়বিরি। হৌজিক ডা. লহরী, ডা. ভাটিয়া অদুগা ডা. মাথুরবু কৌগে। বিনায়ক শাস্ত্রীবুসু কৌগে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক অদোম্বু অরেম্বদা থাজহনবা পামদে। ফিভম য়াম্না লুরবনি।

মুন্সীজীনা কপ্পুনা হায়রকই— নত্তে ডাক্তর সাহেব ব্রাহৈদু চিন্দগী হায়দোকপিগনু? ফিভম মাগী য়েরুবগী ফত্তবনি। ঈশ্বর ঐঙোন্দা অমুক শাওবিরোই। অদোম কলকতা অমদি বোম্বাইদা টেলীগ্রাফ থাবিয়ু, ঐহাক পুন্সি চুপ্পা অদোমগী মীনাই ওইজগে? মহাকসি ঐগী শাগেগী থাওমৈনি। মাসি ঐগী পুন্সিগী য়ুমফম্নী। ঐহাক থম্মোয় কায়রে। জ্ঞান তারক্লবা হিদাক থাবিয়ু? ঐহাক নাকোংসিদা মহাক্কী অৱাবগী ব্রাহৈদু তাজগে মহাক করি নুংঙাইতবা লৈবগে? হায়না হায়না অৱাবনা থুমহৎলক্কুনা হায় ইপাগী ইবুংঙো?

ডাক্তর— অদোম ব্রাখল ফাথবিয়ু। অদোম অহল ওইরবনি। অসুম্না হাই হাই তৌদুনা লৈবা অমদি ডাক্তর ময়াম পুন্সিন্দুনা কৌবদা করিসু কান্নবা লৈরোই। ঈংনা ফম্বীয়ু। ঐহাক সহরগী ডাক্তরশিং কৌগে? মখোয়না করি হায়বা য়েংবীয়ু। অদোমদি নশামক জ্ঞান মাংশিল্লক্নে।

মুন্সী— ফরে ডাক্তর সাহেব ঐ হৌজিক রা ঙাঙলরোই, য়া ফাও কাথোক্লরোই। অদোম্না পাম্বা তৌবীয়ু, অঙাং খুত্তা লৈরবনি। অদোমতনা মাবু কনবা ঙমগনি। ঐহাক মসিমসু পাম্বনি, মহাক জ্ঞান তারক্লবদি, ঐবু খঙবা ঙম্লবদি, ঐগী ব্রাসি খঙবা ঙমগনি। শিদ-হিদাক লৈতবরা? মদু ঐ মঙোন্দা ব্রাহৈ অনী/মরীদং হায়বা ঙম্লনবা?

মসি হায়র-হায়রদুনা মুন্সীগী ইহৌগা লোয়ননা মংসোরামদা হায়রকই— ইবুংঙো, মীৎ থবা পাংউসে, হকচাং কমদৌবগে? ঐহাক ননাক্তা ফমদুনা কপ্লী, ঐহাক নঙোন্দা রাকৎ লৈতে ঐহাক্কী থম্মোয় নঙোন্দা তশেং তশেংই।

ডাক্তর— অমুক অদোম্না মথোং হুক্তবা রা ঙাঙবা হৌরকলে, ইহে, সাহেব অদোম অঙাং নত্তে, অহল ওইরবা মীনি, তপথবীয়ু।

মুন্সীজী— ডাক্তর, হৌজিক ঙাঙলরোই, খঙলে অদোম্না অপাম্বা তৌবিয়ু, ঐনা পুম্নমক অদোমদা থাদোকচরে। উপায় অমত্তা লৈতরে, অদুনা ঐহাক মঙোন্দা ঐগী থম্মোয় তশেং-তশেংই হায়বসিদং খঙহনবা পাম্বনি। অদোম্না হায়বীয়ু ডাক্তর

সাহেব নহাক্কী নপা লাইবক থীরবসি ফমদুনা কপ্লী। মহাক্কী থম্মোয় নহাক্কী মায়কৈদা অশেংবমক তশেংই। মহাক লান্না খরা লৌরুরে মদু হৌজিক মাঙখরে। বস, অসিদমক হায়বীয়ু, ঐহাক অতে অমা পামজদরে। ঐ তুমিন্না ফমগে, চিন-ফাও কাংথোকলোই, তৌইগুম্বসুং মসিখক্তা শোয়দনা হায়বিয়ু?

ডাক্তর— ঈশ্বরগীদমক বাবু সাহেব খরা খাঙবিয়ু নৎত্রবদি ঐহাক তঙাইফদনা 'অদোম য়ূমদা চৎপিথ্রো হায়রক্কনি। অফিসতা চৎতুনা ডাক্তরশিংদা চিঠি ইরুখিগে, তুমিন্না ফম্বীয়ু।

মুন্সী— নুংশি হৈতবা ডাক্তর! ইচা পাখঙনি মহাক্কী ফিভমসি উরগা করম্বা মপানা তপথদুনা লৈবা ঙমগদবগে? মুন্সী য়াম্না চিংলেম্বা মীওই ওইরম্বনি। মসিসু খঙই— মতমসিদা হায়-হায় তৌদুনসু ফল করিসু তারোই তৌইগুম্বসুং অদু ওইদুনসু মতমসিদা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা ওইথোকতে। অদুবু ঈশ্বরগী থৌশিন্দগী নাবা ওইরবদি ইংনা লৈবা ঙমগনি। অতোপ্পবু থেমজিনবা ঙমগনি, ইশানা ডাক্তরশিংবু কৌরুবা ঙমগনি অদুবু মৈসিমক মশানা চুখৎপনি খঙলবা শা ফাওবা ইংথবা লৈবা ঙমগদবরা? করম্বা মপানা থম্মোয় অসুক কনবা ঙমগদগে? মহাক্কী তুখোঙ খুদিংনা মতমসিদা মহাকপু চৈরমগনি। মহাক্না খল্লমগনি, ঐঙোন্দা ফত্তবা শমিনসি হৌরক্লিবা করিগীনো? ঐনা করিগীনো মিৎনা উবা প্রমান ফংদনা অকিবগী মশক ফংলবা কলপনা তৌরুরিবা? ফরে ঐহাক ফিভমসিদা করি তৌবা তাই? মহাকনা তৌরিবা অসি নত্তবা অতৈ করি অমা তৌবা তারিবা? মসিগীদমক মহাক লেপ্পা ঙল্লমদে। অশেংবদি লুহোংবগী মরীদা খল্লুবসিনা মশাগী মখোঙদা শীঙজংনা য়ানশিনজরবনি। হোই, মসি উপদ্রব পুম্নমক্কী মরুনি।

অদুবু মসি ঐনা অনৌবা থবক তৌবদি নত্তে, নুপী-নুপা পূম্বা লুহোংনৈ, মখোয়গী পুন্সি নুংঙাইনা লেপ্লী, নুংঙাইবগীদমক্তা ঐখোয় লুহোংবনি। লৈকায়দা নুপা লিশীং লিশীং না অনীশুবা অহুমশুবা মরীশুবা অসিদা নৎতনা তরেৎশুবা ফাওবা লুহোংনরিবা য়াওরি। ঐঙান্দগী হেন্বা ফিভমদা। মহাক হিংলিমখৈ নুংঙাইনা হীংই। মসিনসু লোইদে, অহানবা নুপী শিথ্রবা অমদি অনী লোনবা অহুমলোনবসু কয়া নুংঙাইনা লৈখরে। কয়া অমগীসু মাগী নুপী শিথ্রে। ঐগী দশাসি পুম্নমক্কী ওইবা তারবদি লুহোংবগী মমিং ফাওবা কনানা পল্লুনি? ইপানা চহী ৫৬ দা লুহোংই। ঐবু পোকপা মতমদা পাবগী চহী ৬০ দগী তারমলোই। হোই, মতমদুগা হৌজিক্কদি য়াম্না খেন্নরে। হান্নদি নুপীশিংসে লাইরিক লাইশু হৈরমদে। মপুরোইবদো অওইবা ওইসনু পুজা তৌনীংঙাই ওইরম্মী। রাসি ওইবা য়াই, নুপানা পুম্নমক

উদুনসু ইকাই খঙদবা থবক তৌই। তশেংবদি ব্রাফমসিনি। পাখঙনা হনুবীগা নুংঙাইনা লৈবা ঙমদবগুম লৈশাবীসু হনুবগা করিগীদমক নুংঙাইনা লৈরুনি?

তৌইগুম্বসুং ঐদি অদুক য়াম্না হনবদি নত্তে। ঐবু উরগা কনামত্তনা ৪০ দগী হেন্না তাকপা ঙমলোই। অওইবা ওইসনু, লৈশিল্লক্রবা মতমদা লৈশাবী লুহোংবসিসু খরদি ইকাই খঙদ্রবা হায়দুনি। মসিদা চিংননিংঙাই লৈতে। নুপীশিংদি ইকাই থিগল্লী। জাৎ তারবীশিংগী ব্রানা অমনি। অয়াম্বানা নুপীসে নুপাদগী হেন্না পূক্লিং লাকশিনবা। সয়ম থম্বা ঙম্মী। চানবা মপুরোইবা পংলবদি মপূক শেংলবদি অতোপ্পা নুপাদা নোক-খেবা ঙম্মী। চানদবা লুহোংবা মহাক্তু কনাদসু মিৎনা ফাও য়েংলুদ্রবসু মাগী থম্মোয়দু ব্রাদুনতা লৈ। মসি পক্কা ফক্লাংনি মদুদা য়াম্না থুনা প্রভাব তাবা ঙমদে। কচ্চবা ফক্লাংদদি থুনহেক্তা প্রভাব তাবনি।

ব্রাখলসি খল্লুবদা মুন্সীজী উইরুরে। পূক্লিংগী ব্রাফমদু মতমদুদা মঙদা মশক উৎলকই, উরকই মাগী অহানবগী নুপীনা মংসারামগী মমাঙদা হায়রকই ইবুংঙো। মসি নঙনা করি তৌরিবনো? অঙাংদো ঐনা ইশাগী ঈ পীথক্তুনা য়োক্লকপনি। মহাকপু নঙনা মীনুংশি লৈতনা হাৎলবা? ফিদমনিংঙাই ওইরবা অঙাংসিদা অকিবা কলঙ্ক তৌরিবা? হৌজিক ফমদুনা করিগী কপ্লীবনো? নহাক্লা মাবু নখুত্তগী নাম্থোকহল্লবনি। ঐহাক্লা নঙগী নুংশি হৈত্রবা খুত্তুদগী মুন্দুনা ইনাক্তা পুরবনি। নঙদি অসুক চিংনগনখিদবনি, লুহোংবদগী চিংনবসু ঙক্তা পুন্দুনা পুবিরক্লবরা? থোৎলবা থম্মোয়দা কল্লবা চৈথেং, কয়াদা কিরবা কলঙ্ক অদুক চাওবা ইকাইবা খাঙদুনা হিংগদবদি ইকাই খঙদবা ওইরিনি? ঐগী ইচা খাঙবা ঙমলোই। অসি হায়না-হায়না নহাক্লা অঙাং অসিবু মতম্বাক্তা পমখত্তুনা পুদুনা চৎখিরম্মী। মুন্সীজীনা কপ্তুনা মংসারামবু মঙোন্দগী মুননবা মখূৎ তিংথোক্লকই অদুগা মমিৎ পাংথোরকই। ডা. লহরী, ডা. ভাটিয়া, অতৈ দর্জন ডাক্তরনা মহাক্কী মাঙদা লেপ্তুনা লৈবা উরকই।

# তরানিথোই

নুমিৎ হুমনি হৌখ্রে। মুন্সীজী য়ূমদা লাক্তরে। রুকমনি অনীরক চৎলি অদুগা মংসারাম্বু য়েংলুই। অঙাং অনীসু চৎলি অদুবু নির্মলা করম্না চৎকনি? মাগী খোঙদদি য়োৎহিলং থাংলিবনি। মহাক মংসারামগী অনাবগী ফিভম খঙনীংবনা লাংতকনৈ। অদু রুকমনিদা খরা হংলুবদা মীচৈ চায়, অঙাংশিংদা হংলবসু মকোক মমৈ খঙদবা ব্রা ঙাক্ত তাই। অমুক্তং মশা চত্তুনা য়েংলুনবগীদমক লাংতক্লজে। মদুসু কিজে। মুন্সীজীগী মচা নুংশিবদু কোমথোক্লীগদ্রা, করিগুম্বা মহাক্কী লীকপদুনা মংসারামগী ফগৎলকপগী মরমদা অপনবা ওইরিগদরা? ডাক্তর কনাগীসু মরী-মতা নত্তে, মখোয়দি পৈশাদনি। অশিবদু নরক্তা চৎখিবা য়াই নৎত্রগা স্বর্গদা মদুদা করিসু খন্দে।

মহাক্কী পূক্লিংদা কল্লবা অনীংবগী ইথিল অমা হৌরকই, চৎলগা ডাক্তরদা লুপা লিশীং অমগী খাও পীরগা হায়নীংই— মহাকপু কনবীয়ু, খাউসে নঙোন্দা খূদোন্নী, অদুবু মঙোন্দা অদুক য়াম্বা পৈশা লৈতে, থৌনাসু অদুক য়াম্না। হৌজিকসু মফমদুদা থুংলুবা ঙম্লবদি মংসারাম ফগৎলক্কনি। মহাক্কী সেবা লাংবা তৌগদবনি অদুসু তৌবিদরে। নত্তে নুমিৎ হুন্নী ফাওবা লাইহৌ হন্দ্রবরা? মসি হকচাংগী ওইবা লাইহৌ নত্তে, ব্রাখলগী লাইহৌনি। পূক্লিং ইংলবতদা মসিগী অশাবসি ইংথখিগনি। করিগুম্বদা অহীং চূপ্পা মহাক্না ফমদুনা লৈবা ঙম্লবা অদুদা মুন্সীজীনা মপূক্লিং মোৎত্রবদি করিগুম্বদা মংসারাম থাজগনি মপাগী পূক্লিং তশেংই হায়বসে। অদুবু ওইরবদি ফগৎলকপদা তপথররোই। তৌইগুম্বসুং মদু ওইথোকপা য়াগদরা? হৌজিকফাওবা মাগী পূক্লিং শেংদোকত্রীবরা? অসিদগী চৎখিবদদি মদু খঙখিবনি, মহাক্কী পূক্লিংগী অশোনবা মতৌদা নিংঙমদবা ফাওখিবনি। মফমদুদা চৎলগা চিংনবসি অমুক হৌগৎলক, মদুনা মচাগী থব্রায় লৌখিবা থোকলোইদরা, চিংনদবা ঙমদে।

অসিগুম্বা ব্রাখলসিদা খন্দুনা নুমিৎ হুমনি হৌখ্রে য়ূমদা লৈরং মৈ হৌদরে, কনানসু করিসু চাদরে, অঙাংশিংগীদমক বাজারদগী পুরী লৌই। রুকমনি অমদি নির্মলা লাম্না তুল্লবনি। মখোয় চাবগী ব্রাখল তৌনদে।

মরীনি শুবা নুমিত্তা জিয়ারাম স্কুলদগী কুম্লকপদা হোসপিতাললোমদগী য়ূমদা হল্লকই। নির্মলানা হংলকই— করিনো ভয়া, হোসপিতালসু চৎলুবরা? ঙসি করম তৌবগে? নখোয়

য়াম্বুং হৌগৎপরা? হৌগত্তবরা?

জিয়া কপ্লীংলদুনা হায়রকই— ইমা ইবেম্মা ঙসিদি মহাক ব্রা লান ঙাংলাক্তরে, তুমিন্না ফমুংদা হিপ্তুনা কন্না-কন্না মখোঙ মখুৎ কাওরম্মী।

নির্মলাগী মায়থোঙ মচু হোংখরে মিপাইরদুনা হংলকই— নখোয় বাবুজী লৈহৌদরা?

জিয়া— করিগী লৈতনি। ঙসি মহাক য়াম্না কপখিবনি।

নির্মলা থম্মোয় ধক ধক চোংবা হৌরকই। হংলকই ডাক্তরশিং মফমদুদা লৈতবরা?

জিয়া— ডাক্তরসু লেপ্লী অদুগা মখোয় মশেন ব্রা তানদুনা লৈরিবনি। খ্বাইদগী চাওবা সিবিন সর্জননা অঙ্গ্রেজীদা হায়রম্মী— অনাবদা অনৌবা ঈ পীবা তাই। মসিদা বাবুজীনা হায়— ঐগী হকচাংদগী অরৈবা ঈ মখে দরকার ওইবা লৌবীয়ু। সিবিন সর্জননা নোক্তুনা হায়রকই— অদোমগী ঈনা থবক ওইবা য়ারোই কনাগুম্বা নহা অমগী ঈ পাম্বনি। অরোইবা ওইনা য়াম্বুংদা হিদাক অমা পাম্বেমদা কাপশিল্লী। খুৎ তাং মরীমুক শাংনি অদুদা য়াম্বুং অয়ো ফাও হায়দে। ঐদি কিবনা মিৎসি উইশিল্লীবনি।

অচৌ-অচৌবা মগুণ লৈবা ব্রাশক ইহৌদগী পোকপনি। নির্মলা কিবদগী কংশিল্লক্লীবমখে মহাক্কী মায়থোঙদা অচেৎপা ব্রাশক্কী মঙাল তাবা হৌরকই। মহাক্না মশাগী অনৌবা ঈ পীনবা ব্বারেপ লৌরে। করিগুম্বা মহাক্কী ঈনা মংসারামগী থব্বায় কনবা য়ারবদি য়াম্না হরাওনা অরোইবা মরীক ফাওবা পীথোক্কনি। মদুদা কনানা করি হায়বা, করি পাম্বীবা মদুগী করিসু খল্লরোই। মহাক্না জিয়ারামদা হায়রকই- নহাক চেন্দুনা শগোল গাড়ী কৌরকউ, ঐ হোসপিতাল চৎকনি।

জিয়া— মফমদুদা মতমসিদা মী য়াম্না লৈরমগনি। খর থেংথরগা চৎপিয়ু?

নিমলা— নত্তে নঙ হৌজিক শগোল গাড়ী পুরকউ।

জিয়া— করিগুম্বা বাবুজী শাওরক্রবদি?

নির্মলা— শাওসনু, নঙ হৌজিক শগোল গাড়ী পুরকউ।

জিয়া— ঐদি হায়গনি ইমা ইবেম্মানা শগোল গাড়ী কৌহল্লুবনি।

নির্মলা— হায়য়ু?

জিয়ারাম শগোল গাড়ী কৌবা চৎখ্রে। মতমদু ফাওবদা নির্মলানা কোক হাৎলে, শম পুল্লে, ফি হোংলে, লৈতেংলে, ক্বা চারদনা থোঙ্গান্দা লাক্তুনা শগোল গাড়ী লাকপা য়েংদুনা লৈরে।

রুকমনি মাগী কাদা ফল্লীবনি। মহাক্না শেম শাদুনা চৎপা উরগা হায়রকই— কদায় চৎলিবনো। মৌ?

নির্মলা— হোসপিটালদা চৎলুগে?

রুকমনি— মদুদা চৎলগা করি তৌরুগদৌরিবা?

নির্মলা— করিসু তৌরোই, করিবু তৌরুদৌনো? তৌবা ঙম্বদি ঈশ্বরনি। য়েংনীংদুনা তৌবনি।

রুকমনি— ঐনা হায়রিবসিনি চৎখিনু।

নির্মল নোমুক্লা হায়রকই— হৌজিক চৎচরুগে ইনমবেম্মা জিয়ারাম্না হায়রম্বনি মতমসিদা মহাক্কী ফিভম ফত্তে, পূক্নিং নুংঙাইতে, অদোমসু চৎলুসিদনা?

রুকমনি— ঐহাক য়েংলুদুনা লাক্লীনি। মসিদমক খঙউ ? মপান্দগী ঈ কাপ্লবদী হিংবগী আশা লৈ। কনানা মশাগী অনৌবা ঈ পীগনি অদুসু করিগীদমক পীগনি, মঙোন্দসু থৱায়গী অকিবা লৈবনি।

নির্মলা— মরমসিনা চৎলিবনি। ঐগী ঈ থবক ওইবা য়ারোইদরা?

রুকমনি— করিগী চান্নদনি? নহাগী ঈমক্কী পাম্নীবদু তৌইগুম্বসুং নহাক্কী ঈনা মংসারামগী থৱায় কনবা মসিদগীদি ঈশিংদা থাদখিবনা হেন্না ফৈ।

শগোল গাড়ী লাক্রে। নির্মলা অমদি জিয়া অনীমক ফম্মী। শগোল গাড়ী থৌখরে।

রুকমনি থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা কুইনা কপ্তুনা লৈরম্মী, ঙসি ইহান হান্না মহাক নির্মলাদা থৌজান লাকই। মহাক ঙম্লবদি নির্মলাবু পুন্দুনা থমগদবনি। মীনুংশি অমদি মীগী অৱাবদা ৱাবিবা ৱাখলগী ঈহৌনা কদায় তান্না পুদুনা চৎলিবা মসি মহাক্না ফোংদোক্তুনা উরিবনি। আঃ মসি লায়বক থীবগী থৌশিন্নী। পূম্মাং মাংনবগী লম্বীনি।

নির্মলা হোসপিতালদা থুংলুরে, থাওমৈ চাকথোকখ্রে। ডাক্তরশিং মশাগী মোত পীরম্লগা বিদায় লৌনখ্রে। মংসারামগী লাইহৌ হৌজিক হম্বরক্রে। মহাক মিৎকুপ্তুনা থোঙলোমদা য়েংদুনা লৈরকই। মহাক্কী মিৎয়েং ইংনা অতিয়ারোমদা য়েংলি। কনাগুম্বা ঈশ্বর অমা ঙাইরিবগুম। মহাক্তু কদায়দনো হায়বদি মানা খঙজরে।

খঙহৌদনা নির্মলা উবদা খংদুনা হৌগৎতুনা ফম্মী। মহাক্কী সমাধী কায়খ্রে। মহাক্কী মাঙলুরবা জ্ঞান লাকপগুম তৌই। মহাক মশাগী ফিভম, মহাক্কী দশাগী মরমদা জ্ঞান তারে। কাউরুরবা ৱাফম অমা নীংশিংলকপগুম তৌরকই। মহাক্না মীৎ ফাক্তুনা নির্মলাবু য়েংই অদুগা মায় লৈথোকই।

খঙহৌদনা মুন্সীজীনা য়াক্লবা খোনফমদা হায়রকই— নহাক সিদা করি তৌবা লাক্লীবনো?

নির্মলা ইঙক-ঙকই? মহাক্না তাক্কদরা? করি তৌবা লাক্লীবনো হায়বদো? অচম্বা ৱাহংসিগী পাউখুম পীবা ঙমদবরা? মহাক করি তৌবা লাক্লীবনো? অসুক লুবা ৱাহং কনাগী

মাঙদা হংনরমগদগে? য়ূমগী মী নারে, য়েংবা লাক্লীবনি মসি হংদ্রবসু খঙনরবা ৱাফম নৎত্রা? অমুক ৱাহংসি করিগীনো?

মহাক জ্ঞান তাদ্রবগুম লেপ্তুনা লৈরে উয়ুংগুম। মহাক্কী থম্মোয়দা নীংঙমদবা মৈচাক্কী ৱা অমদি অঙাংশিংনা তম্বদু তারুরগা মহাক্না খল্লী, হৌজক মাগী থম্মোয় শেংলে হায়বা। অদুবু খঙলে হৌজিকসু অদুগুম্বা চিংনবদু অদুম লৈরম্লী। হোই, মদু অচৌবা মীনম্বা অমনি। করিগুম্বা পিরাং ঈচাওনা চিংনবগী মৈচাকপু নেমথহনবা ঙম্বা নত্তে খঙলম্লবদি মহাক কৈদৌনুংদসু লাকচরম্লোইদবনিন। মহাক ওমচারুদুনা শিজখিগনি য়ূমদগী মপান্দা খোঙ থাংদোকলোই।

মুন্সীজীনা অমুকসু ৱাহংদুমক হংলকই— নহাক সিদা করি তৌবা লাক্লীবনো?

নির্মলানা চিংনবা লৈতনা পাউখুম পীরকই— অদোম সিদা করি তৌবা লাকপীরম্লীবনো?

মুন্সীগী মনাতোন শুকতোকপা হৌরকই। মহাক শাওরংনদুনা ফক্তগী হৌগৎলি অদুগা নির্মলাগী মখূৎ পায়দুনা হায়রকই— নহাক সিদা লাকপগী দরকার লৈতে। ঐনা কৌরকপা মতমদা লাক্কদবনি খঙলেদনা?

ইহে অঙকপা হায়বদু ওইরে, মংসারাম ফমুং লেঙবা ফাও ঙমদ্রবদুনা ফুক হৌগৎতুনা নির্মলাগী খোঙদা তুদুনা কপ্লগা হায়রকই— ইমা ইবেম্মা, লাইবকথীরবা ঐগীদমক অদোম কয়া ৱারবা। ঐহাক অদোমগী মচা নুংশিবীবদু কাউজরোই। ঈশ্বরদা হায়জরিবনি ঐগী মপোক অমদা অদোমগী গর্ভদগী ওইজগে? মদুনা ঐহাক অদোমগী লমন শীংবা ঙম্বা শকচগে? ঈশ্বরনা খঙলিনি ঐহাক অদোম্বু পোক্তবী ইমা ওইনা খঞ্জদে। ঐহাক অদোম্বু ঐবু পোকপীবা ইমাগুম খঞ্জবনি। অদোমগী চহী ঐঙোন্দগী কয়া হেন্দ্রবসু অদোম ইমা ওইনা লৈরবনি হৌজিক ঙাঙবা ঙমজদরে ইমা ইবেম্মা। ঙাকপগিনি। মসি অরোইবা উনবনি। নির্মলা অরোইবা পিরাংগী ইহৌদুবু থিংলদুনা হায়রকই— নহাক অদুম্না করিগী হায়রিবনো?

নীনী হুমনীসিদ ফৱনি।

মংসারাম্না তপ্না হায়রকই— হৌজিক হিংনবা আশা লৈতরে। ঙাংবগী শক্তিসু লোইখ্রে।

মসি হায়না হায়না জ্ঞান মাংদুনা লৈমায়দা হিপথখ্রে। নির্মলানা মপুরোইবগী মায়কৈদা য়েংলদুনা অমদি অকিবা লৈত্রবা মিৎয়েংদা হায়রকই-ডাক্তরশিংনা করি পাউতাক পীরম্বগে? মুন্সীগী পূম্নমকসি উরুরগা নিশা চাবগুমলে হায়রকই— অনৌবা ঈ পাম্লী। অনৌবা ঈ

ফংলবদি থৱায় কনবা য়াই। অদুগা নির্মলারোমদা খানা য়েংলগা হায়রকই— ঐহাক ঈশ্বর নত্তে অদুগা ডাক্তরসু ঈশ্বরনি হায়না খন্দে।

নির্মলা— অনৌবা ঈ ফংঙমদবদি নত্তে?

মুন্সীগী— অতিয়াগী থৱানমিচাকসু ফংঙমদবা নত্তে?

নির্মলা— ঐহাক ইশাগী ঈ পীনবা শেম-শারে ডাক্তরবু কৌবিরকউ ?

মুন্সীজীনা ঙক্না হংলকই— নহাক ?

নির্মলা— হোই, ঐগী ঈনা থবক ওইরোইদবরা ?

মুন্সীজী— নহাক নশাগী ঈ পীগে হায়বা ? নত্তে নহাক্কী ঈগী দরকার ওইদে, মদুদা থব্রায়গী অকিবা লৈ।

নির্মলা— ঐগী থব্রায় করম্বা নুমিত্তা থবক কান্নগনি ?

মুন্সিজী— মিৎলু ইরা চেন্না হায়রকই— নত্তে নির্মলা হৌজিক মদুগী মমল য়াম্না হেনগৎলবনি। ঙসি ফাওবা ঐগী ভোগকী পোৎশক ওইরম্বনি, ঙসিদগী মদু ভক্তিগী মশক ওইরবনি। ঐহাক নঙোন্দা লানখ্রে, ঙাকপিয়ু।

## তরাহুমদোই

মতমদি হৌখরে, ওইফম থোকপা ওইখরে। মদু কনাগী খুত্তা লৈবা নত্তে। ডাক্তর সাহেব নির্মলাগী হকচাংদগী ঈ লৌনবা হোৎনরি। সোমদা মংসারাম মশাগী মক্তুবা লমচৎ উৎলম্লগা অসিগুম্বা চিংনগনবা লোকসিদগী বিদায় লৌখ্রে। তশেংনা অদুক থেংলফাও মহাক্কী থব্রায়না নির্মলাবু ঙাইরম্লীবনি। মহাকপু কলঙ্ক লৈতবনি হায়না প্রমান তৌরমদনা মহাক করম্না হকচাং থাদোক্কনি? হৌজিক মহাক্কী অনীংবদু থুংলে। মুন্সীজীনা নির্মলা মরাল লৈতে হায়বদো খঙখ্রে অদুবু মতমদুদি থেংমল্লবনি খুক্তী তেন কাপথোকখ্রবনি। খোঙ থাখ্রবনি।

মচা কায়নবগী অৱাবনা মুন্সীগী থম্মোয় পুঙমদরে। নুমিত্তুদগী হৌনা মাগী মায়থোঙদা নোকপগী মতম লোইখ্রে। অমুক হন্না লাকখিদরে। পুন্সিসে অরেম্বনি খনবা হৌরকই। কোর্ট চৎলি অদুবু কেস লৌনবা নত্তে সুপ্নগী পূক্নিংগী অৱাবা কাউথোক্লবা খক্কীনি। পুং ১/২ গী মনুংদা মফমদুদা নুংঙাইফম খঙদদুনা হল্লকই। চানবা ফম্মী, চাক চখোম চখোমনা পল্লী য়োৎলু হায়বা য়াদে। নির্মলানা অফবা/অহাওবা এঞ্জাং ফজনা থোংই, অদুবু চখোম অমা/অনীদং চারগা হৌগৎখি। চখোমদো চিন্দগী তাখিবগুম তৌই। মংসারামগী কারোমদা চৎপদা থম্মোয় ধক ধক চোংবা হৌরকই। মফমদুদা আশাগী থাওমৈ থাল্লম্বনি হৌজিক্তী অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা ঙাইহৌরে। মহাক্কী মচানুপা অনী লৈরি তৌইগুম্বসুং শঙ্গোম পীবা ষণবী লৈত্রবদা শনাওদা করি আশা তৌরুনি; উহে পীবা ঙম্বা উজাও তুখরে হৌজিক পাম্বী মচা মচাশিংদুদা করি আশা তৌরুনি। নহা অহল খাক্তনা শিনরিবনি। তৌগুম্বসুং রাজবগী মরমদি মহাক মশামক্লা মচানুপাগী থব্রায় লৌরবনি রাফমসি হেক নীংশিংলকপদা মহাক্কী থম্মোয় কায়খিবনি। থম্মোয়সে মচেৎ তানা চাইখাইখিবগুম খল্লী।

নির্মলা মপুরোইবগী অৱাবদা নুংঙাইজদে। তৌবা য়াবা তৌদুনা মাবু নুংঙাইনা লৈবা ঙম্নবা সেবা তৌজে। কাউদুনফাও হৌখিবা রাফম নীংশিনদে। মুন্সীজীসু মংসারামগী মরমদা নৈনবা ইকায়জে। করিগুম্বদা মহাক্কী থম্মোয়গী অশেংবা রাফমদু নির্মলাদা হায়দোকসিরা খল্লী তৌইগুম্বসুং ইকায়বনা রাহৈশিংদু লোৎশিনবীখি। মতৌ অসুম্না মহাক্কী অৱাবদা মীনা শরুক য়াদুনা থম্মোয়গী পোৎলুম পুমিন্নদুনা খর য়াংজনবা খনবসু ওইথোক্তো। অৱাবদু মপান থোক্তনা থম্মোয়নুংদা হুগুম ওমদুনা থম্লকই। নোংমা-নোংমগী ময়াং কংশিল্লকই।

সোমদা নুমিৎ খরনিসিদা ডাক্তর সাহেব, মংসারামবু হিদাক-লাংথক তৌবীদুনা

লায়েংবীবদো অদুগা য়াম্না চান্নবা মরূপ ওইরকই। মহাক করিগুম্বদা লাক্তুনা মুঙ্গীজীবু থেমজিনবীরবসু যাওবকই। করিগুম্বদা মাগা লোয়নন, কোয়না চৎমিন্নে। মহাক্কী নুপীদুসু অমুক অনীরক নির্মলাগা উনরে। নির্মলাসু কয়ারক মখোয়না চৎলুই। অদুবু মফমদুদগী হল্লকপগা নুমিৎ কয়ানিমুক নীংবা কায়না লেল্লী। মতৈ-মনাওদুগী নুংঙাইরবা পুন্সি মরেল উরুরগা মহাক্কী ফিভমদা রাজব নত্তনা করিসু লৈহৌদে ডাক্তর সাহেবতু তলব ২০০/- ফংবনি অদুদসু মখোয় অনী নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লীবনি। য়ূমদা সুপ্নগী মীনাই অমথক্তমক থম্মী। য়ুমগী থবক পুম্বা নুপীনা তৌবা তারিবনি। লিক-কোনসু মাগী হকচাংদা য়ামদে শিরিবা। অদুবু মবানি প্রেম লৈনৈ, লনদি উনাগুম থল্লী। নুপাদুবু উজবদা নুপীগী মায়থোঙ থম্বাল শাৎকায়জে, নুপীবু উজবদা নুপাদো।

য়ূমদা লন থুমদি মখোয়গীদগী হেন্না লৈ, লিক-কোনসু হকচাংনা পুঙমদবমখৈ লৈ, য়ূমগী থবক অমত্তা মথৃৎনা শুদে অদুবু নির্মলা ইনাক খুল্লবসু মদুদগী হেন্না রাই, অদুগা সুধা লাইরবসু নুংঙাইনা লৈবা ঙম্মী। নির্মলাগী মনাক্তা লৈতবা পোৎ অমত্তা সুধাগী মনাক্তসু লৈতে। মসিগী মশাগী লন থুম করিসু খন্দে। সুধা খোয়দা চৎপদা লিক-কোন শিবা ফাও য়ৌনা ইকায়জে।

নোংমা নির্মলা সুধাগী নাক্ত, ডাক্তর সাহেবকী য়ূমদা লাকই অদুদা য়াম্না নীংবা কায়বা উবদা সুধানা হংলকই— ইনাও, ঙসি নীংবা কায়না উববু উকিল সাহেবকী হকচাংদি করিসু তৌদবা নৎত্রা?

নির্মলা— করি হায়গনি সুধা, মহাক্কী ফিভম নোংমা-নোংমগী ফৎশিল্লক্তে। করিসু হায়বা ঙমজদে, খঙদে ঈশ্বরনা করি তল্লীবা?

সুধা— ঐখোয় বাবুজীনদি মহাক হৱা-নুংশিৎ ওনবগী দরকার লৈ হায়বনি নৎত্রবদি অকিবগী মশক ওইবা অনাবা লাকপা য়াই। কয়ারক হন্না উকিল সাহেবতা হায়খ্রবনি অদুবু মহাক্না হায়রকই হায় ঐ য়াম্না ফরবনি ঐঙোন্দা রাকৎ করিসু লৈতে। ঙসি নহাক হায়য়ু।

নির্মলা— ডাক্তর সাহেবকী রা তাবিদ্রবদা ঐগী করিবু তাবিগনি? মসি হায়না-হায়না নির্মলাগী মিৎলু ইহৌরকই। থা কয়ামরুমদগী চিংনদুনা লৈরকপদো ঙসি হায়দোরকই। ঙসি ফাওবা নমথদুনা থল্লকপনি। ইচে, ঐহাক্কী খুদমসি কনা উদ্রবনি য়েংবা হায়বদুনি ঈশ্বরনা করি তৌরক্কদগে?

সুধা— নহাক ঙসিদি শাফু কন্না হায়য়ু কদায়দনো মা হৱা নুংশিৎ ওনবা চৎকদবনি। থা অনী/মরীদং মফম অমদা লৈরুবদা অয়াম্বা রাফম কাউখিগনি। ঐদি খনবনি য়ূম হোংদোক্লবসু মহাক্কী অরাবদু খরদি ময়েং তাবা য়াই তৌইগুম্বসুং নহাক্তী কদায়দসু চৎপা ঙমলোই। হৌজিক থা কয়া শুরবগে নির্মলা।

নির্মলা— নিপাল শুবা থাদি হৌখ্রবনি। মসিগী চিন্তানা ঐবু অমুক্কা হেন্না ৱাহল্লীবনি। ঐদি মসিগীদমক ঈশ্বরদা হায়জখিবসু লৈখিদে। অৱাবসি ঐগী কোকথক্তা করিগী থাঙ্গৎপিরিবনো? লাইবক য়াম্না থিরিবদি ইচে লুহোংগদবা থামুক ৱাৎলিঙৈদা পাবূং লৈখিদরে, মহাক্না লৈখিদবগা ঐগী কোকথক্তা অৱাবসি লাকপা হৌরবনি হান্না লুহোংবগী ৱা লোয়নখিবা মফমদু মখোয়না মায় লৈথোক পিখরে। লাইবক থিরবী ঐগী ইমানা মায়থীরদুনা লুহোংবসি মসিদা তারকখিবনি। হৌজিক ইনাও নুপীগী লুহোংগদবনি। য়েংসি মহাক্কী হি করম্বা ঘাটতা হোল্লীবগে?

সুধা— হান্না লুহোংবা য়ানখ্রবদু করিগীনো য়ানীংলকত্রিবদি?

নির্মলা— মদুদি মখোয়না খঙলিনি। পাবূং লৈত্রবদুদা সনাগী পোৎয়োম কনানা পিবিগনি?

সুধা— লখনউগী মিংদি নীংশিংদরে,

নির্মলা— একসাইজগী অচৌবা অফিসার ওইরম্বনি।

সুধানা চিংলেন্না হংলকই— অদুগা মহাক্কী মচানুপাদুদি করি তৌরবগে?

নির্মলা— করিসু তৌদে, কদায়দনো তল্লী অদুবু য়াম্না ফরক্কদবা ওইখিবনি।

সুধানা কোকনোন্দুনা হায়রকই— মহাক্না মপাদা করিসু হায়খিদে হায়বরা? মহাক্কী নহানি মশাগী মপাবু থেমজিনবা ঙমদবরা?

নির্মলা— হৌজিক ঐহাক করি খঙলুনি ইচে, সনাগী পোৎযোম পামদবা মী লৈবরা? পণ্ডিত ঐখোয়দগী পাউ পুদুনা চৎখিবদুনা হায়, মচানুপাদু নসু য়ানীংদে হায় মমাদুদি চিংননিংঙাই লৈত্রবা দেবীনি মহাক্না মপুরোইবা অমদি মচাবু য়াম্না থেমজিল্লী হায় অদুবু মহাক্কী ৱাদু চৎনবা য়াখিদে।

সুধা— ঐদি মচানুপাদু উনবা ফংলবদি খুদোননা ওক্কনি।

নির্মলা— ঐগী লাইবক্তা ইরম্বদুনি ঐনা ফংলিবসি। লাইবক থিরবী কৃষ্ণাদো করম থোক্লগবা? সন্ধ্যা মতমদা নির্মলা চৎখ্রবা মতুংদা ডাক্তর মপান্দগী লাকই। অদুদা সুধানা হংলকই— মফম অমদা লুহোংবা য়ানরগা মিহৌবনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক মরী থল্লুবা মীদুদা নহাক করি হায়গনি?

ডাক্তর সিনহা মাগী নুপীগী মায়কৈদা য়াম্না খঙনীংনা য়েংলদুনা হংলকই— অসুম তৌবা হৌনদবনি। মখাদি করি?

সুধা— য়াম্না পীকপগী মতৌনি হায়দ্রিবা করিগীনো? নম্বর ৱানদা লৈখা তারবনি?

সিনহা— হোই, অদুমক হায়বদা য়ানীংদবা লৈতে।

সুধা— কনাগী মরান্না হেনবগে, বরগী নৎত্রগা মপাগী? সিনহা সুধাগী ৱাহংদুগী অর্থ করিনো হায়বা খঙবা ঙমদে। ওক্না হংলকই— ফিভমদুগী মতুং ইন্না মপাগী

মখা পোনবা ওইরবদি মপাদুগী ওইরেদনা?

সুধা— মখা পোনবা ওইদুনসু নহা ওইবা মীওই অমনা মশাগী মথৌ লৈতবরা? করিগুম্বা মশাগী অনৌবা কোর্ট অমা দরকার লৈরে, মপাগী ময়োক্তা ওইরবসু কপ-খোত্তুনা মদু তুহনদবা? মগুণ চাওরবা বিষয়সিদা মশাগী খোঞ্জেল মপাগী মনাকোং ফাওবা য়ৌহনবা ঙমদ্রবা? মসি হায়য়ু বর অমদি মপা অনীমক মরাল লৈরবনি। অদুদা হনুবা মীদুনা খল্লীনি ঐহাক্না খরচ পূম্বা পুগদৌরিবনি। কন্যাগী মায়কৈদগীসু খরা লৌগে? অদুমক ফরবনি। অদুবু বরগী ধর্ম্মদি মশাগী ওইজবা থিদুনা মশাবু য়োম্থোক চবা নৎত্রা? অদুদি মশাগী আত্মা শক্তি মশক তাকপনি। অদুগা মহাক অসুম তৌদ্রবদি হায়গনি মহাক মিহৌচাওবনি, অরাম্বনি। লায়বকথিবদগী অদুগুম্বা নিপা অমদি ঐগী ইপুরোইবুনি। ঐগী খঙবা ঙম্বগী মনুং চন্দে, করম্বা ৱাহৈনা করম হায়না চৈগদবনো?

সিনহানা ইকাই-ইকাই হায়রকই— মদু অতোপ্পা ৱাফমনি। মদু লৌথোক-লৌশিনগী ৱাফম নত্তে। কন্যাগী ম পা লৈখিদবনি। অদুগুম্বা ফিভমদুদা ঐখোয় করি তৌগনি? মসিমসু তারকই, অশোয়বা লৈ।

সুধা— হায়য়ু মহাক মনা পঙবরা? নৎত্রগা মনম পোনবরা? শমককপগী মচারা? নৎত্রগা লমচৎ লুদ বরা? মরাল কয়া পীশিনগদৌরিবনো? কন্যাদা করি অশোয়বা লৈবগে হায়য়ু ঐসু খরা তাগেদনা?

সিনহা— ঐনা উবদি নত্তে হায়নবাতাবনি, মঙোন্দা অশোয়বা অমা লৈ।

সুধা— খ্বাইদগী চাওবা ছিদ্রদি মপা লৈখিদরে মদুনা পৈশা-নুংশা পীবা ঙমলোই। মসি য়াবদা করিগী ইকায়রিবনো? ঐনা নহাক ননাদি ককলোইদনা? করিগুম্বা ৱাফম অমা/অনী তাবদি শোমগী নাদা তারগা অসোমদা থাদোকখো। কা হেন্না চিং চিং তৌরগদি চৈ শীজিন্নৌ নুপীদি খোঙপাক-চৈনা চুমথোকপনি অদুগা কন্যাদুদা অশোয়বা করিগুম্বা লৈবদু ঐ হায়গে লক্ষ্মী ফাও ছিদ্র লৈতবা নত্তে। নহাক্কী নরাইবক থীবসি অদু নত্তনা করিনো? নহাক্কী ঐগী খুত্তা তাগদবা লৈবননি।

সিনহা— নঙোন্দা কনানা হায়বগে, মহাক্তু অদুমতৌই অদা তৌই। নঙনা কনাদগী তারগা লৌরিবনো? ঐখোয়নসু তাবদগী লৌখিবনি।

সুধা— ঐনা তারগা লৌবা নত্তে ইশানা মীৎনা উবনি হেন্না করি থাগৎলুনি? অসুক ফজবা নুপীদি কৈদৌঙৈদসু উখিদ্রি।

সিনহা লাংতক্লনা হংলকই— মহাক কদায়দা লৈবগে অশেংবা তাকউ। মাবু কদায়দা উনবগে? নঙগী য়ুমদা লাক্রমবরা?

সুধা— হোই, ঐগী যুমদা লাকলম্মী। অমুক্তা নত্তে কয়ারক হন্না লাকখ্রবনি। মাগীদসু ঐহাক কয়ারক হন্না চৎলুরবনি। উকিল সাহেবকী নুপীদু কন্যাদুনি। মহাকপু অদোম্না অসোয়বশিংনা মরম ওইদুনা থাদোকখিবদো।

সিনহা— অশেংবা?

সুধা— তশেংনা চুম্লবনি। ঙসি মহাক্না নহাকসিমক অদুগুম্বা মহাপুরুষতুনি খঙখ্রবদি অমুক হন্না খোঙ্গুন ফাও তাররোই। অসুক লমচৎ ফজবী যুমগী থবক ইনখাংদা হৈ-শিংবী অদুগা অদুগুম্বী অথোইবী ফজরবী নুপী সহরসিদা অনী/মরীদা মঙাইরগনি। নহাক ঐবু থাগৎলিদনা ঐদি মাগী মীনাই ওইবা ফাও মতিক চাদে। যুমদা ঈশ্বরনা পীবা পুম্নমক লৈ, অদুবু থব্বায়গী চানবা ওইদ্রবদবু পুম্নমক লৈদুনা করিবু তৌগনি? থাগৎনীংঙাইনি মহাক্কী তপথবা ঙম্বা থম্মোয় অদুক অহল ওইরবা উকিলগা পুন্সিগী মতম লেল্লীবা। ঐদি নহালনা হু চাদুনা শিজখিগনি। অদুবু পুক্নিংগী অব্বাবা হায়দোক্নুনা খরমখৈ ফোংদোকপনি, নোকই-ঙাংলি লিক-কোন শিরিবনি অদুবু তুখোং খুদিং কপ্লীবনি।

সিনহা— উকিল সাহেবকী ব্বাকৎলমগনি?

সুধা— করিগী ব্বাকৎলুগনি? মহাক মাগী মপুরোইবনি। শাগৈ জাৎ ফবী নুপীশিংনা মপুরোইবগী নিন্দা তৌনদে। মসিদি শাগৈজাৎ তারবশিংগী থবকনি। মহাক্তো মাগী ফিভম উরগা ব্বাজে, চিন্দদি করিসু হায়দে।

সিনহা— উকিল সাহেবপু করি খল্লীনি, চহী মতাসিদা লুহোংলিবা।

সুধা— অসিগুম্বা নুপাসি লৈত্রবদি লাইব্বী কুমারীশিংগী হিনাও কনানা লাম্লোকপিগনি? নহাক অমদি নহাক্কী মরূপশিং পোৎয়োম য়াওদনদি ব্বা ঙাঙবা য়াদে। অদুদা তোল্লবীদি কনাগী যুমদা চৎকনি? নহাক য়াম্ন চাওবা অরানবা তৌরবনি অদুনা নহাক মসিগী প্রায়চিত তৌবা তাই. ঙসিদি মহাক য়াম্না কপখিবনি। নখোয় তশেংনা য়াম্না নুংশিহেত্তবনি। ঐদি ঐখোয় মোহ্নগী লুহোংবসি করিগুম্বদা লাইব্বা ইমুং অমদা তৌগনি। ডাক্তর সাহেব মতুংগী ব্বাহৈদি তাহৌদরে। মহাক য়াম্না অব্বাবদা তারে। মহাক্কী পুক্নিংদা ব্বাহং কয়া হংজরুই। মদুনা মহাকপু য়াম্না লাংতক্নহল্লী। উকিল সাহেবতু করিগুম্ব খর তৌখ্রবদি? ঙসিদি মশাগী ওইজবা থিবদুগী অকিবগী মশক উবা ফংলে। তশেংবদি মদু মহাক্কী মরান্নী। করিগুম্বা মহাক্না মপাদা কন্না তক্লবদি হায়বদি অতোপ্পা মফমদা লুহোংলোই অদু ওইরবদি মহাক্কী অনীংবগী মায়য়োক্তা লুহোংলমলোই?

খঙহৌদনা সুধানা হায়রকই— পাম্লবদি নহাক নির্মলাগা উনহল্লুরা? করিসু হায়রোই. অদুবু

মিৎয়েং অমদা নঙবু অসুক্কী মতিক থিনা চৈগনি মদু নহাক পুন্সি চুপ্পা কাউবা ঙমলোই। হায়রো হয়েং উনহল্লুরা? নহাক্কী শন্নপ্পা শকসু তাক্কনি।

সিনহানা হায়রকই— নত্তে সুধা খূৎ লোন্নদুনা হায়রিবসিনি করিগুম্বা অঙকপসি তৌগনু নৎত্রবদি য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিগনি।

সুধা— তিংখং শুল্লগা মদুগী মহৈ চাবা করিগী কিরিবনো? মীগী ঙকশমদা ছুরিনা থিল্লবদি মহাক্কী অরা-মৈচাক্তুসু য়েংউ। ঐহাক্কী ইপুবোক্না লিশীং মঙা পীবা নৎত্রা? হৌজিক ননাও নিপাগী লুহোংবদা লিশীং মঙা তরুক অমগা ফংলনি অদুদগীদি নহাক্কা মান্ননা ইনাক খুনবা সংসারসিদা অতোপ্পা অমা লৈররোই। লিশীং তারামাথোই য়াম্লবনি। থঙ্গৎ-থঙ্গৎতুনা থম্বদা থামুক্তী চঙগনি। করিগুম্বা অঙাংশিংনা পায়হন্দুনা খরচ তৌরফাওবা চারোন অহুমদি চৎকনি। করিগুম্বা মফমদা ব্রারী শাবীরবরা? নৎত্রগা শাবিদ্রিবরা?

কাসিদা ডাক্তর সাহেব অদুক্কী মতিক ইকায়খরে। মকোক ফাওবা হাইগৎচবা ঙমদরে। মহাক্কী ব্রাঙাঙ হৈবা পুম্বা মাঙখরে। কনাগুম্বানা ফুখিবগুম, মচিন পৈদনা লৈরকই। মরকসিদা মপান্দগী কনানো অমনা ডাক্তর সাহেবপু কৌরকই। তোল্লবদু মথায় পুদুনা চেলখ্রে। নুপীশিংসে ফাগীদা কয়া হৈ শিংবনো হায়বদো ঙসিদি প্রমাণ ফংলে।

অহীংদা তুম্বা লাকপদা সুধাদা হংলকই— নির্মলাগী কনাগুম্বা মনাওনুপী লৈবরা?

সুধা— হোই ঙসি মদুগী মরমদা নৈনরম্বনি মদুগী চিন্তা হৌজিক্তগী পুবা হৌরবনি। মশাগীদি করিনো খরা লেনগদবদো লেনখরে, মনাও নুপীগীদমক ব্রাজবনি। মমাগী মনাক্তা হৌজিক করিসু লৈতরে, তঙাই ফদনা মহাকপুসু কনাগুম্বা হনুবা অমাগী ঙকশমদা পুনশিনবীবা তারবনি।

সিনহা— নির্মলা হৌজিক মমাগী মতেং পাংবা ঙমগনিদনা,

সুধানা য়াম্না তপ্না হায়রকই— নহাকসু করি করিগুম্বদা, মমৈ মকোক য়াওদবা ব্রাঙাঙবা হৌরকই। নির্মলানা য়াম্না পীরবদা চনী/চহুম মঙাই অদুদগী করি হেন্না তৌবা ঙমগনি। অদুদা কনানা খঙগনি, উকিল সাহেবকী ফিভম শোকশিল্লকলে। মাগী য়ুমগী করি ফিভম ওইরকপা। সোমদা থা ৬ তগী য়ুমদা ফমদুনা লৈরবনি। লুপা-পৈশা অতীয়াদগী তারকপদি নত্তে। লিশীং তারা-কুন লৈরবসু বেঙ্কতা লৈরমগনি। নির্মলাগী মনাক্তা থম্বদি ওইবিরোই। ঐখোয়গী ইমুংগী খরচপু ২০০। নি অদু ওইরবদি মখোয়গী থাগী খরচ লুপা ৪০ ওইরমলোইদবরা?

সুধাসু তুম্নীংলকই, অদুবু ডাক্তর সাহেব য়াম্না থেংলবা ফাওবা য়াওন্দুনা লৈরে। অদুগা খর খল্লগা হৌগৎলি মেজদা ফমদুনা চিঠি ইবা হৌরকই।

# তারামরী

থৌদোক অহুম্মক লোয়ননা থোকই- নির্মলানা কন্যা অমা পোকই, কৃষ্ণাগী লুহোংবা ন্না লোইনখ্রে, মুন্সী তোতারামগী য়ুম নিলাম লাউখ্রে। নুপী মচাদু পোকপদি অচম্বা ন্নাফমনি। নির্মলাগী ন্নাখলদা মসিনা খ্বাইদগী চাওবা থৌদোক্কী খনজবনি তৌইগুম্বসুং অরেম্বা থৌদোকশিংদি অচম্বা অমত্তা নত্তে। কৃষ্ণাগী লুহোংবা ইনাক খুনবা ইমুংদা করম্না য়ানখ্রিবা? মমাগী মনাক্তা অউনপোৎকী মিংদা লিক-কোন অমা ফাও লৈতে। শাগৈদুদা মিহৌবদা মমি চৎলিবনি। মহাক মচানুপাগী লুহোংবদা অসিগুম্বা লাইরবা ইমুংদা করম হায়না য়ানরিবনো? কনাসু খঙহৌদনা থাজবা ঙম্লদে। অসিদগী হেন্না ঙকপা য়াবা ন্নাফম অমা মুন্সীজীগী য়ুম নিলাম লাউবসিনি! মীশিংনা মুন্সীজী লাক্ষপতি নৎত্রবসু অচৌবা মী অমদি হায়বদি শোয়দনা খঙনরিবনি। মহাক্কী য়ুম নিলাম লাউবিবসিনা করম তৌরিবা জাৎনো?

বাফমসে অসুম তৌবনি, মুন্সীজীনা মহাজন অমদা লুপা খরা লৌদুনা খুন অমা বন্ধান থম্বনি, মহাক্কা আশা তৌবদি চহী ১$^{১}/_{২}$/২ দা পৈশাদো হন্দোক্কনি। চহী ৫/১০ দা খুন্দুদা দোখোন তৌগে। জমিন্দারনা শেললেপ অমদি শেন্দোহি পুন্না শিংলকপা ঙমলোই। মসিগী আশাদা মুন্সীজীগী ন্নাথোকসি থোক্লীবনি। খুন্দু য়াম্না চাওবনি, চামরী চামঙাদি তোংবা য়াই তৌইগুম্বসুং পূক্কিংগী ন্না পূক্কিংদা অদুম লৈখরে। মুন্সীজী পূক্কিংনা থেমজিনজদুনসু কোর্ট চণ্ডরে, মচাগী অন্নাবদা অদুম লৈরে। মচাগী অন্নাবদুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবগী শক্তিদু থাদোকচরি। কনাগুম্বা নুংগী থম্মোয় পানবা মপানো, মচাগী মঙক্তা য়াল্লগা পূক্কিং ইংনা লৈবা ঙমগদরা? মহাজনগী খুত্তা চহী অমা ফাবব ফাওবা শেন্দোহি য়ৌদরে মহাক্কা হন্না হন্না কৌরব ফাওবা মুন্সীজী মহাক্কী মনাক্তা চণ্ডবে— অসি ফাওবা নোংমা ঐখোয় কনাগী মীনাই নত্তে সাহগী অপাম্বা তৌসনু অদুদা সাহজীনা শাওখিবনি। মহাক্কা নিলাম তৌরে। মুন্সীজী হায়জবসু চৎখিদরে। খঙহৌদনা ডিগ্রী তৌখরে সিদা য়ুমদা পৈশা কদায়দা লৈরিবনো? অদুদগী মুন্সীজীগী সাক্ষী পীবিনবসু লৈতবে। মহাক পৈশাগী থৌরাং তৌবা ঙমদরে। মমৈদা য়ুম নিলাম তৌবা তারকই। নির্মলা চারোকশঙদা লৈরম্মী। পাউসি পাবদা থম্মোয় কায়খিরম্মী। পুন্সিদা নুংঙাইবা অমা ফাও ফংদে। অদু ওইদুনসু লন-থুম ন্নাৎপগী অন্নাবদগীদি লাপথোকচবনি। লন হায়বসি পুন্সিদা খ্বাইদগী মরু ওইবা পোৎ নৎত্রসু পুন্সিগা

নরুবা পোৎতি শোয়দনা ওইরিবনি। হৌজিক অতোপ্পা অৱাৎপশিংগা লোয়ননা অৱাবা ৱাখলসিমসু থম্মোয়দা ফাওরকই। মহাক্না য়ুমদা হায়হল্লকই— ঐগী লিক্‌কোন লোয়না য়োল্লগা য়ুমসিবু কনবীয়ু। তৌইগুম্বসু মুন্সীজীনা ৱাফমসি য়াখিদরে।

নুমিৎসিদা মুন্সীজী অমুকসু হেন্না অৱাবদা লুপশিলখিরম্মী। অদুগুম্বা লনদুবু ভোগ তৌগে হায়বগীদমক লুহোংলুবনি। অদুসু হৌখিবগী নীংশিং মাত্রদা ঙাইহৌরে। মহাক মশাগী মৈচাক্না নির্মলাদা লংজখিবা মরান্দুগী নিংদোন পোমলি। কন্যা পোক্লকপসিনা অমুক মহাক্কী লেমহৌরিবা ৱাখল পূম্বা পূম্মাং মাংহনখ্রে, মপূং ফাহল্লে।

নুমিৎ তারানিথোই শুরকান্দা নির্মলা চাবোকশঙদগী অঙাংদু মতম্বাক্তা পমদুনা মপুরোইবগী মনাক্তা লাকই। মহাক অৱাৎপসিদসু য়ান্না হরাওনা উই, চিন্তা অমত্তা লৈতে। নুপী মচাদুবু মথাদ কোল্লগা মহাক মশাগী অৱাবা পূম্বা কাউথোকখ্রে। অঙাংদুগী চাওখৎলকলিবা অমদি হবাও-তয়াম্লবা মমীৎতু উরগা মহাক্কী থম্মোয় হরাওজরকই। মহাক অঙাংদু মপুরোইবগী তম্পাক্তা উজরগা অপেনবগী ঙমখৈ লৈজদে অদুবু মুন্সীজী কন্যাদুবু উকরগা অৱাবা ফাওরকই। মতম্বাক্তা পমজনবা য়ৌনা মহাক্কী থম্মোয় হরাওজবা ঙমজদে। মহাক্না অঙাংদুবু অমুক্তং মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংলকই অদুগা মকোক নোঙ্খি। অঙাংদুগী মকোক্তু মংসাবামগা তশেংনা মান্নে।

নির্মলানা মহাক্কী পূক্নিংগী ৱাফমদু অতোপ্পা অমা ওইনা খল্লুবি। মহাক্না মচাবু নুংশিজনা থম্মোয়দা কোনশিনজখি অদুগা হায়বীবগুম তৌরি— নহাক্না মহাক্কী পোৎলুম্না নমথরিবা ওইরবদি ঙসিদগী মসিদা মমি ফাওবা তাহল্লেই। রত্নসি ঐনা কয়া তপস্যা তৌরবগী তুংদা ফংজবনি, মহাকপু ইকায় খুম্নবদা নহাক্কী থম্মোয় কায়খিরোই। মহাক মিকুপ্তা অঙাংদু পমদুনা কাদা চংখি অদুগা কুইনা কপ্পুনা লৈরম্মী। মহাক্না মপুরোইবগী নীংবা কায়খিবগী মরম খঙনবা খজিক্তংসু হোৎনখিদে নৎত্রদি মহাক অদুক কনশিন্না খল্লম্লোই। মদুগী অৱাবা ভাব পূম্নদি মপুরোইবগী মথক্তা নল্লীবনি। মহাক্না পুগদবদি নত্তে।

মুন্সীজী মিকুপ্তা মশাগী অকাউবদু খঙজরকই মনাগী থম্মোয়দা মচা নুংশিবগী প্রেম্না থুমহৎতুনা লৈ। তুংগী অৱাবা অমদি খুদোংথীবগী মরমদা করিসু অকিবা ফাওদে। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা মপান নাইদ্রবা শক্তি অমাগী ৱাখল তৌই। অদুনা অপনবা খুদোংথীবশিংবু মমাঙমক্তদা মায়থিবা পীবা ঙমগনি। মুন্সীজী চেনশিনখিদুনা ইমুংদা অঙাংদুবু মতম্বাক্তা পমখৎপিরম্মী- ঐহাক নীংশিংলকই মংসাসু অসুম্না তৌবনি তশেংনা অসুম্না।

নির্মলা— ইনম্মবেম্মনসু মদু হায়বনি।

মুন্সী— তশেংনা মাগী তরাও-তরাওবা মমীৎ অদুগা তঙাং তঙাংবা মচিনবান। ঈশ্বরনা মংসারাম শকফমসিদা পীবিরবনি। মকোকসে, মমায়, মখোঙ, মখূৎ ঈশ্বরগী

লীলা মপান নাইদবনি।

খঙহৌদনা রুকমনিসু লাকই, মুন্সীজীবু উরগা হায়রকই— য়েংউ বাবু, মংসারাম নৎত্রবরা ?

মহাক লাক্লবনি। কনাগুম্বনা চহী অমদি চাওরাক্লা ওইখ্রবনি।

মুন্সী— ইচে, শরুক অমমম মান্নে। বস, ঈশ্বরনা মংসারাম পীনবিরে। (অঙাংদুদী) করিনোনে নঙ মংসারামনিনে? থাদোক্তুনা চৎনবা মিংফাও পনগনু নৎত্রদি চিংদুনা পুরক্কনি। কয়াদা মীনুংশি লৈতনা চেনখ্রিবনো? তশেংনা ফাদুনা পুরক্লে নত্রা? হায়রিসিনি হৌজিক ঐবু থাদোক্তুনা চৎনবা মিং পনবা য়াদে। য়েংউ ইচে কয়া মুন্না-মুন্না য়েংলিবনো?

মিৎকুপসিদগী মুন্সীজীনা আশাগী ফুরা দলান কয়া শাগৎপা হৌরে। মিহৌবনা অমুক সংসারগী মায়গেদা চিংশিনবা হৌরে। মীওইবগী পুন্সি নঙ কয়া তেনখ্রবনো? অদুবু নঙগী কলপনাশিংদি কয়াদা পুন্সি শাংখ্রবা?

তোতারাম সংসারদগী লাম্থোক্লুরবনি। অহীং নুংথিল অশিববু কৌদুনা লৈরুবনি, উনাগী মতেং ফংলদুনা তোবর্বান্দা থুংলুনবগীদমক শক্তি পুম্বা থাদুনা খুৎ-খোঙ কাওবা হৌরকই।

অদুবু উনাগী মতেং ফংলগা কনাগুম্বনা তোবর্বানগী রাংমা লাম্থোকপা ঙম্নখিবগে?

## তরামণ্ডা

নির্মলা মশাগী য়ুমগী অরাংবদগী অহাংবা মতম ফংদে। অদুবু কৃষ্ণাগী লুহোংবগী পাউ তাবদা মহাক করিগুম্বদা লেপ্তুনা লৈবা ঙমজদে। মহাক্কী মমানা তক্লদুনা কৌরকই। খ্বাইদগী শুমহৎনিংঙাই ওইবা ৱাফমদি কৃষ্ণাগী লুহোংবসি, নির্মলাগী অহানবা লেপ্লুবা ইমুংদুদা তৌগদৌরে। অদুদগী অমুক হেন্না ঙক্লীবদি হন্দক্কী অউনপোৎ য়াওদনা লুহোংবা য়ানখিবসিনি। নির্মলাসু কৃষ্ণাগী মরমদা য়াম্না ৱাজখিবনি। খনখিবনি, ঐহাকুম্না কনাগুম্বা অমগী ঙক্তা পুনশিনবিরনি কৃষ্ণাগীদমক্তা মতেং খরা পাংজগে অদুনা মতিক চাবা বর ফংবা ঙম্নবা তৌইগুম্বসুং উকিল সাহেব য়ুমদা ফমদুনা লৈখিবা অমদি য়ুম নিলাম তৌখিবদগী মহাকসু খরা ৱারে। মরকসিদা পাউসি তাবদা মহাক শান্তি ফংজরে। চৎনবা শেম শারে। উকিল সাহেব স্টেসন ফাওবা থিনদোকপা লাকই। অপিকপী মচানুপীদা মহাক য়াম্না প্রেম লৈরম্মী। থাদোক্তে, অসিফাওবা নির্মলাগ লোয়ননা চৎনবা শেম-শারবনি অদুবু লুহোংবা থা অনী ৱাৎলিবনা মহাকসু মকু ময়ুমদা চৎপদো চুম্মী হায়না খন্দে।

নির্মলানা মমাদা হৌজিক ফাওবা মাগী ইমুংগী অৱাবা ৱারী শাদোক্তে। বাদুগীদমক মহাকপু কপহন্দুনা অৱাবা পীরুবগী করি কান্নরিবা? মরমসিনা মমানা খল্লী নির্মলা য়াম্না নুংঙাইরি। হৌজিক নির্মলাগী মশক উরুবদদি মঙোন্দা চৈফুগুম থোক্লুরে। নুপী মচাশিংনা মকু ময়ুমদগী ইচম-চম্না লাক্লদে অদুবু নির্মলাগুম্বী নুপীমচা মহাক্কী নুংঙাইজনবগী পোৎলম ফংলিবরা? মহাক্না নুপীমচা কয়ামরুম নীনী পানবগী থাজগুম মৱা ময়ুম চৎখি অদুগা পূর্ণিমা থাজগুম মপামদা লাকপা থেংনখি। পূক্নিংদা কলপনা তৌরিবনি— নির্মলাগী কুচু পানথোক্লম্লগনি, হকচাং নোইথোক্তুনা মপূং ফারম্লগনি। হকচাং কয়াৎশিংগী ফজবদি মওং তারম্লগনি হৌজিক খরা উরিবদো তঙ্খাই ফাও লৈতরে। মহাক্কী নোকমি-নোকমিবা মূর্ত্তি থম্মোয়বু শুমহৎপনি। অদুগুম্বা অথোৎপা মতৌ অনৌ-অনৌবা হৱাও তয়াম্বা পুন্সিদগী লাকপনি। মসিমদি মমিং ফাও লৈতরে। মায় নাপু মচু লাক্লে, কে-মৌবগী চেকশিনবসু উদরে, হকচাং হীকথরে। চহী কুনমাইথোইদমক ঙাইহরি হনুবী ওইরকলে। হৌজিক মমা-মচা কপ-খোৎতুনা ঙাইহাক লৈরুরগা পূক্নিং ইংথরক্লবদা মমানা হংলকই করি তৌরে, করি অৱাবা লৈবগে?

নির্মলা— লৈতে, ইমা মফমদুগী ঈশিং-নুংশিৎ ঐঙোন্দা চানদে, হকচাংদি করিসু তৌদে।

মমা— উকিল সাহেব চাকলেনদা লাক্কনিদনা? অদুদা হংগনি— অদোম্না লৈগুস্বী ইচানুপী পুত্রগা মহাক্কী ফিভমসি শেম্বীরিবা? ফরে মসি হায়বু? নঙনা সিদা পৈশা করিগী থারক্লীবনো? ঐদি নঙোন্দা হায়দেনা? লাক্ষ লৈত্রবসু মচানিঙোনগী লন-থুম চানবা মতাংদি লাক্ত্রী।

নির্মলানা ঙক্না হংলকই— কনানা পৈশা থারকলিবনো? ইমা। ঐনদি থাখিদেনা?

মমা— মীনম্বা ঙাংগনু। নঙনা লুপা ৫০০/- গী নোট থাখিদবরা?

কৃষ্ণা— থাখিদ্রবদি আতিয়াদগী তারক্লীবরা? নহাক্কী মিং শেংনা ইরকই, শীলসু মফমদুগীনি।

নির্মলা— খোঙ শোক্তুনা হায়বিরসিনি, ঐনা পৈশা থাখিবা লৈতে, মসি করম কানগী ব্রানো?

মমা— ইহে থা ২/২$^{১}/_{২}$ রোম ওইরনি, নঙনা পৈশা থাদ্রবদি কনানা থারক্কনি, কদায়দগী লাক্কনি?

নির্মলা— মসিদা ঐনা করি খঙগনি? অদুবু ঐনদি থাদে। ঐখোয়দি মতমদুদদি ইচা শিখিবদগী কোর্ট চৎতে। ঐগী খুত্তদি পৈশা লৈতে পৈশাদো কদায়দগী

মমা— মসি য়াম্না ঙকপা ব্রানি। মফমদুদা নঙগী মরী মতাসু লৈতে? উকিল সাহেবনা নঙোন্দা লোৎলগা থাঁরকপদু ওইরোইদরা?

নির্মলা— নত্তে ইমা, ঐদি থাজবা ঙমদে।

মমা— মসি খঙদোকপা পাম্মী। ঐনা পৈশাদুদি কৃষ্ণাগী লিক-ফি লৈবদা শীজিন্নথোকখ্রে। মসি য়াম্না নুংঙাইতরে।

মচিন-মনাও করিগুম্বা মরম অমদা য়েৎনরকই। অদুদা কৃষ্ণা অসোমদা ব্রারেপ লৌনবা চৎখি মরকসিদা নির্মলানা মমাদা হায়রকই লুহোংবসিগী পাউ তাবদা য়াম্না ঙকই। মসি করম্না য়ানরিবনো? ইমা।

মমা— অসিদা তাবদা পূম্নমক্না ঙকনৈ। মখোয়না লেপ্নখ্রবা ব্রা লৈথোকখিবনি, পৈশা খরগী মিহৌবনা, মখোয়দু হৌজিক কবিসু লৌদনা লুহোংনবা শেম শারে। খঙদে মখোয় মশানা চিঠি থাবকই। ঐনা তশেংনা ইখিবনি ঐগী নাক্তা পীথোক পীশিনগীদমক করিসু লৈতে, কন্যা মশা খক্তনা অদোমগী সেবা তৌজগদৌবিবনি।

নির্মলা— মদুগী পাউখুম পীরক্তবরা?

মমা— শাস্ত্রীজী চিঠি পুদুনা চৎলুই মহাক্কা মসি হায়রকই— হৌজিক মুন্সীজী লৌবগী অপাম্বা/অনীংবা লৈতে। মশাগী হান্নগী ৱাফম লৈথোখিবদুদা খরা ইক-য়জেসু হায়। মুন্সীজীদি অদুক চাওবা আশা লৈতে অদুবু তাবদি মাগী মচা অহনদু পূকচেল চাওবা নিপানি। মহাক্না হায়-খোত্তুনা য়াহনবা ওইরমাল্লে।

নির্মলা— অহানবদদি মহাশয়দুসু পোৎয়োম পামখিবা নৎত্রনে।

মমা— হোই, অদু হৌজিক্তী শাস্ত্রিজীনা হায়রকই— অউনপোৎকী মিংদা শাওরকই, তাই মসিদা লুহোংখিদবদা য়াম্না নিংঙমলক্তে। পৈশাগীদমক ৱাফমদো লৈথোকখিবনি। পৈশা য়াম্না ফংই অদুবু নুপী পামদে।

নির্মলা মপুক্লিংদা নিপাদুবু য়েংনীংখৎলকই। মহাকপু থওইখিদবা অদুগা হৌজিক মনাওনুপীবু লানবী নীংলিবনি, প্রায়শি তনি খল্লসি তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মীবু কয়াম লৈবগে প্রায়চিত তৌননবা শেম শারিববু? মহাক্কা ৱারী শান্নবগীদমক, নোল্লুকপা ৱাহৈদা চৈনবগীদমক, মশাগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা মূর্ত্তিদা মহাকপু চাক চনবগীদমক, পূক্লিং লাংতক্লরকই। অহীং মচিন-মনাওদু কা অমদা তুম্নম্মী। খুঙ্গংগী কনা-কনাগী নুপী মচাসিং লুহোংনখ্রে, কনা কনাগী মচানুপা পোকখ্রে, কনা কনাগী লুহোংবদা ধুম-ধাম তৌই, কনা-কনাগী মপুরোইবা মশানা পাম্বা ফংখিবরা? কনা-কনাগী করম-করম্বা লিক-কোন পুরকখিবগে? ৱাফমসিদা মবানী য়াম্না থেংলফাও ৱারী শানৈ।

কৃষ্ণা মচেগী ইমুং-মনুংগী ৱা খরা হংবা পাল্লকই। অদুবু নির্মলানা মদু হংনবগী তাঞ্জা পীখিদে। মা খঙই মহাক্কা হংগদৌরিবা ৱাফমদু হায়দোকপদা চিংনগনি। অমুক খক কৃষ্ণানা হংলকই— ইতৈদো লাক্কনিদনা?

নির্মলা— লাক্কবা হায়রম্বনি।

কৃষ্ণা— হৌজিক্তী মহাক্কা হরাওনা লৈরমগনিকো, হৌজিকসু হান্নগী ফিভমদুদা লৈরিবরা? অহল ওইবা মপুরোইবদি মহাক্কী নুপীবু থৱায়দগী হেন্না লুনা তৌইতায়। সিদদি মদুগী ওন্ন-তৈননবা উবা ফংই। অশেংবা করম্বা ৱাফমদা শাওনবগে?

নির্মলা— হৌজিক ঐহাক কনাগুম্বগী পূক্লিংগী ৱা করি খঙলুনি?

কৃষ্ণা— ঐদি খঙই, নহাক্কী চকংনবদুদা শাওরিনিনে? নঙদি সিদগী চাক্কুনা চৎখিবদুদি? মফমদুদসু মঙোন্দা করিনো খর হায়রমগনি?

নির্মলা— ৱাফমদো নত্তে কৃষ্ণা ঐহাক ৱাশক্কুনা হায়রিবসিনি। ঐগী পূক্লিংদা মাগীদমক অমোৎপা লৈবা নত্তে। ঐনা ঙম্বা অদু ফাও মাগী সেবা তৌবনি। মহাক্কী মন্থত্তা লাইমক ওইরবসু মদুদগী হেন্না করিসু তৌবা ঙমলোই। মহাকসু ঐঙোন্দা প্রেম লৈ। হন্না-হন্না ঐঙোন্দা য়েংই, তৌইগুম্বসুং মহাক অমদি ঐহাক্কী ঙম্বগী ৱাংমদা

লৈবা অদুগীদমক করি তৌবা ঙমগনি? ঐসু করিসু তৌবা ঙমদে, মহাক নহা ওইরকপা ঙমদে, অদুগুম্বদুনা ঐসু অহল ওইবা য়াদে। নহা ওইরক্লবগীদমক মহাক খঙদে করি করিনো রস অমদি হিদাক চাই, ঐহাক অহল ওইনবা ঘী-শঙ্গোম পূম্নমক থাদোকই, খল্লী ঐগী কংশিল্লকপসিদা ফিভমগী খেন্নবদু খরা তানা উবা য়াই, অদুবু মহাক হকচাং ফবা পোৎনা কান্নবা ফংদে, ঐসু চারা হেনবনা, মংসারাম শিখিবদগী মহাক্কী ফিভম অমুক্কা হেন্না ফৎশিল্লক্তে।

কৃষ্ণা— মংসারামবু নঙনসু য়াম্না নুংশিজবা নৎত্রা?

নির্মলা— অঙাংদো উবগা নুংশিবা পোকই, তরাও-তরাওরবা মমীৎ নীংথিজবা মায়থোঙ ঐনা কনাগীসু উখিদ্রি থম্বালগী মতৌগুম্লবা মায়থোঙদা মতম লৈবা খিবিক্তা শাৎকাইদুনতা লৈ। থৌনাদি করিগুম্বা তাঞ্জা ফংলবদি মৈদা ফাও চোংশিনগনি। কৃষ্ণা ঐঙোন্দা তশেংনা হায়রিবসিনি ঐগী নাক্তা লাক্লুনা ফম্লবদি ঐ ইশাবু কাউথোকচবনি। থম্মোয়না পামজে, মহাক ঐগী নাক্তা মতম পূম্বা ফমদুনা লৈবদু। ঐগী পূক্নিংদা পাপকী ৱাখল খজিক ফাও য়াওদে। অদুম্না ঐনা মঙোন্দা য়েংলবদি মীৎসে তাংখিসনু অদুবু খঙদে মহাকপু ইনাক্তা উরগা থম্মোয়না কয়াম হরাওজবা মরমসিনা ঐনা মঙোন্দা তম্বগী নমাদ তৌশিন্নরে নৎত্রবদি মহাক ইমুংদা লাক্তে। ঐনা খঙই ঐনা খল্লী, মাগী পূক্নিংদা পাপ চেল্লবদি ঐহাক পূম্নমক তৌবা ঙমগনি?

কৃষ্ণা— ইহে, ইচে তুমিন্ন লৈয়ু. করি করিনো ঙাঙলিবদুবো।

নির্মলা— হোই, হোই মসি তাবদা ফত্তনা খল্লী, অদুদা ফত্তবদুনি তৌইগুম্বসুং মীওইবগী প্রকৃতিবু কনানাসু হোংহনবা ঙমলোই। নঙ হায়য়ু, চহী ৫০ গী নিপা অমদা লুহোংলবদি করি তৌগনি?

কৃষ্ণা— ঐদি হু চাদুনা তুমদুনা লৈগনি। ঐঙোন্দা নমদুনা য়েংবা ফাও য়েংদনবা।

নির্মলা— অদুনি মদু খঙউ। অঙাংদুনা ঐগী মায়কৈদা মঙক থাঙ্গত্তুনফাও য়েংদে অদুবু হনুবদি চিংনগল্লী, নহাক্কী নতে অঙাংদুগী য়েক্লবা ওইরকই। অরোইবদা মহাক্কী থৱায় লৌরগা থাদোকই। নুমিত্তুদা লাইহৌ হৌবনি অদুগা থৱায় লৌরগা নেমথরকই। হায়, অরোইবা মতমগী দৃশ্যদো, মীৎমাঙদগী হন্দোকউ য়াদে। ঐহাক-হোসপিটালদা চৎলুই। মহাক লাইহৌন জ্ঞান মাংদুনা তাদুনা লৈরম্মী, হৌগৎনবগী শক্তি লৈত্রবনি, তৌইগুম্বসুং ঐগী খোঞ্জেন হেক তাবগা খংদুনা হৌগৎলকই, অদুগা 'ইমা ইমা' হায়দুনা ঐগী খোঙদা তুরকই (কপ্লদুনা) কৃষ্ণা। মতমদুদা ঐগী থৱায়সে মঙোন্দা পীবা ঙম্লবদি, পীনিংলকখি। ঐগী খোঙয়াদা

জ্ঞান মাংখিবনি, মিৎ পাংখিদরে। ডাক্তরশিংনা মশাদা অনৌবা ঈ কাপনবা হৌদোক্নরকই, মসি তাবদগী চেল্লুবনি অদুবু মদু তৌনবা হোৎনরকপদা থরায় চেক্লা পাইখিবনি।

কৃষ্ণ— অনৌবা ঈ কাপ্পবদি মহাক কনবা ঙমগদরা?

নির্মলা— কনানা খঙগনি? তৌইগুম্বসুং ঐদি ইশাগী অরোইবা মরিক্তু ফাওবা পীননবা শেম-শারবনি। ফিভমদুদসু মহাক্কী মায়থোঙদো থাওমৈগুম্না ঙাল্লীবনি। মহাক ঐবু উবদা চেল্লক্তুনা ঐগী খোঙদা তুরদ্রবা অমদি হান্না ঈ কাপলম্নবদি মহাক কনবসু য়াবনি।

কৃষ্ণ— অদুদি নঙনা মতমদুদা করিগী হিপহন্দ্রীবনো?

নির্মলা— অরে, অঙাওবী, নঙ হৌজিকফাওবা ৱাসি খঙদ্রি মহাক ঐগী খোঙদা তুদুনা মমা-মচাগী মরীদু উৎলগা মপাগী থম্মোয়দগী চিংনবদু লৌথোকখিবা পাম্নম্বনি। সুপ্নগী মরমদুগীদমক হৌগৎতুনা চেল্লক্লীবনি। ঐগী মিংচৎ থিবদু কোকহন্নবগীদমক থৱায় থাখিবনি, মদুদা মাগী অনীংবা থুংখ্রবনি। নহাক্কী নতৈ নুমিত্তুদগী চুমথোক্রবনি হৌজিক্তী মহাক্কী ফিভমদা থৌজান পোক্লকই। মচাগী অৱাবনা থৱায় লৌরগা থাদোক্কনি। ঐঙোন্দা চিংনদুনা অরানবা তৌই, হৌজিক অদুগী লমন খুম্নকলি। হৌজিক মহাক্কী মায়থোঙ উরগা অকিবা পোক্কনি। অহল-ওইবা য়াবা ওইরে, মখ্বাংসু কোল্লবনি।

কৃষ্ণ— অহল ওইরবশিংসে অসুক চিংনগল্লীবসে করিগীনো ইচে?

নির্মলা— চৎলগা মসি অহলশিংদুদা হংলুচো?

কৃষ্ণ— ঐদি খঙই। মহাক্কী পুক্লিংদা হুরানবদৌনা ৱাখলদো, লৈশাবী/নহাশিংবু হরাওহনবা ঙমজদবগীদমক নিংঙমদবদো। খরা-খরদং ওইবা ৱাফমদুদসু চিংনবা পোক্রমগনি।

নির্মলা— খঙলবদি করিগী ঐঙোন্দা হংলিবা?

কৃষ্ণ— তোল্লবদু নুপীনা নমথবিরিনি। অউবনা খল্লীনি, মসি প্রেমনি।

নির্মলা— নঙনা নুমিৎ খরনিসিদা কদায়দগীনো তন্নুরিবসিবো? ৱাফমদু লৈরসু, হায়য়ু নহাক নশাগী বরদু পাম্বরা? মহাক্কী ফোটো উররিনী?

কৃষ্ণ— হোই থারকই, পুরকউরা? য়েংগেরা?

মিৎকুপ্তা কৃষ্ণনা ফোটো পুরক্তুনা নির্মলাদা পীরকই। নীর্মলানা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই— নঙ য়াম্না লাইবক ফবীনি।

কৃষ্ণ— ইমানসু য়াম্না পাম্মী।

নির্মলা— নহাক পাম্মী, পামদে হায়য়ু অতোপ্পাগী ৱাদু হায়রকনু?

কৃষ্ণা— (ইকায়না) শকচুদি ফজদবা নত্তে, লীচৎকী ফিভমদি ঈশ্বরনা খঙলিনি। শাস্ত্রীজীনদি হায়— অসিগুম্বা লমচৎ ফজবা অমদি লীচৎ নাইবা নহাদি য়াম্বু য়ামদে।

নির্মলা— সিদগী নঙগী ফোটো পীখিবরা?

কৃষ্ণা— পীখিবনি। শাস্ত্রিজীনা পুখিবনি.

নির্মলা— মহাক্না পাম্মী হায়বরা?

কৃষ্ণা— হৌজিক মীগী পূক্লিংগী ৱাদি ঐনা করম খঙলুনি।

নির্মলা— ফরে হায়য়ু করি খুদোন পীয়ুগে? হৌজিক্তগী শাহনদুনা থম্নবা?

কৃষ্ণা— নহাক্না পূক্লিংদা পাম্বদুপীয়ু, মহাক্তী লাইরিক য়াম্না পাম্মী হায়। অফ-ফব্বা লাইরিক চেল্লগা থম্মু।

নির্মলা— মহাক্কী নত্তে, নহাক্কীনি হংলিবদি?

কৃষ্ণা— ইশাগীদমক্তনি হায়রিবসিসু।

নির্মলা— (ফোটোদা য়েংলুরগা) ফিসে পূন্নমক খাড়ী ওইনা তৌই।

কৃষ্ণা— হোই, খাড়ীগী প্রেমীনি। নঙ্গান্দা খাড়ী পোদুনা পুরগা খুঙ্গংশিংদা য়োল্লী হায়না তারিবনি। ৱা ঙাংবা য়াম্না হে শিংই।

নির্মলা— অদুদি নঙসু খাড়ী শেৎপা তারেনে। নঙদি অপৌবা ফিদা য়াম্না শাওনীংবনি।

কৃষ্ণা— হৌজিক মহাক্না অপৌবা ফি পাম্লবনিনা ঐনা করিগী শাওনীংলুগনি। ঐদি তরেং নাইবা তম্লবনি।

নির্মলা— অশেংবা নঙ লং নাইরিবনিনে?

কৃষ্ণা— হোইইচে খর খর চিংবা হৈরে, মহাক খাড়ীগী প্রেমী ওইরবনিনা তরেংসু শোয়দনা নাইবা হৈরমগনি ঐনা হৈত্রবদি ঐহাক কয়া ইকায়বা তারিবনো?

মতৌ অসুম তৌনা ৱারী শানা-শানা মচিন-মনাও তুমখ্রে। অহীং পূং অনী তাবদা অঙাং কপ্লকই অদুদা নির্মলা মিকপ থোক্লকই। য়েংবদদি কৃষ্ণাগী ফমুং হাংনা উরে। নির্মলা ঙকপনি, অহীং অসুক থেংলবসিদা কৃষ্ণা কদায়দা চৎখ্রিবনো? ঈশিং-মাইশিং থকপা চৎখ্রিবরা? অসুবু ঈশিংদি রেক মথক্তা থম্লী, অদুদি কদায় চৎখিবনো? অমুক অনীরক মমিং কৌই, অদুবু কৃষ্ণা লৈফম খঙদে। খঙহৌদনা ৱাখল তৌরকই, মহাক তশেংনা মাগী কাদা চৎলম্বা য়াই। অঙাং তুমথখ্রে, অদুদা মহাক হৌগৎতুনা কৃষ্ণাগী কাগী থোঙ ফাওবা লাকই। যুম পূম্বা তুম্লরিবনি। অদুগা মহাক্না হৌগত্তনা তরেং নাইরি। থৱায় য়াম্না য়াওনা অদুক থৱায় য়াওবদি থিয়েটর য়েংবদফাও য়াওরমলোই। নির্মলা ঙকচাননা লৈরম্মী। অদুগা মনুং চংলগা হায়রকই— করি তৌরিবনো হৌজিক তরেং নাইবগী মতমলা?

কৃষ্ণা— খংদুনা হৌগৎলকই অদুগা ফম্মী। চিংনদুনা কোকনোন্দুনা হায়রকই— নহাক

মিকপ করম থোক্রক্লীবনো? ঈশিং মাইশিংদি ঐনা থন্নন্নবনি।

নির্মলা— ঐনা হায়রিবসিনি, নুংথিন্দা মতম শংদদুনা অহীংদা তরেং নাইবা ফল্লীবরা?

কৃষ্ণা— নুংথিলদা মতম ফংদে।

নির্মলা— (লং য়েংলগা) লংসি য়াম্না কুপই।

কৃষ্ণা— কদায়দগীনো ইচে মসিদি পৌই। ঐনা অকুপ্পা লং নাইরগা মহাক্কীদমক কোয়েৎ অমা শাবা পাম্মী। মসি ঐগী খূদোন ওইনবনি।

নির্মলা— ব্রাফমসি ফজনা খল্লীনে, মসিদগী হেনবা মমল য়াম্বা পোৎ মাগীদমক করি ওইগনি, ফরে হৌগৎলু, হয়েং নাইয়ু। মতমসিদা তুম্লুসি। নারবদি তৌরিবা পূম্বা অদুম লৈহৌরনি।

কৃষ্ণা— নত্তে, ইচে, নহাক চৎলগা তুম্মুরো। ঐহাক হৌজিক লাক্লগে।

নির্মলানা য়াম্না তক্লদরে, হিপ্নবা চৎখ্রে, অদুবু তুম্বা য়ারমদে। কৃষ্ণাগী হৈনীংবা অমদি অপাম্বা উরুরগা মহাক্কী থম্মোয়দা করিগুম্বা পান্দম লৈত্রবা অপাম্বনা নৈহৎলকই। আঃ মতমসিদা মহাক্কী থম্মোয় কয়া হরাও-তয়াল্লীবা? নুংশিবনা মহাকপু কয়া ঙাওহল্লীবা! অদুদগী মহাক্কী লুহোংবা নীংশিংলকই। চন্দন চৎলুবা নুমিত্তদগী তথক-তথকপা পূম্বা অহীংবা মতৌ ঙম্না বিদায় তৌবিখিবনি। মশাগী কাদা ফমদুনা লাইবক্তা কপচখিবনি। অদুগা ঈশ্বরদা হায়জখিবনি থবায়সে পাইথোকহনবীরো! মরান লৈরবগুম দন্দি ফংলবগুম, মতৌ অসিগুম্না লুহোংবা ঙাইরকপনি। লুহোংবদুদা অপাম্বা আশা পূম্বা লুপশিনখিনবা, মাগুপকী ময়ায়দা শেম্লীবা মৈগী কুণ্ডদা মহাক্কী আশা পূম্বা চাক্তুনা উৎ ওনখিনবা।

## তরাতরুক

নুমিৎ-থা হৌখিবা খঙহৌদে। লুহোংবগী অফবা মতম লাক্কুনা থুংলরে। অতিথিশিংনা য়ুম থল্লবনি। মুন্সী তোতারাম নোংমা মমাঙদা য়ুমদগী লাকএ। মহাক্কা লোয়ননা নির্মলাগী মরূপসু লাকই। নির্মলানদি য়াম্না তরুরুদবনি, মহাক মশানা লাকনীংখিবনি। নির্মলাগী খ্বাইদগী চাউবা অপাম্বদি বরগী ময়াম্বগী দর্শন তৌবনি। অদুগা ঙস্লবদি মহাক্কী হৈশিংবদু থাগৎচগনি। সুধানা নোক্কুনা হায়রকই— নহাক মঙোন্দা ঙাঙবা ঙমগদরা?

নির্মলা— হায়বদা করি অমাংবা লৈবগে? হৌজিক্কী অতোপ্পা মরী অমসু থোক্লরে। ঙাঙবা ঙমদ্রবদি নঙদি লৈরিদনা।

সুধা— নত্তে ইনাও, মদু ঐঙোন্দা ওইররোই। ঐদি অতোপ্পা নিপাদা ব্বা ঙাঙবা ঙমলোই। খঙদে করম্বা মীতানো?

নির্মলা— মীদি ফত্তবা নত্তে, নহাক মঙোন্দা লুহোংগদবদি নত্তে খরা হায়রুবদা করি মাঙবা লৈবগে? ডাক্তর সাহেবসিদা লৈবা ওইরসু মহাক্কা য়াথং পীহনগনি।

সুধা— পূকচেল চাওবা নিপাশিংদো লমচৎসু ফজবরা? অতোপ্পা নুপীদা মুনা য়েংবদি কনাগুম্বা নিপানা চিংনদে।

নির্মলা— ফরে হায়রনু ঐমক্কা ব্বারী শারগে মূনা য়েংগনি, মানা মুনা য়েংবা ঙম্বদু ফাও, বস য়ারেদনা?

মরকসিদা কৃষ্ণা লাক্কুনা ফম্লরে, নির্মলানা মোমোন নোক্কুনা কৃষ্ণাদা হায়রকই— তশেংনা হায়য়ু কৃষ্ণা, মতমসিদা নঙগী থম্মোয় হৈনীংদনা উরিবসি করিগীনো?

কৃষ্ণা— ইতৈনো কৌরকই, হান্না চৎলগা করি হায়বনো তারুচো, তুংদা গপ-শপ তৌ, য়াম্না শাওবা মাল্লি।

নির্মলা— করিনো? নঙনা খরা হংউদনা?

কৃষ্ণা— খরা নারুবগুম তৌই, য়াম্না কংশিল্লে।

নির্মলা— ঙাইহাক ফম্লগা মপূক্কিং হরাওহল্লু, সিদা চেষ্টোরক্লীবদি করিগীনো? মসি হায়য়ু, ঈশ্বরনা কৃপা তৌরে নৎত্রবদি নঙগীসু অসিগুম্বা ফংগদবনি। ঙাইহাক ফম্লগা ব্বারী শাও, হনুবা ব্বাদি য়াম্না নুংঙাই-নুংঙাইবা ঙাক্কা ঙাংবনি। নহা ফাও অদুম্না

নুংঙাইবা ৱাতা ঙাঙলমলোই।

কৃষ্ণা— নত্তে, ইচে নঙ চৎলু ঐদি মদুদা ফম্বা ঙমদে।

নির্মলা চৎখ্রে অদুদা সুধানা কৃষ্ণাদা হায়রকই— হৌজিক্তী বর পার্টী লাক্লগনি। থোঙ্গান্দা পূজা করিগী তৌদ্রিবনো?

কৃষ্ণা— খঙদে ইচে, শাস্ত্রিজী পোৎচৈ লোইশিল্লীনি।

সুধা— বরগী মতৈমা য়াম্না কনবা লীচৎকী মীওইনি হায়না তাই।

কৃষ্ণা— করম্না খঙলিবা?

সুধা— ঐনা তাবনি, মরমসিনা তাক্লীবনি। ৱাহৈ অনী/মরীদা অৱাবা তাদুনা লৈহৌজনি।

কৃষ্ণা— ঐদি খৎনবগী হৈনবী লৈতে, ঐগী মায়কৈদগী ৱাকৎ অমত্তা ফংবিরোই। অদুদি করি মরম লৈতনা খৎনরুগনি?

সুধা— অরেম্বদা খৎনগল্লী, ঐনা তাবদি অদুম্না তাই।

কৃষ্ণা— ঐদি ৱা চামাগী অমত্তনি খঙলিবা, নোল্লুকপনা নুংবু মোম ওল্লী।

খঙহৌদনা লাউনরকই। বর পার্টি লাক্লে। নুপী অনীমক থোঙনাও মনাক্তা চঙশিল্লী। মীৎকুপ্তা নির্মলাসু লাক্লে। বরগী ময়াম্বা য়েংনবা য়াম্না লাংতক্লরি।

সুধানা হায়রকই - বরগী ময়াম্বনি হায়বা করম্না খঙগনি।

নির্মলা— শাস্ত্রিজীদা হংলবদি খঙগনি। শামুদদি কৃষ্ণাগী মকু ইবুঙোনি, ফরে। ডাক্তর সাহেব সিদা লাক্তুনা থুংলগনি? শগোলদা কনানো উদবরা?

সুধা— হোই ওইবদি মহাক্তুনি।

নির্মলা— মখোয়গী মরূপ ওইরিনি। মরী মতাদি নৎতবা?

সুধা— হৌজিক উনরগা হংউ, ঐদি করিসু খঙদে।

নির্মলা— দেলাইদা ফল্লীবা মহাশয়সিদি বরগী ময়াম্বাগুম্না উদবরা?

সুধা— তশেংনা নত্তে, খঙগদবনি হকচাং পুম্বা পূক্কী পূক ঙাক্তনি।

নির্মলা— অনীশুবা শামুদা ফল্লীবসিনা কনানো? খঙবা ঙমদে।

সুধা— কনানো? বরগী ময়াম্বা ওইরিরোই, মহাক্কী চহী উরবরা? নিফুগী মথক্কী ওইনি।

নির্মলা— শাস্ত্রিজীদি মতমসিদা থোঙ্গান্দা পূজাগী ৱাখন্দা লৈ, নৎত্রবদি হংগদবা।

তাঞ্জা চারুদুনা শম ককপা লাকই। উপুগী শোশিং নির্মলাদা লৈ। মতমসিদা থোঙ মরীগী লুপা খরা দরকার ওই। ইমানা থারকইবনি। শমককপসি পণ্ডিত মোটেরামগা চন্দন পুদুনা চৎমিন্নরুবনি।

নির্মলা— হৌজিকসু পৈশা দরকার ওইরিবরা?

শমককপা— হোই ইচল পীররো?

নির্মলা— ফরে, চৎলসি বরগী ময়াম্বা খঙবরা, মাবু হান্না তাকউ?

শমককপা— করিগী খঙলোইদগে? মাঙদা লৈরিবসিনি।

নির্মলা— কদায়দা, ঐদি উদে।

শমককপা— শগোল তোংলিবসি, মহাক্তুনি।

নির্মলা ঙক্লা হায়রকই— করি , শগোন্দা তোংলিবসিনি হায়বা বরগী ময়াম্বনি খঙবরা? নৎত্রগা ভাবনা শারগা হায়রিবরা?

শমককপা— ইহে, ইবেম্মা অদু ফাওবা কাউগদরা? হৌজিক জলপানগী পোৎচৈ পীবা লাক্লীবনি।

নির্মলা— ইহে মহাকসিদি ডাক্তর সাহেবনি, ঐখোয় লোন্নবদা লৈবনি।

নির্মলানা সুধারোমদা য়েংলদুনা হায়রকই— তারিবরা ইচে, মাগী ৱাসে?

সুধানা নোক্লীংবা ফাথদুনা হায়রকই— ওইদবা ঙাংলিবনি।

শমককপা— ফরে সাহেব ওইদব অদুমক্লী, অচৌবগী চিনথক্তা কনানা ঙাংলুনি? হৌজিক শাস্ত্রিজী লাকলগা হংলুরো মদুদা খঙগনি।

শমককপা লাকত্রবদুদা মোটেরাম মাঙ্গোন্দা লাক্তুনা লাংলরি। য়ুমসিগী ইজ্জৎতি ঈশ্বরগী খূত্তনি। শমককপা পূং অমদি চৎখিবনি হৌজিক ফাওবা পৈশা ফংদরি।

নির্মলা— শাস্ত্রিজী সিদা খরা লাকপিয়ু পৈশা কয়া দরকার ওইরিবনো লৌথোকউগে?

শাস্ত্রিজী মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা, কন্না-কন্না শ্বর হোল্লদুনা মনাক্তা লাক্লে। শাংনা শ্বর হোল্লদুনা হায়রকই— করিনো, হৌজিক ৱাঙাঙনদুনা লৈগদবা মতম নত্তে- থুনমক পৈশা লৌথোরকউ।

নির্মলা— লৌবিয়ু লৌথোক্লীবসিদি, মায়না শিৎতুনা তুরগদবরা? বরগী ময়াম্বদু কদায়নো হায়বা হান্না তাকপিরম্মু?

শাস্ত্রীজী— রাম-রাম অদুগীদমক ঐবু আকাশতা য়ানখৎপিরীবা? শমককপনা খঙবা ঙমদ্রবরা?

নির্মলা— শমককপনদি শগোল তোংলিবসিনি হায়রিবা?

শাস্ত্রীজী— অদুদি কনাবু তাকউনি হা, মহাকসিমক্লী।

শমককপা— পূং মুক্তগী হায়রিবনি, অদুবু ইচনসিনা য়াবা লৈতে।

নির্মলা সুধারোমদা নুংশিবা, মমতা, ফাগী অমদি অশেম্বা মীচৈগী মওংদা য়েংলদুনা হায়রকই— ফরে, নহাক্না হৌজিক ফাওবা শকলোন পুবী শাদুনা শান্নরিবা। ঐহাক খঙলম্লবদি নহাকপু সিদা কৌরুবদি হায়রুনু । অঙকপনি নহাক্কী পূকসি ফনা চাওবা জাৎনি। নহাক থা চুপ্পা ঙাওশিন্নদুনা থম্বা ঙম্লক্লীবসিনি। কৈদৌঙৈদসু কাউদুনফাও ৱাহৈ অমা হায় লাক্লে।

ঐদি নোংমা-নীনীদা মপান থোক্কনি।

সুধা— নহাক খঙলবদি? ঐগীদা লাক্কদরা?

নির্মলা— অঙকপনি অঙকপা। ঐহাক ডাক্তর সাহেবকা কয়ারক হন্না ৱারী শাখ্রবনি। নহাক্কী নথক্তা পাপসি তাগদবনি। য়েংউ কৃষ্ণ নঙগী নচেগী ঙাওশিন্নবসি। মহাকসি ময়া তৌবীনি, খুউ শেল্লু।

কৃষ্ণ— ঐদি অসিগুম্বী দেবীগী খোঙ হাম্নগা চাইখৎচগনি। লায়বক ফবনা মহাক্কী দর্শন ফংজরিবনি।

নির্মলা— হৌজিক্তী খঙলে, পৈশাসু নঙনা থাহনবা ওইরিনি। কোক নোল্লীবসি অশেংবা হায়রিবসিনি ফুজরক্কনিকো?

সুধা— নুয়ুমদা অতিথি ওইনা কৌরগা ইকাইবা পীনদে।

নির্মলা— য়েংউ, হৌজিক করম-করম্না পাউ লৌগদৌরিবা ঐনা নহাক্কী ইজ্জৎ থম্নবগীদমক ইখিবনি অদুগা তশেংনা লাক্তুনা থুংলরে অশেংবেদি মখোয়না করি খল্লীগনি?

সুধা— পুম্নমক্তা হায়রগা লাক্লীবনি।

নির্মলা— হৌজিক ননাক্তা কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই। খুদমদসু তৌরকপা য়াবনি, ডাক্তর সাহেবতা ইকাই খুম্নজনবা।

সুধা— মহাক্তা য়েংবদা করি ফত্তবা লৈরবগে? উদ্রিঙৈদসু নরাইবক্তা কপ্লীবা করিগীনো? মিহৌবদগী করম্বা পোৎ মাংজরবনো, কদায়দগী খঙগনি? হৌজিক নহাকপু উরগা লালগী খুৎ থেক্তুনা খাঙলিবনি। চিন্দা করিসু হায়দে অদুবু পুক্লিংদদি মশাগী ভাবনা শাবদুদা য়াম্না নিংম্লক্তবনি।

নির্মলা— হৌজিক নহাক্কী য়ুমদা কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই।

সুধা— হৌজিক্তী থাদোক্লবা য়াররোই? ঐনা নখোয়দদি লাকখিদবরা?

থোঙ্গান পূজা লোয়খ্রে। অতিথিশিং ফমদুনা চা-নুং থক-চারি। মুন্সীজীগী নাক্তা ডাক্তর সাহেব ফল্লী। নির্মলানা কাগী পর্দা মরুমদা য়েংই অদুগা থম্মোয়দা অনীগী খেন্নবা চাংদম্নজে। অনাবা লৈতবা, থৌজাল অমদি প্রতিভাগী দেবতামক্কী অতোপ্পদুগীদি করিসু হায়দবনা ফরবনি। নির্মলানা ডাক্তর সাহেবপু লিশীংলক উখ্রে অদুবু ঙসি মহাক্কী থম্মোয়দা হৌগৎলক্লীবা ৱাখলসি কৈদৌঙৈদসু হৌরকখিদে। হন্না-হন্না মহাক্কী পুক্লিংদা খল্লকই-কৌরগা ৱাহৈনা চৈফু পীরসিরা নৎত্রগা ফাগী তৌদুনা মচেক-ময়াদা য়ৈরসিরা, মদুনা মহাক নীংশিংদুনা কপ্লীং-কপ্লীং থাদোকসিরা? অদুবু মীনুংশিনা অদুম তৌবা ঙমখিদে। বর পার্টি লৈফমদা চংখ্রে। চান-থরুবা শিল্লী। নির্মলা চানবা পুখম শিনদোকপদা থৌ চিল্লী। খঙহৌদনা মীনাই লাক্তুনা হায়রৈ— ইবেম্মা নহাকপু সুধারাণীনা কৌরি। নহাক্কী কাদা ফল্লী।

নির্মলা পুখম থাদোক্লমদুনা মিপাইনা সুধাগী মনাক্তা লাকই। কা মনুংদা খোঙ থাঙজিনবদা লেপখ্রে, ইমুংদা ডাক্তর সিনহা লেপ্লী।

সুধানা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই— লাকউ ইনাও, হৌজিক কৌরুরবনি, অপাম্বা মওংদা চৈরো। ঐহাক থোঙ পায়দুনা লেপকে, চেনখিবা য়াদনবা।

ডাক্তর সাহেবনা চিংলেম্না হায়রকই— চেনগদৌরিববু কনানো? সিদদি কোক নোন্দুনা লেপ্লীবনি।

নির্মলানা খুৎলোন্নদুনা হায়রকই— মতৌ অসুম্না মতম পূন্নমক্তা থৌজানগী মীৎয়েং থম্বীয়ু। মসি ঐগী হায়জবনি।

## তরাতরেৎ

কৃষ্ণা গী লুহোংবা মতুংদা সুধা চৎখ্রে। অদুবু নির্মলা মপামদা লৈহৌরি। উকিল সাহেবনা তোইনা ইরকই অদুবু মহাক চৎতে, চৎনীংদে। মফমদুদা মহাক্কী পুক্নিংদা চিংবিগদবা পোৎ অমত্তা লৈতে। মসিদা মমাগী সেবা অমদি মৌপ্পাশিংবু য়েংশিন-খোৎচিনবদা নুংঙাইনা মতম লেপ্লী, উকিল সাহেব মশা লাক্লবদি তশেংনা চৎনবা য়ারকপা য়াই অদুবু লুহোংবসিদা নুপীমচাশিংনা সাথীনা লাক্লবিখ্রে, অদুনা লাকপা ঙমদরে। সুধানসু কয়ারক চিঠি ইরবনি মদুদসু নির্মলা লৈথোক লৈশিন তৌদুনা লৈরে। অরোইবদা সুধানা মীনাইপুদুনা লাক্লগা ধমকা তৌররে। মবানি লেঙ্গোনরে। মতুংদা সুধানা হায়রকই— নহাক্কী মফমদুদা চৎপা ফাওবা কিজরেনে?

নির্মলা— হোই ইচে, কিবদি কিরবনি, লুহোংবা চহী অহুমগী মতুংদা থোকপনি। হন্দক্তী চহী লোইগদৌরিবনি। অমুক হন্না কনানা কৌরগনি অদুগা কনানা লাক্লগনি?

সুধা— লাকপবু করি তৌবগে? পুক্নিংদা লাকনিংবা মতমদা লাক্লগা লোইরে। মফমদুদা উকিল সাহেবনা য়াম্না নুংঙাইতরে।

নির্মলা— য়াম্না নুংঙাইতরবা? অহীং তুম্বা য়ারমলোই।

সুধা— ইনাও নহাক্কী থম্মোয়দি নুংনি। মহাক্কী ফিভম উরুবদা নুংঙাইজদে। হায়রকই য়ুমদা কনাসু হংবিনবা লৈতে, অঙাংশিংসু লৈতে, নুপী অমসু লৈতে মহাকপু কনানা সেবা তৌবিগনি। অনীশুবা য়ুমদুদা লাকপদগী য়াম্না ৱানা লৈরে।

নির্মলা— ঈশ্বরনা পীবা মচানিপা অনী/অনী লৈরীবনি।

সুধা— মখোয় অনীগী ৱাকৎ য়াম্না লৈরে। জিয়ারামদি হৌজিক ৱা অমতা তাখিদরে। চিঙ্হক্তা পাউখুম পীবনি। কয়ারক হন্না মঙোন্দা লুহোংবগীদমক মীচৈ থারকই। অপিকপদুসু মহাক্না হায়বা ইল্লী। তোল্লবদু অঙাং অহনবু নীংশিংলগা কপচবনি।

নির্মলা— জিয়া ফত্তবা নত্তে। মহাক্না ফত্তবা লমচৎসে কদায়দগী তম্লক্লীবনো? ঐগীদি ৱা অমত্তা লৈথোকতে। খুদমদদা থবক তৌবনি।

সুধা— করি খঙলুনি ইনাও, তারিবনি হায়বা অদোম্না য়াম্বুংবু হু পীজদুনা হাৎলে অদোম মীহাৎপনি। অসিগুম্বা ৱাহৈ কয়া-কয়া ঙাংলকই। উকিল সাহেব য়াম্না কপ্লবনি।

ইহে, অঁদৈদি কাব হায়কনি নোংমদি নুংদুম পাযদুন ফাও চঙশিল্লকই।

নির্মলা— চিংলেম্না অবাবা ৱাখন্দা লুপ্লদুনা হায়রকই— অঙাংসিদি চাওরগা সৈতান ওল্লক্রেনে মঙোন্দা কনানা হাযরিবা মহাক্না হূ পীজদুনা হাৎলিবনি হায়বিবসিদি?

সুধা— মহাক নহাক্তনা চুমথোকপা ঙমগনি?

নির্মলাদা মসি অনৌবা অবাবা অমা হাৰ্পাপিবে। অদুদা জিযাগী মওংসি মপাগফাও খৎননবা শেম শাববদা ঐহাক্না হাযবদা ইনগদবনে? মহাক অহীং যাম্না থেং লবা ফাওবা ৱাখলসি খন্দুনা লৈবে। মংসাবামবু ঙসি মহাক যাম্না নীংশিংলকই। মহাক্না লোযননা পুন্সি নুংঙাইনা লেনগদবনি। অঙাংশিংগী মপাগী মাঙদা ফিভমসি ওইববা অদুদি মহাক্কী তুংদা মাগা লোযননা কবস্না ব্যবহাব তৌবক্কনি? য়ুমসু খৃত্তগী নাম্থোকখ্রে। খবা নৎত্রগা খবদি শেন্দোন লৈবিবনি শেলথোক্কী ফিবমসিদা। ঈশ্বৰ মক্না অবাবসি লাম্থোকপিগনি। ঙসি ইহান-হান্না অঙাংদুগী ৱাখল তৌবকই। তোল্লবীসিগী কবি ফিভম ওইবগবা খঙদে। ঈশ্বরনা অৱাবসি কোকথক্তা হাপকৎপিবে। ঐহাক্তী মসিগী দবকাব লৈখিদবনি। পোককে হাযববদি কনাগুম্বা লাযবক ফবা ইমুংদা পোক্কনি। অঙাংদু মহাক্কী মথাদা নপশিন্দুনা তুম্লী। মমানসু মঙোন্দা ওনশিনবীদুনা কোনবীবি। কনাগুম্বনা মুন্দুনা পুখিগদবগুম্না।

নির্মলাগী মনাক্তা সুধাগী ফমুং থাই। নির্মলাদি অবা ইপাক্তা ঈকপ্পী শান্নবি অদুগা সুধাদি নুংঙাইনা তুম্লী। মহাব মচানুপাগী ৱাখলদা ৱাদববা? শিবদি অঙাং অহলগী খেন্নবা থমদে। অদুদা সুধা কবিগুম্বা ৱাখলনা কবিগী নৈহৎলুই? মহাক্তী তুংগী ৱাখন্দা নীংবা কাযবা উদে।

খঙহৌদনা সুধাগী তুম্বা কাযবস্মী। মহাক্না নির্মলাবু হৌজিকফাওবা তুমদনা লৈব। থেংনবম্মী হাযবকই— ইহে, হৌজিকফাও তুমদবিবা?

নির্মলা— তুমনীংদদুনা?

সুধা— মীৎ উইশিল্লু মশানা তুম্নীংলক্কনি। ঐদি ফমুং যৌবগা শিবগা পাঙথক্কী। মীনা হৌদোকপকা তাবা নত্তে। খঙদে ঐসে অসুক তুম্নীংগল্লীবসে? তশেংনা অনাবা অমবা খঙদে।

নির্মলা — হোই যাম্না তুম্নীংগনবসু অনাবনি। মসিবু নিংথৌগী অনাবা (বাজবোগ) কৌই। ডাক্তব সাহেবত্তা হাযযু হিদাক চাবা হৌনবা।

সুধা- অসেম্বদা হৌগওনা কবি খল্লুনি? কবি কবিগুম্বদা ইপাম নীংশিংলকই। নুমিত্তুদা থেংনা তুমথবকই।

নির্মলা — যেংউ, সোচনসু হৌবকলে। নহাক হৌগৎলবদুদা মহাক্না কবম তুমদুনা লৈগনি?

সুধা— হোঁই ইনাও, মহাক্কী অঙকপা হৈনবীনি। ঐগা লোয়ননা তুনগনি নৎত্রগা তৌগনি। মপোক্তুগী কনাগুম্বা তপস্বীনি। য়েংউ, মহাক্কী লায়বক্তা চন্দনগী খুদম লৈরিবসে পাম্বোমদসু অসিগুম্বা খুদম লৈ। শোয়দনা কনাগুম্বা তপস্বী অমনি।

নির্মলা— তপস্বীদি চন্দন-তিলক তিনদে। মপোক্তুগী ফত্তব পূজারী ওইরিনি। করিনোনে, নঙ কদায় ব্রায়গী পূজারী ওইরম্মী হায়য়ু।

সুধা— মসিগী লুহোংবসি ঐদি অঙাংদুগা হোংগনি।

নির্মলা— চৎথোকউ ইচে, চৈরিবরা? মচনদুবু মবূংগা লুহোংবরা?

সুধা— ঐদি হোংগনি অপাম্বা কনানা হায়সনু। অসুক ফজবী ইমৌ কদায়দগী ফংগনি? য়েংউদনা ইনাও, মসিগী মশাসে শাবরা নৎত্রগা ঐতনা খনবরা?

নির্মলা সোহনগী মরায়বক শোক্তুনা হায়রকই নত্তে নত্তে, হকচাং শাই। লাইহৌসি করম কান্দগী হৌরকপনো? খোম থকপা নৎত্রনে?

সুধা— হৌজিক্তা তুম্নীবনি মদুদদি ইংবনি। তশেংনা ইংলম্বগনি, ফি শুপচিন্দুনা শুম্লগে। অয়ুক ফাওবদা ফজখ্রগনি।

অয়ুক ওইরে সোহনগী ফিভম হেন্নদুম ফৎচিলক্ত্রে। মহাক্কী মনাতোন মহী চেল্লী। লাইহৌসু ব্রাংখৎলকই। মীৎ পাংথোকই, কোক নোনথৈ। মহাক খোঙ-খূৎ হাইদে নোক-খেদে, বস তুমিন্না তাদুনা লৈরে।

অসুম্না খল্লী, মহাক মতমসিদা কনাগুম্বনা ঙাংবা শকপা নুংঙাইতবগুম তৌই। লোক খরসু লাকপগুম তৌই। হৌজিক্তী সুধা মিপাইরকই, নির্মলাগীসু মোত লৌরে, ডাক্তর সাহেবপু কৌনবা তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অহল ওইরবী মমানা হায়রকই— ডাক্তর মাইবগী থবক নত্তে তশেংনা উরিবসিনি অঙাংসে হিংচাবী চঙলে। মসিদা ডাক্তর করি তৌগনি?

সুধা— ইমা ইবেম্মা মঙোন্দা কনানো চঙগদৌবনো? হৌজিক ফাওবদি কদায়দসু মপান থোক্লুদে।

মমা— মীৎয়েং কনানাসু চঙবা নত্তে ইবেম্মা, কনাগুম্বগী মীৎয়েং ফত্রবদি মতোমতা চংখিবনি। করি করিগুম্বদা মমা-মপাগী মিৎয়েং ফাওচঙবা য়াওই। ঐদি মহাক্কী মখোঙ-মখূৎ উরুরগা কিবা ফাওরকই। করিনো খর ফগদবা মাল্লক্তে। মমিৎসে উবা ঙমদে, কয়াদা কনখ্রবনো? মসি হিংচাবী চঙবগী খ্বাইদগী চাউবা খুদমনি।

অহল ওইরবী মীনাইনুপী, য়ূমলোন্নবগী পণ্ডিতকী নুপীনসু ব্রাফমসি নৈনরে। মহঙ্গ নসু লাক্তুনা অঙাংগী মমায়দু য়েংই। অদুগা নোক্তুনা হায়রকই মসি মিৎয়েঙ চঙবনি। অতৈ করিসু নত্তে। তিংথৌ মতোন খরা হেকহনবীরকউ। ঈশ্বরনা চাল্লবদি সন্ধ্যা ফাওবদা অঙাংসে নোক্লক্কনি।

তিংথৌ মতোন মঙা পুরকই। মহঙ্গুনা মদু চপ মান্ননা শেন্নগা লংলা অমনা পুনশিল্লে। য়াইঙং মচু মানবা কোঙোল খরা থিৎলদুনা মদুদা লুপ্পগা সোহনগী মকোক্তগী মশা পুম্বা নাম্থরকই। অদুগা য়েংবদা তিংথৌ মতোন্দু অচৌ-মচা নাইরকই। নুপী পূম্নমক অঙকপা মতৌদু উবদা পূমঙক ঙক্লখিবনি। হৌজিক হিংচাবী চঙবনি হায়বদা কন্না চিংনবা লৈরিবগে? মহঙ্গুনা অমুক অঙাংদুদা নানবা হৌরকই। হৌজিক অমুক তিংতৌদু চপ মান্নখ্রে। সুপ্নগী খরদমক মঙাইরে মান্নদবা। মসি পূম্বা ৱাফমসিগী প্রমাননি। মীৎয়েংদু খরদি লৈরি।

মহঙ্গু পূম্নমকপু আশা পীরমলগা অমুক লাক্লবা হায়রমলগা চৎখ্রে। অঙাংসি নুংথিলদা ফিবম অমুক হেন্না ফৎশিল্লক্তে। লোক খুবসু কনশিল্লকই। নুমিদাংৱাইদা মহঙ্গু অমুক লাক্তুনা তিংথৌগী কুম্মৈ তৌই। মতমসিদা তিংথৌ মঙাদু চপ মান্নে। নুপীশিংদু অৱাবা কোকখ্রে। তৌইগুম্বসুং সোহন অহীংচুপ্পা লোক খুদুনা লেল্লকই। কয়ারক হন্না মমিৎ ওনখৎলকই। সুধা অমদি নির্মলা ফমদুনা নোংঙাল্লী। অহীং ফন্না হৌখরে। হৌজিক অহন ওইরবী মমানা অনৌবা মচু অমা পুরকই। হৌজিক মহঙ্গুনা হিংচাবী তাম্থোকপা ঙমদরে অদুনা অমুক মৌলবী অমদা মন্ত্র-যন্ত্র তৌহনবা দরকার ওইরকই। সুধা হন্দকসু মপুরোইবদা পাউ পীবা ঙমদরে। মীনাই নুপীনা সোহনবু ফি অমনা য়োমশিন্দুনা মসজিত অমদা পুখ্রে মন্ত্র-যন্ত্র কামথোকহন্নবা। নুমিদাংৱাইসু মন্ত্র-যন্ত্র কামথোকহল্লে। অদুবু সোহন কোক হাইগত্তে। নুমিদাং ওইরে। সুধানা মপুক্লিংদা খনজৈ, নুমিদাংসি নীংথিনা লেঞ্জরগদি অয়ুক অঙনবদা তেলিগ্রাফ তৌরগে?

তৌইগুম্বসুং অহীংদা নীংথিনা লেনবা ঙম্নমদে। অহীং তম্থাই য়ৌরকপদা অঙাংদু খুত্তগী নাম্থোকখ্রে। সুধাগী পুক্সিগী লন উনা-উনা মহাক্কী মখুত্তগী মুন্দুনা পুবিখ্রে। মহাক্না লুহোংবসিগী নুমিৎ নিনী মমাঙদা হরাও তয়ামহল্লম্বদো ঙসিদি য়ুম পূম্বা কপহল্লে। মহাক্কী ইচম চম্বা মশক্তু উরগা মমাগী থম্মোয় কায়খরে। য়ুমগী মীপূম খুদিংনা থেমজিল্লী অদুবু মহাক্কী পিরাং ঈচেলদি লেপ্পা লৈতে। খ্বাইদগী অৱাবদি মপুরোইবদা করম মায় উৎলুগনি হায়বসিনি। মহাক পাউসু পীখিদে। অহীংদুদা পাউ পীখরে। মথংগী নুমিত্তা ডাক্তর সিনহা পূং ৯ তারকপদা মোটর তোংদুনা থুংলরে। সুধা মহাক লাকপগী পাউ তারগা হেন্না নুং হিক্লনা কপখৎলকই। অঙাংদুগী দাহ কর্ম লোয়খরে। ডাক্তর সাহেব কয়ারক হন্না ইমুংদা চঙলকই অদুসু সুধা মহাক্কী মনাক্তা চঙদরে, করম চঙলুগনি? করম্না মায়সি উৎলুগনি? মহাক্না পঙবদগী পুক্সিগী রত্ন মুনবীদুনা ঈশিংদা থাদবিখ্রে। হৌজিক মহাক্কী মনাক্তা চঙবদা থম্মোয় মচেৎ মচেৎ তনা কায়খিগদৌই। অঙাংদু মতম্বাক্তা উজবদা মপুরোইবগী মিৎয়েং ঙাম্থোকচবনি অঙাংনা মখোঙ তুরোই-ঙামলোই থাংদুনা মপাদা চৎখিরম্মী, মমানা অমুক কৌজরকই, অদুদা মপাগী মথাদ নপশিনখিবনি, লাক্ষ নুংশিনা চুপ-খোক্তুনসু মপাগী মথাদগী

লাকউ য়াদবনি। অদুদা মমানা হায়রকই— য়াম্না ওইজবা পান্মীদা?

ঙসি কনাবু পমদুনা মপুরোইবদা উৎলুগনি অমদি মনাক্তা চৎলুগনি। মহাক্কী হাংলবা তম্বাক উরগা লাউদুনা কপ্লক্লবদি? মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলুবগী মহুৎ শিখিবনা হেন্না লায়না থোক্কনি খল্লী। মহাক মিৎকুপ অমা ফাও নির্মলাবু থাদোক্তে মরমদি মপুরোইবগী মমাঙদা তারুদনবনি।

নির্মলা— ইচে হৌজিক ওইবা হৌনবদু ওইখ্রবনি কয়াম কুইনা মঙোন্দগী লোক্তুনা চেল্লুগনি? অহীংদা চৎলগনি। ইমানা হায়রম্বনি।

সুধা পিরাং ইরা— চেল্লদুনা য়েংলগা হায়রকই— করম্না মায়সি মঙোন্দা উৎলুগনি? মহাক্কী মনাক্তা চৎপদা খোঙ থাংবা থোক্তে করিগুম্বদা তুরুগদবা কিজে।

নির্মলা— চৎলো ঐ নঙগা লোয়ননা চৎলসি। নহাকপু শৌদুনা ঙাক্লগে।

সুধা— ঐবু থাদোক্তুনা চেললোইকো?

নির্মলা— নত্তে, নত্তে সুকচেল চেল্লোই।

সুধা— ঐগী থম্মোয়দি হৌজিক্তা ঈপোম হৌরকই। ঐহাক তমথীরবা বজ্র তাবা ফাওবা ফল্লীবনি। মসি ঐহাক ঙক্লীবনি। সোহনবু য়াম্না লুনা তৌজবনি ইনাও, খঙদে মহাক্কী থম্মোয়গী ফিভম করি করম তৌরমগবা? ঐহাক মাবু করম থেমজিনগনি? ইশামক কপ্তুনা লৈরনি। অহীংসি মক্তদা চৎলগদ্রা?

নির্মলা— হোই, ইমানদি হায়বনি, ছুটি লৌদে হায়বনি।

ডা. সহেব সুধাগী ফিভম করম তৌরমগদবনো খনবদা মীপাইরম্মী। মরূপ অনীদু নুপাগী কারোমদা লাকই। তৌইগুম্বসু কাগী থোং য়ৌরকগদি নির্মলা থাদোক্লমদুনা মতোমতা কা মনুংদা চংখিবনি। মখল-মখলগী চিংনবনা পূক্লিং থুমহৎলকই। চৎনবগীদমক শেম-শারিবনি অদুবু পূক্লিংনদি পামজদে। পুন্সি ইহাং হাংবগুম তৌরে। থম্মোয়নুংদা শাওজরকই। করিগুম্বদা ঈশ্বরনা অসুক থুনা মুনবীগদবা লৈরবদি পীনবিরিবনা করিগীনো? মহাক্তী মচাগীদমক ঈশ্বরদা নীজখিবসু লৈখিদে। পুন্সি চুপ্পা মচা ফংদনা লৈবা ঙমগনি অদুবু মচা ফংলবা অদু অমুক মাংজবা হায়বসি মহাক খাঙমদবা পোক্লীবনি। তশেংনা মীওইবসে ঈশ্বরগী শান্নপোৎলা? অদুগা অঙাংশিংনা শাবা য়ূম মরম লৈতনা থুগাইবদুরা? অদুগা অঙাংশিংগী মখোয়গী য়ূম চেনা শাবা হিনাওশিংগী উনা শাবা শগোল শিংগী মমতা লৈজবনি। অফ-অফবা শান্নপোৎসু থব্রায়গী তুংদা লোক্তুনা থল্লীবনি। করিগুম্বা ঈশ্বর অঙাং ওইরবসু অঙকপা অঙাংনি।

বুদ্ধিনদি মদু ঈশ্বরগী রুপনি হায়বা য়ানীংদে মপান নাইদ্রবা সৃষ্টিগী থৌবু তথক্লবা

অঙাং ওইফম থোক্তে। ঐখোয়না মাবু গুন পূম্বনা লৈতেংহল্লী। মদু ঐখোয়গী বুদ্ধিগী ৱাংমদা লৈবনি। শান্নবগী মতৌদি অদুগুম্বা চাউরবা গুণশিংদুদা য়াওদে। নোক-খেদুনা শান্নজরিবা অঙাংগী থবায় লৌববু শান্নবরা? ঈশ্বর হিংচাবগী মশান্নসি শান্নরমগদরা?

খঙহৌদনা তপ্না খোঙ থাংদুনা ইমুংদা চঙলুরে, ডাক্তর সাহেব হৌগত্তুনা লেপ্লী। মহাক্কী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রকই— নহাক কদায়দা লৈরুই, সুধা? ঐহাক নঙগী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্বনি।

সুধাগী মিৎমাঙদা কাদু লয়রবগুম উরকই। মপুরোইবগী মঙক্তা মখূৎনা কোল্লদুনা মথাদ মঙক ঙাথদুনা কপ্পা হৌরকই তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পিরাং ঈহৌদুমক্তনা মহাকপু মপান নাইদনা তপথবা অমদি থেমজিনজবগুম থল্লকই, মপুরোইবগী মথাদা নপশিনজদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা অঙকপা থৌনা অমদি পাঙ্গল লাকপগুম থল্লকই। নুংশিৎ নিক নিক লাউনা লৈরিবা থাওমৈনা ফিজিগী মরুম ফংলবগুম।

ডাক্তর সাহেবনা মহাক্কী নুপীগী পিরাংনা চোৎলবা খজাইবু মখূৎ অনীনা তৈথোকপিদুনা হায়রকই— সুধা, নহাক অসুক পূকচেল পিক্লীবা করিগীনো? সোহন পুল্সিদা করিনো খরা তৌবা লাকম্বনি মাগী থবক লোয়রবনি অদুনা করিগী মহাক ফমদুনা লৈগদবনো? করিগুম্বা উপালদু ঈশিং অমদি মঙান্দা চাউখৎলকই তৌইগুম্বসুং নুংশিৎকী অকনবা শাফুদগী কনজনবনি। অদুম্না নুংশিৎসু অৱাবগী চৈফুদা চাউখৎলকইবনি। হরাউবাদা নোকমিন্নবা য়াম্না লৈবনি অৱাবদা লোয়ননা কপ্পীবদু অশেংবা মরূপনি। নুংশিনবা শিংদুনা কপ্পা খঙদ্রবদি নুংশিবগী মহাও খঙগদরা? সোহননা শিবসিনা ঙসি ইবানীগী তোঙানবা মতৌদু তশেংনা মাংহনখ্রে। ঙসিমক ইবানীনা অমানা অমগী অশেংবা মওংদু উবা ঙমজরে।

সধানা নুংহিক্লনা হায়রকই— ঐহাক মিৎয়েংগী লৌনমদা লৈরুরে। নহাক মাগী মায়থোঙসু উবা ফংখিদরে। খঙদে নুমিৎশিংদুদা মহাক কদায়দগী খঙলক্লীবনো? ঐনা কপ্পা উরগা মশাগী অৱাবা কাউথোক্তুনা মোমোন নোক্লকই। হৃমনি শুবা নুমিত্তগী মমিৎ পাংখিদে। হিদক লাংথকসু করিমত্তা তৌবা নংহৌদে।

মসি ঙাঙ-ঙাঙলদুনা সুধাগী পিরাং ঈথক ঈচেল কনখৎলকই। ডাক্তর সিনহানা মাবু মথাদা কোনশিনবিদুনা নুংহিক্লরবা খোঞ্জেলদা হায়রকই— নুংশিরবী, ঙসি ফাওবা কনাগুম্বা অঙাং নৎত্রগা অহন শিখিদবরা? অদুদা ইমুং মনুংগী মীশিংনা হিদাক লাংথক তৌবদা পেননখিবরা?

সুধা— নির্মলানা ঐবু ইতেং পাংই। ঐদি ঙাইহাক উইবু উইরুই মহাক্তী উইফাও উইখিদে। অহীং চুপ্পা মফমদুনা নৎত্রগা পমদুনা কোইচৎ চৎলী। মহাক্কী তৌবীমল কৈদৌঙৈদসু কাউররোই। ঙসিমক নহাক চৎলগদরা?

ডাক্তর— হোই ছুটি লৌবা তাঞ্জা ফংলক্তে। সিবিল সর্জন শিকার চৎখিবনি।

সুধা— মহাক্তী মতম লৈবা খিবিক্তা শিকার তৌবা চৎলিবরা?

ডাক্তর— নিংথৌশিংগী থবক অতৈদি করি লৈরুনি?

সুধা— ঐদি ঙসি চৎপা য়াররোই।

ডাক্তর— অদুবুদি ঐসু চৎনীংতবনি।

সুধা— চৎলনু, টেলিগ্রফ থাখো। ঐসু নহাক্কা লোয়ননা চৎলগে? নির্মলাসু পুদুনা চৎলনি।

সুধা মফমদুদগী হল্লক্লে। মহাক্কী থম্মোয় পোৎলুম য়াংজরকই। মপুরোইবগী প্রেম্না থল্লবা থোৎলবা বাহৈনা মহাক্কী অৱাবা পূম্বা অমদি মৈচাকপু মুৎথৎপিরকই। প্রেমদা মপান নাইদ্রবা থাজবা ফংই। মদুদা তপথবা অমদি পাঙ্গল ফংজরিবনি।

## তারানিপাল

ঐখোয় করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা তারবদা সুপ্নগী ঐখোয় ইশাগী অরাবদু খাঙবদা নত্তনা অতোপ্পগী মীচৈসু খাঙবা তারকই। মীশিংদি ঐখোয়দা গুণ-দোষ শন্দোকনবা তাঙ্গা ফংনরিবনি। মদুগীদমক্তা মতম লৈবা খিবিক্তা নুংঙাইহন্ত্রীবনি। মংসারাম করম্না শিবনো? সমাজনা অদুদা খোঞ্জেন থাঙ্গৎনবা পাম্বৈ ফংখ্রে। মনুংগী ৱা কনানা খঙলুনি, মপানগী ৱাফমদি অসিনি, মমা অতোনবীগী খুজিন থৌরাংনি। মায়গৈ মরীমক মসিদা নৈনরীবনি। ঈশ্বরনা অঙাংশিংবু মমাতোনবীনা য়োক্তবা ওইসনু। শেম শারবা য়ুম, চাইখাইগদবা, মশাগী নুংশিরবা মচাগী ঙক্তা ছুরিনা লেনগদবা, মহাক্তুনা মচা লৈনা-লৈনা অনীশুবা লুহোংবা, অতোনবী লাকপদা য়ুম কাইদবা উখিদ্রি। মহাক্না মচাশিংদা থৱায় তাজনা নুংশিজরম্বদু, অতোনবী লাক্লগা য়েক্লবা ওইরকই। মহাক্কী ৱাখল হোংলকই। লোন্নবীনা পোক্লম্বা মচাবু মশাগী মচানি খনবা ঙম্বী অদুগুম্বী দেবীদি পোকপু পোক্তরি।

লুরিবদি মীওইবনা মদু শন্দোকপদা পেনবা ঙম্নদে। পূকচেল চাওবা মীওই খরসু লৈ মখোয় হৌজিক জিয়ারাম অমদি সিয়ারামবু থোইদোক্লা নুংশিজরকই। মখোয় অঙাং অনীসিদা য়াম্না নুংশিহৈবা, থৌজাল ফোঙদোকই, মসিদা নত্তনা নুপী অনী/অহুমদি মমাগী ফজবা লীচৎপু নীংশিংলুরগা পিরাং শিন্থরকপা য়াওরকই, হায়-হায় তোল্লবীদুনা করি খঙলুনি, মহাক্লা শিখিবা মতুংদা মহাক্কী নুংশিজরবা মচাশিংগী ফিভমসি য়ৌনা ফৎলক্লোই হায়বসি। হৌজিক শঙ্গোম মপান কদায়দগী ফংলিনি। সিয়ানা হায়রকই— করিগী ফংদনি?

নুপীদুনা হায়রকই— ফংই হায়বা। ইহে, ইবুংঙো, ফংবদুসু মখল য়াম্বনি। ঈশিং য়ানবা শঙ্গোম পৈশা অনীগী লৌরগা থম্মী, থক্লীংলগা থকউ, থক্লীংদ্রগা তোকউ, কনানা হংউনি। নৎত্রগা মীনাইশিংদা শঙ্গোম শুমহল্লগা লৌরুনি, মদুদি মায়থোঙনা তাকপনি। শঙ্গোম থকপগী মায়থোঙ লোৎপা য়াদবনি। অদুগুম্বা মায়থোঙদু লৈত্রেদা।

সিয়ারাম মমা লৈরিঙৈগী শঙ্গোমগী মহাও খঙহৌবা নত্তে মরাল থংজিনবসিগী পাউখুম পীগদবসু? অদুগা মতমদুগী মাগী মায়থোঙসু উহৌবা নত্তে, তুমিন্না লৈরে, অসুগুম্বা অফবা পামজবশিংগী প্রভাব তাবসি হৌনশানি। সিয়ারাম ইমুংগী মীশিংদা শাওনীংলকই। মুন্সীজী

য়ুম নিলাম তৌখ্রবা তুংদদি ভাড়াগী ৱাখলসু তৌরকই। নির্মলানা শঙ্গোম মপান থিংখরে। শেনথোক হান্নগুম লৈত্রবনিনা খরচ হান্নগুম করম লৈগনি? মীনাই অনীদুসু চৎহনখ্রে। জিয়ারাম্না ককথ-খোৎথবসি ফত্তনা থল্লী। নির্মলানা মপামদা চৎখ্রিঙৈদা মুন্সীজীনা শঙ্গোমসু থিংখ্রে। নৌনা পোক্লীবী নুপীমচাসিগী অৱা-ৱাখল হৌজিক্তগী মকোক্তা তোংলরে। জিয়ারাম্না শওরংননা হায়রকই— শঙ্গোম থিংলবনিনা য়ুম শারনি, চাবসু থিংবীয়ু?

মুন্সীজী— শঙ্গোম থকপগী নুংঙাইবা পান্নবদি চৎলগা শুমদুনা করিগী পুরক্তে। ঈশিংগী পৈশাদি ঐদি পীনীংদে।

জিয়ারাম— ঐনা শঙ্গোম শুম্বা চৎলবদি স্কুলগী অঙাংশিংনা উখ্রবদি?

মুন্সীজী— করিসু ইকাইনিংঙাই লৈতে, হায়য়ু ইশাগী শঙ্গোম লৌদুনা পুরকপনি। শঙ্গোম লৌরুবসে হুরানবা নত্তেনে।

জিয়া— হুরানবা নত্তে, অদোম্মক শঙ্গোমদু পুরকপা উরগা ইকাইরোইদবরা?

মুন্সী— তশেংনা ইকাইদে, ঐনদি খুৎসিনা ঈশিং চিংখৎলিবনি। মরু মরাংগী বোরা পুরকলিবনি। ঐগী ইপাদো লাক্ষপতি নত্তে।

জিয়া— ঐগী ইপাদি লাইরবা নত্তে। ঐ শঙ্গোম শুম্বা করিগী চৎলুনি। অরেম্বদা অদোম্না মীনাইশিংবু করিগী চৎহনখ্রিবনো?

মুন্সী— নখোয় অসি ফাওবা খনবা ঙমদ্রবরা? ঐগী শেলথোক হান্নগা মান্নদরে। অদুক পঙবদি নত্রেদনা?

জিয়া— তশেংনা অদোমগী শেনথোক তাখিবা করিগীনো?

মুন্সী— নখোয়না লৌশিং তাদ্রবদবু করি তাক্লুনি। সিদা পুল্সিসে পেল্লবনি, কেস কনানা লৌরুনি, অদু লৌরুরগসু কনানা শেম-শাগনি? আশা পুম্বা অপংবদুগা লোয়ননা চৎখ্রে।

জিয়া— নশাগী নখুৎমক্তা নৎত্রা?

মুন্সী— হায় অপঙবা। মসি ঈশ্বরগী মনিংনি। মশাগী মখুৎনা কনানা মঙক ককচবগে?

জিয়া— ঈশ্বরদি অদোম্বু লুহোংবীবা লাকতেদনা?

মুন্সীজী খাঙবা ঙমদরে, মমিৎ ইঙাংঙাংলদুনা হায়রকই— ঙসি নহাক খৎননবা শেম শাদুনা লাক্লীবরা? তশেংনা করম্বা শক্তিননো? ঐবু থাক-য়োকপা ঙম্লবরা? মদু ঙম্লবা কান্দা পাউতাক পীয়ু, মতমদুদা ঐহাক তাগনি। হৌজিক নহাক ঐঙোন্দা পাউতাক পীবগী অধিকার লৈতে। নুমিৎ খরনিদি হায়বা ইনবা অমদি লমচৎ-শাজৎ তমখো। নহাক ঐগী পাউতাক পীনবা মী নত্তে। ঐনা থবক তৌবদা নঙোন্দগী পাউতাক লৌগদবা নত্তে। ঐহাক্না তানবা লননি, মসি অপাম্বা

মওংদো খরচ তৌগনি। নহাক ৱা ঙাঙবগী হক লৈতে। করিগুম্বা অমুক হন্না লমচৎ নাইদবসি তৌরবদি মদুগী ফল অফবা ওইরোই। মংসারামগুম্বা রত্ন মাঙখ্রবদা থৱায় থাখিদ্রবনি অদুদা নহাক য়াওদনা শিগদবা নত্তে খঙলবরা?

অসুক কনবা মীচৈ তারবসু জিয়ারাম মফমদুদগী লেঙদে। চিংনবা লৈতনা হায়রকই— অদুদি অদোম্না পাম্মীবসে ঐহাক অৱাবা কয়া খাঙলবসু ৱা ঙাঙগনু। ঐঙোন্দদি মদু ওইথোক্লোই। য়াম্বৃংনা লমচৎ ফজবা অমদি ব্যবহার ফজবগী মনা ফংখ্রে, অদুগী ঐহাক অপাম্বা লৈতে। অদুগুম্বা লীচৎতুদা লাপ্না খুরুমজরি।

মুন্সী— নহাক অদুম্না ঙাংবসি ইকাইবা খঙদরা?

জিয়া— অঙাংদি অহল-লমলগী মতৌ তম্বনি।

মুন্সী অশাওবা নেমথখ্রে। জিয়ারামদা মদুগী প্রভাব তাররোই। মসিদা মহাক থাজবা ঙম্লে। হৌগত্তনা কোইবা চৎখ্রে। ঙসিদি য়ুমসি মাঙনবগী পাউ ফংলবগুম খল্লী।

নুমিত্তুদগী মপা অমদি মচাগী মরক্তা করিগুম্বা অমা নৎত্রগা অমগী মরমদা শাউনৈ। মুন্সীজী অসুম তৌরিঙৈদা জিয়ারাম অমুক্তা হেন্না কনখৎলকই। নোংমদি রুকমনিদা অসিফাও হায়রকই— ইপানি খন্দুনা থাদোকপিরবনি নৎত্রবদি ঐগী অসিগুম্বা মরূপ ময়াম লৈবাজাৎনি। কৈথেন তিনখৎলকপদা ফুহনগদবনি।

রুকমনি মুন্সীজীদা তম্মী। মুন্সীজী ফোংদোকপা মওংদদি থওইদবগুম উৎলি অদুবু মহাক্কী পূক্নিংদা চিংনবা পোকই।নুমিদাংৱাই কোইবা চৎপা তোক্লে। অনৌবা অৱাবা ৱাখল খল্লী। মসিগী অকিবসিনা নির্মলাবুসু পুরক্তবনি। মঙোন্দসু অসিগুম্বা ব্যবহার তৌরক্কনি। জিয়ারাম্না নোংমসু তপ্লপ্না হায়খিবনি— য়েংগে য়ুমসিদা করম্না লাকপগে? থাপলিঙৈদগী মীচৈ থাদ্রবা জিয়ারাম ইমিং মুৎখ্রগে? হনুবা মিয়া করি তৌবগে য়েংগে?

মুন্সীজীসু খঙজরে মসিদা করিসু তৌবা ঙমলোই। অতোপ্পা মপানগী মীওই ওইরবদি পুলিস অমদি আইননা পুন্দুনা থমগদবা মশাগী অঙাংশিবু করম তৌরুনি? অচুম্বনি মীওইবনা মায়থীবসে মশাগী অঙাংশিংদনি।

নোংমদি ডাক্তর সিনহানা জিয়ারামবু কৌদুনা থেমজিনবা হৌরকই। জিয়ারাম মহাকপু ব্যবহার তৌবনি। তুমিন্না ফমদুনা তারম্মী।

ডাক্তর সাহেবনা হংলকই— তশেংনা নহাক্না পাম্বীবসি করিনো?

মদুদা মহাক্না হায়রকই— তশেং-তশেংনা হায়দোককে ফত্তনদি লৌবিগনু?

সিনহা— নত্তে, নহাক্কী পূক্নিংদা লৈবদু তশেংনা হায়দোকউ?

জিয়ারাম—অদুদি তাবিয়ু য়াম্বৃং শিখিবগা পাবুংগী মশক উবদা শাওনীংই, ঐহাক্না খল্লী, মহাকসিনা য়াম্বৃংবু হাৎপনি অদুগা নোংমা তাঞ্জা ফংবদা ঐখোয় অনীবুসু

হাৎতোক্কনি। অদুগা মাগী অনীংবসি লৈত্রবদি করিগী লুহোংলিবনো?

ডাক্তর সাহেব য়াম্ন ৱানা নোক্লীংবা থিংলগা হায়রকই— নখোয়বু হাৎনবগীদমক লুহোংবগী দরকার লৈ হায়বসি ঐহাক খঙবা ঙমদে। লুহোংদ্রবসু হাৎপা য়াইনা।

জিয়া— করিগুম্বদসু মদু ঙমলোই। মতমদুদদি মহাক্কী থম্মোয় মওং অমা ওইরম্বনি। ঐখোয়বু থৱায়দগী হেন্না থল্লী। হৌজিক মায় ফাও য়েংনীংদরে। মহাক্কী অনীংবদি য়ুমসিদা মবানী নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈহন্নীংদে। হৌজিক নুপামচাশিংসে মহাক্কী লম্বীদগী তাঙ্খোকখিবা পাম্বনি, মসি মবানীগী পূক্নিংগী অপাম্বনি। ঐখোয়দা মখল-মখলগী অৱাবা পীরগা তাঙ্খোকখিবা পাম্মী। মরমসিনা হৌজিক মতমসিদা কেস লৌদে। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অসি চেনখ্রবদি মদুদা য়েংবিয়ু কয়া নুংঙাইনা লৈবগে হায়বদো?

ডাক্তর— অদুবু নখোয়বু তাঙ্খোক্কে হায়বদি মরাল অমা শিজিন্নগা য়ুমদগী তাঙ্খোকপা য়াই।

জিয়া— অদুগীদমক্তা হান্নদগী শেম-শাদুনা থম্নবনি।

ডাক্তর— তাগে, করি করম্না শেম-শারিবনো?

সিয়া— তাঞ্জা ফংবদা য়েংবীয়ু।

মসি হায়রন্নগা জিয়ারাম চৎখ্রে। ডাক্তর সিনহানা য়াম্না কৌই। অদুবু হন্না ফাওবা য়েংলমদে।

নুমিৎ কয়ানিমুক্কী মতুংদা জিয়ারাম্না ডাক্তরগা উনরম্মী। ডাক্তর সাহেব সিনেমা পামজবা মীনি অদুগা জিয়ারামগী মথৱায়দি সিনেমাদা লূপচবনি। ডাক্তর সাহেবনা সিনেমাদা আলোচনা তৌদুনা জিয়ারামগী ৱারী শান্নরম্মী। চানবা মতম ওইরকই। মবানীমক চানবা ফম্লম্মী। জিয়ারাম মফমদুগ চাক ইনশাংদু য়াম্না হাওরম্মী হায়রকই — ঐখোয়দদি মহারাজদি ইনশাং ফজনা থোংই তঙাইফদনা চারম্মী অদুবু চাবরোমদা পূক্নিংসু চঙদরে।

ডাক্তর— ঐগীদি য়ুমদা চাক থোংলবদি মসিদনা হেন্না হাওজৈ নখোয়গী ইনেবেম্মাদি চনম-তিলহৌ শোক্লীরোইনে?

জিয়া— হোই, সাহেব, ফুত্তোক্লগা থম্মী। লালাজী কনা চারবা কনানা চাদ্রিবা থৌশাবিদে। মরমসিনা মহারাজবু তোঙানহল্লবনি। করিগুম্বা পৈশা লৈত্রবদি লিক-কোন কদায়দগী শাগনি?

ডাক্তর— ৱাফমদু নত্তে জিয়ারাম তশেংনা শেলথোক য়াম্না তান ফংলবনি। নখোয় মহাকপু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রবরা?

জিয়া— (নোক্তুনা) ঐ মাবু নুংঙাইহন্দে? ঐঙোন্দগী ৱাশক লৌবিয়ু করিগুম্বদা মঙোন্দা করিসু হায়জদে। ঐবু বদনাম তৌনবা থৌরাং তৌরিবনি। দরকার লৈতনা

য়েংশিল্লীবনি। অসিদা নত্তনা ঐগী মরূপশিংদা ফাওবা শাউরিবনি। অদোম খনবীয়ু, মরূপ য়াওদনা হিংদুনা লৈবা ঙম্বীবরা? ঐদি বদমাশসু নত্তে, করিগী ফত্তবা সঙ্গ তৌরূদৌবা অদুবু নুমিৎ খুদিংগী মরূপকীদমক ঐবু নুংঙাইহন্দে, ঙরাংদি ঐনা শেংনা হায়রবনি। ঐগী মরূপ য়ূমদা লাক্কদবনি। কনাগুম্বনা ফন্না খনগে খল্লু, ফত্তনা খনগে খল্লু অওইবা অমা ওইসনু, মতম পুম্বদা চৈ থংবা খাঙবা ঙমদে।

ডাক্তর— ঐদি ভয়া, মঙোন্দা থৌজানগী ৱাখল তৌরকই। মতমসি মহাক্কী পোৎথানবগীনি, অমরোমদা অহল ওইরবা অদুগীসু মথক্তা মচাগী অৱাবা মশাসু ফত্তরে, অসিগুম্বা মীওইনা করি তৌবা ঙমগনি? মহাক করিনো খরা তৌরিবদু ফরবনি। হৌজিক মহাক করিসু তৌবা ঙমদ্রবসু লমচৎ শাজৎনা মাবু নুংঙাইনা থম্বা ঙম্মী। অহলশিংবু নুংঙাইনা থম্বা হায়বসে অরুবা থবক নত্তে। অশেংবদু খঙঙু, নহাক্না নোক্নুনা ঙাংবনা মহাকপু নুংঙাইনা থম্বদা মতিক চাবনি। মসিদং হংবদা নঙগী করি মাংজবা লৈবগে- বাবুজী অদোমগী হকচাং করম তৌরিবগে? মহাক নহাক্কী লমহেনবা মতৌ উবদা মপুক্লিংদা খোইশাওনৈ। ঐহাক নঙোন্দা শেংনা হায়রিবসিনি। কয়ারক হন্না কপ্লবনি। মশানা লুহোংলুবসে লাল্লী হায়বসি য়াজরবনি। তৌইগুম্বসু নহাকনা নশাগী নথৌদগী করিগী মায়রৈনরিবনো? মসি নখোয়গী পাবুংনি। নখোয় মহাক্কী সেবা তৌগদবনি। ৱাহৈ অমফাও চিন্দগী ঙাঙথোকলোইদর্বনি। মদুনা মহাক্কী নুংঙাইরোইদৌবা। মহাকপু ৱাখনসি খননবা তাঞ্জা করিগীপীরিবনো? নখোয় পুম্বা মানা তাল্লগা চারিবনি হায়বসে। হংবিনবদি কনাসু লৈতে। ঐগী চহী নঙোন্দগী য়াম্না হেল্লবনি, জিয়ারাম। অদুবু ঙসি ফাওবা পাবুংদা করিগুম্বা ৱাফম অমগী পাউখুম পিদে। মহাক ঐবু চৈ, কোকনোন্দুনা তারিবনি। খঙই, মহাক্না খর হায়রিবদু ঐগী কান্নবগীদমক্তনি। ইমা-ইপাদগী হেনবা ঐগী কান্নবা খনবীবা অতৈ কনা লৈরিবগে? মখোয়গী লমনবু কনানা শিংবা ঙম্লীবনো?

জিয়ারাম ফমদুনা কপ্লী। হৌজিক ফাওবা মাগী অফবা লীচৎ মাঙখিদ্রি। মশাগী ফত্তবা মতৌদু শেংনা উরকই। অসুক লাংতক্লবদি কৈদৌনুংদসু তৌখিদ্রি। কপ্লদুনা ডাক্তরদা হায়রকই— য়াম্না ইকাইজৈ অতোপ্পনা হায়জিনবদা থাজরুরে। অদোমদা ঐ ৱাকৎ খজিক ফাও তাহনজরোই। অদোম্না পাবুংদা ঐগী ইৱান ঙাকপিনবা হায়বিয়ু। মঙোন্দা হায়বিয়ু ঐগী ইৱানসি ঙাকপিয়ু নৎত্রবদি ঐহাক মায়দা কালি তৈশিন্দুনা কদায়দনো অমা চৎথ্রগনি। লুপ্তুনা শিরুনি।

ডাক্তর সাহেব মহাক্কী পাউতাক পীবা হৈবগীদমক হ্রাওজরম্মী। জিয়ারাম্বু লেঙ্গোন্নদুনা

বিদায় তৌরকই।

জিয়ারাম য়ুম য়ৌরে, মতমদু পুং ১১ তারে। মুন্সীজী চাক চারগা মপান থোক্লপদা মঙাইরি। মহাকপু উবদা হায়রকই— পুং কয়া তাগ্রবগে খঙবরা?

জিয়ারামনা নোল্লুক্লা হায়রকই— ডাক্তর সিনহা উনরুরে। মহাক্কা লোয়ননা মখোয় ফাওবা চৎলুই। মহাক্কা চাক চামিন্নবা তক্লরকই, তঙাইফদনা চাবা তারদুনা চারে মদুদা থেংদোকখ্রে।

মুন্সীজী— ডাক্তর সাহেবতা অৱাবা ৱারী শাবা চৎলুরিবনিনে নৎত্রগা অতৈ থবক লৈবরা? জিয়ারামগী নোল্লুকপদো শরুক মরী থোকপগী অমদি পাইখ্রে— অৱাবা কপ্পুবগী ঐগী হৈনবী লৈতে।

মুন্সী— খজিকফাও লৈতে। নহাক নচিন্না হায়বা ঙমদে, ঐঙোন্দা মী কয়ানা নঙগী মরমদা হায়রকই। নহাক শেম-শাদুনা হায়রকলিবনি।

জিয়ারাম— অতৈ মতমগী ৱাদি ঐ হায়জদে তৌইগুম্বসুং ডাক্তর সিনহাদা অদোমদা হায়বা ঙমলোইদৌবা ৱা অমত্তা হায়খিবা লৈতে।

মুন্সীজী— য়াম্না নুংঙাইবগী ৱানি। হায়নীংঙাই লৈতনা হৱাওই। ঙসিদগী গুরু দীক্ষা লৌরববা?

জিয়ারামগী নোল্লুকপগী শরুক অহুম মাংখ্রে। কোক হাইগত্তুনা হায়রকই— মীশিংনা গুরু দীক্ষা লৌদ্রবসু মশাগী ফত্তবা মতৌদা ইকাইজে। মশাবু চুমথোকচনবগীদমক গুরু মন্ত্রগী দরকার ওইদে।

মুন্সীজী— হৌজিক্তী বদমাশ পুনশিল্লরোইদরা?

জিয়ারাম— অদোম কনাবু বদমাশ হায়রিবনো? মদু হায়নবগী অদোমদা প্রমাণ লৈবরা?

মুন্সী— নহাক্কী মরুপ লোয়নবা বদমাশ ঙাক্তনি। অমত্ত ফাও অফবা মী নত্তে। ঐনা নঙোন্দা কয়ারক হন্না হায়খ্রবনি মখোয়বু য়ুমসিদা পুশিনগনু, নহাক তাদে। ঙসিদি অরোইবা ওইনা হায়রিবসিনি। নহাক্না বদমাশশিংদুবু পুশিল্লবদি ঐহাক পুলিসকী মতেং লৌবা তাবনি।

জিয়ারামগী নোল্লুকপগী শরুক মরী থোকপগী অমদুসু মাংখ্রে। শাওরদুনা হায়রকই- ফরবনি পুলিসকী মতেং লৌবীয়ু য়েংগে পুলিস করি তৌবগে? ঐগী মরূপশিংদো তঙ্খাইদগী হেন্না পুল্লিস ওফিসারশিংগী মচা ঙাক্তনি। অদোম্না ঐবু চুমথোক্লবা হোৎনরগা ঐনা অমুক করিগী ৱারুনি।

মসি হায়দুনা জিয়ারাম মাগী কাদা চঙখ্রে। অদুগা মিৎকুপ অমগী মতুংদা হারমোনিয়মগী নুংশিরবা খোঞ্জেল থোকপা হৌরকই।

পূকচেল চাওবা মীওইনা চুখৎলকপা থাওমৈদু মীনুংশী লৈত্রবা ফাগীগী মরিক অমনা

মুৎথৎখ্রে।

অঙাওবা শগোলদু নুংশিনা তৌবদা শক্তি শীজিন্নবা হৌরকই অদুবু অমুক হন্টর থারুরবদি অমুক হন্না ঙাওখৎলকই তুংদা গাড়ী ইম্নুরকই।

## তারামাপল

হন্দক্তী সুধাগা লোয়ননা নির্মলাসু লাকপা তারম্মী। মহাক্তী মপামদা নুমিৎ খরা লৈবা পামজরিবনি। তৌইগুম্বসু অৱা-চৈথেং ফংলবা সুধা মতোমতা করম লৈগনি? মহাক্কী খন্দুনা লাক্লম্মী। রুকমনিনা ভুঙ্গীদা হায়রকই— য়েংউ মৌসে মপামদগী কুচু কমেন পানথোক্লা লাক্লে।

ভুঙ্গী— ইচে, মমাগী খূৎনা থোংবা চাক ইনশাং মচানুপীনা য়াম্না পামজবনি।

রুকমনি— অচুম্বনি ভুঙ্গী। পীজ পীথক্কী মরমদি মমানা খঙবনি। নির্মলা য়ুমগী মী অমত্তা মানা লাকপদা হরাওবা উদে। অঙাংদুগী মিং সুধানা আশা থোল্লী। মহাক আশাগী মূর্ত্তিগুম্বসুনি। মাবু য়েংলগা অৱাবা পূম্বা কাউখি। মুন্সীজীনা মাবু পম্বা পাম্বী অদুবু চেলখিদুনা মমাদা কোল্লুরি, মপাদু খঙদবদৌনা তৌই। মুন্সীজীনা মিঠাই পীদুনা মাবু খঙহনবা পান্নকই। য়ুমদা মীনাই অতৈদি লৈতরে। সিয়ারামদা অনা অনীগী মিঠাই লৈরুনবা হায়রকই। জিয়ারামসু ফন্নীবনি। হায়রকই- ঐখোয়গীদমক্তদি করিগুম্বদাসু মিঠাই লৈরক্তে।

মুন্সীনা শাওরংনদুনা হায়রকই— নখোয় অঙাং নত্রেদনা

জিয়া— অদুদি হনুবরা? মিঠাই লৈরগা থম্বীয়ু অদুগা খঙগনি অঙাংনি অহলনি হায়বদু। পুথোকপিরকউ অনা মরী অমগা আশাগী মরমদগী ঐখোয়গী লায়বকপু ফৰা ওইজগে।

মুন্সী— ঐঙোন্দা মতমসিদা পৈশা লৈতে, চৎলু সিয়া থুনা লাকউ।

জিয়া— সিয়া চৎলোই। কনাগীসু মীনাই নত্তে। আশা মপাগী মচানুপী, মহাকসু মপাগী মচানুপানি।

মুন্সী— ৱারেম করিগী শুরিবনো? পীক্লীবী অঙাংসিগা মান্নবা নখোয় ইকাইদরা? চৎলু সিয়ারাম পৈশাসে লৌরো।

জিয়া— সিয়া চৎকনু, নহাক কনাগীসু মীনাই নত্তে। সিয়া অৱাবদা তারে। কনানা হায়বা ইনগনি? মমৈদা জিয়ারাম্না হায়বা ইন্নবা ৱারেপ লৌরে, মপাদি য়াম্না চৈ থাংগলি অদুবু জিয়াদি ফুরক্কনি অমুক হন্না কনাদা ৱাকৎলুনি? হায়রকই— ঐ চৎলোই।

মুন্সীজীনা ধমকা তৌদুনা হায়রকই— ফরে ঐগী নাক্তা পোৎ লৌবা অমত্তা লাক্কনু।

মুন্সীজী মশামক মপান্দা থোকখ্রে, অদুগা লুপা অমগী মিঠাই পুদুনা লাক্লে। আনা অনীগী মিঠাই লৈবা মহাক ইকাইজে। মিঠাই য়োনবদুনা মাবু খঙবনি। মপূক্লিংদা করি থনখিগনি।

মিঠাই পুদুনা মুন্সীজী ইমুংদা চঙলকই। সিয়ারামনা মিঠাইগী চাওরবা দোনাদো উরে, মপানা হায়বা য়াদবগী নিংঙমলক্তে। মহাক করম হায়না ইমুংদা মিঠাই লৌবা চঙলুগনি। মপূক্লিংদা জিয়ারামগী খুবাক্কী অনাবগা মিঠাই চাবগী মহাওগা চাংদমনরকই।

খঙহৌদনা ভুঙ্গীনা মিঠাই প্লেত অনী মখোয়গী মাঙদা থন্নগা হায়রকই— করিগী শাওরিবনো? বাবু মিঠাই হাওতবরা?

ভুঙ্গী— নহাক লৌরো। সিয়া বাবু মহাক লৌররোই। লৌদ্রসনু সিয়ারাম কিনা কিনা খুৎ তিংথোরকই জিয়ারাম্না চৈরকই— মিঠাই শোক্কনু নৎত্রবদি নখুৎ থুদেক্তুনা থমগনি। মিহৌ চাওবা সারদনা।

জিয়ারামগী মীচৈদু কিদুনা মিঠাই চাবগী থৌনা লৈতে। নির্মলানা ৱারীসি তারে, অঙাং অনীদুবু থেম্বা চৎনবা হৌগৎলকই মদুদা মুন্সীজীনা, অকনবা ৱাহৈ থাদনা চৈরকই।

মুন্সীজী— লমচৎ য়াওদ্রবনি। মমা লৈত্রবা অঙাংবু ওৎলি হায়খিনি খন্দুনা তৌবনি নৎত্রবদি লমহেনবা পূম্বা পূংমুক্তা লৌথোক্কদবনি।

নির্মলা— বদনামসিগী ঐদি কিজরনি।

মুন্সীজী— হৌজিক কিররোই, মানা মানা পামবা হায়সনু।

নির্মলা— হান্নদি মসি অসুম্না তৌরমদবনি।

মুন্সীগী— হায়রিবনি অদোমগী নচানুপা লৈরগা করিগী লুহোংলিবনো? মসি হায়বদসু চিংনদে। নখোয়না মংসারামবু হূ পীজদুনা হাৎলিবনি। ইচানুপা নত্তে য়েক্লবনি।

জিয়ারাম থোঙ মরুমদা লোত্তুনা লেপ্লীবনি। মুন্সীগী অরোইবা পরেংদু তাবদগী লৈবা ঙমদরে হায়রকই— য়েক্লবা নৎত্রবদি করিগী য়েংশিল্লীবনো? অদোম মতমসিদা হায়রিবনি। মদু ঐহাক য়াম্না কুইরবগী মমাঙদগী খঙলবনি। য়াম্বুং খঙদবনি লৌনম চাখ্রে। ঐখোয়দা অদোমগী কাবুদো চঙবা গারোই। সংসার পুম্বা হায়রিবনি য়াম্বুংবু নখোয়না হূ পীজদুনা হাৎপনি। ঐনা হায়রবদি নখোয় করিগী শাওরিবা?

নির্মলাদি তুমিন্না লৈরে। খঙলে, কনাগুম্বনা মঙোন্দা থৌজিল্লে। মুন্সীজীনা চৈদুনা জিয়রামবু তুমিন্না লৈহনবা পাম্মী। জিয়ারাম চিংনবা লৈতনা পাউখুম পীদুনা লৈরে। মসি ফাওবা নির্মলা মদুদা শাওরক্লম্মী। ঙরাংগী অঙাং করিগুম্বা থবক অমত্তসু কান্নদবা লেপ্তুনা অকনবা খোঞ্জেন্দা পাউখুম পীদুনা লৈরে। য়ুমদা ৱানা য়োক থাকপসিবু অসুম তৌনবরা?

শকফম ওল্লদুনা হায়রকই— বস, য়াম্না হায়নরে, জিয়ারাম। খঙলে নহাক য়াম্না মতিক চারবনি মপান্দা থোক্লগা ফম্মু।

মুন্সীজী খরা নেম্না ঙাংলস্বান। নির্মলাগী মতেং ফংলকপদগী পূক্লিং চাওখৎলকই। ময়া চীক্লদুনা চেলশিনখিদনা নির্মলানা খাম্বা নংহৌদনা খূবাক্লা থাবকই। খূবাক্তু নির্মলাগী মায়দা পাল্লুরে। মহাক ঙাইহাক কোক ঙাওরকখিবনি।

মুন্সীজীগী কংলবা খৃত্তুদা শক্তি কায়ম লৈরিবা মসিগী অন্দাজ তৌবা ঙমদে। কোক পায়দুনা ফমথখ্রে। মুন্সীজীগী অশাওবদু অমুক হেন্না হেনগৎলকই। অমুকসু খূবাক্লা তারুরে হন্দক্তী জিয়ারাম্না মহাক্কী খূৎ ফারে। তুংদা ইনথোক্লুনা হায়রকই— থাপ্না ব্রা ঙাঙবীয়ু অরেম্বদা নশাগী ইজ্জৎ মাংহনজরিবনো? ইমা ইবেম্মগী য়েংজবনি নৎত্রবদি উৎলমগদবনি।

মসি হায়দুনা মহাক মপান্দা থোকখ্রে। মুন্সীজী জ্ঞান তাদ্রবগুম লেপ্লুনা লৈরে। মতমসিদা জিয়ারাম ঈশ্বরগী ওইবা বজ্র তারবসু তশেংনা মহাক নুংঙাইবনি। অদুগুম্বা মচানুপাদুবু তম্বাক্তা পমজবদা হরাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদবদুগী মায়োক্তা ঙসি মখল মখলগী ফত্তবা কলপনা কয়া পূক্লিংদা হৌগৎলকলি।

রুকমনি মাগী কাদা ফল্লমবদগী থোরক্লুনা হায়রকই— নচানুপা চাওবা মান্নরবদা খূৎ থাবা হৌনদবনি।

মুন্সীজী মচিনবান চীক্লদুনা হায়রকই— মসি য়ূমদগী তাক্তোক্লগে, ভিক্ষা নিগে নিসনু নৎত্রগা হুরানগে হুরানসনু মদুদা ঐগী করিসু লৈররোই।

রুকমনি— কনাগী ইজ্জৎ মাংগদৌরিবা?

মুন্সীজী— মদুগী চিন্তা লৈতে।

নির্মলা— ঐ খঙলে, ঐনা লাকপদা নোং নুংশিৎসি শিল্লক্কনি খঙল্লম্লবদি কাউদুনা ফাও লাক্লমলোইদবনি। হৌজিকসু ফরবনি ঐবু থাবিয়ু, য়ূমসিদা ঐহাক লৈবা ঙম্লরোই।

রুকমনি— নহাকপু য়াম্না ইকাই খুম্নজবনি মৌ নৎত্রবদি ঙসি থোকপা অমদি তৌরমগনি।

নির্মলা— হৌজিক অমুক করি থোক্তবনো ইনম্মবেম্মা ঐদি চেকশিন্না খোঙ থাঙজবনি অদুবু মিংচৎ থিবদি হেক্তা পকই। হৌজিক য়ূমদা খোঙ থাঙজিনবদা মঙাইরি, ফিবমসি ওইরবনি। ঈশ্বরমক্তা অফবা ওইহনবিসনু।

নুমিদাংদো চাক চাবা কনাসু হৌগৎলক্তরে। মুন্সীজী মতোমতা চাক চারে। নির্মলাদি ঙসি অনৌবা চিন্তাগী ব্রাফম অমা হৌরকই। পুন্সিসি করম লাম্তোক্কনি। মশাগী পূক খক্তগীদি থোইনা অব্রাবা লৈতে। হৌজিক্তী অনৌবা খুদোং থীবা অমসু ঙক্তা পুনশিনবীরে। মহাক্লা খল্লী অঙাংসিগী মরায়বক্তা করি তম্বীরমগদবা?

# কুন

পূক্লিং ৱাবদা তুম্বা য়াবরনে? নির্মলা ফমুংদা হিপ্না-হিপ্না য়াওন্দুনা লৈরে। কয়াদা পামজনা খনজখি অমুক্তং তুম্নীংলক্লবদিকো? অদুবু নীদ্রা লাইরেম্বীনা সুকলাক লাক্তনবা ৱাশক লৌখ্রে। থাওমৈ মুৎথখ্রে। মিন্থংকী থোঙনা হাংদোকই, টিক টিক তৌরিবা ঘড়ীদুসু অতোপ্পা কাদা থম্মুরে, অদু ফাওবা তুম্নীংলক্তে ৱাফম কয়ামরুম খল্লকই। পূম্নমক খনবদা লোয়রে। অৱাবসু লোয়খরে অদু ফাওবা মীৎ কুপখিদরে, অদুদগী মহাক্না থাওমৈ থানগৎলে। অদুগা লাইরিক অমা পাবা হৌরকই। চেনা অনী/মরীদং পারমবদগী মীৎকুপ্লকই, লাইরিক হাংদোক্তুনা লৈহৌরে।

খঙদৌনা জিয়ারাম্না কাদুদা খোঙ থাংজিল্লকই। মহাক্কী খোঙদু নিকই। কাদুদা মথক মখা কোইয়েং য়েংই। নির্মলা তুমথখিবদা মঙাইরি, মহাক্কী কোক ময়াদা বেক মথক্তা অপিকপা পীথ্রাইগী উপুদু থম্বনি। জিয়ারাম্না তপ্না থাংথদুনা উপুদু পুদুনা নাশোন পীক্না থোকখ্রে অদুগা য়াম্না য়াংনা কাদগী মপান থোকখ্রে। মতমসিদা নির্মলাগী মিৎ পাংথোরকই. খৎদুনা হৌগৎলকই অদুগা লেপ্পী। থোঙদা লাক্তনা য়েংই। থম্মোয় ধক ধক চোংই। জিয়ারাম নৎত্রা? ঐগী কাদদি করি তৌবা লাক্লম্নীবা? মসিদা করি থবক লৈবা য়াবগে? করিগুম্বা শেরাননবদি নত্তেকো? ইনম্মাগী কারোমদগী লাক্লীবরা? তশেংনা ঐঙোন্দা কবিগুম্বা খরা হায়বা লাক্লম্নীবরা? তৌইগুম্বসুং মতমসি করি করি হায়নীংলক্লীবা? লীচৎসি কবিনো? মিহুন চোংলম্মী।

মুন্সীজী মথক্তা তুম্বনি। ফক্লাংদু চৈঙাক য়াওদবা মরম্না নির্মলা য়ুমথক্তা তুম্বা চৎতবনি। মহাক্না খল্লী, চৎতুনা মাবু হৌদোক্লসিরা? অদুবু চৎনবা থৌনা লৈতে। চিংনগনবা মীনি। খঙদে করি খনখিনি। অদুগা করি তৌগনি। কনানা খঙগনি? সেরাননা উরুবসু। তুমবদা করিগুম্বদা লাম্না উবসু য়াই। অদুনা অয়ুক্তা হংনবা লেপলে. তুম্বা য়াদে।

অযুক্তা মহাক চা-নুং পুদুনা মশামক জিয়ারামগী কাদা লাকই অদুদা মহাক মাবু উরগা খংই। নুমিৎ খুদিংগী ভুঙ্গী লাকপনি। ঙসি মহাক কৈদৌনা লাক্লীবনো? নির্মলা রোমদা য়েং নবগী থৌনা লৈতে।

নির্মলানা মঙোন্দা থাজনা য়েংলগা হায়রকই — অহীংদা নহাক ঐখোয় কাদা চৎলুবরা?

জিয়ারামনা অঙকপা উত্তুনা হায়রকই— ঐ ঐদি অহীংদা করি তৌবা চঙলুনি।

করিগীনো কনাগুম্বা চৎখিবরা?

নির্মলানা ৱাফমদুদা মপূং ফানা থাজরে অদুনা হায়রকই— হোই ঐহাক অদুম খল্লী। কনানো অমা ঐগী কাদগী থোকখি, ঐনা মাগী মায়দি উহৌদে, তুংদা উবদা তশেংনা নঙনা করিগুম্বা থবক অমগী লাক্লম্বা ওইবা য়াই খল্লী। মসি করম খঙগনি কনানো? কনাগুম্বদি সোয়দরে। মসিদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে।

জিয়ারাম্না মশাবু মরান লৈতবা প্রমান তৌনবা হোৎনরদুনা হায়রকই— ঐ অহীংদা থিয়েটর য়েংবা চৎলি। মদুদগী হল্লকপদা মরূপ অমগী য়ুমদা লেক্তুনা লৈরে। ঙাইহাক্তমক ঙাইরি ঐনা হল্লকপা। ঐগা লোয়ননা অতৈ মরূপ কয়াসু য়াওই। পাল্লবদি মখোয়দা হংউ। হোই, ঐ য়াম্না কিজরে, অসুম্না ওইদসনু করিগুম্বা পোৎ মাঙখরে। মদুদা ঐগী মিং পল্লো হুরানবা ফাবা ফংদ্রগা ঐগী ইথক্তা তাগনি। বাবুজীবু অদোম্না খঙলিবদুনি, ঐবু ফুবা চেল্লক্কনি।

নির্মলা— নহাক্কী নমিং করিগী য়াওরুনি। নহাক ওইরবসু কনাসু হুরানবা হায়বা ঙমলোই। হুরানবদি অতোপ্পগীদা তৌনবনি। মশাগী পোৎ হুরান্নদে।

হৌজিক ফাওবা নির্মলাগী মিৎয়েং উপুদুদা তারুদ্রি। চাক থোংনবা হোৎনরি। উকিন সাহেব কোর্টতা চৎখ্রে। অদুদা মহাকসু সুধাগা উন্নবা চৎনবা শেম শারকই সোমদা নুমিৎ কয়ানিমক উনদরে। অদুগা অহীংগী অৱাবা ৱাখলদু কাউথোকনবা সুধাগা ফাগী জুগাই তৌনীংবনি। ভুঙ্গীদা হায়রকই— কাদগী লিক-কোনগী উপুদো পুরকউ?

ভুঙ্গী হল্লক্লগা হায়রকই— মফমদুদদি কদায়দা উপুদু লৈতে। কদায়দা থম্বনো

নির্মলা শাওদুনা হায়রকই— অমুক্তসু ঐগী থবক অমত্তা ওইদে, মফমদু থাদোক্তুনা কদায় চৎখিনি। আলমারিদসু য়েংউ।

ভুঙ্গী— নত্তে মৌ ইবেম্মা আলমারিদসু লৈতে মীনম্বা করিগী ঙাংলুনী?

নির্মলা নোক্লকই অদুগা হায়রকই— চৎলু য়েংলকউ থুনা লাকউ।

মিৎকুপ্তা ভুঙ্গী মখূৎ হাংনা লাকই— আলমারীদসু লৈতে, মফমদু তাকউ, মদুদা য়েংগে?

নির্মলা শাওদুনা মসি হায়দুনা হৌগৎলকই— খঙদে নঙোন্দা ঈশ্বরনা মিৎ করিগীদমক পীরিবনো? কাদগী পুরকপরা পুরকতবরা য়েংউ?

ভুঙ্গীসু তুংইন্নদুনা কাদা চৎলি। নির্মলানা রেক্তা য়েংই আলমরীদসু য়েংই, উপুদু লৈফম খঙদরে, ঙকই তশেংনো উপুদো কদায় চৎখ্রে। খঙহৌদনা অহীংগী ৱাফমদু বিজলীগী মতৌগুম লংনা উরকই। মিঙ্গন চোংবা হৌরকই। হৌজিক ফাওবা নীংঙাইদনা থিরিবনী। কদায়দসু লৈতরে। থিরোয়দবা মফম ফাওবা থিরে। অদুক চাওবা উপুদু মোপ্পাক মখাদা

করম থমগনি। অদুবু মায়থসু হৌগত্তুনা থিরে থরায়দি মদুদা লুপলিবনি। মমৈদা নীংবা কায়রদুনা মথবাক্তা খৃতুম্না শুজরকই অদুগা কপ্পা হৌরকই।

লিক-কোনসি নুপীগী মরননি। মপুরোইবগী পোৎ অমত্তদা মাগী অধিকার লৈতে। মসিদা মহাক্কী পাঙ্গল অমদি থাজবা লৈবনি। মহাক্না মদু শিদুনা চৎপদা হরাওজবনি লিশীং তরুক্কী ওইগনি। লিক-কোন অমমন্না অৱাবা খুদোং থীবদগী কনবা ঙম্বা ঙাক্তনি। অহীংদা মহাক্না খল্লী জিয়ারামগী মীনাই ওইদুনা মহাক লৈরোই। ঈশ্বরনা ওইহন্দবসু ওইসনু, কনাগী মাঙদা খৃৎ তিংথোক্লুনি। মসিনা ভাড়া ওইদুনা হিনাওদু ৱাংমা লানগনি অদুগা মাগী মচানুপীদুসু কনা কনাগুম্বগী ঘাটতা থুংহনগনি। মহাক করিগুম্বা ৱাফম অমগী চিন্তা লৈতবনি। মসিবু কনানসু মঙোন্দগী মুন্দুনা পুখিরোই, ঙসি মসি ঐগী লৈতেংনি হয়েংগীদি ঐগী তুংনফম ওইগদৌরিবনি। ৱাখলসিদা মহাক্কী থম্মোয় কয়া ইংথজবা ঙল্লীবা। অদুগুম্বা লন-থুমদো ঙসিদি খৃত্তগী নাম্থোকখ্রে!

হৌজিক মহাক পক্লেপফম লৈত্রবনি। সংসারদা মহাক্কী মতেং অমদি তুংনফম লৈতরে। মহাক্কী আশাগী তুংনফম মরুদগী ফুকাখ্রে। নুংহিরক্না কপ্লকই। ঈশ্বর নঙনা মসি ফাওবা য়েংবা ঙমদরে। ৱাজরবীসিবু মখোঙ থুদেকপিরে। হৌজিক অমুক মীৎসু থুগাইবিরে। কনাগী মাঙদা খৃৎ তিংথোক্লুগনি। কনাগী থোঙজিন্দা ভিক্ষা নিরুনি। হুমাংনা মহাক্কী হকচাং চোৎলকই। কপ্পা কপ্পা মিৎপান খ্রামহৎলে। নির্মলা কোক নোম্বদুনা কপ্লী। রুকমনিনা মহাকপু তপথনবা থেম্লম্মী। অদুবু মহাক্কী পিরাংগী ইচেল লেপ্পমলে। অৱা মৈচাক ময়েং তাদে।

পুং অহুমদা জিয়ারাম স্কুলদগী হল্লকই! নির্মলা মহাক লাকপগী পাউ তাবদা হৌগৎলকই। অঙাওবীগী মতৌগুম অদুগা মাগী থোঙ ফাও লাক্লগা হায়রকই— ভয়া, ফাগী তৌবা ওইরদি পীয়ু সংসার পুম্বা ৱাহল্লগা করি ফংগদৌরিবনো?

জিয়ারাম মিৎকুপ অমগীদমক শাওগৎলকই হুরানবা কলাদা মসিনা ইহান হান্না খৃংথাবনি। মহাক্কীসি অকন্নবা অমদি হিংসাদা নুংঙাইথোকপা তম্লক্লীবনি। হৌজিক ফাওবা মদু ফংদরি মহাক্কী নাক্তা উপুদু লৈরম্বা থোক্রবদি রেক্তা থম্লুগদব তাঞ্জা থাদোক্লাইদবনি তৌইগুম্বসুং উপুদু মহাক্কী খৃৎতগী নাম্থোখ্রে। মরূপকী খৃৎথাংদা সনা শাফম য়ৌখ্রে। শরুক মরী থোকপগী অহুমদি য়োনখোখ্রে। হুরানবনা ওইদবা ঙাংবা নত্তনা কনানা খনবা ঙমগনি? হায়রকই- ফরবী ইমা ইবেম্মা। অদোমদা ঐনা অসিগুম্বা ফাগী করিগী তৌরুনি? অদোম্না হৌজিক ফাওবা ঐবু চিংনবিরিবরা? ঐদি হায়খ্রবদুনি ঐ অহীং য়ুমদা লৈতে অদুবু অদোম্না থাজদরে। য়াম্না অৱাবগী মশক্লী। অদোম্না ঐবু য়াম্না হম্বুনা খল্লে।

নির্মলানা মপি তৈথোক্তুনা হায়রকই— ঐহাক নঙোন্দ চিংনদে ভয়া নঙবু হুরানবা শীবসু নত্তে। ঐনা খল্লী তশেংনা ফাগী তৌরিবোই।

জিয়ারামদা মহাক করম্না চিংনরুগনি। সংসারনা মসি হায়গনি— অঙাং মমা শিখ্রে অদুনা মঙোন্দা হুরানবগী মরাল শীজিল্লীবনি। ঐগী মায়দা কালি তৈগনি।

জিয়ারাম্না থাজহন্নদুনা হায়রকই— লেঙবীয়ু, ঐ য়েংগে তশেংনা কনানা পুখ্রিবনো? হুরানবা করম্বা লম্বীদা লাক্লীবনো?

ভুঙ্গী— ভয়া, নহাক্না হুরানবগী মরমদা হায়রি, উচিগী মখুন্দগী ফাও থোরকই, অসিদদি মায়কৈ মরীদা থোঙ পাল্লী।

নির্মলা— য়ুম থুংনা থিরে হৌজিক কদায়দা থিরুনবা হায়রিবনো?

জিয়ারাম— অদোম্না তুম্বসু অশিবগুম ভুম্মী।

পুং মরী তাবদা মুন্সী য়ুমদা লাক্লে। নির্মলাগী ফিভম উরগা হংলকই— হকচাং নুংঙাইতবরা? অসি হায়দুনা আশাবু তম্বাঙ্গা পমখৎলি- কোক চিকপদি নত্তেকো?

নির্মলা পাউখুম্ন পীদে অমুক কপ্পা হৌরকই।

ভুঙ্গীনা হায়রকই— অসুন্না কৈদৌঙেদসু তৌথিদ্রি। ঐগী পুন্সি চুপ্পা ইমুংসিদা লেনখ্রবনি; ঙসি ফাওবা পৈশা হুরানখিদে। সংসার পূম্বনা হায়গনি মদু ভুঙ্গীগী থবকনি। হৌজিক্তী ঈশ্বরনা ইজ্জৎ কনবিসনু।

মুন্সীজী ফুরিৎ কুদাম লৌথোক্লরবনি অমুক পানশিন্দুনা হায়রকই— করি তৌরে, করি পোৎ হুরানখ্রে?

ভুঙ্গী— মৌ ইবেম্মগী লিক-কোন পূম্বা মাংখ্রে।

মুন্সী— কদায়াদা থম্বগে?

নির্মলানা নুংহীরুনা কপ্লদুনা অহীংগী থৌদোক্তুগী মরমদা লীরকই। জিয়ারামগী মশক মানবা মীওই অমা মাগী কাদগী থোকখিবগী ৱাদুদি হায়দে। মুন্সীজীনা নুংশা শুর শাংনা হোল্লদুনা হায়রকই— ঈশ্বরসু যাম্না চাওনা মীনম্মা তৌবনি। শিরবা মক্তদা ফুবগী থবক্নী, ফক্তবা মতম লাকলবনি। হুরানবা লাক্লবসু কদোমদগী চঙলক্লীবনো? করিগুম্বা মফমদা অহোবা অমত্তসু লৈতে। মায়গৈ পুম্বদা লাকপা য়াবা লম্বীসু লৈতে। দন্দি ফংবা য়াবা অদুগুম্বা পাপ্তি ঐদি তৌখিদে। হন্না হন্না হায়বনি লিক-কোনগী উপু রেক্তা থমগনু অদুবু কনানা তারিবগে?

নির্মলা— অঙকপসি থোক্কনি হায়বনি কনানা খঙলুগনি?

মুন্সী— মতম পূম্বা চপ-মান্ননা লৈতে হায়বদি খঙইদনা। মদু শান্নবা চৎলুরবদি লিশীং তারাদগী হেনগদবনি খরচ কোন্নবা ফাওবা ৱানা ফংই। হৌজিক মতমগী ইশাগী ফিভমসি নঙোন্দা লোৎপা নত্তে। লিক-কোন কদায়দগী শাগনি? চৎলো পুলিসতা ৱাকৎলুগে, অদুবু ফংবগী আশাদি লৈত্রবনি খল্লু।

নির্মলা য়ানীংদবগী মওংদা হায়রকই— পুলিসতা ৱাকৎলুবগী কান্নবা ফংলোই খল্লদি করিগী চৎতোইনো?

মুন্সীজী—পূক্লিংনা য়ানীংদে, করি তৌনি? অসুক য়াম্না মাংলবদবু তুমিন্না লৈথোকপদি চুমদে।

নির্মলা— ফংগদবা লৈত্রবদি চৎলুদুনা করি কাননগনি? লাইবক্তা তমদ্র ববু করম্না লৈগনি?

মুন্সী— লায়বক্তা তমলবদি ফংবা যাই নৎত্রবদি চৎখ্রেদনা।

মুন্সীজী কাদগী মপান থোকখ্রে। নির্মলানা মাগী মখূৎ পায়দুনা হায়রকই— ঐনা হায়জরিবসিনি চৎপিখিনু লৌবগী মহুত্তা পীবা তারগদরা চিংনৈ।

মুন্সীগী মখূত্তা কন্তোক্তুনা হায়রকই— নঙসু অঙাং মচাগুম্না নিংঙাই তৌই। লিশীং তারাগী অমাঙবসি ঐনা হেক্তা মেনখৎপা ঙম্ব নত্তে। ঐহাক কপত্রিবনি অদুবু ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবসিদি ঐতনা খঙই।

মহাক য়াঙনা কাদগী থোকখ্রে। থানাদা য়ৌখ্রে। থানেদারনা মাবু য়াম্না ইকাই খুমনৈ। অলায়ার খান কৌই। অমুক থক শেনজা থুমজাগা মরী লৈনবা কেস অমদা মুন্সীজীগী মনাক্তা লাকখিবনি।

নুমিদাংৱাইরম ওইরকই। থানা কাঙবুনা য়ুমগী অকোইবদা কোইচৎ চত্তুনা য়েংশিল্লী। ইমুংদা নির্মলাগী কাদা চঙদুনা কুপ্না য়েংই। লৈকায়গী মীওই অনী মরীগসু তুমিন্না তুমিন্না ৱারী শাই। অদুগা হৌজিক মুন্সীজীগা ৱাফমদু হায়রকই— খুদা কসম, মসি মপানগী মীওই অমত্তগী থবক নত্তে, অদু ওইরবদি ঙসিদগী থানাগী থবক থাদোক্কে। অদোমগী ইমুংদা অসিগুম্বা চিংনবা য়াবা মীনাই লৈবরা?

মুন্সী— হৌজিক মতমদা সুপ্নদগী মীনাই অমত্তনি।

থানা— হোই, মহাক্তী অঙাওবনি। মসিদি য়াম্না চলাক লৈবা মীগী থবক্নী, খুদাগী কসম।

মুন্সী— অদুদি ইমুংদা অতৈ কনা লৈ? ঐগী ইচা অনী নুপী অমদি ইচে, মখোয়সিদা কনানা চিংনগনি?

থানা— ইমুংগী কনাগুম্বা অমগী থবক্নী, মদু কনানো অমা ওইবা য়াই। ইনশা অল্লাহ, নুমিৎ অনী/মরী গী মনুংদা অদোমদা পাউ পীরক্কে। পোৎ পূম্বসু ফংবা য়াই হায়বদি ঙমদে অদুবু খুদাগী কসম হুরানবদু ফারগা উৎকনি।

থানা কাঙবু চৎখ্রে। মুন্সীজীনা মাগী ৱাফমদু নির্মলাদা হায়রকই— নির্মলা চিংনরকই —অদোমগী খোঙদা শোক্তুনা হায়জরিবসিনি থানাদো থিগৎপিরনু হায়বিয়ু?

মুন্সী— তশেংনা মদু করিগীনো?

নির্মলা— হৌজিক করিবু হায়গদবনো? মহাক্না হায়রিবদায় ইমুংগী মী অমগী থবক্নী?

মুন্সী— মহাক্না হায়বদু হায়সনু।

জিয়ারাম মাগী কাদা ফমদুনা লাই খুরুম্লী। মায়থোঙদা অকিবা ফাওরকই। পুলিসতি মায়থোঙ য়েংলগা খঙবা ঙম্মী হায়না তাখিবনি। মপান থোক্নবগী থৌনা লৈরক্তে। মী অনীদুনা করি ৱারী শানরিবা তানীংবনা লাংতক্নৈ। পুলিস চৎখিবগা ভুঙ্গী থবক অমগী মপান থোরকই। জিয়ারাম্না হংলকই পুলিসনা করি হায়রম্বনো ভুঙ্গী?

ভুঙ্গীনা মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই— কোই চোম্বদুনা হায়রম্মী ইমুংমক্কী কনাগুম্বা মী অমগী থবক্কী। মপানগী মীনা নত্তে।

জিয়ারাম— বাবুজীনা করিসু হায়দবরা?

ভুঙ্গী— করিসু হায়দে, ঙঃ হঃ তৌদুনা লৈ। ইমুংদা ভুঙ্গী খক্তনি অতোপ্পা অতৈদি মশাগীনি।

জিয়া— ঐসু অতোপ্পনি নঙ খক্ত করিগী ওইরুনি?

ভুঙ্গী— মহাক অতোপ্পা করিগী ওইগনি ভয়া?

জিয়া— বাবুজীনা থানাদা হায়দরা ইমুংদা চিংনবা কনাসু লৈতে।

ভুঙ্গী— করিসু হায়বদি তাদে, মানাদুম ফজনা হায়রকই ভুঙ্গীদি অঙাওবনি মহাক করিগী হুরানগনি। বাবুজীদি ঐবু খল্লগনি।

জিয়া— অদুদি নঙসু নাম্থোকলে, ইতোমতা লৈহৌরে নঙ হায়য়ু নুমিত্তু ঐবু য়ুমদা উবরা?

ভুঙ্গী— নত্তে ভয়া নঙদি থিয়েটর য়েংবা চৎখিবনি।

জিয়া— শাক্সী পীগদরা?

ভুঙ্গী— মদু করিগী হায়রিবনো ভয়া, মৌ'বেমমানা কেস ৱাকৎ লৌথোকহল্লগনি।

জিয়া— অশেংবা?

ভুঙ্গী— হোই, হন্না হন্না হায়বনি থি-হুন্না তৌহনগনু লিক-কোন মাঙথ্রে, মাঙজসনু, অদুবু বাবুজীনা য়াদে।

নুমিৎ মঙা/তরুকনী ফাও জিয়ারাম চাক চাদরে করিগুম্বদা চখোম অনী/মরী চারগা তোকই। করিগুম্বদা হায়রকই চাক লামদে। মহাক্কী মায়থোঙগী মওংদি হোংখরে। অহীং তুমদনা লেল্লী, মিকুপ খুদিং পুলিসকী চিংনবা ফাওরকই। করিগুম্বদা ৱাফমসি অসুক শাংনা চিংলক্কনি খঙলম্লবদি করিগুম্বদা অসিগম্বা থবক তৌরম্লোই। মহাক্নাদি কনাগুম্বা হুরানবা অমদা চিংনখিগনি খল্লম্বনি। মঙোনলোমদা কনাসু পূক্কিং চঙলোই। অদুবু হৌজিক অরোনবদু ফোংদোরকপগুম তৌবকই। থানাশিংনা থিবা হুম্বগী থবক চৎথরকই মসিদা জিয়ারাম য়াম্না চিংনরকই।

তরেৎ শুবা সন্ধ্যাদা জিয়ারাম য়ুমদা হল্লকই। মহাক য়াম্না ৱারমমী। ঙসি ফাওবদি

মশাবু কনজনবগী আসা লৈরম্বনি। পোৎ হৌজিক ফাওবা মফম অমদসু ফংলমদবনি। অদুবু ঙসিদি পোৎ ফংবগী পাউ তারকই। কনজনবগী পাম্বৈ লৈতে। থানাদা গুদস পিরবদি কেসতু নমশিন্দুনা থম্বা য়াইঅদু ওইদ্রুনসু ৱাসিদি লোৎপা য়ারবোই। হৌজিক পোৎ ফংদ্রিসিফাওবা সহর পুম্বদা মচানুপানা লিক্লোন হুরাল্লে হায়না তোকঙা শন্দোক্রে। পোৎ ফংলবনিনা লৈরক-খুল্লক খুদিংদা শন্দোক্লনি। মহাক কনাদসু মায় উৎপা ঙম্লরোই।

মুন্সী কোর্টতগী হল্লকপদদি য়ান্না মিপাইবগুম তৌই। কোক পায়দনা ফমুংদা ফমথরকই।

নির্মলা— ফি হোংদাক্লরোইদরা? ঙসিদি ফন্না থেংথরে।

মুন্সী— ফি করম হোংলুনি? করিগুম্বা খর তাখিবরা?

নিমলা— করি ৱানো? ঐদি করিসু তাদেনা।

মুন্সী— পোৎ ফংলে হৌজিক জিয়াবু কনবা অৱাব' ওইরনি? নির্মলা ঙক্তে। মহাক্না ৱাফমসে হান্না খঙবগুম উৎলি। হায়রকই ঐদি হান্নদগী থানাদা ৱাকৎপিরুনু হায়জবনি।

মুন্সী— জিয়াদা চিংনবরা?

নির্মলা— করিগী চিংনদনি? মানা ঐগী কাদগী থোকখিবা উহৌবনি।

মুন্সী — অদুদি করিগী ঐঙোন্দা হাযদ্রিব?

নির্মলা— ৱাসে হায়বা য়াবা নত্তে. অদোমগী থম্মোয়দা কল্লক্তুনা মরাল শিরিবনি খল্লক্লনি। হায়বীয়ু মসি ওইবা য়াবরা নৎত্রগা য়াদবরা? ওইদবা ঙাংবীগনু?

মুন্সী— ওইবা য়াই মদুদা য়ানিংতবা লৈতে। অদুতবু ফিভমসিদা ঐঙোন্দা হায়বদি ফৰনি। ৱাকৎলমলোইদবনি। নহাক্কী অফবা লমচৎকৌদি ৱাখল তৌই মদুগী মহৈ করি ওইগনি হাযবসিদি খন্দে। ঐ হৌজিক থানাদগী লাক্লীবনি। আলায়ার খান লাক্লরিগনি।

নির্মলানা পাখৎতুনা হংলকই— অদুদি .?

মুন্সীজী— অদুদি ঈশ্বরগী অপাম্বনি। লিশিং অমা/অনী লৈরদি কেস নমশিনবা য়াগনি অদুবু ঐগী ফিভমদি নংনা খঙলিবদুনি। লাইবক থিবনি করিসু নত্তে পাপতি ঐনা তৌবনি দন্দি কনানা ফংগনি? মতিক চাদবনি, বদমাসনি, থবক শুনিংতবনি অদুবু ইচানি। করিগুম্বদা জ্ঞান তারকপায়াই। চৈফুদি খাঙবা ঙম্লবোই।

নির্মলা— করিগুম্বা খর পিরগা থৱাই কনবা য়ারবদি পৈশাদি ঐ থৌরাং তৌগে?

মুন্সী— ঙমগদরা? লুপা কযাদি পীবা ঙম্বগে?

নির্মলা— কয়াম দরকার ওইগনি?

মুন্সীজী— লিশিং অমদগী হেন্দ্রবদি ৱারী শান্নবা য়ারোই। ঐনা কেস অমদা লুপা লিশিং

অমা লৌখিবনি। মদুগী লমন খুন্নরবনি।

নির্মলা— ওইবা য়াই, হৌজিক অমুক থনদা হলবীরম্লো?

মুন্সীগী থানাদা মতম কুইনা ঙাইবা তারম্মী। তোঙান্না ৱারী শান্নবগী তাঞ্জা থেংনা ফংই। অলায়ার খান অরীবা গোগু জাতিগী য়ান্না শিংবা মীওইনি। য়ান্না ৱানা ঙাং নরবদা য়ানরে। লুপা চামঙা লৌরগসু তৌবীমনগী পোৎলুম কোকথক্তা থাঙ্গৎপিরবনি। থবক ওইরে।

নির্মলাদা হায়রকই —য়ানরে, পৈশাদি নংনো পিবনি অদুবু থবক্তী ঐগী ৱাহৈ ৱাতানা তৌবনি। য়ান্না লুনা য়ানরকই। মসিসু নীংশিংদুনা লৈরগনি। জিয়ারাম চাক চাখ্রবরা?

নির্মলা— কদায়দগী হৌজিক ফাওবা মাদি কোইবদগী হল্লক্ত্রী।

মুন্সীজী— পুং ১২ দি তাখ্রবনি?

নির্মলা— কয়ারক হন্না চৎতুনা য়েংলুরবনি। কাদু ইমম মম্মী।

মুন্সীজী— অদুগা সিয়ারাম?

নির্মলা— মহাক্তী চা-থক্তুনা তুমখ্রে।

মুন্সীজীনা— মঙোন্দা হায়রকই— ঐঙোন্দা হায়রম্নগা চৎখিবা নত্তে। মুন্সীজী চিংনরকই সিয়ারাম হৌদোক্তুনা হংলকই— নঙোন্দা জিয়ারাম্না করি করি হায়বম্বগে? কদায় চৎখ্রিবনো? করমকান্দা হল্লক্কনি?

সিয়রাম্না মকোক খোৎলদুনা । মমিৎ নোইদুনা হায়রকই— ঐঙোন্দা করিসু হায়রমদে।

মুন্সী— ফিরোন শেৎলগা চৎখিবরা?

সিয়া— নত্তে ফুরিৎ ফৈজোম শেৎখি।

মুন্সী— চৎখিবদা হরাওখিবরা?

সিয়া হরাওবদি ম্নান্দে। মিনিট কয়ামরুম মাঙ্গোন কাচিন্দা লেপ্রম্মী। চৎখিবদা মপি তৈথোকখি। সোমদা নুমিৎ কয়ানিমরুমদগী কপ্পুনা লৈবনি।

মুন্সীজী পুন্সিদা করিসু লৈতরে হায়বগী মওংদা নুংসামপী হোল্লী। নির্মলাদা হায়রকই। নহাক্কদি নঙনা খঙজবদুতা কননবগী তৌবনি অদুবু য়েক্লবা ফাওবনা ঐঙোন্দা মসিদগী হেন্না কনবা চৈফু পিবা ঙমলোই। জিযারামগী মমা ওইরদি মদুদা চিংনগদরা? করিগুম্বদসু চিংনরোই।

নির্মলা— ডাক্তর সাহেবকীদা য়ৌবিরুদ্রিবরা? তশেংনা মফমদুদা ফম্নম্সুসু য়াই। অঙাং কয়ামরুম নুমিৎ খুদিংগী লাকই মখোয়দসু হংবীয়ু। তশেংনা লৈফম খঙবসু য়াই। য়ান্না চেকশিননা খোঙ থাজবনি অদুবু মিংচৎ থিবদি অদুম মফংই।

মুন্সীজী হাংদোক্লীবা মিহুত্তা য়েংদুনা হায়রকই— হোই চৎকে অদুগা করি তৌরুগনি?

মুন্সীজী মপান থোরকই অদুগা ডাক্তরসিনহা লেপ্তুনা লৈবা থেংনৈ। খংদুনা হংলকই—করিনো অদোম কুইন লেপ্লীবরা?

ডাক্তর— নত্তে হৌজিক লাকপনি। অদোম মতমসিদা কদায়দা লেঙবীগদৌরিবনো? পুং ১২.৩০ তাখ্রে।

মুন্সী— অদোমগী মায়কৈদা লাক্লিবনি। জিয়ারাম হৌজিক ফাওবা কোয়খিবদগী হল্লক্তে। অদোমগীদদি লাকখিদবরা? ডাক্তর সাহেবনা মুন্সীজীগী মখূৎ পায়দুনা অসি তমক হায়বা নংহৌই— ভায় সাহেব, হৌজিক তপথবনা থবক....।

অদুদগী নোংমৈ মরুনা পাল্লবা মীগী মতৌগুম লৈমায়দ হাইথরকই।

# কুনমাথোই

রুকমনি নির্মলাদা শকফম হোংলদুনা হায়রকই— মখোঙ খোঙউপ তোংদনা স্কুল চৎকদরা?

নির্মলা নুপীমচাদুগী মশম পূন্না-পূন্না হায়রকই — করি তৌনি ঐঙোন্দদি পৈশা লৈতে। রুকমনি— লিক-কোন শানবা পৈশা তুংশিল্লী অঙাংগী খোঙউপকীদমক্তী পৈশা মৈ হৌবনি। অনীদি চৎখ্রে। অহুমশুবসিসু কপহন কপহন্দুনা হাৎলগে হায়বগী অপাম্বা লৈবরা?

নির্মলা শ্বর শাংনা চিংলদুনা হায়রকই— হিংনীংবা মীনা হিংবীয়ু। শিনীংবনা শিসনু। ঐহাক কনাগুম্বগী হিংবা-শিবদা য়াওজদে।

হৌজিক মতমসিদা অমদা নৎত্রগা অমদা নির্মলা অমদি রুকমনি নুমিৎ খুদিংগী চিঙ্খাং য়ৈনৈ। লিক-কোন হুখিবদগী নির্মলাগী লীচৎ হোংখ্রে। মহাক লি-কোন অমা অনী ফাও য়ানা চিক্তুনা থম্মী। সিয়ারাম কপ-কপ্তুনা থরায় থারফাও মহাক্কী মিঠাইগী পৈশা ফংদে। লীচৎসি সিয়ারাম খক্তগী ব্রা নত্তে। নির্মলা মশামক্কীসু দরকার মখৈ থৈদোকই। সাড়ী শেগাইদুনা লংলা ঙাক্তা হাইরফাও অনৌবা সাড়ী লৈদে। থা ১ ফাও কোক্কী থাও লৈদে। ক্বা চাবগী অপাম্বা লৈজরবসু নুমিৎ কয়ানি মরুম ক্বারুবাক হাঙদুনা তাদুনা লৈ। মসিফাও অঙাংগীদমক শঙ্গোম লৌদে। পীক্রবী নুপীমচাদুগী তুংগী ফিভম্না বিরাতকী মওং লৌরদুনা মহাক্কী ব্রাখল ঈপাক্তা শন্দোক্তুনা লৈ।

মুন্সীজীনা মশাবু মপূং ফানা নির্মলাগী খূত্তা শিন্নথোকই। মহাক্কী করিগুম্বা থবক অমতদা খূৎ থিংজিনদে। খঙদে করিগীনো? মঙোন্দা মানা নহা ওইরিঙৈদফাও শু-নোম্নক্ত্রী। মমিৎ য়াদ্রবনি। তুম্নবা শক্তি হান্নদগী শোল্লী। হৌজিক অমুক হেন্না ফত্রবনি। নুংশা শ্বরগী অনাবা পোক্লকই। তোল্লবদু অয়ুক্তগী অহীং ফাওবা থবক শুই। থবক তৌবগী ব্রাখল লৈ-লৈতবা, হকচাং ফবা-ফত্তবা খন্দে। থবক তৌবা তাই। নির্মলানা মঙোন্দা খজিক্তা ফাও থৌজান পোক্তে। তুংগী অকিবগী মশক ওইরবা ফিভমগী মমিদুনা মহাক্কী মনুং হুঞ্জিনবা অফবা ব্রাখলবু পুম্মাঙ মাঙহলবনি। কনাগুম্বনা ভিক্ষা নিবা লাকপা উরুবগা শাওনীংলকই। লিকোন অমফাও খরচ তৌবা পামদে।

নোংমা সিয়ারামদা ঘী লৈরুনবা থারম্মী। ভুঙ্গীদা মহাক থাজদে। মঙোন্দা পোৎ লৈবা পঙথা থাদে। সিয়ারামদা ককপা খোৎপগী হৈনবী লৈতে। মমল হেঙ্গৎনা হায়বা খঙদে। অয়াম্বা মতমদা বাজারগী থবক পূম্বা মহাক্না তৌবা তারকই। নির্মলা পোৎতু মানা অমুক ওল্লী পোৎ অমদা খজিক্তং তাবদা মদু হলহল্লী। সিয়ারামগী অয়াম্বা মতম হন্দোক-হনজিন তৌবদা হৌখি। বাজারদা মঙোন্দা থুনা পোৎ অমা পীদে। ঙসিসু মদুগুম্বা তাঞ্জাদো লাকই। সিয়ারাম মশাগী ৱাখলদদি য়াম্না ফৈ হায়না খন্দুনা য়েংদুনা পুরকই অদুবু নির্মলানা মদু নম্লগা হায়রকই— ঘীসি ফত্তে, হল্লুচো?

সিয়ারাম্না শাওরংনদুনা হায়রকই সিদগী হেন্না ফবা ঘী বাজারদা লৈতে, ঐহাক দুকান পূম্নমক্তগী য়েংদুনা লৈরক্লীবনি।

নির্মলা— অদুসু ঐহাক্না লান্না ঙাঙলিবনিনে?

সিয়া— অদুসু ঐদি হায়দে তৌইগুম্বসুং লল্লোনবনা ঘী হল্লু য়ারোই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, য়েংনীংবা য়েংউ, পোৎ নমাঙদা লৈরে। খুলাম খান্দা হন্দোক-হঞ্জিন তৌরবা য়াদে ঐনা নমদুনা য়েংই, তংদুনা য়েংই, হৌজিক করি হায়না হল্লুনি?

নির্মলানা চিক্তুনা য়েংলগা হায়রকই— ঘীদা অরুবা মোম য়াল্লী। নঙনা হায়রি ঘী অফবনি। ঐ মসি চাকখুমদা পুশিল্লোই। নহাক্না পূক্লিংনা পাম্লগা হল্লু, পামদ্রগা চাথোকউ।

ঘীগী পাত্রদু মফমদুদা থনম্লগা নির্মলা ইমুংদা চঙখ্রে। সিয়ারাম অশাওবা অমদি অৱাবা মিপাইরকই। মহাক করম্না মায় পুদুনা হল্লুনি। দুকান্দারনা হায়রক্নি— "ঐ হল্লোই"। মদুদা মহাক করি তৌগনি। মনাকনকপা তারা-মঙাদি সরক্তা চৎলিবনি মী পূম্নমক লেপ্তুনা য়েংগনি। ময়ামদুগী মমাঙদা মহাক ইকাইবা ফংগনি। মসিদা বাজারদা দুকান্দার অমতনা মঙোন্দা পোৎ পীদে। মহাক করিগুম্বা দুকান অমদা লেপ্পা ঙমদে। মায়কৈ মরীমক্তগী মঙোন্দা চৈশিল্লক্কনি। মহাক মপূক্লিংদা শাওরংনদুনা হায়রকই— তাদনা লৈসনু ঘী, ঐ হনবা চৎলোই।

মমা লৈত্রবা মচাগা মান্ননা তোনবা অমদি অৱাবা থরায় পানবা সংসারসিদা অতোপ্পা অমা লৈত্রবনি। অৱাবা পূম্বা ফাওরকই। অঙাংদো মমা নীংশিংলকই। ইমা লৈরবদি ঙসিগী মসি পূম্বসি করিগী খাঙজরুগনি। য়াম্মুং চৎখ্রে। ঐ ইতোমতা অৱাবসি খাঙননবা করিগী লৈহৌরিবনো? সিয়ারামগী মিৎলুদগী পিবাং ইচেল মরী শমথরকই। মহাক্কী অৱাবা মৈচাক্লরবা খৌনাওদগী শাংলবা শ্বরগা লোয়ননা নুংহিক্লরব ৱাহৈ থোরকই— ইমা! ঐবু করিগী কাউবিবগে? ঐবু করিগী কৌবীদবগে?

খঙহৌদনা নির্মলা কারোমদা অমুক লাকই। মহাক্না সিয়ারাম চৎল্লম্লগনি খল্লী অদুগা মফমদুদা ফমদুনা লৈবা উরে। অদুদা শাওনা হায়রকই— নহাক হৌজিক ফাওবা ফল্লীবনিনে?

তশেংনা চাক করম কান্দা থোংগদৌরিবনো?

সিয়ারাম পি তৈথোকই। হায়রকই— ঐহাক স্কুল চৎপা থেংলগনি।

নির্মলা— নুমিৎ অমা থেঙবদা করি হেন্না মাঙবা লৈবগে? মসিসু যুমগী থবক্নী।

সিয়ারাম— নুংত্তিগী থবকসি চৎতুনা লৈ। করিগুম্বদা মতম চানা থুংলুদে। যুমদসু পানবা মতম ফংদে। পোৎ অমা অনী/অহুমলক হল্লুদ্রবদি লৌদে। মীচৈদি ঐনা চাগদবনি, ইকাইবসু ঐনা ফংগদবনি অদোম্না ফংলোই।

নির্মলা— হোই, ঐনা করিগী ফংলুগনি? নহাক্কী য়েক্লবনিদনা, মচা ওইরবদি মদুদা ৱাগদবনি। ঐদি ঈশ্বরদা হায়জরিবসিনি। নঙ পাবা, ইবা ঙম্লনু, ঐঙোন্দা ফত্তবগী ফত্তবা ঙাক্তনি। নহাক্কী নরাল লৈতে, ঐনা অমৃত পীথকলবসু হূ ওনগনি, নমানা হূ পিথক্রবদি অমৃতনি নখোয়গী মরম্না লৈবাক্তা তিনখ্রবনি। কপ্না-কপ্না পুন্সি লেনবা তারি, খাঙবা ঙমদে করিগীদমক পোকপীরম্লীবনো? অদুগা নঙনা ঐবু নুংঙাইরিবনি হায়না খল্লীবনি। নখোয়বু ওৎপদা ঐহাক নুংঙাইবা ফংই। ঈশ্বরনদি খঙলিনি অবাবা পুম্বসিগী অরোইবা মফমদু।

মসি হায়না-হায়না নির্মলাগী মিৎলু পিরাংনা থুমহৎলকই। ইমুংদা চঙখরে। সিয়ারাম মহাক্না কপ্পা উরগা নুংঙাইতে। মহাক ৱাদি ঙাঙদে চিংনরকই— করি দন্দি ফংলগবা? তুমিন্ন পাএ লৌখৎতুনা ঘী হনবা চৎখি। হুইনা অনৌবা খুঙ্গংদা লাকপা মতৌ অদুগুম, মহাক্কী পুক্নিংগী অৱাবদু অমমম ওইনা ফোংদোকই। মহাক্কী মতৌ উরম্বগা মীচম্না ফাও খঙবা ঙমগনি মহাক লমজানি।

সিয়ারাম চৎনা চৎনা লাক্লদৌরিবা লানফমসিগী অকিবনা মহাক্কী খশ্মোয় খোঙজেল হেনগৎলকই। মহাক খঙলেপ লেপ্ল- দুকান্দারনা ঘী ওল্লু য়াদ্রবদি, অদুদ থনম্লগনি। অদুদগী নুংঙাইতদুনা মশানা কৌরক্কনি। দুকান্দারনা ঘী হন্দোক্লক্লবা ৱাহে খনবা হৌরকই। মহাক্না হায়গনি— করিগীনো সাহজী মীৎতা উফুল চাইরিবদি? উৎলিবনা তশেংবা, পীবা কান্দনা অতোপ্পা ৱাফমসি লেপথোক্তুনা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা চৎলি। মহাক্না লাকপদু দুকান্দরনা উখিবা পামদে। ইঙক ঙক্লা মহাক্কী মমাঙদা থুংলুবা পাম্মী, মরমদুনা মহাক কোইনা অতোপ্পা লম্বীদগী দুকান্দা চৎলি।

য়োল্লীবদুনা মানা লাকপা উবদা হায়রকই— ঐনা হায়বা নত্তরা? পোৎ হল্লোই, হায়যু হায়বরা হায়দবরা?

সিয়ারাম শাওরংনদুনা হায়রকই নঙনা উৎলিবা ঘীদু কদায়দা পীরে উৎপনা অমা পীবনা অতোপ্পা করিগী হল্লোইদৌরিবনো? করিগীনো লুট তৌরিবদি?

দুকান্দার— সিদগী হেন্না ফবা পোৎ ফংলবদি ফাইন পীগে। থাঙ্গৎতুনা পাত্র দুকান

অনী/অহুম য়েংলুরগা লাকউ।

সিয়ারাম— ঐহাক অদুক য়াম্বা মতম ফংদে, নশাগী ঘী হন্দোকউ ?

দুকান্দার— ঘী হললোই।

দুকান্দুদা জাটা তাবা সাধু অমা ফমদুনা কুম্মে য়েংলি। হৌগত্তুনা সিয়ারামগী মনাক্তা লাক্লে, অদুগা পাত্রদগী ঘীদু নমদুনা হায়রকই— অঙাং ঘীদি য়াম্না ফবগুম তৌই। সাহ্না মতেং ফংলদুনা হায়রকই— বাবাজী ঐখোয়দি মশানা ফত্তবা পোৎ পীদে। ফত্তবা পোৎতি করিসু খঙদবা তাদবা মীদা পীবনি।

সাধু— ঘী পুদুনা চৎলু, অঙাং য়াম্না ফবনি।

সিয়ারাম— কপথোরকই ঘীদু ফত্তে হায়না প্রমাণ তৌনবা মাগী মনাক্তা করিসু লৈতে। হায়রকই— মহাক্না হায়রকই ঘী ফত্তে, হল্লু চৎলু ঐনদি হায়বনি ঘী ফবনি।

সাহ— মহাক্কী ইমানা হায়রিগনি। করিগুম্বদা পোৎ অমত্তা মপূক্না পামদে। তোল্লবা অঙাংসিবু হন্না হন্না চেলহল্লী। পোক্তবী মমানিদনা। মশাগী মমা ওইরবদি ব্রাখল খরদি তৌগনি।

সাধুনা সিয়ারামদা নুংশিনা য়েংই— মহাকপু লানবীনবা মাগী থম্মোয়দা লাংতক্লরি। অদুগা নুংশিবা স্বরদা হায়রকই— নহাক্কী নমা শিখিবা নুমিৎ কয়া কুইখ্রে অঙাং।

সিয়ারাম— চহী তরুক শুবে।

সাধু— অদুদি মতমদুদা নহাক য়াম্না পীক্লমগনি। ঈশ্বর নহাক্কী লীলা অঙকপনি। ময়াদা খোন্নম নম্লীবা অঙাংসিবু মমাগী প্রেমদগী লাপথোকহনবীরে, ফংহনবীদ্রে। য়াম্না ফত্তরে ভগবান! চহী তরুক্কী অঙাং অদুগা হিংচাবী অতোনবীনা য়োকপা তারবা? ধনানি থৌজান হৈবা! সাহজী অঙাংসিদা থৌজানবীয়ু, ঘী হনবীখো নৎত্রবদি মমানা মহাক য়ুমদা লৈহল্লরোই। ঈশ্বরনা পাম্লবদি নঙগী ঘী য়াম্না শীৎকনি। ঐগী আশির্বাদ নঙগা লোয়নগনি।

সাহজীনা পৈশা ওইনা হনবীদরে। অঙাংদো অমুক ঘী লৈবা লাক্তনবা। খঙদে নোংমদা কয়ারক চক্রগুম কোইবা তারিবা। মহাক্কী দুকান্দা খাইদগী ফবা ঘীদু সিয়ারামদা পীরে। সিয়ারাম্না খল্লী- বাবাজী য়াম্না থৌজান হৈরিবনো। মহাক্না হায়বীরমদ্রবদি সাহগী কদায়দগী অফবা ঘী পীগনি?

সিয়ারাম ঘী পুদুনা চৎলি, মদুদা বাবাজীসু মাগা লোয়ননা চৎলি। লম্বীদা নুংশি-নুংশিবা ৱাহৈদা হায়রকই— অঙাং নঙগী নমানা চহী অহুমদা হুন্দোক্লুনা পরলোক্তা চৎখ্রে। হৌজিক মমা লৈতবা অঙাং উবদা ঐগী থম্মোয় কায়বা হৌরকই।

সিয়ারাম্না হংলকই— অদোমগী পাবুংনসু অনীশুবী লুহোংবরা?

সাধু— হোই অঙাং, নৎত্রবদি ঙসি সাধু করিগী ওইরগনি? অহানবদা পাবূং লুহোংলমদে। ঐবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী অদুগা খঙদে করম্বা ৱাখল হোংলকখিবা লুহোংলে। সাধুনি অকনবা ৱাহৈ চিন্দা পনবা ঙমদে অদুবু ঐগী ইমাতোনবীদো য়াম্না ফজবীনি অদুবু থম্মোয়দি কল্লী। পাবূংগী মিৎয়েংসু হোংখ্রে। মহাক ঐগী শক উরগা তুক্কচবা হৌরকই। ঐবু নুমিৎ চুপ্পা চাক পীজদে, কপ্লগনা ফুরিবনি। ঐনা কপ্পা উরগা ফুবা হৌরকই, মমৈদা য়ূমদগী নোংমা থোরক্নুনা লেপ্লীবসিনি।

সিয়ারাম পূক্নিংদসু য়ূমদগী চেনখিনবা ৱাখল কয়ারক হন্না লাকখিবনি। মতমসিদসু মাগী থম্মোয়দা ৱাখলসি হৌরকই। য়াম্না লাংতক্লনা হংলকই— য়ূমদগী থোরক্লগা অদোম কদায়দা চৎলি?

বাবাজীনা নোক্নুনা হায়রকই— নুমিত্তুদগী ঐগী অৱাবগী অরোয়বনি। নুমিত্তুদগী য়ূমগী মিহৌবগী অপূনবদগী মনীং তন্নে। অকিবসু পূক্নিংদগী তাম্হোকখরে। নুমিত্তুদগী থল্লী— ঐবু লাম্হোকপিরে। নুমিৎ চুপ্পা থোঙগী মখাদা কপ্পুনা লৈরে। সন্ধ্যা মতমদা ঐনা মহাত্মা অমা উনৈ। মহাক্কী মমিং স্বামী পরমানন্দজী কৌই, মহাক অঙাং ওইরিবা ব্রহ্মচারীনি। ঐঙোন্দা থৌজানবীরে। অদুনা মাগা লোয়ননা থম্বীরে। মহাক্কা লোয়ননা দেশ-বিদেশ কোয়বা হৌরকই। হৌজিক্কী ঐহাক্ত যোগ অভ্যাস লৈ অনীংবা মতুংইন্না ইমাবু উনবা ঙম্মী। মহাক্কা ৱারী শানৈ।

সিয়ারাম্না অঙকপা মিৎয়েংদা য়েংদুনা হংলকই— অদোমগী ইমাদি লৈখিদ্রবা নৎত্রা?

সাধু— অদুদা করি তৌরে অঙাং যোগ বিদ্যাদা শক্তিসি লৈ শিরবা আত্মাবু পাল্লবদি কৌবা য়াই।

সিয়া— ঐসু যোগ বিদ্যা তমগে অদু ওইরবদি ঐসু ইমাগী দশন তৌগে?

সাধু— শোয়দনা, যোগদগী অচৌ অচৌবা সিদ্ধি ফংবা ঙম্মী। লন কয়া পাল্লবসু মিৎকুপ্তা ফংবা ঙম্মী। অকনবা অনাবা ওইদুনসু মদুগী হিদাক তাকপা ঙম্মী।

সিয়া— অদোম কদায়দা লৈবগে?

সাধু— অঙাং ঐদি মফম কদায়দসু লৈতে। দেশ-বিদেশ লোইনা চৎলি। ফরে অঙাং হৌজিক নঙ চৎলো ঐহাক ইরু-মাইথজদু ধ্যান তৌবা চৎলগে?

সিয়া— লেঙবীয়ু, ঐসু শোয়দনা চৎকদবনি। অদোমগী দর্শনদা পূক্নিং থুংদরি।

সাধু— নত্তে, অঙাং নঙ স্কুল চৎপা থেংশ্নগনি।

সিয়া— অমুক হন্না অদোমগী দর্শন করম্বা মতমদা ফংগনি?

সাধু— করিগুম্বদা লাক্কনি। অঙাং নহাক্কী য়ূম কদায়দনো?

সিয়ারাম্না হরাওনা হায়রকই— লেঙবীয়ু ঐগী য়ূম য়াম্না নকই। অদোমগী থৌজাল ফংজগনি।

সিয়ারাম খোঙথাং হেনগত্তুনা মাঙদা চৎপা হৌরকই। কয়াদা হরাওরিবা! সনাগী পোৎয়োম পুদুনা চৎলিবগুম খল্লী। যুম মমাঙ য়ৌবগা হায়রকই— লেঙশিনবীরকউ, ভাইহাক ফমবীখো।

সাধু— নত্তে অঙাং ফম্মরোই। হয়েং হংচিৎ মতম অমদা লাক্কে, মসি নহাক্কী যুমনি?

সিয়া— হয়েং করম্বা মতমদা লাকপিগনি?

সাধু— অরেপ্পা হায়বা ঙমদে। করিগুম্বদা মতম অমাদ লাক্কে।

সাধু মাংদা হাইগৎখ্রে, খর চৎলগা অতোপ্পা সাধু অমা উনরে। মহাক্কী মমিং হরিহরানন্দ কৌই।

পরমানন্দনা হংলকই— কদায়-কদায়দা কোইরুরে, শিকার থুরবরা?

হরি হরানন্দ— সোমদা মায়কৈ মরীদা কোইরুরে। অমখক ফাবদুবু ফাগী তাবা হৌরকই।

পরমানন্দ— ঐদি অমা ফংবগুম তৌই। থুরদি খঙগনি।

হরিহরা— নহাক অদুমহেক্তা হায়, লাক্লগা নোংমা নীনীদা হেক্তা চেলখি।

পরমানন্দ— হৌজিক্কীসিদি চেল্লরোই, য়েংউ। মাগী মমা শিখ্রে মপানা অতোপ্পা লুহোংলে। মমানসু ওৎলি। যুমদা লৈনিংদ্রবনি।

হরি হবানন্দ— হোই, রাফমদুনি। অদুদি শোয়দনা থুরনি। খোই থারবা নৎত্রা?

পরমানন্দা— যাম্না নিংথিজনা। মসিগী পাম্বৈসিনা খ্বাইদগী ফবনি। হান্না খুঙ্গংদা করম করম্বা যুমদা মমা তোম্বীনা য়োকপগে, খঙদোক্কদবনি। অদুগুম্বা যুমশিংদুদা কোঙ্গোই থাগদবনি।

## কুন্নীথোই

নির্মলানা শাওনা হংলকই— অদুক কুইবদি কদায়দা লৈরুই।

সিয়ারাম্না য়াম্না থৌওইদনা হায়রকই— লম্বীদা মফম অমদা তুমদুনা লৈরুই।

নির্মলা— মদুদি ঐ হায়দে, অদুবু খঙবরা পুং কয়া তাখ্রবগে? তারাদি তাখ্রবনি। বাজার য়াম্না থাপ্পদি নত্তে।

সিয়ারাম— থাপ্তে, কোম্ব্বোংদা লৈবনি।

নির্মলা— চুম্না করিগী হায়দ্রিবনো? অদুক শাওরিবসিবু ঐগী থবক চৎলুবদৌনা?

সিয়া— অদুদি অরেম্বদা অদোম ৱারেম করিগী ঙাংলিবনো? লৌরুরবা পোৎ হনবা অবাইবা থবক্রা? দুকান্দারদা পুংমুক হায়নবা তাই। মসিদি বাবাজী অমনা হায়ন-খোৎনদুনা হনহলবনি নৎত্রবদি করিগুম্বদসু হল্লকলোই। লম্বীদা মিনিট অমা ফাও লেপ্লক্তে। চুম্না লাক্লীবনি।

নির্মলা— ঘীগীদমক চৎপনা পুং ১১ দা হল্লকই। শীংগী অমুক চৎলবদি সন্ধ্যা য়ৌগদৌরিনে? নখোয়গী বাবুগী চাদনা চৎখ্রে। নঙনা অদুক থেংলক্কনি হায়বদি করিগী হায়দ্রিবনো? শীং লৌবা চৎকদরা?

সিয়ারাম হৌজিক মশাবু ফাথজবা ঙমদরে। শাওরংনদুনা হায়রকই— শীং কনাদনো অমা লৈহনবীয়ু। ঐহাক স্কুল চৎপা থেংখ্রে।

নির্মলা— চাক চাররোইদরা?

সিয়া— চারবোই।

নির্মলা— ঐহাক চাক থোংনবা শেম শারবনি। হোই শীং লৌবা চৎপা ঙমদরে।

সিয়া— ভুঙ্গীবু করিগী থাদ্রিবনো?

নির্মলা— ভুঙ্গীনা পুরকপা পোৎ নঙনা করিগুম্বদা উখ্রবরা?

সিয়া— অদুসু ঐ মতমসিদা চৎলোই।

নির্মলা— ঐঙোন্দা দোষ তৌগনু?

সিয়ারাম নুমিৎ কয়ানিমুক্তগী স্কুল চৎলক্রবনি।

বজার কৈথেনগী মরক্তা লাইরিক পাবা ঙমদ্রবনি। সকুলদা চৎলগা মীচৈ তাবা, বেঙ্গতা

লেপ্পা নৎত্রগা অৱাংবা মিংচৎ পিবা নত্তনা করি ফংগনি। মহাক য়ূমদগী লাইরিক পুরগা চৎকনি করিগুম্বা উখাদা ফমদুনা লৈথোক্কনি নৎত্রগা সিফাইশিংনা গৱাজ তৌবা য়েংগনি পূং ৩ দা য়ূমদা হল্লকই। ঙসিসু মহাক য়ূমদগী চৎলে তৌইগুম্বসুং চাকসু লাম্মী। পূং তাবা ফাওবা চাক থোংবা ঙমদবা। হায়রকই বাবুজী চৎখ্রে। য়ূমদা ঐগীদমক পৈশা অনী/মরী ফাও লৈতরবা? ইমা ওইরদি, অসুম চাদ থক্তনা চৎহল্লোই। ঐগী হৌজিক কনাসু লৈতরে। সিয়ারাম বাবাজীগী দর্শনগীদমক লাংতক্লরকই। মহাক্না খল্লী— মতমসিদা মহাক কদায়দা ফংগনি। কদায়দা চৎতুনা য়েংলুনি। মহাক্কী পূক্নিং হূরবা ৱাহে, মহাক্কী পূক্নিং থৌগৎপা খূৎথেম, মাগী পূক্নিংবু চিংবা হৌরকই। মহাক্না লাংতক্লদুনা হায়রকই— ঐহাক নহাক্কা লোয়ননা করিগী চৎখিদ্রিবনো, য়ূমদা ঐগীদমক করি লৈরিবগে?

মহাক মসিদগী চৎখিদুনা ঘী য়োনবা দুকানলোমদা চৎখ্রে। তশেংনা মফমদুদা বাবাজীদু উনবা য়াই। অদুবু মফমদুদসু বাবাজী লৈরমদরে। য়াম্না থেংলফাও লেপ্লগা হল্লকই। য়ূমদা লাক্লগা ফমবদা মঙাইরি নির্মলা লাক্লগা হায়রকই— ঙসি কদায়দগী থেংলক্লীবনো? অয়ুক চাক থোংদরে। হৌজিকসু চারা হেল্লদরা? চৎতুনা বজারদগী ইনশাং খরা লৈরু।

সিয়ারাম শাওরংনদুনা হায়রকই— নুমিৎ চূপ্পা চাক লাম্না লাক্লীবনি ঈশিং মায়শিং ফাও পুরক্তে মদুগী মথক্তা বাজারদা চৎনবা য়াথং তৌরকই। ঐহাক বাজার চৎলোই। কনাগীসু মীনাই নত্তে। চাক পীজগবো নৎত্রগা করিনো খরা? অসুম্না চাকসু থবক শুরগা ফংবা তারবদি অদোমগী থবক শুরোই, অতোপ্পা মীগী শুগনি। লেঙদীরো। ঐগীদমক চাক হাপ্পীরুরনু।

নির্মলা পুঙক ঙক্লা লৈবস্মী। অঙাংসি ঙসি কাবি তৌখ্রে। অতৈ মতমদাদি তুমিন্না চৎতনা থবক তৌবনি। ঙসি মওং হোংলিবসি করিগীনো? অদু ফাওবা মহাক খন্দে, পৈশা ১/২ পীদুনা করিনো খরা চাননবদি। মহাক্কী লীচৎসি য়াম্না লীকখ্রে হায়রকই—য়ূমগী থবক শুবদি মজদুরবা কৌদে। অসুম তৌনা ঐসু হায়ররদি চাক থোংলোই, নহাক্কী নপানসু হায়বদি কৌট চৎলোই করি ওইনি হায়য়ু। চৎনীংদ্রগা চৎকনু ভুঙ্গীদা লৈহল্লুনি। ঐনা খঙলবনি নঙ বজারদা চৎপসি ফত্তনা খল্লী অদুনা লৈতুমদা পৈশা পীবসু নঙবু থাররোই। ঙসিদগীদি য়েংউনা হায়রিবসিনি।

সিয়ারাম থম্মোয়দা খরা ইকাইখি অদুবু বজার চৎখিদে মহাক্কী ৱাখল বাবাজীরোমদা খল্লী। ঙসি অরাবা পূম্বগী অরোইবা অমদি পুন্সিগী আশাসে মদু পূম্বা বাবাজীগী অশির্বাদতা লৈবগুম খল্লী। মহাক্কী মখোঙদা চঙজরগা মাগী পুন্সি মহৈ য়ানগনি খল্লী। নুমিৎ তাবা মতমদা মহাক তপথবা ঙমদরে। বাজার পূম্বা কোইথি থিরে তৌইগুম্বসুং বাবাজীগী মফম খঙদরে নুমিৎ চূপ্পা অরাম থৌরাংবনা অপঙবা অঙাংদো ৱারবা থম্মোয়বু খূৎনা নমদুনা

আশা অমদি অকিবগী মূর্তিগুম য়ুমথোঙ খুদিং লৈরক খুদিং অমদি মন্দিরশিংদা চঙজফমসিবু থিরুনি।

অসি নত্তনদি মহাক্কী পুক্নি খাঙমদরে। অমুক্তং মন্দির অমগী মমাঙদা মী য়াম্না লেপ্পা উরকই। মহাক্না খল্লী বাবাজী ওইরিনি হরাওজবনা পুক্নিং শাকায়রম্মী। চেনখিদুনা সাধুদুগী মনাক্ত লেপ্পুরে মদু অতোপ্পা মহাত্মা ওইরম্মী। নীংবা কাইনা মাংলোমদা চৎখিরম্মী।

তপ্না-তপ্না সরক্তু ইচিক চিক্লকই। য়ূমগী থোঙ লোনশিনখ্রে। খোঙ লম্বীদা বোরা থা থাদুনা প্রজাশিংনা নুংঙাইরবা তুমখুন্দা লুপ্নরকই। তৌইগুম্বসুং সিয়ারাম য়ূমদা হল্লক্তরে: য়ূমদা মহাক্কী থম্মোয় কায়খ্রে কনাসু মাবু নুংশিবীদরে। মফমদুদা মহাক মীথা পোনবা মীগুম তাদুনা লৈবনি সুপ্নদগী মহাক্কী মফম অতৈদা চঙজফম লৈতে মরমসিনা ? মতমসিদসু মানা য়ূমদা চঙদবগী কনাসু চিন্তা লৈতে। বাবুজী চাক চারগা হিপ্লরিনি। ইমা ইবেম্মাসু পোত্থাবা চঙলম্লনি। কনানসু ঐগী কারোমদা খজিক্তং ফাও য়েংশিল্লম্লোই। হোই বাবুজী মিপাইরমগনি। মহাক হৌজিক ফাও ঐগী লম্বী য়েংদুনা লৈবমগনি। ঐনা চঙলুদ্রিফাও চাক চাবোই।

কুকমনিবু নীংশিংলকপদা সিয়ারাম য়ূমলোমদা চৎলি মহাক করিসু তৌবা ঙমদ্রবসু মতম্বাক্তা পমদুনা কপ্লদি ঙম্মী। মহাক্না মপান্দগী চঙখিবদা খূৎ হাপ্লবা ঈশিং থম্মী। সং সারদা অঙাং পূম্বা শঙ্গোম্না চিন তেংদে পুন্নমক সনাগী পুখমদা চাক চাদে। কয়া অমদি পৃক থন্না চাবা ফংদে। য়ূমগী ৱাখল থাদোকপসি মমাগী নুংশিবা ফংদবদনি।

সিয়ারাম য়ূমদা চৎলিবনি। খঙহৌদনা বাবা পরমানন্দ লৈরক অমদগী থোরকপা উরকই। সিয়ারাম্না মহাক্কী খূৎ পায়রমী, পরমানন্দনা খঙনা হংলকই অঙাং নঙদি কদোমদগীনো?

সিয়ারাম— ৱাহৈ শেম-শাদুনা হায়রক্ই মরূপ অমা উনবা লাকপনি, অদোমগী লৈফম সিদগী কয়াম লাপ্পানো?

পরমানন্দ— ঐখোয়দি সিদগী চংলনি, অঙাং হরিদ্বার চৎকদবনি।

সিয়ারাম্না থৌনাগা লোয়ননা হায়রকই— ঙসিমক চৎপিরগদবরা?

পরমানন্দ— হোই, অঙাং। হল্লকপদা দর্শন পীগনি।

সিয়ারাম্না কক্লবগী মওংদা হায়রকই— হল্লক্লগা?

পরমানন্দ— থুনা হল্লক্কনি, অঙাং।

সিয়ারাম তপ্ন হায়রকই— ঐসু অদোমগা লোয়ননা চৎকনি।

পরমানন্দ— ঐগা লোয়ননা? মহাক্কী য়ূমগী মীশিংনা চৎহনগদরা?

সিয়ারাম— য়ূমগী মীওইশিংনা ঐগী করি ওইরিবগে? মসিদগী সিয়ারাম কবিসু হায়বা ঙমদরে। মহাক্কী পিরাংনা থুমহৎলবা মিৎয়েংনা মহাক্কী অৱাবা ৱারীদু খরা

হেন্না শন্দোক্লা তম্লকই। ৱাহৈনা হায়বা ঙম্বদগী হেন্না।

পরমানন্দনা অঙাংদুবু কোনশিনবীদুনা হায়রকই— ফরে, অঙাং নঙগী অনীংবা লৈরবদি চৎলু। সাধু সঙ্গগী নুংঙাইবসু লৌ, ঈশ্বরনা চাল্লবদি নঙগী অনীংবা থুংগনি।

মরু মরাং মথক্তা পাইবা চেক্লা মমৈদা মরুদুদা তাই। মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা পোন্দা ওইগদরা নৎত্রগা শিকারীগী ছুরি ময়াদা মসি কনানা খঙগনি?

## কুনহুমদোই

মুন্সী পুং মঙাদা কোর্টতগী হল্লকই অদুগা ইমুংদা চংলকপগা ফক্তা তুরে। অহল ওইরবা হকচাং অদুদা ঙসি নুমিৎ চুপ্পা চাক চাদরে। চিন্বান কংলে। নির্মলা খঙলে, ঙসি নুমিৎসি খালিবা চৎখ্রে।

নির্মলানা হংলকই— ঙসি করিমত্তা ফংদ্রবরা?

মুন্সীজী— নুমিৎ চুপ্পা চেন্দুনা লেল্লি অদুবু খুত্তা অমত্তা তাদে।

নির্মলা— ফৌজদারী কেসতু করম তৌরে?

মুন্সী— ঐগী মীদু দন্দি ফংখ্রে।

নির্মলা— পন্দিতকী কেসতি?

মুন্সীজী— পন্দিত্তো। ডিক্রী তৌখ্রে।

নির্মলা— অদোমদি হায়খিবনি অধিকার থিংলনি?

মুন্সীজী— হায়বদি হায়খিবনি। হৌজিকসু হায়রিবসিনি অধিকারদু থিংলগদবনি অদুদা কোক কনানা থাদরুগনি?

নির্মলা— শনপোৎকী ব্বাথোক্তুদি?

মুন্সীজী— মদুসু মায়থিখ্রবনি।

নির্মলা— অদুদি ঙসি অদোম লাইবকথিবা কনাগী মায়খেং উরগা হৌগৎলেনে?

মুন্সীজীহৌজিক থবক ওবা ঙমদ্রবনি। অমারোমদা মঙোন্দা কেস লাক্তে। করিগুম্বা লাক্লবসু কায়খিবনি। অদুবু মহাক্কী মায় পাক্তবদু নির্মলাদা লোত্তুনা থম্মী। নুমিত্তুদা পৈশা ফংদ্রবদি মরুপ-মপাং শিংদগী পুদুনা পুরকই মদু নির্মলাদা পিরম্মী। চাউরাক্লা মরুপশিংদগী খর নৎত্রগা খরদি পুখ্রবনি। ঙসিদি মদুগী তাঞ্জাসু ফংদরে।

নির্মলানা অৱাবা ফোংদোক্লদুনা হায়রকই— শেলথোক্কী ফিভমসি অসি য়ৌরবনি। ঈশ্বর মপুনি অদুদা নচানুপাগী ফিভম্না বজার চৎপা লুনাথোকই। ভুঙ্গীদা থবক পুম্বা তৌহনবা পাম্মী। ঘী পুদুনা পুং ১১ দা হল্লকই। শীং লৌরচো হায়ববু কয়ারক হায়রফাওবা মায়থিদুনা তোকই।

মুন্সী— অদুদি চাক থোংদরে।

নির্মলা— অসিগুম্বা ফিভমদা কেস মায়থী। শীং য়াওদনা কনানা চাক থোংবগে? ঐনদি থোংবা ঙমবরা?

মুন্সীজী— করিমত্তা চাদনা চৎখ্রবা?

নির্মলা— য়ুমদা করি থমদুন মদু পীজগদৌরিবা?

মুন্সীজী— কিনা কিনা হায়রকই পৈশা নুংশা খরা পিখিবরা?

নির্মলানা পিশুম শুক্তুনা হায়রকই— য়ুমদা পৈশা পানবনিনে?

মুন্সীজী পাউখুম অমত্তা পীদে। খরা থেংলফাওবা ঙাইদুনা লৈরে জলপানগীদমক খরা ফংগদরা হায়না খন্দুনা অদুবু নির্মলানা ভুঙ্গীদা ঈশিং পুহল্লকই। অদুদগী নীংবা কায়রদুনা মপান্দা থোকখ্রে। সিয়ারামগী অৱাবগী চিন্তানা লাংতক্করকই। নুমিৎ চুপ্পা হৌখ্রে। কাদা তাদুনা লৈরিগনি। অমুক্তং ভুঙ্গীদা শীং লৈহনবদা কয়া য়াম্না মাংগদবগে? অদুক লীকপদুগীবু করি কান্নরিবা? য়ুমগী মীওইশিংনা চাক লাম্না লৈরবদা। মশাগী উপু মচাদু হাংদোক্তুনা ওৎপা হৌরকই, তশেংনা অনী/মরী অনা-পৈশা ফংবা য়াই খন্দুনা। করিসু ফঙদরে। মদুগী মনুংগী চে চাং পুম্বা লৌথোকলে। চেনা অমমমতা ফাও কঙ্থোক্তুনা যেংলকই। করিগুম্বা নির্মলাগী উপুদা পৈশা পান্দরবদি মাগী উপুদদি মপান ফাওবা শাৎলম্লরোই তৌইগুম্বসুং লাইগী নোংদমদগী চেশিং ফাকপদা শিকি অমা তারকই। হরাওবনা মুন্সীজী চোংখৎলি। চাওর চাওরবা শেনফম তানখ্রবনি অদুবু শিকিদু খুৎতা পায়দুনা মতমসিদা হারাওখিবগুম করিগুম্বদা হরাওখিদরি। শিকিদু পায়দুনা সিয়ারামগী কাদা নোক্তুনা কৌরকই— পাউখুম অমত্তা ফংদে। কাদা চঙদুনা য়েংই। সিয়ারাম লৈরমদে। হৌজিক ফাও স্কুলদগী হল্লকত্রিবরা? পুক্নিংদা ৱাহংসি হৌগৎলকপদা ভুঙ্গীদা লাক্তুনা হংই খঙলে স্কুলদগী হল্লকখ্রে। মুন্সীজীনা হংই— ঈশিং খরা থকখিবরা?

ভুঙ্গীনা পাউখুম অমত্তা পিরক্তে। নাতোন শুক্লগা মায় লৈথোক্তুনা চৎখ্রে। ঙসি ইহান হান্না নির্মলাদা শাওনীংলকই তৌইগুম্বসুং মিৎকুপ অমদা অশাওবদু মশাদা ওইনা তৌরকই। অমম্বা কাদা লৈমায়দা হিপ্লদুনা মশানা মচাশিংবু অদুক য়াম্না থৌশারুদবগী নীংঙম্লক্তে। নুমিৎ চুপ্পা চোকথনা লাকপনি ঙাইহাক লৈরগা তুমথখ্রে। ভুঙ্গী লাক্তুনা কৌরকই বাবুজী চাক লোয়রে। মুন্সীজী খৎদুনা হৌগৎলগা ফম্মী। কাদা থাওমৈ থাল্লি।

মুন্সীজী— পূং কয়া তারে, ভুঙ্গী ঐদি তুমথরুরেদনা।

ভুঙ্গী— কোটৱালীদা ৯ য়ৈখ্রে। অদোম খঙবিদবরা।

মুন্সীজী— সিয়া বাবু লাকলবরা?

ভুঙ্গী— লাক্রবদি ইমুংদা লৈরোইদরা?

মুন্সীজীনা শাওরংনরদুনা হংলকই— ঐনা হংলিবসিনি লাকই— লাক্তে খঙদে নঙনা করি

পাউখুম পীরিবনো? লাকই নৎত্রগা লাক্তে?

ভুঙ্গী— ঐনদি উদে, ওইদবা করিগী ঙাংলুনি?

মুন্সীজী— মহাক লাকখিসনু,অদুগা চৎসি।

পূংখাইমুক ইমুংদা মিৎয়েং থমদুনা হিপ্তুনা লৈরে। অদুদগী হৌগত্তুনা মপান্দা থোরকই। য়েৎলোমদা ফালং মরীরোম চৎলে অদুদগী থোঙ্গান ফাও লাক্লগা অমুক হংলকই— সিয়া বাবু লাক্লবরা?

ইমুংদগী খোঞ্জেল তারকই— হৌজিকফাও লাক্তে।

মুন্সীজী অমুক হন্না ওইরোমদা চৎলি। লৈরক্কী মচিন ফাওবা চৎলুরে। সিয়ারাম কদায়দসু উবা ফংদে। মফমদুদগী অমুক য়ুমদা লাকই থোঙদা লেপ্তুনা হংলকই— সিয়াবাবু লাক্লবরা? ইমুংদগী খোঞ্জেল তারকই— লাক্ত্রী।

কোর্টৱালী পূং তারা লৈখরে। মুন্সীজী য়াম্না য়াঙনা কম্পনি বাগ লোমদা চৎলি। খল্লকই তশেংনা সোমদা চৎলম্বা য়াই, নাপী মথক্ত হিপ্পা-হিপ্পা তুমখিবা য়াই। বাগতা বেঞ্চ খুদিংদা য়েংই। মায়গৈ মরীমক কোইথি-থিরে। নাপী মথক্তা অয়াম্বা মীওইশিং হিপ্তুনা লৈবা উই অদুবু সিয়ারামগী খুদম ফংদে। মহাক্না সিয়ারামগী মিং পন্দুনা কন্না কৌরকই অদুবু কদায়দগীসু পাউখুম ফংদে।

ৱাখল তৌরকই, স্কুলদা করিগুম্বা কুম্মৈ তৌরিবরা? স্কুল মাইল অমদগী হেন্না লাপ্পনি। অদোমদা চৎলে, মাইল তঙ্খাইমুক চৎলগা হল্লকই। বাজার চীকখ্রে স্কুলসু অহীং অথেংবসিদা কুম্মৈ তৌবা হৌনদে। হৌজিক অমুক আশা তৌরকই— সিয়ারাম হল্লক্লম্লগনি থোঙ্গান্দা লাক্লগা কৌরকই— সিয়ারাম লাক্লবরা? থোং থিংই খোঞ্জেল অমতা তাদে। অমুক কন্না কৌরকই। ভুঙ্গী থোঙ হাংদোক্তুনা হায়রকই-হৌজিক ফাওবদি লাক্ত্রী। মুন্সীজীনা ভুঙ্গীবু মনাক্তা কৌশ্লিলগা নুংশিনা হায়রকই— নঙদি য়ুমগী ৱা পূম্বা খঙলিবনি, তাকউ ঙসি করি তৌবগে?

ভুঙ্গী— বাবুজী ওইদবা ঙাঙলোই, মৌ ইবেম্মানা থাদোক্কনি। অদুদগী হেন্না কারি তৌগনি? য়ুমদা করিগুম্বা থবক লৈরে, বাজার থারে, নুমিৎ চুপ্পা বাজারদা চেনবদা হৌখি। ঙসি শীং লৌবা চৎতে মদুদা লৈরং হৌদে। হায়রুরগা পঙাং ঙাংই। অতোপ্পগী অঙাং অসুম্না থম্নদে। অদোম্না ফাও য়েংদে অদুদা কনা অতোপ্পানা য়েংলুনি? লেঙবীরকলো চাক চারসি, মৌ ইবেম্মা য়াম্না কুইরে ফমদুনা ঙাইরিবা?

মুন্সী— হায়য়ু মতমসিদা চাক চারোই।

মুন্সীগী অমুক মাগী কাদা চংখ্রে। শ্বর শাংনা হোল্লী। অৱাবনা থল্লবা শ্বর হোলদোরকই—

ঈশ্বর হৌজিক দণ্ডি মপুং ফাদ্রিবরা? মিৎতাংবগী চৈগুসিসু খুত্তগী মুল্লগেরা? নির্মলা লাক্তুনা হায়রকই— ঙসি সিয়ারাম হৌজিক ফাওবা লাক্তে। হায়রিবসিনি চাকথোংদুনা লৈরে, চাররো অদুবু খঙদে করম কান্দা হৌগত্তুনা চৎখিবা। কদায়দা কোয়দুনা লৈরিবা? করম্বা মতম ফাওবা মাগী লম্বী য়েংদুনা লৈখিগদগে? অদোম চাবীররো। মাগী চাক থাঙগত্তুনা থল্লগে?

মুন্সীজীনা নির্মলারোমদা শাওনা য়েংদুনা হায়রকই— হৌজিক পুং কয়া তাররিনি?

নির্মলা— করি খঙনি? তারা তারল্লনি।

ভুঙ্গী— নত্তে ১২ তাখ্রে।

নির্মলা— ১২ তাখ্রে? অসুক থেংবদি করিগুম্বদা তৌদবনি। করম কান ফাও মা লাকপা ঙাইখিগনি? নুংথিলসু করিমত্তা চাদ্রবনি। অসিগুম্বা কোয়গনবা অঙাংদি উদরি?

মুন্সী— নহাকপু য়াম্না ৱাহল্লে নৎত্রা?

নির্মলা— য়েংবীয়ু অহীং অসুক থেংখ্রে, য়ুমগী খন্দে।

মুন্সীজী— তশেংনা মসি অরোইবা ঙাওশিন্নবা ওইবা য়াই।

নির্মলা— করন্না ৱাহৈসি হায়দোকপিরিবনো? কদায় চৎকনি? কনাগুম্বা মরূপ-মপাংগী মফমদা হিপ্পুনা লৈরিনি।

মুন্সীজী— অশেংবা মদু ওইসনু। ঈশ্বরনা মদু ওইহনবীসনু।

নির্মলা— অমুক লাক্লদি খরা চৈবীয়ু।

মুন্সীজী— য়াম্না ফজনা ৱারক্কনি।

নির্মলা— লেঙবীরক্লো, চাক চারসি য়াম্না থেঙখরে।

মুন্সীজী— অয়ুক মাবু ৱারক্লগা চারগে। করিগুম্বা লাক্তুবদি নহাক মাগুম্না থাজবা য়াবা মীনাই কদায়দগী ফংগনি?

নির্মলা পৈরদুনা হায়রকই— অদু ঐনা তাম্বোক্লীবরা?

মুন্সী— নত্তে মদু কনানা নঙোন্দা হায়গনি? নহাক্না করিগী তাম্বোক্কনি? নহাক্নীদি থবক তৌরিবনি খুদোংথীবা লাক্লবা তৌরিবনি।

নির্মলা অতৈ করিসু হায়দে, ৱা হেনগৎলকপগী অকিবা লৈ। ইমুংদা চঙখ্রে। তুম্নবসু হায়দে। ঙাইহাক লৈরগা ভুঙ্গী থোঙ লোনশিনখ্রে।

মুন্সীজী তুম্বা য়াগদরা? অঙাং অহুমগী অমথক হীংলিবনি। মদুসু খুত্তগী নাম্বোকখ্রে। অদুদগী পুন্সিদা অমম্বা নত্তুনা করি অমুক লৈরিবগে? কনাসু মিং পনবীনবা ফাও লৈররোই। হা! করম করন্না ৱত্ন খুত্তগী নাম্বোকখ্রে, মুন্সীজীগী মিৎলুদগী পিরাং ঈচেল চেম্থরকই। মদুদা অঙকপা নত্তে। পাক শন্না নিংঙমদবা, অসিগুম্বা অমম্বা লাংতক্লবা অীহংসিদা আশাগী

মরিক অমখক চেকশিন্না থমজবনি। মিৎকুপসিদা অদুগুম্বা মরিক্তুসু লুপশ্বগনি। কনানা হায়বা ঙমগনি? মঙোন্দা করি থোক্লীগবা? মহাক্কী অসিগুম্বা অৱাবগী কলপনা কনানা তৌবা ঙমগনি? কয়ারক হন্না মুন্সীজী উইরকই। তৌইগুম্বসুং কয়ারক হন্না সিয়ারামগী খোঙ্জেলগী ৱাখলদা খঙই।

অয়ুক্তা মুন্সীজী সিয়ারাম থিবা থোরকই মহাক কনাগুম্বদা হংবা ইকাইজৈ। করম্বা মায় পুদুনা হংলুনি? মহাক কনাগুম্বগী মীনুংশিগী আশা লৈতে। শক্তি কয়া লৈরিবা, নুমিৎ নীনী চারা হেল্ল ফাও মাঙদা হায়দ্রগসু হায়হৌগনি নঙনা তৌবা নঙনা ফংবনি।

অহীং পুং ১২ তাবদা মুন্সীজী য়ুমদা হল্লকই। থোঙ্গান্দা লালটেন থাল্লী। নির্মলা থোঙদা লেপ্পী। মুন্সীজী উরগা হায়রকই— হায়রমদনা কদায়দা চৎপিরুরিনো? খঙদে, লৈফম খঙলবরা?

মুন্সীজ মৈ হৌনা শাওনা য়েংদুনা হায়রকই- চৎথোকখ্রো ইমাঙদগী নৎত্রবদি ফররোই। ঐহাক ইশামক লাকশিনজবা ঙমদে। মসি নহাক্না তৌবনি। নহাক্না মরম ওইদুনা ঙসি ঐগী ফিবমসি ওইরিবনি। চহী তরুক্কী মমাংদা য়ুমসিগী ফিভম ওইরম্বা নত্তে। নঙনা ঐগী শেম-শাবা লোইরবা য়ুম থুগাইরে, নঙনা লেঙ-লেঙ চৎলবা লৈকোন্দু চাইখাইরে, সুপ্নগী অকংবা মউদুদা ঙাইরবা উপানদো ওইরে। মসিগী খুদমসিসু মাঙহনখ্রগা নহাক পেল্লনি। ঐহাকপু পুম্মাং মাংহন্নবা নঙবু য়ুমসিদা পুরকখিবা নত্তে। নুংঙাইরবা পুন্সিবু অমুক্কা হেন্না নুংঙাইনবা খল্লম্বনি। মসি মদুগী প্রায়শি তনি। অঙাংদো ক্বাগুম নান্দুনা থম্বনি মখোয়বু নঙনা ঐহাক হিংনা-হিংনা মীনাইগুম খল্লে। ঐহাক পুম্নমক মিৎসিনা উদুনসু মিৎতাংবা অমগুম ফমদুনা লৈরে। চৎলু ঐগীদমক হু খর পুরকউ। বস, মসিমত্তং ৱাৎলি, মদুসু মপুং ফাহল্লসি।

নির্মলা কপ্পুনা হায়রকই— ঐদি লাইবক থীরিবমক্কী। অদোম্না হায়রগা খঙবনি। খঙদে ঈশ্বরনা করিগী পোকহনবীরিবনো? অদুবু সিয়ারাম লাক্লরোই হায়বসি অদোম্না করম খঙবগে?

মুন্সীজীনা কারোমদা চৎনা-চৎনা হায়রকই— চাকহল্লনু, চৎলগা হরাওবা ফোংদোকউ। নহাক্কী অনীংবা মপুং ফারবনি।

## কুনমরী

নির্মলা অহীং চুপ্পা কপ্তুনা লৈরম্মী। কলঙ্ক কয়া য়ামখ্রবা? মহাক্না জিয়ারাম্বু লীক-কোন পুদুনা চৎপা উরবসু চিন কাংথোক্লবা থৌনা লৈখিদে। মীওইশিংনা মীনম্বা মরান শীজিন্নগা অঙাংবু য়েক্লবগুম খল্লী হায়খিগনি কিজবনা মরম ওইদুনা। জিয়ারাম্বু মিৎকুপ্তুদা থিংলম্লবা অদুসু ইকাইবনা কদায়দনো চেনখিগনি। অসুসু মাগী মথক্তা মরাল শীজিনবিরোইদ্রা? সিয়ারামবু কয়াম ফত্তনা লোয়নবগে? শেন তুংশিন্নবগী ব্রাখন্দা মাবু পোৎ লৈহনবনি। মহাক বজেত্তু লৈরগা লীক-কোন শাবা পামখিবরা? শেল থোকপগী ফিভমসি য়ৌরবসিদা পৈশা-পৈশাদা মিৎয়েং থম্বা নত্তনা খরা তুংশিন্নবা মহাক্কী করি উপাই লৈবগে? নহা ওইবগী পুন্সিগীদমক্তদি আশা লৈতরে। অহল ওইরকপা পুন্সিগী অরেপ্পা করিনো? অঙাংদুগী লুহোংনবগী কন্নাগী মাংদা খূৎ তিংথোক্লগনি। অঙাংদুগী ভার মঙোন্দদি নত্তে। মহাক্না মপুরোইবগী খুদোংচানবা খরা তুংশিন্নবা হোৎনবনি। মপুরোইবা থক্তগী নত্তে। সিয়ারামকসু মপুরোইবগী মথংদা য়ূমগী মপু ওইগদৌরিবনি। মচনগী লুহোংবগী ভার মাগী মথক্তা তারোইদরা? নির্মলানা লীকশিল্লীবসি মপুরোইবা অমদি মচাগী অব্রাবা কোক্লবগীদমক্তা তৌরিবনি। অঙাংদুগী লুহোংবসি ফিভমসিদা অব্রাবা নত্তনা করি ওইগদগে? অদুবু মদুগী মথক্তসু মাগী লাইবক্তা মিংচৎ থীবদমক তন্নম্মী।

নুমিৎ য়ুংলে অদুবু ঙসিসু লৈরং হৌদরে। চাবসু পুন্সিগী থবক্নী। মসিগী কনাসু ব্রাখল তৌনদ্রে। মুন্সীজী মপান্দা জ্ঞান তাদনা তাদুনা লৈরে। নির্মলা ইমুংদা, অঙাংদু করিগুম্বদা ইমুংদা চঙগনি করিগুম্বদা মপান্দা থোক্কনি। কনাগুম্বা অমত্তা ঙাংবীনবা লৈতে। হন্না হন্না সিয়ারামগী কাগী থোঙদা চৎলুই, বৈয়া-বৈয়া হায়দুনা কৌই, ভৈয়া পাউখুম পীরক্তে।

সন্ধ্যা মতমদা মুন্সীজী লাক্লুনা নির্মলাদা হায়রকই নঙোন্দা পৈশা খরা লৈবরা?

নির্মলা খংদুনা হংলকই— করি তৌবিগদৌরিবনো?

মুন্সীজী— ঐনা হংলিবসিনি, মদুগী পাউখুম পীয়ু।

নির্মলা— অদোম খঙদবরা? পীগদবদি অদোমনি?

মুন্সীজী— নঙোন্দা সুপ্নগী খরা লৈবরা? লৈতবরা? করিগুম্বা লৈরবদি ঐঙোন্দা পীয়ু লৈত্রগা শেংনা হায়য়ু।

নির্মলনা হন্দকসু শেংনা পাউখুম পীদরে হায়রকই— লৈরবদি য়ুমদা লৈরিনি? কদায়দা ঐনা থাখিগদগে?

মুন্সীজী মপান্দা থোকখ্রে। মহাক খঙই নির্মলাদা পৈশা লৈ। মানা মসিসু হায়দে। লৈ পিরোই। মাগী ৱাহৈনা ফোংদোকপদি মহাক পীবা পামদে।

পুং ৯ তাবা অহীংদা মুন্সীজী লাক্কুনা রুকমনিদা হায়রকই— ইচে ঐ মপান্দা চৎলুগে। ঐগী ফিরোন ভুঙ্গীদা পুশিনহল্লু ট্রঙ্কতা ফিরোন থরা হাপ্পুনা লোইশিহল্লু।

রুকমনি— চাক থোংলি, মৌদি কাদা লৈবনি। করিগী হায়দ্রিবনো? কদায়দা চৎকে খল্লীবনো?

মুন্সীজী— ঐ নঙোন্দা হায়রিবনি। মৌদা হায়গদবা লৈরবদি নঙোন্দা করিগী হায়রুনি? ঙসি নঙ করিগী চাক থোংলিবনো?

রুকমনি— কনানা থোংগনি। মৌ কোক চিকই। তশেংনা মতমসিদা কদায়দা চৎকে হায়রিবনো? অয়ুক্তা চৎলুদনা?

মুন্সীজী— অসুম্না য়েথোক-য়েথোক্কুনা নুমিৎ হুম্নী শুরে হৌখিবা কোইথি-থিদুনা য়েংগে করিগুম্বদা সিয়ারামগী লৈফম খঙবরা? মীওই খরনা সাধু অমগা ৱারী শানহৌই হায়। তশেংনা মহাক্না থেমদুনা পুখিরম্বা য়াই।

রুকমনি— করম কান্দা হল্লক্কনি?

মুন্সীজী— হায়বা ঙমদে। হৃপতা মুক চঙবা য়াই, থামুক চঙবা য়াই, করি অরেপ্পা লৈবগে?

রুকমনি— ঙসি করি নুমিৎনো? কনাগুম্বা পণ্ডিত অমদা যত্রা লৈবরা লৈতবরা হংউদনা?

মুন্সীজী চাক চানবা ফম্মী। নির্মলা মতমসিদা থৌজান লাকই। অশাওবা পৃম্বা নেমখ্রে। মশাদদি হায়দে অঙাংদু হৌদোক্কুনা চুপ্পগা হায়রকই— য়েংউ নঙগী বাবুজী কদায় চৎলিবনো হংঙুদনা? অঙাংদুনা থোঙদা য়েংদুনা হংলকই— বাবুজী কদায় চৎলিনো?

মুন্সীজী— থাপ্না চৎলিবনি ইবেম্মা। নহাক্কী য়াম্বুং থিবা চৎলিবনি।

অঙাংদুনা মদুদা লেপ্না-লপ্নো হায়রকই— ঐসু চৎকে।

মুন্সীজী— য়াম্না থাপ্না চৎপনি। নহাক্কী পোৎ লৈরককে, সিদা করিগী লাক্কবনো?

অঙাংদু নোক্কুনা লোৎলি, মিৎকুপ্তা থোঙদগী মকোক লীৎথোক্কুনা হায়রকই— ঐসু চৎকে?

মুন্সীজীনা অঙাংদুগী সুরদা হায়রকই— নঙবু পুদুনা চৎলোই।

অঙাংদুনা হায়রকই— ঐবু করিগী পুদুনা চৎত্রিবনো?

মুন্সীজী— নঙদি ঐগী নাক্তা সুক্লাক লাক্তে। অঙাংদু মখোঙ তপ্না থাংদুনা মপাগী তম্বাক্তা ফল্লরি। ঙাইহাক্কীদমক মুন্সীজী অঙাংদুগা শান্নবদা মশাগী থম্মোয় অৱা মৈচাক কাউথোকচৈ। চাক চারগা মুন্সীগী মপান থোকখ্রে। নির্মলা লেপ্পুনা য়েংদুনা

লৈহৌই— হাযনীংবনি অবেম্বদা চৎলিবনি অদুবু হাযবা ঙমদে। পৈশা খবা পুথোক্তুনা পীগে খল্লম্বনি অদুবু পীবা ঙমদবে। মমৈদা লৈবা ঙমদদুনা রুক্কমনিদা হাযবকই— ইনম্মা খবা থেমজিনবীযু কদাযদা চৎলিবনো? ঐদি ঙাংবা যাদবে, ঙাংদ-হাযদা লৈবসু ঙমদে। লৈফম অবেম্না খঙদনা কদাযদা থিকগনি? অবেম্বদা ব্রাবগনি।

রুক্কমনিনা মীনুংশিগী মিৎযেংদা যেংলকই অদুগা কাদা চঙখ্রে। নির্মলানা মচাদু মতম্বাক্তা পমদুনা খল্লী— তশেংনা চৎলমদাইদা অঙাংসি যেংবা অমদিঐবু উনবা লাক্কনি। অদুবু মদুগী আশাদু মায পাক্তবে। মুন্সী পোৎ থাগৎলি অদুগা শগোল গাডীদা ফমখ্রে।

মতমসিদা নির্মলাগী থম্মোযনুংদা বাজবকই। মহাক্না অসুম খল্লকই-- মহাক্না উনববোই। মহাক লাংতক্লদুনা থোঙ ফাও লাকই মুন্সীজীবু থামগে খল্লী, অদুবু শাগোল গাডী থৌখ্রে।

## কুনমঙা

নুমিৎ হৌখিবা খঙহৌদে। থা অমা মপূং ফানা হৌখরে তৌইগুম্বসুং মুন্সীজী হল্লক্তরে। নির্মলা নুংঙতিগী চিন্তাসি তৌদুনা লৈ করিগুম্বা হল্লক্তবদি করম তৌনি। মহাক মসিগী চিন্ত নত্তে, মঙোন্দা করি থোক্লগনি অদুবু মহাক কদায় কদায়দা ৱানা ৱানা কোইরমগনি? হকচাং করম তৌরমগনি? মহাক সুপ্নদগী মশাগী অমদি মদুদগী হেন্না মচানুপীগী চিন্তা তৌই। য়ুমগী ফিবম করম তৌনি ঈশ্বর! করম্না অৱাবসি লানবা ঙমগনি? অঙাংসিগী ফিভম করি ওইগনি? মহাক্না খরচ কক্তুনা তুংশিল্লীবা পৈশাদুদা নোংমা-নোংমগী খর-খর ময়েং তারকই। কনাগুম্বনা মাগী হকচাংগী ঈ খরা-খরা লৌথোখিবগুম খল্লী। শাওরংনদুনা মুন্সীজীবু চে থাংই। অঙাংদুবু করিগুম্বদা কপ্লবদি "লাইবক থীবী কলঙ্কীনি" হায়দুনা চৈরকই। মসিদা নত্তে ককমনিনা য়ুমদা লৈবসিসু ৱানা খল্লী. মহাক্কী ঙক্তা তোংলীগুম।

থম্মোয় চাক্লবদি ৱাহৈসু মৈরীগুম্মী। নির্মলা য়াম্না খোন থোৎপী নুপী ওই রম্মী অদুবু হৌজিক মহাক ৱাঙাং কনবীশিংগা চাংদম্নরে। নুমিৎ চুপ্পা মাগী মচিন্দা অৱাক-অৱাকপা ৱাহৈ ঙাক্তা ঙাংথোবকই। মহাক্কী ৱাহৈগী অথোৎপা মতৌদু খঙদে করম তৌখ্রবা? ৱাখলদা থোৎপা মতৌদু খঙদে কদায় চৎখ্রে। ভুঙ্গী কুইরবা মীনাইনি লীচৎসু খঙবা ঙম্মী। পূং ২৪ গী চক চক মদু খাঙবা ঙল্লক্তে। নোংমদি মহাকসু ময়ুমদা চৎখ্রে। অঙাংদু থৱায়দগী হেন্না নুংশিজবনি মদুসু মশক উবদা তুক্কচবকই। ৱাহৈ খুদিং চৈরকই করি করিগুম্বদা ফু-চৈবা য়াওরকই। রুকমনি কপ্লীবী অঙাংদু তম্বাক্তা থাঙগৎপি। নুংশিনা থেমদুনা তুমিন লৈহল্লী। লমজাসিগী চঙজফম অসিতা মঙাইরে।

নির্মলা খর ফরকপগা সুধাগা ৱারী শানিংই। মফমদুদা চৎনবা তাঞ্জা থি। অঙাংদু হৌজিক পূদুনা চৎনিংদে। অহানবদদি য়ুমদা চানবা পোৎ খুদিং ফংলিঙৈদদি মদুদা চৎলগা নোক খেদুনা লৈরম্মী, হৌজিক মফমদুদা চৎলগা মহাক মপূক লাল্লকই। নির্মলা মাবু য়েংদুনা খৃতুম শীংদুনা ধমকা তৌই অদুবু লাম্বগী ঙংবদি তোকতে। মরমসিনা লৈবনা নির্মলা পূদুনা চৎনিদে। মফমদুদা লৈরি মখৈ অ রাম্বদগী নাম্থোকচৈ। য়ু থকপনা য়ুগী নিশাদা অৱাবা পূম্বা কাওথোকচৈ। মতৌ অদুগুম্না নির্মলা সুধাগী য়ুমদা চৎলগা অৱাবা পূম্বা কাউথোকচৈ। কনাগুম্বনা নির্মলাবু মাগী ময়ুমদা উরুবরা অদু ওইৱদি ঙক্কনি, ৱাঙাং কনবী অয়াকপা ঙাংবী

নুপীদু মসিদা লাক্লগা ফাগী জুগাই থুম্লবা পোৎকুম ওল্লকই। যৌবন কানগী মশাগী লীচৎ পুম্বা মশাগী লম্বী থিংলুবদু মফমসিদা হরাও-তয়াম শান্নজবা হৌরকই। মফমসিদা চৎপদা মহাক মাঁগী-বিন্দী অচম্বা ফিরোন শেৎতুনা চৎলি অদুবু মতাং চাদ্রবদি মাগী অৱাবা ৱারীদু পূক্লিংদা অদুম থম্মী, মসিদা কপ্পবা লাকপা নত্তে নোক্লবা লাক্লীবনি।

অদুবু করিগুম্বদা মাগী লায়বক্তা নুংঙাইবা তন্নমদে। নির্মলা অয়াম্বা মতমদা নুমিৎ য়ুংবা, মদুদগী লৈথরকপদা সুধাগী য়ুমদা চৎলি। নোংমদি মহাক্কী থৱায় য়াম্না নুংঙাইখিদে অদুনা অয়ুক্তা চৎলুরে। সুধা তুরেন্দা ইরুজবা চৎখিরম্মী। ডাক্তর সাহেব হোসপিটাল চৎনবা ফিরোন শেৎলি। মীনাই মাগী থবক ইস্খাংদা পূক্লিং চঙলি। নির্মলা মরূপকী কাদা চঙদুনা নিংঙাইদনা ফম্লী। মহাক্না থল্লী সুধা থবক তৌরিনি। হৌজিক লাকচরনি। ফম্না ফম্না মিনিট অনী হৌখরে। মহাক্না আলমারীদগী লাইরিক লাইয়েকপা অমা লৌথোকই শম-থাদোক্তুনা ফমুংদা হিপ্লগা লাই য়েংলি। মবকসিদা করিগুম্বা পোৎ অমা দরকার ওইদুনা নির্মলানা লৈবা কাদুদা চঙলকই। তশেংনা মাগী আনোক থিরকলিবনি। চিঙনদুনা ইমুংদা চঙলকই। নির্মলা থোঙ ময়াদা শম থাদোক্তুনা হিপ্লী। ডাক্তর সাহেবপু উবদা খংদুনা হৌগৎলকই অদুগা মকোক খুমজিল্লী, ফমুংদগী কুমথদুনা লেপ্লী। ডাক্তর হনদোক্তুনা পর্দা মরুমদগী হায়রকই— ঙাকপগিনি নির্মলা, ঐদি নহাক সিদা লৈ হায়বা খঙদে। ঐগী আনোক কাদা থিবা ফংদরে। খঙদে কদায়দা লৌথোক্তুনা থমখিবনো? তশেংনা সিদা লৈরম্না য়াই হায়না খল্লী।

নির্মলা লুখুমগী রেক্তা য়েংই অদুদা আনোক মখুম উরকই। মহাক্না মাঙদা চৎখত্তুনা মখুমদু লৌখৎলি অদুগা কোক নোম্বনা। মশা চের্কশিঞ্জনা চিংননা ডাক্তরগী মায়গৈদা খূৎ থাঙ্গৎলকই। ডাক্তর সাহেবনা অমুক/অনীরক নির্মলাবু উখ্রবনি অদুবু মতমসিগী ৱাখলদু করিগুম্বদসু লাকখিদ্রি। মৈচাক্তু চহী কয়া থম্মোয়দা লোক্তুনা থম্লকপনি মদু ঙসি নুংশিৎকী শাফু ফংবদা চাকখৎলকই। মহাক আনোক লৌনবা খূৎ তিংথোরকই অদুদা মখুত্তু নীক্লকই। আনোক লৌরগা মপান থোকখিদরে। মহাক জ্ঞান তাদ্রবগুম লেপ্লী। নির্মলানা অচীকপদু কিজদুনা হংলকই— সুধা কদায় চৎখিবগে?

ডাক্তর সাহেব কোক নোন্দনা পাউখুম পীরকই-লাক্লরনি! ইরুজবা চৎখিবনি।

অদুফাওবা ডাক্তর সাহেব মপান থোকখিদে। মফমদুদা অদুম লেপ্তুনা লৈরে। নির্মলানা অমুকসু হংলকই— করমকান্দা লাক্লনি?

ডাক্তরনা পাউখুম পীরকই— লাক্লরিনি?

অদু ফাওবা মহাক মপান থোকখিদে। মাগী থম্মোয়দা অকনবা লান থেংনরি, মতিক চাবা ৱাফমগী নত্তে, মীকিথিগী অমোৎপা মরীনা মাগী খোঞ্জেনবু থিংদুনা থম্মী।

নির্মলানা অমুকসু হায়রকই— করিগুম্বা কোয়খোৎপা চৎলিবা ওইরিনি। ঐসু মতমসিদা চৎলগে?

মীকিথিগী অশোনবা মরীদু তৎখ্রে। তুরেল মপান্দা থুংলুবদা চেল্লুবা লম্বীদা অঙকপা লাকপনি। ডাক্তর সাহেবনা ঙক থাঙ্গক্তুনা নির্মলাবু য়েংলকই। অদুগা নুংশিনা হায়রকই— নত্তে নির্মলা, হৌজিক লাক্লরিনী। চৎখিনু। নুতিগী সুধাগীদমক ফম্মী, ঙসি ঐগীদমক ফমখো। হায়য়ু করম্বা মতম ফাওবা মৈরীদা চাকখোগে? অশেংবা হায়রিবসিনি- নির্মলা।

নির্মলা অতৈ করিসু তাখিদে, মহাক অসুম খল্লকই— পৃথীবীসি লয়রকই। মহাক্কী থৱায়দা বজ্রগী চৈফুগুম ফাওরকই। মহাক্না থুনা য়াঙনা ফিয়ান্দা য়াল্লীবা চাদরদু লৌথোকই ৱা অমত্তা ঙাঙদনা কাদগী থোরকই। ডাক্তর সাহেব নুংহিক্না কপ্পীংবা মায়থোঙদা লেপ্তুনা লৈরে। মহাকপু থিংনবা অমদি খর হায়বা ঙম্বগী থৌনা লৈতে।

নির্মলা থোঙ্গান্দা সুধা শগোল গীড়ীদগী কুমথরকপা উরকই। সুধা মাবু উবদগী মাঙোনলোমদা লাকই। করিনো হায়না হংনীংবনি অদুবু নির্মলানা তাঞ্জা পীরমদনা তেনজৈগী মতৌগুম য়াংনা হায়দোকখি। সুধা মিকুপ খরা লাংতক্লরকই। করিনো মহাক খঙবা ঙম্লমদে। থুনা ইমুংদা চঙলকই। মীনাইদা হংলকই— করি তৌখ্রবগে? মহাক্না খল্লী করিগুম্বদা মীনাই না ইকায়বা পীবা য়াওখ্রবরা? মহাক মরান লৈবা মীদু খঙদোক্লনি। থুনমক মাগী কাদা চঙলকই। মনুংদা খোঙ থাংজিনবগা ডাক্তর সাহেব মচিন শেমদুনা ফম্নুংদা খোঙ য়াম্থদুনা ফমদুনা লৈবা থেংনরম্মী। হংলকই— নির্মলা সিদা লাক্লম্বরা?

ডাক্তর সাহেবনা কোক হোৎলদুনা খুল্লকই— লাক্তী লাকলম্মী।

সুধা— মীনাইনা মঙোন্দা করিমত্তা হায়খিদবরা? ৱা ঙাঙলমদনা থুনা চৎখি।

ডাক্তর সাহেব-মায়থোঙ মকশিল্লী— সিদদি কনানসু করিসু হায়খিদেনা?

সুধা— কনানা করিসু হায়দে, য়েংউ, হংলিবসিনি। ঈশ্বরনা খঙনি, মরম খঙলবদি লেপ্পা লেপ্পা তাম্থোক্লনি।

ডাক্তর সাহেব তৌফম খঙদনা— ঐনদি কনাগুম্বনা করিসু হায়বা তাখিদে, নঙবু মহাক্না উরমদবা য়াই।

সুধা- ৱাহ! উরমদবা য়াই। মহাক্কী মাঙমক্তদা শগোল গাড়ীদগী কুমথরক্লীবনি। ঐঙোন্দা য়েংলক্রবসু করিসু হায়রমদনা চৎখি কাসিদা লাক্লমদবরা?

ডাক্তর সাহেবকী থৱায় ৱাজরকই, নুংহিক্লনা হায়রকই করিগী লাক্তনি?

সুধা— নহাক সিদা ফমবা উরগা চৎখিবা ওইরি? মীনাইনা করিনো খরা হায়রম্বা য়াই, অপীকপা জাৎনিদনা কনাগুম্বদা ৱাঙাংগী লীচৎতি লৈতে, হো সুন্দরিয়া সিদা লাউ?

ডাক্তর— মাবু করিগী কৌরিবনো? মহাক সিদগী চুম্না কোম্থোংলোমদা চৎখিবনি।

মীনাইসিগা ব্রা ফাও ঙাঙনখিদে।

সুধা— অদুদি নহাক্লা করিনো খরা হায়রুবা ওইরিনি। ডাক্তর সাহেব মীক্ল্ন চোংবা হৌরকই— ঐনা করি হায়রুনি অদুগুম্বা চাওখৎতবা মীরো?

সুধা— নহাক্লা মহাক লাকপ উরফাও অদুদা ফমদুনা লৈবরা?

ডাক্তর— ঐদি সিদা লৈরমদে। মপান্দগী কাদা আনোক থিরম্বনি মদুদা ফংদ্রবদুদা ঐনা খল্লী তশেংনা কাসিদা লৈরম্বা য়াই? সিদা লাকপদা মহাক ফমবা উরকই। ঐনা মপান থোকপা পামখিবনি। মহাক্লা হংলকই— করিগুম্বা পোৎ অমা দরকার লৈবরা? ঐনা হায়— ঐগী অনোক লৈবরা খরা যেংউ? কোক মপাগী রেক্তা লৈ। মহাক্লা হাঙ্গৎতুনা পীরে। বস, ব্রা অসিদনি।

সুধা— বস, নঙোন্দা আনোক পীবা মহাক শাউরংনদুনা মপান থোকখ্রে, করিগীনো?

ডাক্তর-- শাউরংনদুনদি চৎখিদে, চৎপা হৌবকপদা ঐনা হায়- নহাক লাক্ররনি, ফম্মু য়াদ্রবদি ঐনা করি তৌনি?

সুধানা খরা খল্লগা হায়রকই— ব্রাসি খঙবা ঙমদে। ঐ মাগী মনাক্তা হংল্রবগা লাকে। যেংগে ব্রাসি করিবনো?

ডাক্তর— অদুদি চৎলুচোনা, অদুক লুনা খল্লীবা করিগীনো? নুমিৎ চুপ্পদি লৈতদনা।

সুধা ফি ইন্না ইন্না হায়রকই ঐ পুক্লিং ইলাং লাংই অদুগা হায়দিনে এসুক থুনা করিগীনো?

সুধা যাংনা খোঙ থাণ্দুনা নির্মলাগী যুমলোমদা চৎখিদুনা মিনিট মঙাগী মনুংদা থুংলুরে। নির্মলা কপ্পুনা ফমুংদা হিপ্পুনা লৈবম্মী। অঙাংদুনা মনাক্তা লেপ্পুনা হংলি ইমা করিগী কপ্লীবনো?

সুধানা অঙাংদুবু মতম্নাক্তা পম্বীরি। নির্মলাদা হংলকই— ইনাও, শেংনা তাকউ করি ব্রানো? ঐগীদা কনাগুম্বনা নঙোন্দা করি হায়বগে? ঐনা পুম্নমক্তা হংলবনি কনাসু তাক্তে।

নির্মলা পি তৈথোক্তুনা খুম্লকই— কনানাসু করিসু হায়দে, ইচে মফমদুদা ঐঙোন্দা কনানা করি হায়গনি?

সুধা— অদুদি ঐঙোন্দা করিগী ঙাঙদ্রিবা? লাক্ত ঙাইবিঙৈদা কপ্পা হৌরকইবা?

নির্মলা – ইরায়বক্তা কপ্লীবনি অদু নওনা করি ওইনি?

সুধা— নহাক্লা তাক্তবদি ব্রাশক থল্লনি।

নির্মলা-- ব্রাশক-নুংশক তৌহল্লনু বস, ঐঙোন্দা কনানসু করিসু হায়দে, ওইদবা কনানা হায়রুনি?

সুধা— ঐবু পন্দুনা ব্রাশকউ?

নির্মলা— নহাক অরেম্বদা নিঙাই তৌরিবরা?

সুধা— নহাক্না অদুবু তাক্তবা, নির্মলা, ঐনা খনগনি নহাক ঐঙোন্দা প্রেম খজিক ফাও লৈতরে। বস, নহা ওইবগী তুংশিনবা খরচনি। ঐদি নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা লোৎতবনি। ঐবু অতোপ্পনি খল্লবনি নহাক্না ? ঐদি নঙোন্দ আশা য়াম্না তৌবনি। হৌজিক খঙলে, কনাসু কনাগী ওইদরে।

সুধাগী মিৎলু চোৎলকই। অঙাংদু তম্বাক্তগী থমলে অদুগা থোঙলোমদা থোকপা হৌরকই। নির্মলানা মখূৎ পায়দুনা কপ্পুনা হায়রকই—সুধা ঐহাক নখোঙদা তুরিবসিনি। হংগনু নহাক ব্রাগনি। ঐসু ইশাগী মায় উৎপা ঙমলোই। ঐহাক লায়বক থিবী নৎত্রবদি নুমিৎসি করিগী উরুনি? হৌজিক ঈশ্বরদা হায়জরিবনি-- সংসারসিদগী ঐবু লৌখৎপিরো? হৌজিক্না ফিভমসি য়ৌরবদা তুংদা করি ওইনি?

ব্রাহৈসি খুদম তৌরিবদু লৌশিং শিংবী সুধাদা লোৎপা ঙমদে। মহাক খঙখ্রে ডাক্তর সাহেবনা ইন্ন-খোৎনবা খরা তৌখ্রে হায়বসি। মহাক্না নুহিক্নবা ঙাঙবা, মহাক্কী ব্রাহংশিংবু থৈদোকপা মহাক লাংতক্নবা মতৌ, মঙান লৈত্রবা মায়থোং নীংশিংলকই। মহাক খোঙদগী তোন ফাওবা নিক্নকই। করিসু হায়রূদনা মহাক নোংশা অমগী মতৌগুম থোঙলোমদা চৎখি। নির্মলা মহাকপু খামগে খল্লী নংহৌদে। উনা উনা সড়ক য়ৌরকখি। য়ুমলোমদা চঙলকই। নির্মলা লৈমায়দা ফমথরকই অদুগা হীক হীক কপ্পা হৌরকই।

থক্লবসু ৱাদু নোক্তুনা কাউথোকলমগদবনি। "ঐগী মীনুংশি লৈতবগী মরম্না ডাক্তর সাহেবকী ফিবমসি ওইখ্রবনি মসি খল্লগা নির্মলা গী থম্মোয় মচেৎ তানা কায়খ্রে। অৱাবনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লকই। ডাক্তর সাহেবকী যূমদা চৎলি।

হকচাং পুথোক্লমলে। মপান্দা ইচিক-চিকই। য়ুমদা নুপীশিং পুনশিল্লম্মী। সুধা লৈমায়দা ফমদুনা কপ্পী। নির্মলাবু উরগা লাউনা কপখৎলকই। অদুগা চেনশিনখিদুনা মথাদা কোনশিনখিরম্মী। অনীমক কুইনা কপ্তুনা লৈরে।

নুপীশিংগী মীতিন ময়েং তারে। মতোমতা ঙাইরে অদুদা নির্মলানা হংলকই— মহাক করম তৌখ্রিবনো? ইচে, নহাক্না করি হায়রুবগে?

সুধা মশাগী পূক্লিংবু ৱাহংসিদা কয়ারক হন্না খুমজখ্রবনি। মহাক্কী পূক্লিং পাউখুমসিনা ইংথখ্রবনি। মদু মহাক্না নির্মলাদা পীরকই— তুমিন্নসু লৈবা ঙম্লক্তে ইনাও শাওনীংবগী মথংদা শাওনীংবা লাকই।

নির্মলা— ঐনদি নঙোন্দা অদুগুম্বা করি মত্তসু হায়খিদেনা?

সুধা— নহাক্না করম্না হায়গনি, হায়বা ঙমলোই তৌইগুম্বসুং মহাক্না ৱাদু হায়দোকই। মদুদা ঐনা চিন্দা লাকপা হায়বে, ৱা অমা পূক্লিংদা ফাওরকই মদু হায়দোকই। তাঞ্জা অমদী চৈফু পুন্না তিন্নরবদি মদু মপুংসু ফাবনি। অদু ওইরবনি হায়না খঙলগদবনি। মসি হায়দুনা মশাবু নাম্থোকচবা ঙমদে। ঐনদি ফাগী তৌখিবনি; অচিকপা অদুগুম্বা ৱাহে ৱাতাশীজিন্নবা ফাও হায়নে ৱাখল ফত্তবনি। ঐনা মঙোন্দা হায়বনি ইনাও তৌইগুম্বসুং মহাক নঙোন্দা কয়ারক হন্না মিৎয়েং সিদা য়েংবা উখ্রবনি। মতমদুদদি ঐনসু ইশাবু ওন্ননা খঞ্জরুবরা হায়না খল্লী। হৌজিক খঙলক্লে— মিৎয়েং নায়েংদুগী করি অর্থ লৈরিবগে হায়বদু। ঐনা সংসারসিদা য়াম্না উখিবা ওইরবদি নঙবু ঐগীসিদা কৌদৌঙৈদসু লাকহল্লম্লোইদবনি। তঙাইফদনা মহাক্কী মিৎয়েং নঙোন্দা তাহল্লোইদবনি। মসি করি খঙলুনি? নুপাশিংনা মচিন্না অমা ঙাঙবা মপৃক্তনা অমা থনবা লীচৎসিদা। ঈশ্বরনা পাম্বদু ওইখ্রবনি। অসিগুম্বা লায়বক ফব্বীদগীদি লুখ্রাবীসি ফত্তনা থন্দে। লাইরবা মীওই ইনাক খুনবদগী হেন্না নুংঙাইনা লৈবনি, মহাক্কী লননা লিন ওন্দুনা চিক্কে, তানরক্লবশিংদুদগী। চারা হেনবা অরাইবনি, হু চেনবা চিঞ্জাক মদুদগী হেন্না, কয়ারক হেন্না খুদোংথিনীংঙাইনি।

মতমসিদা ডাক্তর সিংহাগী মনাওনিপা অমদি কৃষ্ণ য়ুমদা চঙলকই। য়ূমদো পুন্নাং লাংলম্মী।

## কুনতরেৎ

থা অমা মুক হৌখ্রে। সুধা মনাও নিপাগা লোযননা নুমিৎ হুমনি শুবদা চৎখ্রে। হৌজিক নির্মলা মতোমতা ঙাইহৌবে। হান্নদি নোক-খেদুনা পূক্লিং যাংহল্লম্বনি। হৌজিক কপ্পতনা থলক অমা ওইদুনা লৈবে। মহাক্কী হকচাং নোংম-নোংমগী শোকচিল্লকই। হান্নগী যূমদো ভাড়া যাম্মী। অতোপ্পা যূম অমা ভাড়া যাম্নদবা লৌবে। মসি লৈবক অখুবা অমদা লৈবনি। মনংদা কা অমা অমদি মাঙ্গোল অমা লৈ। মঙাল চঙদে নুংশিৎ শিন্তে। নমথিবা মনম নম্মী। চাবা থকপনা পৈশা লৈববসু কবিগুম্বদা চবা হেল্লী। বাজাবদগী কনানা লৈনীকনি? অদুগী মথক্তা নুপা অমত্তা লৈতে। নুপামচা লৈতে, অদুনা নুমিৎ খুদিংগী চাক থোংবগী অবাবদু কনান লৌকনি। নুপীশিংগীদমক নুত্তিগী চাবা থকপগী কবি দনকাবনো? কবিগুম্বা মতম অমদা চাববদি নুমিৎ নীনী ছুটি ওইবে। অঙাংদুগীদমক হলনা নৎত্রগা ওল হৌই অসিগুম্বা যিভম সিদা হকচাং কবিগা শোক্তনি? চিন্তা-অরানা যিবম ফংবা অমগা লৈবদি কনানা কবি হাযকনি। মসিদি মৈচাক অহুমগী অপুনবনি। মসিদা নির্মলানা হিদাক চাদবগী বাশকখিবদু মঙাই। কবিদি তৌগনি। পৈশা খবদুনা হিদাক চাবগী খুদোংচাবা কদাযদা লেনিবা? চাবা ফাওবগী মফম খঙদ্রবদা হিদাক্কী বাখল কদাযদগীনো? নোংম-নোংমগী কংশিল্লকই। নোংমদি রুকমনিনা হাযবকই— মৌ অসুম তৌনা কবম্বা মতম ফাও কংহনগদৌবিননো? হকাচংসিমক সংসাবনি। চৎসি মাইবা অমদা যেংহল্লুসি।

নির্মলানা নীংবা কাযনদুনা হাযবকই কপ্পবা হিংনগী মঙ্গত্তা শিখিবনা হেন্না ফবর্নি।

রুকমনি— কৌববসু অশিবা লাক্তবনি।

নির্মলা— অশিবদি কৌদনা লাকপনি। কৌবগনু কবিগী লাক্তনি? মহাক লাকপদা নুমিৎ যাম্না চঙলবোই ইনম্মা। নুমিৎ খবনি চৎলির্বাস চহীগুম্না খনবীযু।

রুকমনি— থম্মোয পীক্কনু মৌ? হৌজিক সংসাবগী নুংঙাইবা খব উববগে?

নির্মলা কবিগুম্বা সংসাবগী নুংঙাইর্বনি হাযবিবসি হৌখিবা নুমিৎ কযানিসিদা উবিবর্সিনি। খসিদগীসু পূক্লিং পেল্লে। শেংনা হাযববদি ইনম্মা। অঙাংসিগী মিহৌবনা পুনদুনা থম্লীবনি নত্রবদি হৌজিক ফাওবদদি নহালনা চৎখ্রগদবনি। লাইবক থিববীসিগী লাযবক্তা কবি ইবম্বনো খঙদে?

নুপী অনীমক কপ্পা হৌরকই। সোমদা নির্মলানা ফমুংদা হিপ্পুনা লৈরকপদগীদি রুকমনিগী থম্মোয়দা থৌজানগী ঈফুৎ ইহৌরকই। মিহৌবগী মরিক অমাফাও লৈখিদরে। করিগুম্বা থবক তৌরবসু নির্মলাগী খোঞ্জেন তাবদা চেল্লকই। পুংমুক মনাক্ত ফমদুনা পুরাণগী ৱারী তাহল্লী। করিগুম্বা পোৎ অমা থোংবা তারবসু নির্মলানা পাম্না চানবা খল্লী। মানা নোকপা উরগা হরাওজে। অঙাংদুদি মহাক্কী ঙক্কী লৈতেং ওইনা খল্লীবনি। মহাক্কী তুম্বদা তুম্মী হৌবদা হৌই। নুপী মচাদু মহাক্কী পুন্সিগী তুংনফমনি হৌজিক।

ঙাইহাক লৈরগা রুকমনিনা হায়রকই- নহাক করিগী অদুক নীংবা কায়রিবনো? ঈশ্বরনা পাম্লবদি নহাক নোংমা নীনীদা ফরনিদা ঐগা ঙসি মাইবগীদা চৎসি, য়াম্না ফবা মীওইনি।

নির্মলা— ইনম্ম'বেম্ম! হৌজিক কনাগুম্বা মাইবগী হিদাক ঐঙোন্দা কান্নররোই। অঙাংসি অদোমদা শিন্নজবম্লবনি। ঐদি পুন্সিদা মহাক্কীদমক করিসু তৌবা ঙমদরে। সুপ্নগী পোকপিবগীদমক মরাল লৈরীবনি। ঙম্লবদি কুমারী ওইনা থম্বীয়ু নৎত্রগা হুপীজদুনা হাৎপিয়ু অদুগা ফত্তবা নুপাগী মখুত্তা তাহনবীগনু। অসিখক্তনি অদোমদা হায়জরিবা? ঐহাক্না অদোমগী সেবা করিসু তৌবা ঙমখিদে। মসিগী যাম্না ৱাজরিবনি। লাইবক থিবী ঐঙোন্দগী কনাসু নুংঙাইবা ফংবা ঙমখিদে। ঐগী ইম্মি তারুবা ফাওবনা মীদুসু পুম্মাং মাংখ্রে। করিগুম্বা মপাবুং য়ূমদা লাক্লবদি মঙোন্দা হায়বীয়ু- কর্ম ফত্রবীসিগী মরান পূম্বা ঙাকপীয়ু।

রুকমনিনা কপ্পুনা হায়রকই— মৌ, নহাক্কী করিসু মরান লৈতে। হোই ঐনা মতম লৈবা খিবিক্তা ফত্তবা তৌই, ফত্তনা খল্লী, মসিগীদমক্তা শিরফাওবা নুংঙাইররোই। ঈশ্বরনা খঙনি ঐহাক নঙোন্দা নুংঙাইতবা লৈতে।

নির্মলানা মিপাইনা য়েংদুনা হায়রকই— ইনম্মবেম্মা! হায়গদবা ৱাদু হায়দনা লৈবা ঙমদে। শ্বামীজীনা ঐবু মতম লৈবা খিবিক্তা থাজদবা, চিংনবা মিৎয়েংদা য়েংই। তৌইগুম্বসু ঐনা করিগুম্বদা মহাকপু থৌশাদবদি তৌখিদে। ওইফম থোকপদু ওইখ্রে। অধর্ম তৌদুনা ইশাগী পরলোক করিগী থুগাইরুগনি? মমাংগী মপোক্তা করি পাপ তৌখিবনো খঙদে মদুগী প্রায়শিত হৌজিক তৌবা তারিবসি? মপোকসিদা তিংখং শুম্লবদি করি ওইফম থোকপগে?

নির্মলাগী শ্বর য়াম্না য়াংনা হোনবা হৌরকই। অদুগা ফমুংদা হিপথখি। অঙাংদুগী মায়কৈদা য়েংলীবা মিৎয়েংসিনা মহাক্কী পুন্সিদা অৱাবা ৱারী পূম্বগী চাওরবা অলোচনানি, ৱাহৈনা অদূক য়াম্না ফোঙদোকপা ঙম্বরা?

নুমিৎ হুম্নী চুপ্না নির্মলাগী মিৎলুদগী পিরাং ঈচেল চেম্থরকপা লেপ্তুরি। মহাক কনাদসু ঙাঙদে, কনাদসু য়েংদে, অদুগা কনাদগীসু করিসু তাখিদে। বস, কপ্পুনতা লৈরম্মী। অসিগুম্বা

অৱাবসিগী কনানা চাং লেপ্পুগনি?

মরীনিশুবা সন্ধ্যা মতমদা অৱাবগী ৱারীদু লোইখ্রে। মতমসিদা শা-উচেক পূম্বা মকোন মকোন্দা হন্নরকই। নির্মলাগী থৱায় চেক্লাসু নুমিৎ চুপ্পা শিকারিশিংগী পান্দম, শিকারী উচেকশিংগী খূবাম অমদি নুংশিৎ কী অকনবা শাফু থাঙলম্লগা মশাগী যূমগী মায়কৈ রোম দা পাইখ্রে।

লৈকায়গী মী পুনশিল্লকই। অশিবা মপান্দা পুথোক্লকই। "কনানা মৈ চুবীগনি" ৱাহংসি হংনরকই। মীওই খুদিংমক অৱাবা ৱাখলসিদা লৈনরকই। খঙহৌদনা হনুবা লম্বী চৎপা নুপা অমা অপিকপা ময়োম অমা য়াল্লদুনা লাক্লগা লেপ্লরে। মহাকসি মুন্সী তোতারাম্নী।

## লোইরবা



## অইবীগী ২০০৪ দা ফোঙখিবা নির্মলা, অহীংগী ঈশৈ হায়বা উপন্যাস অনীমক্তা পীনরকপা মতশিং

'অহীংগী ঈশৈ' উপন্যাস অসিদা অঙকপা মযাই অমা যাওবি। মসিনা পাবা লোয়থ্রিফাওবা হুমদুনা পুখি।

*-কেত্রিময়ুম সুবদনী, এপ্রিল তাং ২৩ ইং ২০০৫ থাংজ, থৌবাং*

ওজা ইবুংঙো কুঞ্জমোহন অথোইবা অতিথি ৱাবোন্দা- ওজা ইবেতোন ঙাওবে, তশেংনা অঙাওবা নুংশিৎ অমা লোযনবে হাযবিবি লোযননা ওজা ইবেতোনগী তুংইনবা অঙাওবা থবসু লোযনবমগনি হায়না সহিত্যদা ঙাওজবা খুৎঙাওগী খুৎনুংঙাইদু মযেক শেংনা তাকপী।

*- লৈশাংথেম ইবেয়াইমা তাং ১৪/১০/১০০৪ ইং ইবাই, হুইয়েন লানপাউ*

ওজা বাজেন্দ্রগী ৱাবোল - লাইনেনা খন্না তিন্নবগা মী হেক ওইবম্মী মীনেনা খল্লবগা লাই হেক ওইবম্মী ওজা ইবেতোনবু লাই ওইবম্লে হায়না থাগৎপীদুনা পুক্রিং থৌগৎপীখি।

*লৈশাংতেম ইবেযাইমা তাং ১৪/১০/২০০৪, ইৱাই , হুয়েন লানপাউ*

অনুবাদ হাযবসে অবায়বা থবকসু নত্তে। উপন্যাস মশাগী নুংগী ওইবা শক্তমসু কায়হনবা যাবা নত্তে। মসি পুম্নমক অসি খঙনা ইবেতোনা থবক অসি পায়খৎপানি।

ইবেতোনগী ৱাহৈগী পুক্কে লনগৈ চাউই। ৱাহৈদা কমান্দ লৈ। শীজিন্ননী‌বা মফমদা মওং তানা শীজিন্নৈ। লোন অমদগী হন্দোকপনি হাযবা খঙহন্দে। পাবদসু অপনবা পীবা লৈতে, জব জব চৎথে।

*-খাইদেম প্রবমোদিনী তাং ২/১২/২০০৪ ইং শগোলশেল, পোক্নফম*

মণিপুরীদা হন্দোক্লিবনি অসুম পাথবকপা মতমদা অইবীগী মফমদ। লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপগী জ্ঞান লৌশিং খলগী পথৈ লৈ হাযবসি খঙবা ঙম্মী। মণিপুরী লোন অম্পু, তিন্দা লোনগা থোংপা মেঙবা কযা অদ হন্দোক্লিবা অসিদা উবা ফংঙি।

*- ইবোসনা যাম্বেম, তাং ৯/১/২০০৫ ইং নোংমাইজিং , পোক্নফম*

লাইবিক অনীসিগী মনুংদা য়েক্লিবা চবিত্রশিংসি মবীক চুম্না অইবীনা হন্দোক্লি। ৱাইদোকপা মখলগী প্রমান পাংহে চুননা অইবীনা মফম চান-চানা হাপ্লি। প্রোব্লেমশিং মশক থোকহল্লি, ৱাহৈগী লনগৈ চোল্লি।

*-যুগেশ্বর ৱাইখ্বা তাং ২৪/১০/২০০৪ ইং , যাকাইবোল*

ওজা মোইবাংথেম বজেন্দ্রনা হাযখি- অনুবাদ লাইবিকশিংনা পীবিবা খুদোংচাবশিং উবকপদা ঙসি পুথোক্লিবা লাইবিক অনীসিনা ঐঙোন্দা তাক্লি- ঐগী হন্না খঞ্জকবা ওজা ইবেতোনদুদি ওইবমদ্রে। হালেংবা লৈত্রবী মুঙ্গি অমগুম ঐগী মাঙদা চোংথোবক্নে। লীশু হৈবী, মখুৎ চুম্বী অমগুম থোক্নে। মহাক্কী খোঞ্জেনা সাহিত্যগী অশেংবা মহাও তংনীংবা চানিংবগী লাঙতকনবদু মশক নাইবা হিন্দীগী অইবা অনী গীদমক্তি পুক্রিং ফাথবা ঙমহল্লগনি।

*- যুগেশ্বর ৱাইখ্বা তাং ২৪/১০/২০০৪ ইং , যাকাইবোল*

উপন্যাস অনীবু চপ মান্ননা মণিপুরী লোন্দা মতম অমত্তদা পুথোক্লবা অকনবা ৱাশক অমগা লোয়ননা হোৎনবিখিবি লাইবিক অনীমক্কী অনুবাদক খাঙেম্বব ইবেতোন দেবী মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা মীপুম খুদিংমক্কা থাগৎফম থোকই। অনুবাদক অসিগী থৌনা লিংজেন তশেংনমক তমজানীংঙাইনি।

*- ডা. লনচেনবা মীতৈ তাং ১৭/১০/২০০৪ ইং নোংমাইজিং, সন্ডাই এক্সপ্রেস*

প্রেমচন্দনা নির্মলানা পাম্বে ওইবগা মতমদুগী ভাবতকী লৈখা তাববা খুন্নাইনু মযেক শেংনা উৎথোক্তুনা ভাবতকা প্রজাশিংগী কোক্তা অচৌবা শাফু অমা পীনবা হোৎনবনি। অসিগুম্বা উপন্যাস অসিবু খাঙেম্বম ইবেতোন দেবীনা মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্তুনা মণিপুরী অপাবশিংদা মহাউ তংহনবা হাযবসিমক থাগৎনীংঙাইনি।

*-ডা. লনচেনবা মীতৈ তাং ১৭/১০/২০০৪ ইং নোংমাইজিং, সন্ডাই এক্সপ্রেসন*

মীৎযেং অসিদা য়েংবদা খাঙেম্বম ইবেতোন দেবীগী নির্মলা উপন্যাস অসি ফনা মায পাক্না হন্দোকই হাযবা য়াই। কবিগুম্বা মতাংদা হিন্দীগী পাউবৌদু মীতৈবোলগী পাউবৌ অমদা অনীমক্কী ৱাহন্দোক মান্নবা থিবগা হন্দোকপা থেংনৈ। লাইবিকশিংগী অনুবাদগী লোন থোংলি, মেঙই নাকোঙদা অফা-অপুন যাওদনা চৎশিনগদবা লোন্দানি।

*- ডা. লনচেনবা মীতৈ তাং ১৭/১০/ ২০০৪ ইং, নোংমাইজিং, সন্ডাই এক্সপ্রেসন*